# শ্রদ্ধাঞ্জলি

(কবি নীলকান্তগী মফমদা কৎচবা)



(৪-১০-১৯২৭ — ১১-২-২০০০)

বাসাংসি জীর্ণানি যথা বিহায় নবানি গৃহ্ণাতি নরোঽপরাণি।
তথা শরীরাণি বিহায় জীর্ণান্যন্যানি সংযাতি নবানি দেহী।।

—শ্রীমদ্ভাগবদগীতা

# শ্রদ্ধাঞ্জলি

(কবি নীলকান্তগী মফমদা কৎচবা)

খোমজিনজবী অমসুং ফোঙজবী

শ্রীমতী এলাংবম ওংবী সুরোধোনী দেবী

# SHRADHANJALI

***(Dedicated to late Elangbam Nilakanta Singh, a well known poet, critic and scholar of Manipur.)***

A collection of condolence messages, articles, essays and poems on the death of

**E. Nilakanta Singh**

published on the first death anniversary, January 30, 2001

by


**Shrimati Elangbam Ongbi Surodhoni Devi**

Elangbam Leikai, P.O. Imphal, Manipur - 795 001, Phone - 220979



ফোঙজবী

**শ্রীমতী এলাংবম ওংবী সুরোধোনী দেবী**

এলাংবম লৈকায়, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

অহানবা ফোঙবা

জনুৱারী ৩০, ২০০১

ফীরোই নুমিৎ, ফাইরেন ৬ নি পানবা, লৈবাকপোকপা


লাইরিক অসিদা য়াওরিবা পাউজেলশিং, য়ারেং অমসুং শৈরেংশিংবু ফোঙদোকপা

**য়াহনবিবশীদমক্তা থবর অমসুং চেফোঙ পুন্নমকপু থাগৎচরি।**







ফংফম থোকপা

**ফোঙজরিবী**

কোপী মশীং

**৬০০**

**নম্ফম**

**পদ্মা প্রিন্টার্স, পাওনা বজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১**

# অফোঙবগী মায়কৈদগী ৱাহৈ খরদং

ঐখোয় পূন্নমকপু নুংশিনা কোনবিরম্বা, লাইরমলেন্দা তিনগ্রবা ইপুরোইবনা মতম চাদনা লৈখিদবদু ঐখোয়দা ওহোক্লা থাজদনা থোকখি। অরোয়বা মতম য়ৌরবা ফাওবদা হন্দক্কী মপোক্কীদি লোইরগনি হায়বা থাজবা ওমখিদে। ঐখোয়গী অৱাবদা মীয়ামগী লেপ্তুনা লাকখিবা অৱা-ফোঙদোকপগী পাউজেল কয়া ফংজবদা ইমুংগী কা অমদা অয়াম্বা মতমদা ৱা ইঙাং ঙাঙদনা লৈখিবা ঐগী ইপুরোইববু লৈবাক মীয়াম্না কয়ামুক নুংশিবী খঙজবদা অঙকপা অমা পোকচখি। ময়ামগী পাউজেলশিং অদুনা খাঙ্ঙম্রবা অৱাবা অসি মায়োক্নবা ঙম্নবা থৌনা হাপ্পীখি। মসিগীদমক মীয়ামগী মফমদা শিংঙমদবা লমন তোনশিঞ্জরে।

ইচাশিং অমসুং ইগুশিং ঐখোয় ময়াম্না অসুম খম্নজবদা, ময়াম্না থাবিরকখিবা মমল য়াম্নবা, পাঙ্গল হাপ্পীখিবা পাউজেলশিং, খবর অমসুং চেফোঙ কয়াদা ইবিরকখিবা ৱারেং-শৈরেংশিং পূন্নমক অদু খোমজিল্লগা ফীরোই নুমিত্তা ফোঙদোকসি হায়না লেপ্নজখি। ঙসি ফীরোই নুমিং অসিদা লৈখিদ্রবগী মফম লৈহৌরিবা ঐখোয়না লাইরিক অসি পূকচেল শেংনা খূদোল পীজরি। লাইরৈবাক্তগী ঐখোয়গী অচম্বা খূদোল অসি হরাওনা লৌবিগনি নীংঙ্জে। মসিগা লোয়ননা ঐখোয়না খোমজিঞ্জরিবা ৱরা অসি ময়ামগী মফমদা থমজরি।

নোঙ্গাত্রবা ইপুরোইবনা মানা ঙমজবা পংখৈ মনুঙদো লৈবাক্কী সেবা তৌজরম্বা অমসুং লৈবাক মীয়াম্না মহাকপু কদায়ফাওবা নুংশিবিরম্বগে হায়বদু খোমজিঞ্জরিবা লাইরিক অসিনা খরমখৈদি উৎপা ঙম্নগনি নীংঙ্জে। লৈখিদ্রবা ইপুরোইবনা মণিপুরী সাহিত্য, সংস্কৃতি অমসুং সমাজদা তৌসিনম্বা অবদানবু মশক খঙবদা লাইরিক মচা অসিনা খরমখৈদা ওইরবসু মতেঙ পাংবা ঙম্নবদি ফোঙজরিবীগী ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইজবা, পেঞ্জবা হায়বদু ওইরে।

লাইরিক অসি পুথোক্নবা অমসুং নম্নবা হোৎনবদা ইবুংঙো ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহনা মাগী অচিনবা মতম কয়া থাদোকপিদুনা অচৌবা মতেঙ অমা পাংবিখি। মাগী মতেঙ য়াওদনদি লাইরিক অসি ফোঙদোকপা ওইরম্লোই। মসিগীদমক্তা ইবুংঙোবু থাগৎচরি। অদুগা অথুবা মতমদা লাইরিক অসি নম্বগী অচৌবা দায়ত্ব লৌবিখিবা পদ্মা প্রিন্টর্সগী মেনেজর, ইচিন-ইনাও পূন্নমকপু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি। অদুগা অরোয়বদা, মফম কয়াদগী পাউজেল থাবিরকখিবা মীওইশিং, মখল-মখা কয়াগী ৱারেং-শৈরেং ইবিরকখিবা ইবুংঙো-ইবেম্মা পূন্নমকপুসু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎপা ফোঙদোকচরি অমসুং মখোয়গী মফম শিংঙমদবা লমন তোনশিঞ্জরে। অথুবা মতমদা ফোঙনবা হোৎনখিবদা করিগুম্বা অশোয়-অঙাম, চিথ-নাম্থবা, অরানবা য়াওরবসু ময়াম্না ঙাকপিগনি নীংঙ্জে।

জনুৱারী ৩০, ২০০১
ফাইরেন ৬ নি পানবা



নোম্লুকচরিবী,
শ্রীমতী এলাংবম ওংবী সুরোখোনী দেবী
এলাংবম লৈকায়, ইম্ফাল

# য়াওক্ৰম

১। সংস্থান অমদি লনাই মীওইশিংনো থাবিরকপা পাউজেল / ১

২। পাউ-চেশিংদা ফোঙখিবদগী লৌথোকচবা / ৫৭

৩। চেফোঙশিংদা ফোঙখিবদগী লৌথোকচবা / ১৩৫

৪। বাংলাদা ফোঙখিবশিংদগী লেংথোকচবা / ১৬৩

৫। শ্রদ্ধাঞ্জলি ওইনা ইবিরকখিবা শৈরেংশিং / ১৭৫



ঐহাকসু ভাইহিরি হে অশিবা!

নহাকপু খঙগে হায়দুনা

কোনশিনজগে হায়দুনা

চৎমিন্ননবা খুৎশান্ননা

মঙালগী লমদমদা

নুমিৎ লীশীং কয়াগী লৈবাক্তা।

— অশিবা

সংস্থান অমদি ললাই মীওইশিংনা থা পা পা

**DEPUTY SECRETARY TO THE GOVERNOR OF MANIPUR**

Raj Bhavan
Imphal
Feb 12 2000

**Dear Smt. Nilakanta Singh,**

**Shri** Ved Marwah, His Excellency, the Governor of Manipur is grieved to know about the sad demise of Shri E Nilakanta Singh which is a great loss to Manipur The Governor conveys his heartfelt condolences in your bereavement and hopes that God will give you strength to bear this irreparable loss

Yours sincerely
**H. Yaima Singh**

**CHIEF MINISTER**
**MANIPUR**

## CONDOLENCE MESSAGE

**It** is very shocking to hear the news of sudden death of Prof Elangbam Nilakanta Singh

Prof Elangbam Nilakanta Singh is a well-known pundit, scholar and critic He has played an active role in the development activities of Manipuri culture He was also associated with various social and cultural organisations With his sudden demise, the State has lost a valuable scholar

May the Almighty God rest his soul in peace I convey my heartfelt condolence on my behalf and on behalf of the people of Manipur to the bereaved family

Sd/-
**W. Nipamacha Singh**

**PROF. GANGMUMEI KAMEI**
MINISTER
FOREST & ENVIRONMENT AND LAW
MANIPUR

IMPHAL 795 001
D O No 4/Min(For/Env/Law)99 2000

Dt 14 2 2000

**Dear Smt. Surodhoni,**

**I** am extremely shocked to learn the sudden passing away of my former teacher and esteemed colleague Prof. E Nilakanta Singh who was a doyen of intellectuals of Manipur. Prof Nilakanta Singh was an academician, a writer, a literary critic, interpreter

of Manipuri culture and believer of Gandhian ideals, a bridge between Indian mainland culture and the indigenous cultural ethos of Manipur. His passing away is a personal loss to me and a great loss to Manipur and India's cultural world. He is well-known throughout the country.

I met him last time at the Raj Bhavan during the Republic Day at home of the Governor and I congratulated him on being awarded the Padma Shri Award which was overdue.

I share the bereavement of his wife and children.

May the God grant him ever-lasting peace.

Yours,
**Gangmumei Kamei**

**SAHITYA AKADEMI**

(National Academyof Letters)
**REGIONAL OFFICE, Jeevan Tara Bhavan**
23A/44X, Diamond Harbour Road, Calcutta - 700 053
Wire . Sahityakar Phone : 4781806
Fax (033) 4789375

16 February 2000

**Sahitya** Akademi, Regional Office, Calcutta is deeply shocked to learn the sad demise of Prof. Elangbam Nilakanta Singh.

As exponent of Manipuri dance and music, a critic of arts, a poet and a student of Philosophy, Nilakanta was long associated with the Akademi as a member of the Executive Board, General Council and Manipuri Advisory Board. An Akademi award winner for his collection of poems **Tirtha Yatra** in 1987. Nilakanta was a man of pleasant personality. His help and cooperation in various programmes of the Akademi will be long cherished.

The eastern regional office of Sahitya Akademi sincerely expresses its solidarity in grief with the members of the bereaved family.

Sd/-
**Dr. Ramkumar Mukhopadhyay**
Regional Secretary, Sahitya Akademi

**Family members of Late E. Nilakanta Singh**
**Keisamthong Elangbam Leikai, Imphal - 795 001**

**MANIPUR DRAMATIC UNION** Imphal
IMPHAL, MANIPUR Dt. 12.2.2000

## অবাবা ফোঙদোকপা

**মণিপুরগী** শক্লাইরবা কবি অমসুং স্কোলার এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা মশাগী য়ুম এলাংবম লৈকায়দা ফেব্রুৱারী তাং ১১, ২০০০ দা লৈখিদবদা মণিপুর ড্রামাটিক য়ুনিয়নগী মেম্বর অমদি আর্টিষ্টশিংনো অবাবা ফোঙদোকপগী মীফম অমা য়ুনিয়ন অসিগী পেট্রোন মেম্বর খাইদেম বিহারী সিংহনাময়ায় তাংবল সৌদুনা তাং ১২।২।২০০০ থাংজ নুমিৎকী নুংথিল পুং ৫ তাবা মতমদা ফমখি।

মীফম অদুনা লৈখিদ্রবনা মণিপুরী সাহিত্য, জগোয়-ঈশৈ, সংস্কৃতি অমদি থিয়েটরগী লমদা তৌরম্বা থবক কয়াবু নৌহৌননা অমুক শীংথানখি। মহাক ডি এম কলেজদা ওজা ওইরম্বগা লোয়ননা মণিপুর ষ্টেত কলা একাদেমীগী অহানবা সেক্রেটরী, মণিপুর ফিল্ম ডিবলপমেন্ট সোসাইটিগী অহানবা সেক্রেটরী লোয়ননা আর্ট এন্দ কলচর ডিপার্টমেন্টকী ডাইরেক্টরসু ওইরম্মী। মহাক্না তৌরম্বা থবক কয়াবু শীংথাবা ওইনা ভারত সরকারনা **পদ্মশ্রী** পীখি অমদি মহাক সাহিত্য একাদেমী মনাসু ফংখ্রবা মীশক অমনি।

মহাক্না লৈখিদবসি মণিপুরী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী লমদা অচৌবা মাঙজবা অমনি হায়না লৌই। ঙসিগী মীফম্না লৈখিদ্রবগী থবায়না মতম পুম্নমক্তা শান্তি ওইনা লৈনবা মিনিট ১ তুমিন্না লেপ্তুনা মপুংগী মফমদা থৌনিজখি।

অবাবা ফোঙদোকপগী বারেপ অসি ইমুং-মনুং, পাউ-চে অমদি রেডিওদা ফোঙদোকপা হায়না য়ানখি।

সহি/-
**খাইদেম বিহারী সিংহ**
সভাপতি

**MANIPUR DIVINE LIFE SOCIETY** Imphal
IMPHAL, MANIPUR Dt. 12.2.2000

## শোক প্রকাশ

ঙসি তাং ১২।২।২০০০ ইং, থাংজ নুমিৎকী নুংথিল পুং ২ তাবদা শ্রীলোংজম কুলবিধু সিংহ, ডিভাইন লাইফ সোসাইটি, ইম্ফাল ব্রাঞ্চকী ভাইস প্রসিদেন্টনা সভাপতি ওইবিদুনা শ্রীহুইরেম দেবেন্দ্রকুমার সিংহ, জেনরেল সেক্রেটরী, ডিভাইন লাইফ সোসাইটি, ইম্ফাল ব্রাঞ্চকী ময়ুম কৈশামথোং লাইশোম লৈরক্তা পদ্মশ্রী স্বর্গীয় এলাংবম নীলকান্ত সিংহজীগী অথুবা শোক সভা অমা পাঙথোকখি। সভা অসিদা স্বর্গীয়গী মরমদা শীংথাদুনা সর্ব্বশ্রীরাজকুমার মহাবীর সিংহ অমসুং শ্রীথিয়াম মুনিন্দ্র কুমার সিংহ, হান্নগী ডিভাইন লাইফ সোসাইটিগী প্রসিদেন্টনা য়াম্না মরীক চুম্না বা ঙাঙবিখি। সভা অসিনা স্বর্গীয় নীলকান্তজীগী আত্মানা ঈশ্বরগী খুয়াদা শান্তি ওইনা লৈনবা মিনিট ২ তুমিন্না লেপখৎতুনা প্রার্থনা তৌজখি। লোয়ননা লৈখিদ্রবগী পরিবারগী অবাবদসু শরুক য়াজরি।

মথক্কী বারোল অসি স্বর্গীয়গী ইমুং, রেডিও অমদি পাউ-চেশিংদা থাবা হায়না লেপ্পখি।

সহি/-
**লোংজম কুলবিধু সিংহ**
ভাইস প্রসিদেন্ট

**SURCHAND SHARMA MEMORIAL TRUST**
KHAGEMPALLI PANKHA, IMPHAL

## CONDOLENCE MEETING

**পদ্মশ্রী** প্রোঃ ই নীলকান্ত সিংহ, চেয়ারমেন, সুরচান্দ শর্ম্মা মেমোরিয়েল ট্রষ্টনা খঙহৌদনা তাং ১১।২।২০০০ ইং. ইরাই নুমিৎতা লৈখিদবদা অবাবা ফোঙদোকপগী মীফম অমা ট্রষ্ট অসিগী ওফিস খাগেমপল্লিদা তাং ১২।২।২০০০ ইং নুংথিল পূং ৩ তাবদা প্রোফেসর এল দামোদর সিংহনা সভাপতি ওইদুনা পাঙথোকখ্রে।

মেম্বরশিংনা প্রোঃ ই. নীলকান্ত সিংহনা সাহিত্য অমদি আর্ট অমসুং কলচরদা তৌবিরম্বা দান কয়া নৌহৌনা নীংশিংখি। মহাক লৈখিদবদা মেনখৎপা ঙম্নরোইদবা অহাঙবা অমা লৈহৌরগনি।

মেম্বরশিংনা মিনিট অনী তুমিন্না লেপ্তুনা অবাবা ফোঙদোকখি অমদি লৈখিদ্রবগী আত্মানা ঈশ্বরগী খুয়াখাদা শান্তি ওইনা লৈনবগীদমক প্রার্থনা তৌজখি। অবাবা ফোঙদোকপগী পাউজেল অমা লৈখিদ্রবগী ইমুং-মনুংদা পীবা হায়নসু ব্বারেপ্লখি। ইমুং-মনুংগী অবাবদসু শরুক য়াজরি।'

অবাবা ফোঙদোকপগী পাউজেল অসি পাউ-চেশিংদা ফোঙদোকপা হায়নসু ব্বারেপ্লখি।

সহি/-
প্রোঃ এল. দামোদর সিংহ
ভাইস চেয়ারমেন

ইম্ফাল
তাং ১২।২।২০০০

**ARTS SOCIETY MANIPUR**
KEISHAMTHONG MATHAK, IMPHAL - 795 001

Imphal
Dt. 12.2.2000

## অবাবা ফোঙদোকপা

**আর্টস** সোসাইটি, মণিপুরনা সোসাইটি অসিগী লাইফ অমসুং কার্য্যকারী সমিতিগী মেম্বর ওইবিরম্বা শরুাইরবা কবি, সমালোচক, সমাজ সেবক অমসুং এড়ুকেসন্নিষ্ট প্রোফেসর এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, পদ্মশ্রীনা ঙরাং মহাক্কী ময়ুম এলাংবম লৈকায়দা মশাগী চহী ৭৪ শুবদা মশাগী লায়না অমনা মরম ওইদুনা মতম চাদনা লৈখিদবদা মেম্বরশিংনা ঙসি সোসাইটিগী ওফিসতা মিনিট অনী তুমিন্না লেপ্তুনা অবাবা ফোঙদোকপগী সভা অমা সোসাইটিগী চেয়ারমেন শ্রীআর. কে. সি. এস. না সভাপতি ওইদুনা পাঙথোকখি।

অবাবা ফোঙদোকপা সভা অদুদা সর্ববশ্রী আর.কে. সি. এস., এল. শামু সিংহ, এ. চিত্রেশ্বর শর্ম্মা অমসুং টিএচ. তোম্বী সিংহনা থম্মোয় শোক্পা অবাবা ফোঙদোকপগী ব্বা ঙাঙখি।

সহি/-
থোইদিংজম তোম্বী সিংহ
সেক্রেটরী

# ওজা নীলকান্ত লৈখিদবদা পী. কে. এম. না অৱাবা ফোঙদোকপা

**পুন্সি** খোঙচৎ মরূপ (পি. কে. এম.) না ইম্ফালগী ঙসি উরিপোক্তা ফমখিবা মীফম অমনা সাহিত্য একাদেমী এবার্দি অমসুং হন্দক্তা **পদ্মশ্রী** মিংথোল ফংখ্রবা ওজা এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা ঙরাং অহীং লৈখিদবদা অৱাবা ফোঙদোকখ্রে।

মীফম অদুদা পি. কে. এম. গী মেম্বরশিংনা মিনিট অনী তুমিন্না লেপ্লুনা লৈখিদ্রবগী আত্মানা শান্তি ওইনা লাইরমলেন্দা তিনখিনবা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌখি, লোয়ননা, ওজা নীলকান্তগী পুন্সি ৱারী নীংশিংনেখিবগা লোয়ননা মহাক লৈখিদবা অসি মণিপুরগীদি মতম শাংনা মেনশিনবদা ৱারগদবা অমাঙবা অমনি হায়না শীংথানখি।

নীলকান্ত এম. এ., এল. এল. বি. নি। ডি. এম. কলেজগী ফিলোসোফীগী লেকচরর ওইনা ১৯৫৩ দগী থবক তৌবা হৌখি। সেনিয়র লেকচরর অমদি হেড ওফ ডিপার্টমেন্ট ওইনা প্রোমোসন ফংলবা মতুংদা ১৯৭২-৭৩ দা মণিপুর স্টেট কলা একাদেমীগী সেক্রেটরী ওইনা ডিপুটেসনদা লৈখি। ১৯৮০-৮৬ ফাওবা সোসিয়েল ৱেলফেয়র, আর্টস এন্দ কলচরগী ডাইরেক্টর ওইখি। মণিপুর য়ুনিবর্সিটিগী কনসল্টেন্ট ওইরম্মী।

নীলকান্ত সাহিত্য অমদি কলা-সংস্কৃতিগী লমদা চহী কয়ামরুম লেপ্তুনা থবক পায়খৎলকখি। চহী ২০ লোম হেন্না রাজ্য অসিগী চেফোঙশিং অমদি নুংতিগী ফোঙবা খবর-কাগজশিংদা লিটরেরী, থিয়েটর, ডান্স, ম্যুজিক অমদি আর্ট ক্রিটিক ওইনা খুৎশঙদুনা লাকখি। **'মীথয়োং'** সম্পাদন তৌখি, কলচরেল ফোরমগী ফাউন্দর মেম্বরনি। **'ঋতু'** অমদি **'সাহিত্য'** গী সম্পাদক ওইরম্মী। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী টার্ম অহুমক জেনেরেল সেক্রেটরী ওইখি। ১৯৭১ দা সাহিত্য একাদেমীনা ফোঙদোখিবা রবীন্দ্র নাচোম ভোলুম বাঙগীদমক্তা টেগোরগী বাংলা শৈরেংশিং অনুবাদ তৌখি। ১৯৭২-৭৮ দা ফাওবা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীগী ভাইস চেয়ারমেন ওইখি মণিপুর সঙ্গীত মহাবিদ্যালয় (গভর্ণমেন্ট ম্যুজিক কলেজ) গী এক্স-প্রসিদেন্টনি। ১৯৭৫-৭৮ দা হিমালয় সেবা সঙ্ঘ, মণিপুরগী চেয়ারমেন ওইরম্মী। ১৯৮০-৮৪ ফাওবা মণিপুর ফিলম ডিবলপমেন্ট কাউন্সিলগী সেক্রেটরী ওইরম্মী। সাহিত্য একাদেমী অমদি সঙ্গীত নাটক একাদেমীগী একজিকুটিব বোর্ড অমদি জেনেরেল কাউন্সিলগী মেম্বর মথং শীংনা ১৯৭২-৮৩ অমসুং ১৯৭৩-৭৮ ফাওবা ওইখি। ১৯৭৫-৭৮ দা ললিত কলা একাদেমীগী জেনেরেল কাউন্সিলগী মেম্বর ওইরম্মী। শ্রীঅরবিন্দ সোসাইটিগী সেক্রেটরী, ওল ইন্দিয়া ওরিয়েন্টেল কনফরেন্সকী ফেলো, শ্রীচৈতন্য সেবা মন্দলগী ভাইস প্রসিদেন্ট অমসুং নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি অমসুং শ্রীশ্রীগোবিন্দজী নৃত্যনালয়গী প্রসিদেন্ট ওইরম্মী।

লমদম অসিগী সেমিনারশিং অমসুং অমদি নেসনেল সেমিনারশিং য়াওবদা নত্তনা ইন্টরনেসনেল সেমিনার কয়াদসু নীলকান্ত শরুক য়ারুই। ইষ্ট-ৱেষ্ট থিয়েটর (১৯৬৬) ইন্টরনেসনেল সর্বোদয় কনফরেন্স (১৯৬৯), ইন্টরনেসনেল গান্ধী সেমিনার (১৯৭৭), ইন্টরনেসনেল আনন্দ কুমারস্বামী সেমিনার (১৯৭৭), ইন্টরনেসনেল ত্রায়েনেল সেমিনার, নিয়ু দিল্লী (১৯৭৭), ইন্টরনেসনেল সেমিনার এন্দ ৱার্কশোপ ওন ইন্দিয়ান ডান্স (১৯৮৩), ৱার্ল্ড কঙ্গ্রেস ফোর ডি সিন্থেসিস ওফ সাইন্স এন্দ রিলিজন (১৯৮৬), ইন্টরনেসনেল মহাভারত সেমিনার (১৯৮৭) নচিংবদা মহাক শরুক য়াখি। নীলকান্ত ১৯৬৫ দা শ্রীলঙ্কাদা ইন্দিয়ান কলচরেল ডেলিগেসনগী মেম্বর ওইনা চৎলুই। ১৯৭১ দনা ইন্দো ইউরোপিয়ান কলচরেল একচেঞ্জ প্রোগ্রামগী মতাঙদা আর্ট ক্রিটিক-কম-রাইটর ওইনা মহাক হঙ্গেরী, জি. ডি. আর. অমসুং ফ্রান্সতা চৎলুই।

নীলকান্তনা ফোঙখিবা লাইরিকশিংদি **'অচাইবা লৈ'** (১৯৫৭— লিটরেচর অমদি কলচরদা এসে ওইনা ইবা), **'মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ'** (১৯৬৮ প্রোসোডি), **'মতমগী ৱাখল'** (১৯৭৪, এসে), **'চৎলসিনে কদায়দনো ইবানী'** (১৯৭১— শৈরেং লাইরিক), **'এসপেক্স ওফ ইন্দিয়ান কলচর'** (১৯৮৪), **'তীর্থ যাত্রা'** (১৯৮৫) নি। মসিগী মথক্তা মহাকময়াম্না খঙনরবা থূদম ওইনা মার্গ, কলচরেল ফোরম, ইন্দিয়ান লিটরেচর, সঙ্গীত নাটকনচিংবা জর্নেলশিংদা ইংরাজী লোন্দা আর্টিকল কয়ামরুম ফোঙখি। মহাক্না ইবা **'তীর্থ যাত্রা'** হায়রিবা শৈরেং লাইরিক অদুগীদমক্তা নিয়ু দিল্লীগী সাহিত্য একদেমীনা ১৯৮৭ কী সাহিত্য একাদেমী এৱার্দ পীখি।

**THOUGAN MARUP**

(Manipur Educational & Social Welfare Association)
Jaffirbond, Hailakandi, Assam

Dt. 12.2.2000

To
**Mrs. Nilakanta Elangbam**
Keisamthong, Elangbam Leikai
Imphal-795001

**Thaugan** Marup, HQ. Jaffirbond, Dt- Hailakandi, Assam in its Condolence Meeting held at 12th Feb. 2000 at the Sanggai of Kavi Sanamacha, Lala, expressed the deep sense of sorrow at the sudden demise of Kavi Elangbam Nilakanta, a National scholar and Padmashree Awardee at his residence Imphal on 11th Feb. 2000. And observed two minutes silence as a mark of respect to the departed soul. The meeting feels that we are losing a great son of the nation and resolved to convey the same message to his bereaved family.

May his soul rest in peace.

**Ch. Babuton Singha**
Gen. Secretay,
Thaugan Marup, ,

**Th. Benu Babu Singha**
President,
Jaffirbon

**MANIPUR SANSKRIT PARISHAD**

**D.M. COLLEGE CAMPUS, IMPHAL**

Dt. Imphal, the 12th Feb. 2000

## CONDOLENCE MEETING

**The** staff of Manipur Sanskrit Parishad and Adhyapakas and students of Imphal Sanskrit Tol condoled the sudden demise of Padmashri Prof. E. Nilakanta Singh who is also the Vice President of the Parishad by observing 2 minutes silence in a Condolence Meeting held at the Parishad office on Saturday, the 12 th Feb/2000 at 1 p.m. with Shri G. Chandrakumar Sharma on the Chair and prayed to the Almighty God for the peace of the departed soul.

Sd/-
**H. Gourachandra Sharma**
General Secretary,
Manipur Sanskrit Parishad, Imphal

ওঁ নমঃ ভগবতে বাসুদেবায়

**The Geeta Kendra, Manipur**

HQ - Uripok Huidrom Leikai, Imphal - 795 001

Date 12.2.2000

## শোক প্রকাশ

ঙসি তাং ১২।২।২০০০ ইং, থাংজ নুমিৎকী অয়ুক পুং ৯ তাবদা শ্রীথোকচোম প্রীয়োজীৎ সিংহ, ভাইস প্রসিদেন্ট, গীতা কেন্দ্র মণিপুরনা সভাপতি ওইবিদুনা শ্রীফুরাইলাৎপম কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মা শাস্ত্রীজীগী মান্দপ, উরিপোক হুইদ্রোম লৈকায়, ইম্ফালদা পদ্মশ্রী স্বর্গীয় এলাংবম নীলকান্ত সিংহজীগী অথুবা শোক প্রকাশ অমা পাঙথোকখি। সভা অসিদা স্বর্গীয়গী মরমদা শীংথাদুনা গীতা প্রেমীশিংনা ৱা ঙাঙবিখি। সভা অসিনা স্বর্গীয় নীলকান্তজীগী আত্মানা ঈশ্বরগী খূয়াদা শান্তি ওইনা লৈনবা মিনিট অনী তূমিন্না লেপখৎতুনা প্রার্থনা তৌজখি। লোয়ননা লৈখিদ্রবগী পরিবারগী অবাবদসু শরুক য়াজরি।

মথক্কী ৱারেপ অসি স্বর্গীয়গী ইমুং, রেডিও অমদি পাউ-চেশিংদা থাবা হায়না লেপ্লখি।

সহি/-

**শ্রীথোকচোম প্রীয়োজীৎ সিংহ**

ভাইস প্রসিদেন্ট, গীতা কেন্দ্র, মণিপুর

উরিপোক হুইদ্রোম লৈকায়, ইম্ফাল

**Sangeet Kala Sangam**

Khurai Lamlong Bazar,
Imphal - 795 010, Manipur

Date 13.2.2000

## CONDOLENCE

**A** Condolence Meeting was held on the 13th February, 2000 Sunday at 7.30 a.m. in connection with the demise of Padmashree (late) Ojha E. Nilakanta Singh, an extra ordinary figure and observed two minutes silence for peaceful living of the departed soul in heaven and resolved unanimously to share the pang and sorrow of the bereaved family by sending a copy of the Condolence Letter to the family.

Sd/-

**S. Birendra Singh**

Secretary,

Sangeet Kaka Sangam

## শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য সেবা মণ্ডল
**মণিপুর**

তাং ১৩।২।২০০০

তাং ১৩।২।২০০০ ওরাং তাং ১২।২।২০০০, থাংজ নুমিৎতা শ্রীহরাইবম রণবীর সিংহগী য়ুমদা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য সেবা মণ্ডল, মণিপুরগী কার্য্যাকারী সমিতিগী মীফমদা পদ্মশ্রী শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবগী মরমদা য়াম্না নুংঙাইতবা অরাবা ফোঙখি; মণিপুরগী সাহিত্য, কলা, সংস্কৃতি অসিনচিংবগী মরীদা মহাক্না তৌরম্বা খুদোল কয়াগী মরমদা শীংথানখি অমসুং মহাক্কী আত্মা শান্তিগীদমক ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌখি। শ্রীরণবীর সিংহনা সভাপতি ওইখি।

## গীতা চক্র

তাং ১৩।২।২০০০ ওরাং তাং ১২।২।২০০ থাংজ নুমিৎকী নুংথিল পূং ১ তাবদা গীতা চক্রগী ওফিসতা গীতা চক্রগী কার্য্যকারী সমিতিগী মীফমদা পদ্মশ্রী স্বর্গীয় এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবা অসিদা য়াম্না নুংঙাইতবা ফোংদোক্লখি। মণিপুরী সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতিগী ক্ষেত্রদা মহাক্কী মহৎ শিনবা রানা থেক্লনি হায়নখি। লৈখিদ্রবগী আত্মা শান্তিগীদমক প্রার্থনা কৎখি। লৈহৌরিবা ইমুংগী অরাবা শরুক য়াবগা লোয়ননা মপুন্না মহাকপু অনৌবা শিষ্য্য অমগীদমক্তা পুম্রবনি হায়বা পুক্নীং ফাথবগী বাসু ফোঙদোক্লখি। শ্রীগুরুময়ুম চন্দ্রকুমার শর্ম্মনা সভাপতি ওইখি।

সহি/
**হরাইবম রণবীর সিংহ**
কনভেনর
গীতা চক্র, উরিপোক

## MANIPURI MANOHARSHAI SABHA
**KEISHAMTHONG AHANTHEM LEIKAI**
**IMPHAL - 795 001**

Date 13.2.2000

তাং ১৩।২।২০০০ ইং. নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক পূং ৯ তা বদা শ্রীঅহন্থেম ব্রজচান্দ সিংহগী য়ুমদা ফমখিবা মণিপুরী মনোহরশাই সভা অমসুং মণিপুর গৌড়ীয় মোৎ কীর্ত্তন সমাজগী সদস্যাশিংগী অপুনবা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহগী শোক প্রকাশ সভাদা চৎথখিবা হীরমশিং ঃ

**বারেপ নম্বর ১ঃ** মণিপুরী মনোহরশাই সভাবু লিংখৎনবগীদমক্তা ষ্টেট কলা একাদেমীগী সেক্রেটরী ওইনা ইং ১৯৭৩ দা লময়ানবা ওইনা থবক পায়খৎপিরকখিবা অমদি মতম অদুদগী হৌনা হৌজিক ফাওবদা মণিপুরী মনোহরশাই সভা অমসুং মণিপুর গৌড়ীয় মোৎ কীর্ত্তন সমাজগী চহী খুদীংগী থৌদোকশিংদা মতম শাংনা চীৎথদনা য়াওবিরম্লবা. ঈশৈ অমদি ধর্মগী লমদা থোইদোক-হেন্দোক্না থবায়য়াওনা মণিপুরী সমাজগী সেবা তৌবিরম্বা প্রোফেসর এলাংবম নীলকান্ত সিংহ পদ্মশ্রীনা খঙহৌদনা তাং ১১।২।২০০০ ইং ফাইরেনগী ৬ নি পানবা ইরাই নুমিৎতা লৈখিদবদা মণিপুরী মনোহরশাই সভা অমদি মণিপুর গৌড়ীয়

মোৎ কীর্ত্তন সমাজগী সদস্যশিংনা থম্মোয় শোক্না অৱাবা ফোঙদোকচরি।

শ্রীনীলকান্ত সিংহনা মনুং-মতম চাদনা, খঙহৌদনা লৈখিদবসিনা মণিপুরী সমাজগী ধর্মগী লম্বীদা, কলা সংস্কৃতিদা অমদি অতৈ হীরম কয়ামরুমদা য়াম্না চাউবা অমাঙবা অমদি অমুক হন্না মেনখৎপা ঙম্লরোইদবা অৱাৎপা অমা লৈহৌরবনি। লৈখিদ্রবা ওজা নীলকান্তগী মফমদা ঐখোয়গী থম্মোয়না তৌবিমল খঙবা উৎচরি। কবি নীলকান্তগী আত্মানা শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী চরন্দা আশ্রয় লৌজদুনা শ্রীকৃষ্ণদা সেবা ফংখিনবা ঐখোয়না মহাপ্রভুগী চরন্দা খুরুমজরি।

**ৱারেপ ২ শুবাঃ** মথক্কী ৱারেপসিগী কোপি অমমম্ ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফাল অমদি নিতিগী ফোঙবা পাউ-চেশিংদা অমসুং লৈখিদ্রবগী ইমুংদা কোপি অমমম্ থাবা হায়না লেপ্পরে।

সহি/

**এন. তোম্বী সিংহ,**

সভাপতি

মণিপুর মনোহরশাই সভা

**THE ISLAMIC CULTURAL & RESEARCH ASSOCIATION (ICRA)**

MANIPUR, IMPHAL

HEAD OFFICE, PAONA BAZAR, IMPHAL-795001

Date 13.2.2000

## অৱাবা ফোঙদোকপা

**অনৌবা** মণিপুরী শৌরেংগী লময়ানবা কবি অমা ওইবদা নত্তনা শিক্ষা, সাহিত্য, অমসুং কলা-সংস্কৃতিগী শরুাইরবা পণ্ডিত অমা ওইনা মীয়াম্না শক খঙনরবা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ পদ্মশ্রীনা খঙহৌদনা হৌখিবা তাং ১১।২।২০০০ ইংগী অহীংদা লৈখিদবদা ইস্লামিক কলচরেল এন্দ রিসার্স এসোসিয়েসন (ইকরা), মণিপুরগী অখণ্ণবা অৱাবা ফোঙদোকপগী মীফম অমা ঙসি অয়ুক পুং ৮.৩০ তাবা মতমদা প্রসিদেন্ট, জনাব মুহম্মদ অব্দুর রহমান্না সভাপতি ওইবিদুনা পাঙথোকখি। ঙসিগী মীফম অসিনা শ্রীনীলকান্তনা মণিপুরী সাহিত্য অমদি কলা-সংস্কৃতিবু ভারত অমদি পৃথিবীগী জাতি অতৈদা শক তাকুবা হোৎনবিরম্বগী থৌদাংবু নৌহৌনা শীংথাখি। মহাক্না লৈখিদবসি হীরম অসোমদা মেনশিনবা ঙম্লরোইদবা অৱাৎপা অমা ওইহৌরগনি হায়না লৌবগা লোয়ননা মহাক্কী থৱায়না লাইরমলেন্দা শান্তি ওইনা লৈরুনবগীদমক তিল্লিবশিংনা মিনিট অনী তুমিন্না লেপখৎতুনা অৱাবা ফোঙদোকখি।

ঙসিগী অৱাবা ফোঙদোকপগী ৱারোল অসিগী কোপি অমা মহাক কায়নবগী অৱাবা নংলবা ইমুংদা ঐখোয়সু অৱাবদা শরুক য়াজরি হায়না থাবগা লোয়ননা মেদিয়াশিংদসু কোপি থাবা হায়না লেপ্পরে।

সহি/-

**মুহম্মদ অব্দুর রহমান**

সভাপতি

সহি/-

**কয়ামুদ্দিন পুল্লীময়ুম**

জেনরেল সেক্রেটরী

**THE MANIPUR GITA MANDAL**
PAONA BAZAR, IMPHAL
REGD. NO. XXI OF 1958-59
UNDER THE SOCIETIES REGN. ACT. 1860

Date 13.2.2000

## শোক প্রকাশ

মণিপুর গীতা মণ্ডলগী লিরবা অমদি থোইদোক্লা শীংথানীংঙাই ওইরবা সদস্য ওইবিরম্লা পদ্মশ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা ইখঙ খঙহৌদনা স্বর্গতী ওইখিবদা মণ্ডলগী সদস্য পুম্নমক্না থম্মোয় শোক্না অরাবা ফোঙদোকখি। অশেংবমক্কী স্বর্গীয়না থাদোকপিরম্বগী অহাঙবা অসি মেনশিননা ঙমদনা লৈরগনি। ঙসিগী সৎ-সঙ্গগী সভা অসিদা স্বর্গীয়গী আত্মানা পরমাত্মাগী খুয়াদা চঙজদুনা শান্তি ওইনা তিনখিনবা মিনিট অনী লেপখৎতুনা প্রার্থনা তৌজখি। সভানা স্বর্গীয়গী ইমুং-মনুংগী অরাবদসু শরুক য়ারি হায়না ফোঙদোকখি।

সহি/-
**শ্রীশমুরাইলাৎপম অপাবী শর্ম্মা,**
সভাপতি
মণিপুর গীতা মণ্ডল

# মণিপুর হিন্দী পরিষদ, ইম্ফাল

এসেমব্লী রোড, ইম্ফাল, মণিপুর - ৭৯৫ ০০১

## শোক প্রকাশ

ঙসি তাং ১৩।২।২০০০ গী অয়ুক পুং ১১ তাবা মতমদা মণিপুর হিন্দী পরিষদ ইম্ফালগী সভা ভবন্দা তিনখিবা পরিষদকী সদস্যাশিংনা হৌখিবা ইরাই তাং ১১।২।২০০ দা খঙহৌদনা লৈখিদ্রবা মণিপুরগী শক্লাইরবা কবি, সাহিত্যকার অমদি সমাজ সেবী প্রোঃ এলাংবম নীলকান্ত সিংহগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলী কৎখি অমসুং লৈখিদ্রবা প্রোঃ নীলকান্ত সিংহগী আত্মা শান্তিগীদমক ঈশ্বরদা মিনিট অনী লেপ্তুনা প্রার্থনা তৌখি অমদি শান্তি পাঠ তৌখি।

শোক সভা অসিগী সভাপতি ওইখিবা নীলবীর শর্ম্মা শাস্ত্রী, শ্রীডাঃ আই. এস. কাঙ্জম অমদি শ্রীডাঃ লনচেনবা মীতৈনা প্রোঃ নীলকান্তগী মরমদা শম্নমা বারোল খরা সভাগী মফমদা থমখি।

সহি/-
**নবীনচান্দ**
সেক্রেটরী

**ARYAN THEATRE**
SAGOLBAND ROAD, IMPHAL, MANIPUR (INDIA)
Regd. No. 32 of 1962

Date 13.2.2000

## পদ্মশ্রী শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা খণ্ডহৌদনা লৈখিদবদা অৱাবা ফোঙদোকপা

ঙসি ফেব্রুৱারীগী তাং ১৩।২।২০০০ ইং. নোংমাইজিং নুমিৎকী নুংথিল পুং ৬ তাবা মতমদা এরিয়ান থিয়েটরগী মেম্বরশিংনা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা হৌখিবা তাং তাং ১১ গী নুমিদাংদা খণ্ডহৌদনা লৈখিদবদা অৱাবা ফোঙদোকপগী মীফম অমা এরিয়ান থিয়েটরগী প্রসিদেন্ট শ্রীঅরাম্বম সমরেন্দ্রনা সভাপতি ওইদুনা পাঙথোকখি। এরিয়ান থিয়েটরগী মেম্বরশিংনা পদ্মশ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা মণিপুরী সংস্কৃতি অমদি সাহিত্যদা তৌরম্বা থবকশিংবু নৌহৌননা নীংশিংদুনা মহাক্না মণিপুরী সমাজদা তৌবম্বা দানবু শীংথাখি। শ্রীনীলকান্ত সিংহনা সৌরম্বা অমদি মণিপুরী সমাজগী মেনখৎপা ওয়াংরোইদবা অমাঙবা অমনি হায়না থম্মোয় শোক্না অৱাবা ফোঙদোকখি অমদি ইমুং-মনুংগী অৱাবদা শরুক য়াখি। মেম্বরশিংনা মিনিট অনী তুমিন্না লৈদুনা লৈখিদ্রবগী আত্মা শান্তিগীদমক ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজখি।

অৱাবা ফোঙদোকপগী পাউ অসি ইমুং-মনুংদা য়ৌহনখিবা অমসুং রেডিওং অমদি খবরগী থোঙদা ফোঙদোকপা হায়না লেপখি।

সেক্রেটরী
এরিয়ান থিয়েটর, ইম্ফাল

## অৱাবা ফোঙদোকপা

**হন্দক্তা** ভারত সরকারনা **পদ্মশ্রী**গী মিংথোল পীদুনা ইকায় খুম্নবিখ্রবা লৈবাক্না শকখঙনরবা ওজা এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা ঙরাং তাং ১১।২।২০০০ ইংগী নুমিদাং পুং ১১.৩০ তাবা মতমদা মশাগী য়য়ুম কৈশামথোং এলাংবম লৈকায়দা খণ্ডহৌদনা লৈখিদ্রে তাবদা দি কলচরেল ফোরমগী মেম্বরশিংগী থম্মোয়দা হায়নীংঙাই লৈতনা অৱাবা ফাওখি। লৈখিদ্রবা এলাংবম নীলকান্ত ফোরম অসিগী সভাপতি অমদি ফোরমনা ফোঙবা 'ঋতু' গী সম্পাদকসু ওইরম্মী। মণিপুরী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী লমদা শীংথানীংঙাই ওইবা দান কয়া তৌবিরম্লবা কবি, পণ্ডিত, সমালোচক অসিনা লৈখিদবদা ফোরমনা অৱাবা ফোঙবগী সভা অমা ঙসি তাং ১২।২।২০০০ ইং নুমিদাংবাইরম পুং ৫ তাবদা ফোরমগী ওফিসতা ফোরম অসিগী প্রসিদেন্ট শ্রীখাইদেম নবকুমার সিংহনা সভাপতি ওইদুনা ফমখি। ফোরমগী মেম্বরশিংনা মিনিট অনী বা ঙাঙদনা লেপ্তুনা লৈখিদ্রবগী আত্মা শান্তিগীদমক ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজখি লোয়ননা লৈখিদ্রবগী ইমুং-মনুংগী অৱাবদা শরুক য়াবগী বারেপসু লৌখি।

অদোমগী,
**ডাঃ এনজিঃ নবচন্দ্র সিংহ**
জেনেরেল সেক্রেটরী,
দি কলচরেল ফোরম মণিপুর

**ART AND CULTURE DEPARTMENT**
**GOVERNMENT OF MANIPUR**

To,

**Shrimati Elangbam Ongbi Surodhoni Devi**
Elangbam Leikai, Imphal.

## CONDOLENCE MEETING

Madam,

**We** are deeply aggrieved to record the sad demise of Prof. E. Nilakanta Singh (Padmashree) who had been source of inspiration for the Directorate for many years. It is a great loss for all of us.

I, on behalf of all officers and employees of the Department, express our heartfelt condolence on the demise of our beloved ojah. We share the pain of the bereaved family, friends and relatives. May his soul rest in peace.

Sd/-
**Kh. Sorojini Devi**
for Director

**FREE PROGRESS ACADEMY**
Regd. No. 5460
Post Box-17, Imphal
Pin - 795001, Manipur

## অবাবা ফোঙদোকপা

**পদ্মশ্রী** শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবদা 'ফ্রী প্রোগ্রেস একাদেমী' মণিপুর অমসুং রেষ্ট বেঙ্গল সেন্টরগী টিচিং অমসুং নন-টিচিং ষ্টাফশিংনা অবাবা ফোঙদোকপগী মীফম অমমম্ পাঙথোক্লুনা মহাক্কী তৌরম্বা থবকশিং শীংথাখ্রে। লোয়ননা ইমুং-মনুংগী অবাবদা শরুক য়াবগী পাউজেল অমসু থাখ্রে।

সহি/-
**এল. ইন্দ্রকুমার সিংহ**
সেক্রেটরী
ফ্রী প্রোগ্রেস একাদেমী

**THE ATOMBAPU RESEARCH CENTRE**

Sagolband Road, Imphal

তাং ১৩।২।২০০০ইং

## পদ্মশ্রী শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা লৈখিদবদা অবাবা ফোঙদোকপা মীফম

অতোম্বাপু রিসার্চ সেন্টরগী একজিকুটিব কমিটিগী মেম্বর ওইনা কুইনা থৌ পুবিরম্লবা পদ্মশ্রী শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা খঙহৌদনা হৌখিবা ফেব্রুবারী তাং ১১ দা লৈখিদবা অসিদা রিসার্স সেন্টরগী অবাবা ফোঙদোকপগী মীফম অমা ঙসি ফেব্রুবারী তাং ১৩, নোংমাইজিং নুমিৎকী নুংথিল পুং ৩.৪০ তাবদা রিসার্চ সেন্টরগী প্রসিদেন্ট শ্রীনিংথৌজম খেলচন্দ্র সিংহনা সভাপতি ওইদুনা পাঙথোকখি।

রিসার্চ সেন্টরগী মেম্বরশিংনা শ্রীনীলকান্ত সিংহনা মণিপুরী সংস্কৃতি অমদি সাহিত্যগী মরমদা তৌরম্বা অবদানবু শাংথাদুনা রা চাঙখি অমদি শ্রীনীলকান্তনা খঙহৌদনা লৈখিদবা অসিদা নিঙমদবা, অবাবা অমদি লৈবাক অসিগী মেনখৎপা ঙম্নরোইদবা অমাঙবা অমনি হায়না ফোঙদোকখি। মেম্বরশিংনা মিনিট অনী তুমিন্না লেপ্তুনা স্বর্গীয়গী আত্মা শান্তিপীদনক ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌখি, মেম্বরশিংনা ইমুং-মনুংগী অবাবদা শরুক য়াজরি।

অবাবা ফোঙদোকপগী পাউ অসি ইমুং-মনুংদা য়ৌহনখিবা অমদি পাউ-চে অমদি রেডিওগী থোঙদা ফোঙদোকপা হায়না লেপ্লখি।

সহি/-

**কনভেনর**

**MANIPUR ASSOCIATION FOR SCIENCE AND SOCIETY**

**INTEGRATION HOUSE**

PALACE COMPOUND, IMPHAL

ঙসি নোংমাইজিং নুমিৎ, ফেব্রুবারী তাং ১৩, ইং ২০০০, অয়ুক পুং ১০ তাবা মতমদা Manipur Cultural Integration Conference (MCIC); Manipur Association for Science and Society (MASS); FACE; INTACH; Manipur Chapter অমসুং All Burma Student's League (ABSL), Imphal গী অপুনবা মীফম অমা ইম্ফালগী পেলেস কম্পাউন্দদা লৈবা ইন্টিগ্রেসন হাউসতা MASS কী প্রসিদেন্ট, শ্রীই. য়াইমা সিংহনা সভাপতি ওইবিরগা পাঙথোক্তুনা মণিপুরগী Cultural Integration, Peace, Communal Harmony অমসুং Environment কনবগী লমদা পুক্নি কৎথোকখ্রবা সোসিয়েল এক্টিভিষ্ট, পদ্মশ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবদা অবাবা ফোঙদোকখি।

ঙসি তিল্লিবা সভানা লৈখিদ্রবা ওজাগী আত্মাবু ইকায়খুম্নবা উৎতুনা মিনিট অনী তুমিন্না লেপ্তুনা লৈখি।

সহি/-

**ই. য়াইমা সিংহ**

প্রসিদেন্ট

**Extract of the resolution passed by the Executive Committee**
**ALL MANIPUR KANG ASSOCIATION, MANIPUR**
**in its meeting held on 13.2.2000.**

**Condolence** Meeting অমা ঙসি তাং ১৩।২।২০০০ ইংদা এলাংবম বীনোয়কুমার সিংহগী য়ুমদা All Manipur Kang Assn. গী একজিকুটিব বোর্দগী অখন্নবা মীফম অমা পাঙথোকখি। হায়রিবা মীফম অসিদা পদ্মশ্রী প্রোঃ ই. নীলকান্ত সিংহনা খঙহৌদনা লৈখিদবদগা মরী লৈননা মিনিট অনী তুমিন্না লেপ্তুনা অরাবা ফোঙদোকখি। শ্রীনীলকান্ত সিংহনা মণিপুরগী কাং হায়বা মশান্না অসি চাওখৎনবগীদমক অহানবা ওইনা সেমিনার অমা ১৯৭২ দা শীনবিখি। অদুগা ওল মণিপুর কাং এসোসিয়েসনগী মরুওইবা অথৌবা ওইনা মশান্না অসিবু চাওখৎনবা হোৎনরম্বা পূন্নমকপু নীংশিংলকখি।

সহি/-

সেক্রেটরী

## CONDOLENCE MEETING

ঙসি তাং ১৩।২।২০০০ ইং. নোংমাইজিং নুমিৎ নুংথিলগী পুং ৩.৩০ তাবা মতমদা GUMSU (GMSA) না শীন্দুনা গৌহাটি য়ুনিবর্সিটিদা প্রোফেসর ডাঃ এন. সনাজাওবা সিংহনা ময়াম্ব তাংবল লৌবিদনা ওজা ই. নীলকান্ত সিংহনা লৈখিদবদা নুংঙাইতবা ফোঙদোকপগী থৌরম অমা পাঙথোকখি। থৌরম অসিদা ওজা নীলকান্তনা লৈখিদবা অসি লৈবাক্কী অমদি মীয়ামগী ওইনা য়াম্না চাউবা অমাঙবা অমনি হায়না ফোঙদোকপগা লোয়ননা মিনিট অনী তুমিন্না লেপ্তুনা অরাবা ফোঙদোকখি।

হায়রিবা ৱারেপ অসিগী কোপি অমসু লৈখিদবগী য়ুমদা থাবা হায়নসু য়ানরে।

সহি/-

এন. সনাজাওবা

**THE UNITED RELIGIONS INITIATIVE,**
Manipur Charter (North-East India)
Sangaiprou, Airport Road, Imphal

## CONDOLENCE MEETING FOR PROF. E. NILAKANTA SINGH

**The** following resolution was adopted in the Condolence Meeting held on Feb. 13, 2000 at Gurudwar, Thangal Bazar, Imphal with Md. Riyazuddin Choudhury in the chair.

The members of the United Religions Initiative, Manipur Charter (North-East India) condoled the sad demised of Padmashree (Prof.) Elangbam Nilakanta Singh, an educationist, a noted writer and critic with vast knowledge and information in the literary, social, cultural and spiritual fields having associated with many organisations particularlly in Manipur, who left

this material world for his eternal abode on 11th Feb 2000 at his residence Lilangbam Leikai leaving behind his wife 2 sons and 2 daughters with 2 minutes silence and short speeches highlighting his rare qualities The members and invitees present prayed to God that he may continue to serve at His lotus feet eternally

A Copy of the condolence meeting be sent to the press as well as family members

Sd/-
**Radhamohon Das**
Secretary
URI Manipur Charter

Sd/
**Md Riyazuddin Choudhury**
President
URI Manipur Charter

## NAHAROL SAHITYA PREMME SAMITI

Keishampat Madhubhavan Imphal

## অবাবা ফোঙদোকপা

মণিপুরগী [illegible] অমসুং পণ্ডিত [illegible] নীলকান্ত সিংহ [illegible] পদ্মশ্রী [illegible] মাঙজবা অমনি [illegible]

[illegible]

ড° এন তোম্বা সিংহ
[illegible]

## THE MAHARAJA NARA SINGH MEMORIAL COMMITTEE, IMPHAL

## CONDOLENCE

**The** Executive Board of the Maharaja Narasingh Memorial Committee in its emergency meeting held on 13 2 2000 condoled the sad demise of Padmashri E Nilakanta Singh

Eminent scholar and writer Padmashri Nilakanta Singh who passed away at his

residence in Keisamthong Elangbam Leikai Imphal on 11.2.2000 was a founder and life member of this Committee. Indeed his death is a great loss for this Organisation and Manipur. The members of the committee share the grief and sorrow of the family of late Nilakanta Singh.

Sd/-
**R.K. Meghajit Singh**
*Secretary*

## শ্রীমতী এলাংবম ওংবী ইবেম্মা অমসুং পরিবার পূন্নমক

**ইকায় খুম্নজরবী,**

**ঈশ্বরগী** লীলা অঙকপনি। ইবুংঙো নীলকান্তনা খঙহৌদনা লৈত্রে হায়বা পাউ ফংজবদা সভানা অঙকপা ওইনা মেনবা ঙম্নবোইদবা মণিপুরগী মাঙজরবা অমনি হায়না লৌই। অরাবা শরুক য়াজরি, পরিবার পূন্নমক্তা ঐখোয়গী মাঙজরবনি হায়না পাউদমজরি। শ্রীভগবানগী চরনদা শান্তি ওইনা মনাইদু থম্বিয়ু হায়না হন্না হন্না প্রার্থনা তৌজরি।

**ওঁ শান্তি শান্তি**

অরাবা য়াজরিবা
**মাধুর্য্যজিৎ সিংহ**
সেক্রেটরী
অমসুং মেম্বরশিং, কর্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রগী পরিষদ,

## অবাবা ফোঙদোকপা

**মণিপুরগী** শরুাইরবা কবি, সাহিত্যকার, এড়ুকেসনিষ্ট, সমালোচক অমসুং সমাজ সেবক পদ্মশ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা হৌখিবা তাং ১১।২।২০০০ ইং ফাইরেনগী ৬ নি পানবা ইরাই নুমিৎতা মশাগী য়ুম এলাংবম লৈকায়, ইম্ফালদা খঙহৌদনা লৈখিদবদা ঙসি 'গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী' ঙানথ্রীথোং ইম্ফালগী কার্য্যকারী সমিতি, কলেজগী ওজাশিং অমসুং ছাত্রশিংগী ওইবা অবাবা ফোঙদোকপগী সভা অমা পাঙথোকখি। সভাসিদা একাদেমীগী গুরু শ্রীনাম্মৈরাকপা ইবোমচা সিংহ ওজানা সভাপতিগী আশন লৌবিখি। অবাবা ফোঙদোকপগী সভাসিদা একাদেমীগী ডাইরেক্টর শ্রীলৈমপোকপম লাকপতি সিংহ, শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা অমসুং শ্রীপোৎশঙবম য়ুগেশ্বর সিংহনা লৈখিদ্রবা কবিগী মরীদা বাহৈ কয়া হায়বিখি।

পদ্মশ্রী নীলকান্ত সিংহনা মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যগী লম্‌দা পীবিরম্বা দানবু শীংথাজবগা লোয়ননা গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীগী চাওখৎনবা কয়াদা তেঙবাংবিরম্বগীদমক তৌবিমল খঙবা উৎচবগা লোয়ননা মিনিট অমা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈখিদ্রবগী আত্মাদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎলি। লৈখিদ্রবগী আত্মাবু শান্তি ওইনা লৈহনবিনবা ঈশ্বরগী চরন্দা প্রার্থনা তৌজরি।

ঙসিগী সভানা লৈখিদ্রবগী ইমু মনুংগী অবাবদা শক্তক যাজবগা লোয়নন্না একাদেমীনা পাংথোকচরিবা [illegible] ফোঙদোকপগী বাবেপ কোপি অমা ইমুং মনুংদো পীবা লোয়নন্না আকাশবাণী ইম্ফালগী [illegible] চেফোঙশিংদা ফোঙদোকপা হায়নসু লেপ্নখি।

সহি/
শ্রীনাংমৈবাকপম ইবোমচা সিংহ
সভাপতি
[illegible] ইম্ফাল

ইম্ফাল তা. ১৮।২।২০০০ ইং

## অবাবা ফোঙদোকপা

মণিপুরী সাহিত্য অমসুং লোনগী [illegible] ওইনা লেপ্লম্বা শক্তাইরবা ওজা এলাংবম নীলকান্ত [illegible] সাহিত্য পরিষদ আসাম [illegible] লুপ্পা [illegible] অকুপা [illegible] মেনশিনবা ওয়াইদনা [illegible] অম [illegible]

ওজাগী ইমু মনুংনা অবাবদা [illegible]

ওজা গী [illegible]
বোকাম জয়ন্তকুমার
সেক্রেটারী মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
[illegible]
জেলা শিলচর [illegible]

## MANIPURI SAHITYA PARISHAD, TRIPURA

Mahatma Gandhi Sarani Banamalipur Agartala

**Resolution** adopted at the condolence meeting held on 14 Feb 2000 on the death of Elangbam Nilakanta Singh

This meeting mourns the death of Elangbam Nilakanta Singh E Nilakanta Singh was a great Manipuri poet, essayist, educationist interpreter and promoter of Manipuri art and culture, of a very high order He left an indelible mark in the field of Manipuri art and letters

We send our heart felt grief and sympathy and deepest condolences to the bereaved family of late E Nilakanta Singh

Sd/
**Rajkumar Kamaljit Singh**
*President*

# CONDOLENCE

Imphal, the 14th February, 2000

**No. MJM/16/GB/95-96:** The staff and members of the Manipuri Jagoi Marup, Imphal condole the sudden demise of Padmashri Elangbam Nilakanta Singh, a well- known Pundit, Scholar and Critic observed two minutes silence as a mark of respect to the departed soul under the Chairmanship of Shri Ng. Amumacha Singh, President, Manipuri Jagoi Marup, Imphal held on 14.2.2000.

Sd/-
**M. Ibochouba Singh**
Secretary,
Manipuri Jagoi Marup, Imphal

# অবাবা ফোঙদোকপা

তাং ১৪।২।২০০০

**ঙসি** ফেব্রুয়ারী তাং ১৪ গী নুংথিল পুং ২ তাবা মতমদা Manipur State Social Welfare Advisory Board কী ষ্টাফশিংনা শীন্দুনা হান্না বোর্ড অসিগী এদমিনিষ্ট্রেটর ওইনা পুবিরম্বা এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা ইথঙ খঙহৌদনা লৈখিদবদা বোর্ড অসিগী ওফিসতা এন. কমলা দেবী, প্রোজেক্ট ওফিসারনা প্রিসাইদ তৌদুনা কন্দোলেন্স মিটিং অমা পাঙথোকখি। মিটিং অসিদা (১) এন. কমলা দেবী, প্রোজেক্ট ওফিসার, (২) ডব্লিউ. ইবোপিশক, রেলফেয়ার ওফিসার অমসুং এল. মঙ্গি সিংহনা ওজানা তৌবিরম্বা থবক কয়াবু শীংথাদুনা খন্ন-নৈনখি লোয়ননা ষ্টাফশিংনা মিনিট অনী রা ঙাওদনা লেপখৎতুনা ওজাগী আত্মা শান্তি ওইনা লৈরুনবগীদমক্তা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌদুনা অবাবা ফোঙদোকখি অমসুং ইমুং-মনুংগী অবাবদসু শরুক যামিন্নখি।

সহি/-
**এ. কমলা দেবী**
প্রোজেক্ট ওফিসার
মণিপুর ষ্টেট সোসিয়েল রেলফেয়ার এদভাইজরি বোর্ড
পাউনা বাজার, ইম্ফাল

# অৱাবা পাউজেল

**পদ্মশ্রী** এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা হৌখিবা ইরাই নুমিৎতা (১১।২।২০০০) থঙহৌদনা অরোয়বা য়াহীপ তানখিবগী পাউ তাবদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম, কাছাড় জিলা কমিতিগী মায়কৈদগী অৱাবা ফোঙদোকচরি। প্রোফেসার নীলকান্ত কাছাড় লমদমদা য়াম্না তোয়না লেংবিরকুনা লমদমসিগী নহা-অহল খিবিক্তা সাহিত্যগী ঈনোৎ হাপ্লীরম্বা অশেংবনি। মরাকৈসোমদা ফোঙবা লাইরিক কয়াবু মশক তাকপিদুনা মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সমাজবু অমত্তা ওইবগী লীপুম্না পুনবিরম্বগী কাউঙমদ্রবা থৌদাংসু তৌবিরম্মী। নুংশিজরবা ওজাদগী অতৈ অনৌবা খুদোল অমসুং বাখল্লোন খরগা ফংখিগনি হায়না খৌরাংনা ঙাইনরিঙৈগী তাঙ্গাসিমক্তদা ওজাদি ঐখোয় পুম্নবু থাদোক্তুনা চৎখ্রেদো। মীওইবগী ইতিহাসতা মূৎনাইদনা ইদুনা লৈরগদবা এলাংবম নীলকান্ত সিংহগী আত্মা শান্তিগীদমক অমসুং মহাক্কী ইমুংগী মীওইশিংগী য়াইফনবগীদমক ঈশ্বরগী মফমদা নীজরি।

সহি/-

**থিঙ্গোম ইবুঙোতোন সিংহ**

সেক্রেটরী,

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম কছাড় ডিষ্টিক্ট কমিটি

## শ্রীমতী এলাংবম ওংবী সুরোধোনী দেবী

এলাংবম লৈকায়

ইকায় খুম্নজরিবী,

**ঈশ্বরগী** লীলা অঙকপনি- ইবুংঙো নীলকান্ত সিংহনা লৈখিদবগী পাউ ফংজবদা সভানা নুংঙাইতবা থবায়-হৃকচাং য়াওনা পুম্নমক্না পাউদমজরি। মণিপুরগী অমদি মহৈরোয়শিংগী অমাঙবা মেনবা ওম্নরোইদবা অমনি। শ্রীভগবান্না শান্তি পীনবিদুনা ইবুংঙোগী আত্মাবু শ্রীচরন্দা থম্বিয়ু হায়না ঈশ্বরদা হন্না হন্না প্রার্থনা তৌজরি।

অৱাবা ফোঙদোকচরিবা

সভাগী মেম্বর পুম্নমক

লোয়ননা **শ্রীরা.কু. মাধুর্য্যজিৎ সিংহ**

সেক্রেটরী,

মণিপুর সঙ্গীত নাটা সভা, ইম্ফাল

**GOVERNMENT OF MANIPUR**
**OFFICE OF THE PRINCIPAL**
**D.M. COLLEGE OF ARTS, IMPHAL**

## CONDOLENCE MEETING

**A** condolence meeting was held on 14th February, 2000 at 1 p.m. in the Principal's Office Chamber with Smt. N. Ibechaobi Devi, Senior most Selection Grade Lecturer, D. M. College of Arts, Imphal in the chair to condole the untimely demise of Padmashri E. Nilakanta Singh, the former Head of Department of Philosophy of the erstwhile D. M. College of Arts and Commerce, Imphal on 11th February, 2000 at his residence.

Two minutes silence was observed by all the members of the teaching and non-teaching staffs as a mark of honour and homage to the departed soul. May his soul rest in peace in Heaven.

Sd/-
**N. Ibechaobi Devi**
Lecturer (S.G.)
D. M. College of Arts, Imphal.

## CONDOLENCE NOTICE

Imphal, the 14th February, 2000

**Officers** and Staff of Social Welfare Department, Manipur in its meeting held on 14.2.2000 at 1.30 p.m. condoled the unexpected sad demise of Padma Shree Prof. E. Nilakanta Singh who was also a former Director of the Department, on 11.2.2000. A 2 minutes silence was observed in honour of the departed soul for its eternal peace in the heavenly abode.

Sd/-
**S. Saratkumar Singh**
Joint Director (SW)
Government of Manipur

**OFFICE OF THE**
**MANIPURI SAHITYA PARISHAD, ASSAM**
HAILAKANDI DISTRICT COMMITTEE
S. P. ROAD, LALA, HALIKANDI, ASSAM

# CONDOLENCE MESSAGE

To
**Mrs. Nilakanta Elangbam**
Keishamthong,Elangbam Leikai,
Imphal-795001

**Manipuri** Sahitya Parishad, Assam, Hailakandi Dist. Committee in its condolence meeting, held on 12th Feb. 2000 at Lala expressed deep sorrow at the sudden demise of Prof. E. Nilakanta, Padmashree awardee at his residence in Imphal on 11th Feb and observed two minutes silent as a mark of respect to the great departed soul of the new millennium The same meeting also resolved to convey the deep sense of sorrow to his bereaved family May his soul rest in eternal peace

*It's all a chequer-Board of night and days*
*Where destiny with men for pieces plays:*
*Hither and thither moves, and mates, and slays,*
*And one by one back in closet lays."*

Sd/
**L. Manglemba Singh**
Secretary

Sd/-
**H. Indramani Singh**
President

**OFFICE OF THE**
**JAWAHARLAL NEHRU MANIPUR DANCE ACADEMY**
**IMPHAL**

## অৱাবা ফোঙদোকপা

পুন্সি চেঙজেল লোমদুনা মশাগী চহী হম্মুত্তরামরি মপুং ফারকপা ফাইরেনগী তরুক্কি পানবা ইরাই নুমিৎকী নুমিদাং পুং ১১.৩০ ফেব্রুৱারী তাং ১১, ২০০০ ইংদা অরোয়বা য়াহীপ তানগ্রবা মণিপুরগী শক্লাইরবা পদ্মশ্রী এলাংবম নীলকান্ত একাদেমী অসিগী ভাইস চেয়ারমেন ওইবিরম্বনা লৈখিদবগী অৱাবা ফোঙদোকপা সভা অমা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীনা শীন্দুনা মসিগী শঙলেন্দা শ্রীএল. জয়চন্দ্র সিংহনা সভাপতি ওইদুনা ফেব্রুৱারী তাং ১৪, ২০০০ গী পুং ১২.৩০ তাবদা পাঙথোকখি।

লৈবাক্কী ওজা অমা ওইনা মতীক চারবা গুণ কয়ানা লৈতেংবগী মথক্তা সাহিত্যকার, ফিলম, শান্ন-খোৎনবা, ধর্ম অমদি মণিপুরী সংস্কৃতিগী লম্‌দসু তোপ-তোপ্পা গুণ কয়ানা লৈতেংলবা ওজা অসিনা লৈখিদবা অসি মণিপুরগী য়াম্না চাউবা মাঙজরবা অমদি মেনশিনবদা ৱানা থোক্লগদবা অমনি হায়না সভানা লৌখি। তিম্নিবা সভানা মিনিট অনী তুমিন্না লেপ্পুনা মহাক লৈখিদবগী অৱাবা শরুক য়াজবগা লোয়নননা মহাক্কী আত্মানা শান্তি ওইনা লৈহনবীনবগীদমক ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজখি অমদি ইমুং-মনুংগী অৱাবদসু শরুক য়াখি।

ৱারেপ অসিগী কোপী অমমম্ অৱাবা নংলবা ইমুং-মনুং অমদি মণিপুরগী চেফোঙশিংদা অমসুং রেডিওদা থাবা হায়না সভানা লেপ্নখি।

সহি/-
এল. জয়চন্দ্র সিংহ
সভাপতি

তাং ১৪।২।২০০০

**MANIPURI NARTANALAYA**
Baibhav, 2 Janaki Kutir, Juhu Church Road,
Juhu, Mumbai-400 049

**Extract** of the proceedings of the meeting of the Executive Committee of Manipur Nartanalaya, Calcutta, under the presidenship of Sj. Nabaghana Shyam and Kalavati Devi held on 14.2.2000 at 15 A. Bipin Pal Road, Calcutta at 6 p.m.

Manipuri Nartanalaya, Calcutta, under the presidenship of Sj. Nabaghana Shyam and Kalavati Devi held a condolence meeting on 14.2.2000 at 6. p.m. at the aforesaid place, in memory of late E. Nilakanta Singh, a great personality in the field of Manipuri Culture and Dance, who expired on 11.2. 2000. Following are the resolutions passed in the meeting.

A) A one-minute silence had been observed in memory of late E. Nilakanta Singh.

B) Every body present in the meeting consoled the grief stricken family of late E. Nilakanta Singh.

C) Each and every member of Manipuri Nartanalaya remembered in the meeting the name of late E Nilakanta Singh, the stalwart in the field of Manipuri Dance and Culture, with due respect and honour

Sd/-
**Sri Naba Ghana Shyam**
President of the Meeting,
Manipuri Nartanalaya

To,
**E. Surodhoni Devi,**
**We** are deeply shocked at the sudden demise of Sj E Nilakanta Singh Passing away of this stalwart from this earthly world is a bolt from the blue in the field of Manipuri Dance & Culture An unfathomable vacuum has been made in the sphere of Traditional Culture of India too Manipuri Nartnalaya of Calcutta and number of admirers here, console his grief stricken family

Let us pray for his pious soul to rest in peace in heaven

Sd/
**Smt. Kalavati Devi**
Director of the Manipuri Nartanalaya

ফেব্রুৱারি তাং ১৭ শাগোলশেন নুমিৎ

**ইতৈমবেম্মা,**

ওজাগী পাউ তাজবদা ঐখোয় পুন্নমক হায়ফম থওদনা ওহোক্না থম্মোয় শোক্না নুংঙাইরে। ইন্দক্তা মণিপুরদা লাকচবগী ওদুদা তেলিফোন্দদি য়াবী শানজবম্মনি উনবা ফংহৌদবা অসিমক যাম্না নিঙমহৌদবা অমা ওইনা থোক্লে।

ওজাগী হকচাং যাম্না ফম্না লৈবনিনা অসুম থোক্লনি হায়বসি কনানা থাজগদগে? ইতৈমবেম্মদা অমদি অঙাংশিংদা ওইবগা খাঙফম থওদনা য়াববা মতম অসিদা অতৈমক ঙমদ্রবসু ঐখোয় লৈবি হায়দুনা লেপ্লগ, ওইনবসু যাওজগদবা অদসু লমংতংদা অসিনা ওইথোকখ্রে।

ওজানা লেপ্লখিবদা যুমগী মীশিং অমদি মন্দপ-মপাঙ শাগে নাংজগীতা নম্না লৈবক্কা ওইনা থোক্লবা অচৌবা অহাঙবা অসিসু পাক শিন্নবা ঙমগদৌবা মাদ্রে। তাইবঙমী ঐখোযগী পাক্কল অমদি থাখলগী য়াংমদা লৈত্রবা য়াফমনিনা ওজাগী অস্থানা শান্তিগীদমক ঈশ্বরদা নীজবি। লৈহৌনিবা ইতৈমবেম্মা অমদি অঙাংশিং পুন্নমক্তসু অবোন অসি খাঙবা ঙম্নবা শক্তি শ্রীগোবিন্দনা পীনবিসনু।

ওজাগী নাংশিংদে ম্মা,
**সিংহজীৎ অমদি চারু**
**নিউ দিল্লী**

# CONDOLENCE

**The** members of Rotary Club of Imphal express their heartfelt condolence to the sad demise of Padmashree Prof. E. Nilakanta Singh. Late Prof. Nilakanta Singh was the President of the Club for two terms and gave tremendous contribution towards Rotary movement. His sudden death has created a vacuum and is a great loss for the people of Manipur in general and for Rotary Club in particular. Two minutes silence was observed as a mark of respect to the departed soul. The members of the Club share the pain and sorrow of the bereaved family and pray to the Almighty that his soul rests in peace

Sd/-
**Dr. Th. Dhabali Singh**
Secretary.
Rotary Club of Imphal

## ত্রিপুরা মণিপুরী য়াহৌরোল লূপ, ত্রিপুরা

নোংশিং, আগরতলা
তাং ০২।০৩।২০০০

স্বর্গতী ই. নীলকান্ত সিংহগীদমক্তা অবাবা ফোঙদোকপা

**হৌখিবা** ১২।০২।২০০০ ইংগী নুমিদাং পুং ১১ রোম তাবদা মণিপুরগী মায়চৌ, ইকায়খুম্নবগী মশক ওইবিরিবা শরুাইরবা সাহিত্যকার এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা মনুং-মতম চাদনা ইখঙ খঙহৌদনা মশাগী য়ুমদা মীরমলেন থাদোক্লুনা লাইরমলেন্দা তিনখিবগী পাউ ফংজবদা ত্রিপুরাদা লৈজরিবা মণিপুরী সমাজগী মায়কৈদগী অবাবা অমসুং নুংঙাইতবা ফোঙদোকচরি।

লোয়ননা স্বর্গতী ওজাগী আত্মাগী শান্তিগীদমক শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী শ্রীচরন্দা প্রার্থনা তৌজরি অমসুং মহাক্কী ইমুং-মনুংগী লোয়নবী, মচা-মশু, খুনাইগী মফমদা অবাবা অমসুং নুংঙাইতবা খঙহন্জরি অমসুং মখোয়গী মঙ্গলগীদমক্তা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা প্রার্থনা তৌজরি।

ভারত সরকারনা হন্দক চহীদা মহাকপু **'পদ্মশ্রী'** অবার্দ পীদুনা ইকায়খুম্নখিননি। পুন্সিগী অহানবদা ডি. এম. কলেজদা ওজা ওইনা থবক তৌবা হৌখি। মথং-মনাও ওইনা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীগী সেক্রেটরী, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী সেক্রেটরী, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী সভাপতি অমসুং আর্টস এন্দ কলচর ডিপার্টমেন্টকী ডাইরেক্টর ওইনা থবক্তগী পোংথাখি।

ঙসিগী উরু-রু-রু লৈদুনা চেল্লিবা পৃথিবী অসিদা ইচা-মীচা খায়দনা মীওইবা সমাজগী সৃষ্টিগী থৌরম-হীরম খুদীংদা ওজা অসিনা পুন্সি চুপ্না নোমজরম্লিবা থৌরম, লাইরিক-লাইশু অমদি সাহিত্যদা ইবিরম্লিবা মচাক অমসুং থৌনাগীদমক্তা ইকায়খুম্নবগা লোয়ননা থাগৎচরি।

পদ্মশ্রী নীলকান্তনা লৈখিদবসি লমদমসিগী অমসুং মণিপুরী সম্প্রদায়গী অচৌবা অমাঙবনি। মহাক্না লৈখিদবদা 'ত্রিপুরা মণিপুরী য়াহৌরোল লূপ' না মীফম অমদা অবাবা অমসুং নুংঙাইতবা ফোঙদেক্লুনা মিনিট অমা তুমিন্না লেপ্লুনা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজখি।

সহি/-
**এম. ইন্দ্রমণি সিংহ**
প্রসিদেন্ট

সহি/-
**এন নিরঞ্জন দত্ত**
জেনেরেল সেক্রেটরী

# অবাবা ফোঙদোকপা

খ্বায়গী সেবা মরূপকী হৌদোক্লকপদা সদস্য অমা ওইরম্বা মরূপ অসিগী থবক-থৌরম পুম্নমক্তা থরায় য়াওনা য়াওবিরম্বা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা ইথঙ খঙহৌদনা লৈখিদবা অসিদা অবাবা ফোঙদোকপগী সভা অমা তাং ১৬।২।২০০০ গী অয়ুক পুং ৮ তাবা মতমদা মরূপকী প্রসিদেন্ট শ্রীচন্দ্রকুমার শর্ম্মনা সভাপতি ওইবিদুনা ফমখি। সভা অসিনা শ্রীনীলকান্তনা খ্বায়গী সেবা মরূপকী সেবাগী থৌরম কয়াদা য়াম্না পূকচেল শেংনা মরূপ পুবিখিবা অদু নীংশিংনরবা মতুংদা মেম্বরশিংনা শ্রীনীলকান্তনা লৈখিদবদা অবাবা ফোঙদোকখি অমসুং মহাক্কী আত্মানা শান্তি ওইনবগীদমক মিনিট অনী লেপ্লুনা ঈশ্বরদা খুরুম্মজখি।

সহি/-

**চন্দ্রকুমার শর্ম্মা**

সভাপতি, খ্বায়গী সেবা মরূপ, ইম্ফাল

# CONDOLENCE MESSAGE TO LATE ELANGBAM NILAKANTA SINGH FAMILY

লৈখিদ্রবা ওজা নীলকান্তগী ইমুং-মনুং, অহল-লমন, ইচীন-ইনাও,ইচে-ইচল নখোয় পুম্নমক্কী নফমদা ঐহাকসু পণ্ডিত ওজা এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা লৈখিদ্রবদা ঐহাক থম্মোয় শোক্না অবাবা ফোঙদোকচরি। লোয়ননা নখোয় ইমুংগী অবাবা পুম্নমক্তা ঐহাকসু শরুক য়াজরি। ওজা নীলকান্ত অসি ঐগা মহাক অসি খঙনখিবা নত্তে অদুবু মহাক্না পোক্লফম খবরদা ইখিবা শৈরেং-বারেং অদুগা রেডিওদা তি ভিদা মহাক্না ইখিবা শৈরেং ঈশৈদু তারগা মহাক অসি অশেংবা কবি অমনি হায়না লৌজে। অদুগা মহাক্না লৈখিদবসি ঐখোয় মণিপুর লৈবাক্কী ওইনা য়াম্না চাউনা মাঙজবা অমনি। মানা তৌবগুম্না তৌগদবা কবি হৌজিক লৈগনি হায়বা থাজদে, মাগুম্না থোরক্কদবা কবি তাঙনা থোকই। পণ্ডিত ওজা নীলকান্তগী হকচাংদি হৌজিক ঐখোয়গী ইরম্তা শৈরেং-বারেং, সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতিগী থবক পুম্নমক অসিনা হৌজিকসু মহাক শৈশক্লুনা বা ঙাঙদুনা লৈরি। মহাক অসি শিদে হায়বা য়াই। পৃথিবীনা লৈরিমখৈ মৃৎপা নাইদনা শৈশক্লুনা বা ঙাঙদুনা লৈহৌরগদবনি মহাক্কী মিংচৎ চাউনা খিনবিরম্মী। অদুনা ঐখোয়না নুংঙাইতবা হায়ববু মতম ইচা চাদনা লৈখিদবা, শিরোইদবদা শিখিবা অদুগী বাদনি। মীওইবনা পোকপু পোক্লবদি শিবা হায়বসি মশানা তাবনি। অদুনা ঐখোয়না মতম খরা খাইনরবসু অমুক হন্না মপূ ঈশ্বরগী মফমদা লোইনা তিনগদবা ঙাক্তনি। মীওইবনা শিবা হায়বসি নাম্বোক্লীংঙাই লৈব্রবা খেৎপা য়াদ্রবা বাফমনি, হান্না শিবা অদুগা কোম্না শিবা অদুগী বানি। অদুনা ঐখোয়বু শেম্বিবা মপূ ঈশ্বর লৈ হায়বসি কাউগনুশি। নখোয় ইমুং ঈশ্বরনা লোয়নবিবা ওইসনু। ঐগী কন্দোলেন্স মেশেজ অসি য়াম্না থেঙখ্রে মরমদি লৈখিদ্রবা ওজা নীলকান্তগী লোয়নবীগী মিং অদুগা ইমুংশিংগী মিং থিবদা ফংবা ঙমদবা অদুবু নোংমা ফেব্রুবারী ২৪।২।২০০০ ইংগী পোক্লফম খবর-কাগজ পাবদা ডাঃ যামিনী দেবীনা ওজা নীলকান্তগী মরমদা ইবা বারী খরা পাবদা ওজা নীলকান্তগী লোয়নবী শ্রীমতী সুরোধোনী দেবীগী মিং অদু থেংনজখি। মিং অদু থেংনবদা ঐহাক্কী থম্মোয়দা য়াম্না নুংঙাইবা পোকখি। মরমদি শোয়দনা ঐগী কন্দোলেন্স মেশেজ অসি ফংগনি হায়না থাজে। অদুগা য়ারবদি নখোয় ইমুংগী অশেংবা এড্রেস ফংহনবিয়ু হায়না রিকেস তৌজরি।

লৈখিদ্রবা ওজা এলাংবম নীলকান্ত ইমুংগী অবাবদা শরুক য়াম্নবা ঐহাক্কী লৈফম

সহি/-

**ডাঃ ধর্মেন লমকাং**

এল এন বি এ সেন্টর, থমলাখুরেন, পি.ও. পল্লেল, মোরে রোড

**NATIONAL BOOK TRUST, INDIA**
**GOVT. OF INDIA**

**Dr. N. Tombi Singh**, *Editorial Advisor*
Keisampat Leimajam Leikai, Imphal (Manipur)

**Dear Dr. Singh,**
**It** was with a great shock and dismay that I received your letter of 19 February 2000. With the passing away of Prof. E. Nilakanta Singh India has lost one of the sanest voices from the North-East. His scholarship, refinement, erudition and poetic sensibility can favorably compare with the best that India has ever produced. Deeply entrenched in the philosophy of Sri Aurobindo, Prof. Singh had of late developed streaks of a visionary also. At least that is the feeling I got when I interacted with him during the last couple of years. My grief knows no bound at the news of Prof. Singh's death. Please communicate my deep condolence to the members of the bereaved family.

As regards your alternative suggestion in connection with the 'Essays on Manipur Culture', I have requested Shri Subha Rao to make necessary arrangement.

With kind regards.

Yours sincerely,
**Nirmal Kanti Bhattacharjee**
Director

ওঁ

## পরমপূজনীয়া

অহানবদা ইমাইবেম্মগী নফমদা ভক্তি কৎচরি। চিঠি ইকগীদমক কলমদি পায়খৎচরে অদুবু করম্বা বাহৈনা থম্মোয়গী অরাবসি ফোঙদোক্রসিগে হায়বসিমক্কা ঐবু ফুম্বগুনহল্লে। ওজানা ঐখোয় পূম্নমক্কী মায়াগী লীচিং কক্‌পিরগা ঈশ্বরগী খুয়াদা তিনত্রিবসি করম্না থাজরসিগে? ওজা লৈতবগী পাউসি (লৈতবগী নোংমা মতুং) ফোন্দ ফংজবদা থাজদা থাজদনা ইবানিনা, খুদক্তা পাউ পীজদুনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম (হাইলাকান্দি জিলা) গী, থৌগল মরূপকী কন্দোলেন্স মিটিং ঐখোয়গীদা পাঙথোকখি। ইজাতিগী, মালেম অসিগী অমাঙবনি। খঙদবা কয়া খঙজ-হৈজনীংদুনা ওজাগী মফমদা তত্তনা নাউথি শাজখিবা, অত্তাং মচাগুম চক্রি তৌজখিবা হৌজিক কনাদা তৌজগনি? পাক-চাউরবা ওজাগী থম্মোয়না অবা-অনা তুংওইনবিদুনা সাহিত্যগী লম্বীদা তত্তনা থৌনা হাম্বিরম্বা হৌজিক্তি কনানা হাম্বিকনি? পীবিরকখিবা মমল য়াম্নবা পাউতাক সঙ্গু কনানা পীবিরক্কনি? ইমা লমদমগী নুংশিবদা ইতীম্নজবদা ওজাগী মপান নাইদবা থৌজালনা লমজীং ওইখিবনি হায়বসিমদি মপোক অসিমগী স্মৃতি ওইদুনা লৈরগনি। অদুবু নোংলীক ঐনবু সমুদ্রগুম্না পাক-চাউরবা ওজাগী লমন করম্না শিংবা ঙমগনি? ওইথোক্তবনি। আমেরিকাগী ঈ-পাউ খঙহনবিরক্কুনা চিঠি ইবিরক্কনি হায়না ঙাইজখি মঙ ওইখ্রে। থাজবা ঙমদ্রবা মঙগুম্বা থৌদোক্নি। মমাঙগী চিঠি অমদা ওজানা তাকপিরকখি শ্রীমাগী বাফম অমা — "মাঙবা লৈতবা মীওইবগী পুন্সিনি।" অচুম্বা ওইরম্লে। মরমদি ওজা ঐখোয় পূম্নমক্কী

থম্মোয়দা ফমদুনা লৈ- কবি সম্মেলনগী অঙম্বা সেমিনাবগী অঙম্বা ওইনা। ঐখোয়গী ইবক্তা লৈ। মপী-মপা কাযনবগী অরা মৈচাক কাউহল্লি। মীৎনা উবা ফংজদবগী তেংথাবোলদি শকচগনি। শান্তি পামজবা ওজাগীদমক ঈশ্বরদা নীঙতনি লৌশীনবিগ্রনা ওজাগী আত্মাবু মহাক্কী খুন্না থম্বালদা শান্তিদা থম্বিনবগীদমক লৈহৌনিবা ইমা ইবেম্মনচিংবা ময়াম্মুসু শান্তিদা থম্বিদুনা ওজাগী থৌবম কয়ামরুম পাঙথোকপা ঙম্বা পীনবিবিগীদমক হকচাং ঙম্মুদবদগী গৌহাটিদা থবনি লৈরুবনা ওজানা 'পদ্মশ্রী' অবার্দ লৌবিখিবা খঙবা ঙমজখিদ্রে। চিঠি ইজদুনা Congratulation খঙহঞ্জখিদবগী নিঙমদবদি পুন্সি চুপ্পসিনগী লৈবগনি। লমন তোনশিনগনিতা খঙবী তৌবিমল খঙদবী ওইনা লৈবগনি পেঞ্জদবগী বাহং ইশানা ইশামক্তা হংলে হংলদুনা।

শ্রীঅরবিন্দনা লৈখিবদা মহাক্কী অহাঙবা মফম শ্রীমানা মেনশিনবিখিবগুম ওজাগী অহাঙবা মফমসি ইমা ইবেম্মগী শাকচাউবনা থম্মোয অমদি থৌজালনা মেনবিদুনা ঐখোয পুম্নমকপু চঙজফম পীনবিগনি হাযবগী আশা থমজসি কপ্পা কপ্পা ইতাবিবা চিঠি মীৎকী পিনা থবা তৈশীনখে। থৌজাল হৈবা ওজাগী আত্মানা ঐবু ঙাকপিনবা ইমা ইবেম্মদা নাঙজনি। অদোমবদা ওজাগী 'দিব্যজীবন' গীদমক্তা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজবি।

খুরুমজবগা লোয়ন
সনামচা

# SUNSET

***When*** *I think of death, my own or that of a dear one my body trembles and fear grips my heart*
*Help me Lord, to realise the truth that there is no death*
*Death is very much like sunset. When the sun sets here rises elsewhere*
*The sun never sets*
*What is death here, is birth elsewhere No one ever dies We all live in the Life that is Undying*
*What dies is the body, not the soul*
*The Soul is imperishable, immutable, eternal, deathless "Weapons cannot cleave it, and fires cannot burn it and Waters cannot wet it, and the winds cannot dry it away.*
*The body is like a cage. When the cage breaks, the bird spreads its wings and flies away.*
*Grant me such wisdom. Lord!*

**J.P. Vaswani**
The United Religious Initiative

## এলাংবম নীলকান্ত সিংহ লৈখিদবগী মীয়ামগী অরাবা ফোঙদোকপা থৌরম

মণিপুরগী শক্লাইরবা কবি, সমালোচক অমসুং পণ্ডিত এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, পদ্মশ্রীনা লৈখিদবগী মীয়ামগী ওইবা অরাবা ফোঙদোকপগী থৌরম অমা জে. এন. মণিপুর ডান্স একাদেমী, ইম্ফালগী হোলদা য়ুমশকৈশা নুমিৎ ফেব্রুবারী ১৬, ২০০০ গী নুংথিল পুং ২ তাবা মতমদা পাঙথোকচগনি।

ময়াম পুন্নমক্না মতম চানা লেঙবিরক্নুনা লৈখিদ্রবগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎপিরনবা নোম্লুকচরি।

**লমাবম গোজেন্দ্র**
কনভেনর
সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতিগী
অরাবা ফোঙদোকপগী অপুনবা থৌরম শীনবা লূপ

**Mrs. Singh**
Keishamthong Elangbam Leikai Imphal

My deepest condolence.

**Mrs. Mira Sen Gupta**

**ELANGBAM BIJOY**
Elangbam Leikai
PO: Imphal-795001

**We** share your bereavement at the loss of Prof. Nilakanta one of the greatest scholars 20th century Manipur produced we lost a great man.

**Professor Sanajaoba**

# অবাবা ফোঙদোকপা বারোলশিং

১। নীলকান্ত বাবু লৈখিদবা অসি অয়ূক তায়, ঙরাং নুমিদাং লৈতবনি হায়। ঐ পূমঙক ঙকয়ে। মহাক অনাবা লৈ হায়বা অখঙবা অমত্তসু লৈতে, লম্বীদা উনখিবসু কুইদ্রি থা মখায় অমলোমদা মঙায়নি। মহাক লৈতবসি যাম্না কাযয়ে, থোইদোক্লা কলা-সংস্কৃতিগী মতাঙদা ঐখোয়না মাগী মোতপু যাম্না ব্যবহার তৌই। মহাক লৈতবসি মণিপুরগী ওইনা অমাঙবনি।

তাং ১২।২।২০০০

২। Mark Anthony, the arch enemy of Brutus said on his death, the elements in him so mixed that nature would have stood up and said, he was a man! ওজা নীলকান্ত মহৈ যানবা পুন্সি লেনখি, ব্রুটসকী মবমদা মার্ক এন্টোনীনা হায়বম্বা প্রকৃতিনা লৌগৎলগা মহাক মী হায়বদু ওইখিবনি হায়বসিমক ওজা নীলকান্তগী পুন্সিসু মসিমক্নি।

তাং ১২।২।২০০০

**আই আর বাবু সিংহ**

৩। Oja, your untimely death is a great loss for Manipur.

**Rtn. L. Nilamani Singh**

৪। Shri E. Nilakanta Singh is one of the most familiar and close associates with me in connection with all religious matter, such as 'The Divine Life Society Imphal and Rishi Aurobindo Society etc. I am deeply grieved on this sudden passing of the pure soul. I pray the almighty Lord to grant peace of the departed soul.

Hari Om Tat Sat.

With deep regard of the departed soul.

**Swami Guru Govindananda**
Haobam Marak, Imphal

Dt. 12.2.2000

৫। ওজানা ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবগী ঙসি অয়ুক 'পোল্লকম' দা পাউ তাবদা অঙকপগা লোয়ননা শাথীনা নুংঙাইতবা পোকই। ওজাদি ঐবু কলেজদা লাইরিক তম্বিরকপদা নত্তনা ঐগী শৈরেংগীসু আদি গুরু অহমগী মরক্তা অমনি। মতম কুইনা ওজা লৈখিদবগী অহাঙবা অসি ঐখোয়গী থম্মোয়দা লৈহৌরগনি।

থাংজম ইবোপিশক

তাং১২।২।২০০০ বাংখৈ থাংজম লৈকায়

৬। নুংশিজরবা ওজাগী মরমদা ঐগী করিসু হায়জনীংঙাই লৈজদে। ওজাদি ঈশ্বরগী গুণ চেনবা ওজানি। ওজানা সংসারদগী বিদায় লৌখিবদা ইমুং-মনুংগী অবাবদা শরুক য়াজরি। ওজাগী আত্মানা পরমাত্মাগী নাক্তা ঈংনা শান্তি ওইনা পানবা ওইরসনু।

শ্রীশৌগাইজম মহেন্দ্র সিংহ

তাং ১২।২।২০০০ বাংখৈময়ুম লৈরক, বাংখৈ

৭। নুংশিজরবা পাবুংগীদমক ঐহাক্তা নুংঙাইতবা ফোঙদোকচরি।

কেঐচ চন্দ্রমণি

৮। The intellectual vision which my grand teacher has given in my life will ever remain shining in my life.

Your humble student,
**Dr. L. Bhagyachandra Singh**

৯। I am really shocked to hear this sad news of the demise of Shri E. Nilakanta Singh who is the crown jewel of the state of Manipur. His departure for his heavenly abode will create a void in the Meitei Society. May his soul rest in peace.

**A. Romen Kumar Singh**
IGP Law & Order

১০। I feel grieved over the sudden demise of Shri E. Nilakanta who has been known on many literary fronts, cultural and social. His demise will be a great and irreparable loss to the state. May God place him in his abode.

**R.K. Ranbir Singh**

১১। ওজানা খণ্ডহৌদনা লৈখিদবসি ঐঙোন্দদি মঙগুম্না থোকচৈ। ওজা লৈখিদবসি মণিপুরদগী নত্তনা ভারত পুম্বগী ওইনা মাঙজবনি খঞ্জে। ঙসি ৬ নিগী মমাঙদা ওজানা মণিপুরদা শান্তি পুরক্নবগী মঙ অমা অদু থবক ওইনা পাঙথোক্লীংবগী আশা অমা তাং ৭।২।২০০০ গী নুংথিল পুং ৩ দা State Guest House, Imphal না ওজাবু পদ্মশ্রী ফংবগী তরাম্না ওকপগী সভা অমদা ফোঙদোকপিরম্মী। ওজানা লৈখিদ্রবসু (হকচাংনা) ওজাগী আত্মানা মতম পুম্নমক্তা ঐখোয়বু লমজীংবিদুনা অদুগুম্বা শান্তি লৈবা, নুংঙাই-য়াইফবা মণিপুর অমা পুরক্নবা হোৎনবদা লমজীংবিগনি, মঙাল পীবিগনি খঞ্জে।

কে. বিনোদ কুমার সিংহ
সেক্রেটরী, মণিপুর সবোর্দয় মণ্ডল

১২। ওজা এলাংবম নীলকান্তনা মশাগী মযুমদা ঙসিগী অয়ুক্তা লৈখিদ্রে হায়না খবরদা থেংনরম্বদা থরায় অসি য়াম্না নুংঙাইতবা ফাওই। অনৌবা মিলেনিয়ম অসি হৌরকপদা ওজাদগী য়াম্না খঙজনীংবা কয়া হংজগনি হায়না খল্লম্মনি। অদুবু ঈশ্বরনা মাগী মফমদা থবক লৈরে হায়বগী মতাগুম্না পুবিখ্রে। ওজানা ঈশ্বরগী খৌদাং পাঙথোক্তুনা শান্তি ওইনা লৈবা ওইসনু।

অয়েকপম লালমণি সিংহ
উরিপোক তৌরাংবম লৈকায়, খ্বাই ব্রহ্মপুর, ইম্ফাল

১৩। ইপাগুম্না নুংশিজখিবা ওজা পদ্মশ্রীনা খণ্ডহৌদনা সংসার থাদোকখিবদা ইশামক্কী থরায়না তাইবঙপাল বাংমা লানখিবগুম ... তাইবঙ মপূনা ওজাগী থরায়বু ঈংথবা পীনবিসনু।

লাই ইমো

১৪। ইরমদম অসিগী শক্লাইরবা, মমল য়াম্লবা অহল ওজা ইবুংঙোনা খঙহৌদনা লৈখিদবগী পাউ হেক তাবমক্তদা লমদম অসিদা মেনখৎপদা বারগদবা অরাৎপদি লৈরগনি হায়বা পোকপগা লোয়ননা লৈখিদ্রবগী ইমুং-মনুংগী অরাবদসু শক্লক য়াক্তবগা লোয়ননা লৈখিদ্রবগী থরায় মিরেম্না ঈশ্বরগী খূয়াদা ঈং-তপ্না লৈজখিনবগীদমক ঈশ্বরগী মফমদা মচা-মনাওশুম্বা ঐহাক্লা খুরুজমরি।

তাং ১২।০২।০০ আই. মঙাঙ

১৫। ইরমদমগী মৃৎলোইদবা মৈরা, মালেমদা ওজা সংস্কৃতিগী খুদোলনা ঙালদুনা লৈরিবা মণিপুর ইমাগী মচা, মমাগী অশেংবা থম্মোয়গী মমাগী অমত্তা ঙায়ক্তরবা নিংথেম, তাইবঙগী খোঙচৎনা অরোয়বা ওইরবসু লোম্বা নাইদবা ঐখোয়গা লোয়নদুনা অসুম লৈমিন্নবিবা শ্রীওজা নীলকান্ত য়াইফবা অদোমগী য়াইফবা হিংনা লোমদনা অতিয়া মালেমদা অদোমগী শকনাইদবা নঙবু হন্না হন্না খুরুজমরি; নঙদি অরোইবা নত্তে মীয়ামগী অরোয়বা নত্তে।

তাং ১২।২।২০০০ কে. ইবোহল শর্ম্মা

১৬। অয়ুক খবরদা উবদা য়াম্না ঙকখি। ঙাইহাক লৈরগা অচুম্বা খঙলকখি। অদুমক্তদা অদুম ঙকখি।

তাং ১২।২।২০০০ এল. সমরেন্দ্র সিংহ

১৭। প্রোফেসরনা লৈখিদবসি মণিপুরগী ওইনা আর্ট এন্দ কলচরগী মরমদা অচৌবা মাঙজবা অমনি। প্রোফেসরনা মণিপুরগী আর্ট এন্দ কলচরগী মরমদা হোৎনখিবা, থিজিনখিবা থাগৎনীংঙাই ওইবা তুংগী মৈতৈ মচা অমনা হেক তৌবদা য়াম্না লুনা থোক্কনি। থাজদনা প্রোফেসরনা লৈখিদবসি থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইজদে। লৈখিদ্রবা আত্মানা শান্তি ওইনা লৈবা ওইসনু।

তাং ১২।২।২০০০ শ্রীব্রজমণি মুখর্জী

১৮। আর্ট, কলচর (সংস্কৃতি) অমসুং সাহিত্যগী মরীদা মণিপুরদা চৎথরিবা থৌরম পুন্নমক্তা প্রোফেসর নীলকান্তনা য়াওদবা অমসুং লমজীং পীদবা ইরে লৈতে হায়বা য়াই। হৌজিক্কী মতমদা লম্বী চোইরক্লিবা পুন্নমক চুমথোক্তুনা অচুম্বা লম্বীদা পুশিন্নক্লবা হোৎনবা অচৌবা লমজীংবা অমসুং লময়ানবা ময়াম পুন্নমক্লা খঙনরবা মীশক্লি। সমাজ সেবাগী মরমদসু এন. জি.ও. পুন্নমক্লা মহাক্কী পাউতাকপু পান্না থিনবা মীনি।

শিদৌরে হায়বগী মতাগুম ইকুই কুইদনা ঐগী য়ূমদা প্রোফেসর নীলকান্ত, শ্রীশঙ্করসেনগা ঐখোয় অহুম শ্রীঅরবিন্দবু পামজবা, শ্রীঅরবিন্দ সোসাইটি অহানবা হৌদোকমিন্নরকপা ওইনা য়াম্না নুংশিননা উনবগী তাঞ্জা অমা ফংহৌই। রিপব্লিক ডেদসু রাজ ভবন্দা ঐগী তুং কোয়াইন ইনবগুম ঐখোয় অনী মথং মথং মী কাঙলূপ কয়াগা উনখি। মতুংদা খরা হেন্না শাংনা ইজগে।

প্রোফেসরনা লৈখিদবসি ঐখোয়গী খূৎ তেকপগুম্বা এক্সপিবিএল অমনি, য়াম্না নুংঙাইতে। লৈখিদ্রবগী ইমুংগী অরাবা শকক য়াজবি।

তাং ১২।২।২০০০ হৰাইবম রণবীর সিংহ

১৯। ঐগী ওজা লৈখিদবা হাযবসি ঐগীদি ছাত্র অমা ওইনা খ্বাযদগী ওইনা নুংঙাইতবা অদুনি পোকচৰিবসি। মতম পুম্নমক্তা ঐঙোন্দা ইথিল পীদুনা ইহনখিবসি ওজাননি। ওজানা লৈখিদবগী পাউ অসি গুসি অযুক ওক্তা ঐগী মিস্ত্রেস বিমলাবতীনা হায়বকপদা ঐহাক পূমওক ওকখি। 'পোক্লফম' দা য়েংবদা ইওক ওকখি। থাজখিদে। অদুবু ওজাগী যুমদা পাং ইবোমচাগা লাকপদা অশেংবদু ওইবম্মী। লৈ কৎপগী খুদোংচাবা ফংজখি। পোকপগী মহয় য়াম্নে খঞ্জখি। ওজানা ইউ এস এদা লৈবিঙে মতমদা ইহান হাম্না চিঠি ইখিবসি ঐঙোন্দনি হায। মদু ফংলত্রা হায়না ইম্মললদা থোবকপদা হংখি। ঐহাক মদু ফংদে তাবদা মতম য়াম্না নুংঙাইখিদে। য়াম্না শাংনো ইবা চিঠিনি হায। লাইবক থীবদি চিঠি অদু হৌজিক ফাওবা ফংদ্রি। ঐনা ইজবা আর্টিকল অয়াম্বা ওজানা পাবিবগা ঐহাক নুংঙাইজর্বনি। ওসিগী মিস্তব এশিয়া ফংবগী পাউ অমা 'পোক্লফমদা' ইবদু ওজানা পাবা ফখিদ্র ওজাগী মগুণ শীংথাবগী লোইবোই। ওজাগী মহৎ শিনবিনবসু থোবক্লবোই।

তাং ১২।২।২০০০ শৰতচান্দ থিযাম (শৰথি)

২০। পুন্সিদ' থাজদবা কযা থোকহ মসিগী মনুংদা ওজা নীলকান্তনা লৈখিদবা অসিসু অমনি। ওবাং (১১।১২।২০০০) লৈখিদে হায়না খববদা ফোঙলকপদা থাজদবা অমা ফাওখি। ফি শেৎলগা ওজাগী যুমদা চৎলি। থরায় য়াওদবা হকচাংদা খুকম্বদি নপ্জখি

ওজাগা শাংনো লোয়নজখি, ঐবু তম্বিবকই। পবিষদতা মফম কযাদা ওজাগা রাবী শাবা ফংজখি মানা হাযবিবম্মীঃ "তোম্বী ঐদি অহল ওইবে। ঐগী ইহৎ শিন্নব তৌ নঙোন্দা শিন্নবর্সনি " ওজাগী থৌজাল কাউজবোই ওজাদি যাম্না চম্বা, মীবু থৌগৎপা, appreciate তৌবা মীনি। মহাক্না মণিপুবী সংস্কৃতি নুংশিবা অসিদি অঙকপনি। মহাক য়াওদনা মণিপুবী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী মনমদা থনবা ওইথোক্তে। পাম্মুই, যাম্না পাম্মুই। মণিপুবনা ওজাগুম্বা অমা অমুক ফংবা থানা থোক্কনি নাংঙি। মাদি লাইরেবাক্তা শোযদনা লৈবমগনি— যাম্না ফবা, মহৈ য়ানবা মপোক অমনি।

ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ
কৈশাম্পাৎ লৈমজম লৈকায

তাং ১৩।২।২০০০

২১। মতম কুইনা মৰূপ অমা ওইনা তিম্নজবকপা অমদি বিবেকানন্দ কেন্দ্র অমদি আব কে সনাতোম্বী দেবী বিদ্যালযগী মক ওইবা বোর্দকী থরায় য়াওবা মীওই অমা ওইবিবম্বা মৰূপ অমা লৈখিদবা অসি ঐখোয় পূম্নমক্কী মাঙজবদা নত্তনা মণিপুব পূম্বগী অচৌবা অমাঙবা অর্মনি। ঐনা ঈশ্বরদা মৰূপ অসিনা মতম চাদনা লৈখিদবা অসিদা থম্মোয় শোক্না নুংঙাইতবা ফোঙদোকচরি অমসুং ঈশ্বরদা শান্তিগীদমক প্রার্থনা তৌজবি।

তাং ১৩।২।২০০০ শ্রীহরিদাস সিংহ

২২।  মণিপুরগী ওইনা মৈতৈ মচাশিংগী মসুংদা খ্বায়দগী মমল য়ান্নবা মণিপুরগী কলচরবু নীংথিনা পুখৎশিন্নরকপা প্রোফেসর এলাংবম নীলকান্তনা লৈখিদবসি মণিপুরগী ওইনা য়াম্না অচৌবা অমাঙবা অমনি। তশেংবমক ঐহাক ওজা নীলকান্তগা ঐহাক্না ছাত্র ওইনা ডি. এম. কলেজদা লৈজরিঙৈদগী হৌনা য়াম্না নক্লনা লোয়নজরকখি। মতম চুন্নদা পাউতাক কয়া তোয়না তোয়না লৌজরকপা ওজা অমনি। মণিপুরগী ওইনা য়াম্না চাউথোকচবা, মণিপুর সাহিত্য অমসুং কলচরদা কন্ত্রিব্যুসন খ্বায়দগী চাউনা লৈবা মীওই অমনি। মহাক্না মতম চাদনা লৈখিদবসি ঐখোয় পুম্নমক্কী অচৌবা অমাঙবা অমনি। মহাক্না লৈখিদবদা থম্মোয় শোক্না নুংঙাইতবা ফোঙদোকচবগা লোয়ননা মহাক্কী আত্মা শান্তিগীদমক ঈশ্বরগী মফমদা খুরুমজরি।

তাং ১৩।২।২০০০ হিজম তোম্বী সিংহ

২৩।  গীতাদা হায়রম্বা "ইশা ইশাগী শিক্ষা পাঙথোক্লবা লাকপনি" নুংঙাইবা, হরাওবশিংগী মরক্তা ঐখোয়না ঐখোয়গী শিক্ষাবু কাউথোক্লোইদবনি। ঐগীসু ঈশ্বরনা পীরকপা শিক্ষা শোয়দনা পাঙথোক্লবা হোৎনরমগনি ।

তশেংনমক ওজা নীলকান্ত লৈতবদা মণিপুরগী অচৌবা মাঙজবা অমনি।

বি সনামচা

২৪।  মণিপুরনা তাঙনা ফংজবা মণিনি। ঐখোয়না মাগী মতীক-মগুণ তপ্না-তপ্না খঙজরকপনি। অদুবু খঙহৌদনা পুন্সি মতোল লোমখিবসিদা হায়নীংঙাই লৈত্রবা অহাঙবা অমা ফাওই। ওজাগী মতুংদা কনানা ওজানা তৌবিরম্বা থবক ময়ামসি তৌবিরক্কনি হায়না খল্লুবদা ওহোক্না ফোঙদোকপা ঙমত্রবা অরাবা ফাওই।

ওজা, ওজানা লৈত্রবদা মণিপুর অসি হাঙহৌরে।

তাং ১৩।২।২০০০ রতন থিয়াম

২৫।  হৌবদমক ঙায়রিবা শতাব্দী অসিগী মণিপুরগী ওইনা খ্বায়দগী চাউবা মাঙজবনি। ওজানা লৈখিদবা অসি থরায়-হকচাং য়াওনা নুংঙাইজদে।

তাং ১০।২।২০০০ হাওবম রাজমণি সিংহ

২৬।  ওজা নীলকান্ত লৈখিদবগী পাউ তাবদা থম্মোয়দা ওহোক্না নুংঙাইতবা অমা ফাওখি। মতম কুইনা তিন্নজরকপা অমসুং লোয়নজরকপা মরূপ অসিনা লৈখিদবদা মণিপুর জাতিগী ওইনা অরাংপা অমা লৈরগনি। মতম খুদীংমক্তা লৈখিদ্রবগী আত্মানা ঈশ্বরগী খূয়াদা শান্তি ওইনা থম্বিনবা ঈশ্বরগী মফমদা নিজরি।

তাং ১৩।২।২০০ অকোইজম ইবোহল

**২৭। ওজা লৈতবসি ঐঙোন্দদি বজ্র তাবনি। লৈত্রে মীনা তম্বদা থাজবা ওমদে, লুরিবদি মীৎনা উরবা মক্তদসু ঐদি ওজা লৈত্রে হায়বসি থাজদে। সাহিত্যগী ফঙ্কসন কয়াদা ওজা উবা ফংলরোই খল্লুবদা থম্মোয়সি কায়রে।**

তাং ১৩।২।২০০ **পদ্মকুমার সিংহ**

**২৮। ওজাদি মপু মানা থাবিরকপা অচঙবা থবাম্মিচাকনি, মশীং থীঙমদ্রবা নুমিৎকী মশেক-মঙালগুম ফুদোংলিবা পুন্সি চুপ্পগী ওইনা। মহাক্তি মপু মানা থাবিরকপা তোমথিল ঙানবা, মপু মাগী থবায়তনা শেমখিবা পাউখোল্লোয়নি ইরমদমসিগী সাহিত্যগী।**

**ইমো মীতৈ**
তাং ১৩।২।২০০০ **লোইতোংবা**

২৯। ওজা লৈতবসি লৈবাক্কি অমাঙ্‌বনি। লৈবাক্ত মেন্‌খৎপ ঙম্মরোইদব অমাঙ্‌বনি হায়ন লৌজে।

তাং ১৩।২।২০০ **নরেন্দ্র**

৩০। ঐগী ওজা পদ্মশ্রী নীলকান্ত সিংহনা ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবসি ইশাদা থাঙঙমদবা অবাবা ওই লোয়ননা মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যগী লংলবা মৈরা অমা মুৎখ্রে হায়না লৌজে। ওজাগী আত্মানা ঈশ্বরগী খুয়াদা শান্তি ওইনা লৈহনবিয়ু হায়না প্রার্থনা তৌজরি।

তাং ১৩।২।২০০০ **অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা**

৩১। থম্মোয় শেংনা হায়জরি করম্মা রাহৈনা ওজাবু নুংশিবা মহাক্না লৈবাক্কীদমক তৌরিম্মা সেবা ফোঙদোকচগনি খঙজগ্রে, মহাক্কুম্মা অমা মণিপুর ইমা লৈবাক্কীদমক লৈমায়দগী খঙহৌদনা মাঙখিবা অসি ঐখোয় পুম্নমক্কী অমাঙবনি লোয়ননা পদ্মশ্রী নীলকান্তগী শেংলবা থবায় মিরেম্না ঈশ্বরগী খুয়াখাদা তিন্দুনা শান্তি ওইরসনু হায়বসিনা ঐগী লাইনীং ওইজরে।

তাং ১৩।২।২০০০ **এল. শামু সিংহ**

৩২।  ওজানা লৈখিদবা অসি মণিপুরগী সাহিত্যগী লম্‌দা মেনশিনবা ওল্লরোইদবা অমাঙবনি। ওজানা লৈখিদবা অসি ঐগী লনাইগী অমাঙবনি। পূক্লীং থৱায়-হকচাং য়াওনা নুংঙাইজদে। চৎপা তাবনি নোংমা নৎত্রগা নোংমদি তাইবঙ থাদোক্লুনা— অদুবু অসুক থুনদি আশা তৌজরমদে। শান্তি ওইনা লৈবিয়ু হায়না ঐনা হার্দিক প্রার্থনা শ্রীশ্রীভগবানগী মফমদা নোল্লুকচরি।

**খাইদেম নবকুমার সিংহ,**
প্রসিদেন্ট,
ডি কলচরেল ফোরম, মণিপুর

তাং ১৩।২।২০০০ ইং, নোংমাইজিং

৩৩।  ইরুদুনা কৈদৌনি শীংথারুদুনা করি কান্ননি। শীংথাবতনা বাংলগদবা, থাগৎপতনা শোৎথরগদবা নঙগী মায়থোঙ য়াম্বা শক্তম, মুৎনাইররোইদবা নগুণ— নীংশিংলকই রোটারী ক্লবতা লোয়নরিঙৈ মতম, বাংখৈ থম্বালখোংগী প্রজানা ওজা নহাকপু কাউগদবা লৈতে। মোডেল ভিলেজ এদোপশন কমিটি, থম্বালখোংগী মায়কৈদগী ওজাগী আত্মা শান্তিগীদমক ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজরি। লোয়ননা ঐগী ওজা নহাক্কী আত্মাদসু শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎচরি।

ওজা নঙগী নতুং ইন্দুনা ঐসু সমাজ সেবাগী লমদা খোঙদাজখিবনি।

নুংশিদা ওজা নগুণতনা লৈনম ওইনা লৈহৌরনিনে।

**অরিবম কুমার শর্ম্মা**
বাংখৈ, থম্বালখোং

তাং ১৩।২।২০০০

৩৪।  ঐখোয়না ওজাদগী হেন্না কৌজদবা মতম পুন্নমক্তা ঐখোয়গী থৌরম কয়াদা লেঙবিরক্লুনা মমল য়াম্লবা পাউতাক কয়া পীবিরম্বা ওজানা লৈখিদবসি মেনশিনবা য়াররোইদবা অবাৎপা অসিগীদমক থম্মোয় শোক্লা অবাবা অসিবু কোকপিনবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজদুনা ওজাগী আত্মানা শান্তি ওইনা পোৎথানবা নিজরি।

**মেম্বর্স,**
সোসাইটি থিয়েটর, ইম্ফাল

৩৫।  ঐখোয় পুন্নমক্কী ইমায় ওইজবনি মপানগী মীয়াম মমাঙদা, অদুবু ঙসিদি অদুগুম্বা ঐখোয় পুন্নমক্কী ইমায় অদু লৈখিদ্রে।

তাং ১৩।২।২০০০

**শ্রীবীরেন**

৩৬। মণিপুরগীতা নত্তনা ভারত পূম্বগী ওইবা কলা-সংস্কৃতি, ঈশৈ-নোংমাই, ড্রামা, সিনেমা, ভগোয়নচিংবগু য়োকখৎনবা অমদি মীয়ামদা খঙহন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিরম্বা শক্লাইববা কবি-ক্রিতিক ওজা নীলকান্ত সিংহনা ইখঙ খঙহৌদনা ঐখোয় খ্বায় পূন্নমকপু থাদোকপিদুনা অবোযবা য়াইপ তানখিৰসি ঐঙোন্দদি জাতি অসিগী যান্না মরু ওইবা, ঐখোয়বু ঙাকপি-শেনবিরম্বা অহল অমা লৈখিদবগা চপ মান্ননা নুংঙাইতবা পোকচৈ।

ওজাগী আত্মানা মতম লৈবা খিবিক্তা ঈশ্বরগী খুয়াখাদা শান্তি ওইনা লৈবিবা ওই বিসনু।

তাং ১৩।২।২০০০ বি জয়ন্তকুমার শর্মা

৩৭। ঐখোয় পূন্নমক্কী ওজা নীলকান্তনা ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবা অসিনা মণিপুরী জাতিগীদা নত্তনা ভারতকী অরাং নোংপোক লমদমগী মেনবা ঙম্নরোইদবা অচৌবা অমাঙবা অমনি মহাক্কা সমার্জসিদা কল্পম্নিবা মফম অসি শিনবদা ঙম্নরোইদবা অমনি। মহাক্কা মণিপুরী জাতিগী তৌবম্নিবা থবকশিং অসিনা ওজানা ঐখোযগী ইরক্তগী চৎথ্রবসু মতম পূম্নদা ঐখোযগী মনক্তা লৈখিগনি। ওজাগী আত্মানা মতম চুম্নদা ঈশ্বরগী মফমদা শান্তি লৈবা ওইসনু হায়না খুৎমজবি। ঐ ইশামক্তা ঙসি ওইঙ্গবিবসি ওজাগী লমক্কীং লমতাক কযাদগীনি। ওজাবু পুক্নি চুম্না নীংশি দুনা লেনা ওইরগে।

বিহারী

তাং ১৩।২।২০০০ মণিপুর য়ুনিবসিটি

৩৮। য়াম্বা নীলকান্তনা খংমাঙ মাঙখিৰসিদি মণিপুরগী সাহিত্য অমাদ সংস্কৃতিগী স্বগংতা অহাঙবা অমা লৈরোবে। অহাঙবা অসি মেনশিনবদা চহী কয়া চঙগনি হায়রাসিদি কন্নানসু হায়বা ঙম্নোই, মণিপুর পোকপা ইমাতনা খঙলমগনি।

তাং ১৩।২।২০০০ খুমন্থেম প্রকাশ

৩৯। ওজানা খঙহৌদনা লৈখিদবা ঐখোয় পূম্বগী মাঙজবতা নত্তনা হৌবক্লিবা নহারোলশিংগী অচৌবা অমাঙবা অমনি। ওজাগী লৈখিদ্রবা আত্মানা ঈশ্বরগী খুযাখাদা শান্তি ওইনা লৈবিবা ওইসনু।

তাং ১৩।২।২০০০ ইং, নোংমাইজিং করুনাময় সিংহ

৪০। ওজা এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবসি অঙকপা অমদি থম্মোয় শোক্লা অরাবা পোকই। ওজানা লৈখিদবসি মণিপুরগী মকওইনা মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী ওইনা যান্না চাউনা মাঙজবা অমনি। অমাঙবা অসি মতম কুইনা মেনশিনবা ঙম্নবোই।

তাং ১৩।২।২০০০ খোকচোম ইবোহনবী সিংহ

৪১। পাবুং লৈখিদবদা ঐনা ঐগী মরূপ বিজয় অমদি মাগী ইমুং-মনুংগী অৱাবদা শরুক য়াজরি।

তাং ১৩।২।২০০০ এম. লক্ষ্মীকুমার

৪২। শ্রীনীলকান্ত সিংহনা ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবা অসি মণিপুরগী খ্বায়দগী চাউবা মাঙজবা অমনি। মণিপুরী সাহিত্য অমসুং কলচরগী অচৌবা স্কোলার অসিনা মণিপুরবু সেবা তৌরম্বা শীংথাবনা থাংকদবতনি। মহাকলৈখিদবগী অৱাংপা অসি মেনশিনবা য়াম্না লুরগদবনি। মহাক অমা মাঙখিবা লৈখিদবা অসি ঐগীদমক্তদি য়াম্না হেম্না মাঙজবা অমুক হন্না ফংলরোইদবা পুন্সিগী অমাঙবনি। মাগী খোঙচৎ তীর্থ যাত্রিক অমা ওইনা চৎখ্রবনি। খোঙচৎকী মফম অমদা ঐখোয় উনরম্বা য়াই হায়না আশা তৌজরি।

তাং ১২।২।২০০০ এলাংবম সোনামণি সিংহ

৪৩। ওজানা ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবা অসিদা থম্মোয় শোক্না নুংঙাইতবতা নত্তনা কলা বিদ্যাগী অমসুং ফিলমগী হীরমদা য়াম্না চাউরবা অৱাংপসি মতম কুইনা শিঙ্গৎপা ঙম্মরোইদবা অমনি নীংঙৈ। ওজাগী আত্মা শান্তিগীদমক্তা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরি।

শ্রীগুরুময়ূম নারায়ণ শর্ম্মা
তাং ১৩।২।২০০০ কৈশাম্পাৎ

৪৪। I wrote about him on his receiving **Padmasri** in YAKAIROL Dt. 11.2.2000 and then I heard he has passed away that night. I feel the void. It is such a shock. In a meeting I heard him say he would leave the world when the Almighty calls him. Well, he responded to His call. Let him rest in peace.

Dt. 13.2.2000 **L. Kamakhya Kr. Singh**

৪৫। মণিপুরগী মমল য়াম্লবা মণি অমা মাঙখরে, ইখঙ খঙহৌদনা। মাঙখ্রবা মণি অসিগী মহুৎপু করম্না কান্দা শিনবিরক্কদগে জগৎকী মপুনা! খনবদা খনবা ঙমদে। মতম কুইনা অহাঙবা অসি মেনশিনবা ঙমদনা লৈরগনি। ইমুং-মনুংগী অৱাবগী শরুক নোম্লকপগা লোয়ননা য়াজরি। শ্রীগোবিন্দনা ইমুং অসিবু কৃপা তৌবিসনু।

তাং ১৩।২।২০০০ রা. কু. ঝলজিৎ সিংহ

৪৬। ওজাগা খঙনবা কুইরে। ওজাগী ছাত্রনি, ডি. এম. কলেজদা তম্লিঙে। ঐগী প্রোফেসনসু কলা -সংস্কৃতিনি, ওজানা থেংখাঙ কয়াদা খৌগৎলিরকখি। কলা-সংস্কৃতি অমদি সাহিত্যগী হীরমদা খন্নরকপদা ওজা নীলকান্তনা ইহান হান্না মীৎতা উরকই। ওজানা লৈখিদবসি মণিপুরগী ওইনা মাঙজবতা নত্তনা মতম কুইনা মেনশিনবা ঙম্লরোইদবা অহাঙবা অমা লৈহৌরবনি। ওজাগী আত্মানা শান্তি ওইনা লৈবা ওইরসনু।

ওঁ শান্তি ওঁ শান্তি ওঁ শান্তি।

শগোলশেম ইন্দ্রকুমার সিংহ

তাং ১৩।২।২০০০

খুয়াথোং, ইম্ফাল

৪৭। ঐগী পুন্সিগী খ্বায়দগী নুংশিজবা মরূপশিংগী মনুংদা অথোইবা ওইবা ওজা নীলকান্ত, ঙসিদি চৎখ্রে. হনগ্রে ময়ুমদা। নিঙমদনা লৈহৌরে ঐখোয়দি। নঙগী চৎলসিনে ইবানী . . . হায়বা লমদমদুদরা চৎলিবদো . . . ! করিগী ঐখোয়বুদি হৌবিরমদে? নীলকান্ত য়াওদ্রবা মণিপুরী সংস্কৃতি, কলাগী সমাজ করম তৌহৌগনি? ফরে. লমথুংফমদা পোৎথাবিয়ু শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী চরন্দা শান্তি ওইনা।

বাইরোকপম ভগীরথ সিংহ

তাং ১৩।২।২০০০

নম্বোল মবাং লৈকায

৪৮। ওজাগা খঙনবা য়াম্না কুইরে, চহী ২৬/২৭ শুরে। ডি. এম. কলেজদা ওজা ওইমিন্নরকপনি। ওস্থোক্লা নুংশি মহাক অমা লৈখিদ্রে হায়না তাবদা ওস্থোক্লা নুংঙাইতবা ফাওই। ওজাগী আত্মা শান্তি ওইবা ওইসনু।

এম থাম্বৈ

তাং ১৩।২।২০০০

মেজোর খুল

৪৯। তাং ৭ কী নুমিদাংবাইরমদা রিসেপসনদা উনদুনা য়াম্না নুংঙাইনা ফম্মীন্নরম্মী। তাং ১২ গী অয়ুক্তা খবরদা প্রোফেসর নীলকান্ত লৈখিদবগী পাউ উবদা ঙমখৈ লৈতনা অবাবা পোকখি। মহাক্কী আত্মা শান্তি ফংনা ওইসনু।

মুঃ রিয়াজুদ্দিন চৌধুরী

তাং ১৩।২।২০০০

হাট্টা

৫০। ঐগী ইপা শক্রবা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা মনুং-মতম চান্দনা ইখঙ খঙহৌদনা সংসার থাদোক্লুনা হৌখিবা ইরাই নুমিংতা স্বর্গতী ওইখিবদা ঐহাক ইশাগীতা নত্তনা মণিপুর অমদি ভারতকী কলা অমসুং সংস্কৃতিগী লম্‌দা অচৌবা মেনশিনবা ঙম্নরোইদবা অহাঙবা অমা অদুমক লৈরগনি। মসিমক মণিপুরী জাতিগী খ্বায়দগী অচৌবা মেনখৎপা ঙম্নরোইদবা মাঙজবা অমনি। ঐহাক্না ঐগী পাবুংনা লৈখিদবদা থম্মোয় শোক্না নুংঙাইতনা অরাবা ফোঙদোকচরি। লোয়নননা পাবুংগী থবায়না স্বর্গদা ঈংনা তপ্না পোৎথাদুনা লৈরন্নসনু।

তাং ১৩।২।২০০০

এল. অশোক কুমার সিংহ

৫১। Ojha Nilakanta was associated with the Manipur University as a member of the erstwhile Senate and as a member of the faculty of Philosophy. Words fail me to express sorrow and bereavement of the academic world of this state in the death of Ojha Nilakanta.

May his soul rest in peace.

**Th. Joychandra Singh.**
Registrar, M.U.

৫২। পদ্মশ্রী নীলকান্ত সিংহ এলাংবম, লৈবাক্না অচৌবা নগুণগা লোয়নননা খঙলিবা, অচৌবা মগুণ, ঈশ্বরগী মরীদা, ধর্মদা, কলাদা বিষয় খুদীংমক শুনা খঙলবা, থোইদোকপা নগুণ ময়াম নীওইবা সমাজদা থম্নম্লগা স্বর্গগী লম্বীদা চৎখ্রবা শ্রীসিংহ উনবা লাক্রম্বনি, নহাক লৈরমদ্রে। নহাক্কী চরিত্রবু নীংশিংলগা ঐহাক অদুমক হক্লে। ঈং-তপ্না লাইরৈবাক্তা লৈয়ুকো।

নহাক্কী নয়াম্বা
তাং ১৩।২।২০০০ জগদীশ শর্মা

৫৩। It is great shock to hear the news of his death in the A.I.R. 7.30 p.m. news. I could not do anything for him. I could only pray to God so that his soul may rest in peace. I still remember him as a teacher of Philosophy in D. M. College years ago. He guided me through his good words for a life based on moral & spiritual principles.

I still pray to God.

**G. I. Sharma**
Dt. 13.2.2000 Department of Pol. Sc., M.U.

**৫৪। We still remember what Ojha said in a farewell meeting held at D. M. College in 1963, "We have come to go" when we the students of D.M. College B.T. Class assembled to say good bye to one B.T lecturer from Kashmir. His saying still remains as a Guiding Principle in our life's journey.**

**We pray that their lordship Shri Shri Radha Krishna may bless the soul of our respected teacher (Ojha) eternally.**

Dt. 13.2.2000 **Partha Sarathi Das**

৫৫। Our respected Shri Nilakanta Singh's disappearance physically from us makes us a great bereavement. However, we still see him working in his writings. So, in one sense he is still living in his works. We now pray to Lord Sri Krishna for his unlimited blessings upon the departed soul. Hare Krishna. . .

Dt. 13.2.2000 **Bira Krishna Das**

৫৬। I have been associated with E. Nilakanta Singh in connection with the Manipuri Sahitya Parishad and the Atombapu Research Centre for the last 48 years as one of his senior workers and not as the leader. His death is a great loss to Manipur in the field of culture and literature.

**P. Bihari Sarma**
Ex-President,
Manipur Sahitya Parishad, Imphal.

Dt. 13.2.2000

৫৭। I was a student D. M. College where he worked as my lecturer perhaps in the year 1961. That was my first association with him.Then in Govt. Service I and Ojha met at D.M. College of Arts. and Commerce as librarian and HOD Philosophy. Again we worked together in the Department of Art & Culture.

His advice is so valuable. He never got angry and was very patient. It is a spiritual quality for him. I do not think I will come across a man like him. who is equally a good administrator and cultural personality. His demise is a great loss in the field of literature and culture.

**P. Achouba Singh**
Director,
Arts & Culture Department
Govt. of Manipur

Dt.13.2.2000

৫৮। ওজানা তত্তনা হায়বী লাইরিক ফোঙনবা, ঐনা পাঙথোক চাম্বদগী ঙমখিদে, য়াম্না থুনা লাইরিক ফোঙবদা ওজানা ব্রা ঙাঙহনগে খঙরম্বনি। তাং ৫।২।২০০০ দা উনবদা ওজা শিবা য়াদেকো হায়জরম্বনি, ওজানা নোকফেং তৌহৌই। অদুবু ওহ্নোক্লা থাজদনা ওজা লৈতবগী পাউ তারে নোংমা অয়ুক ইখঙ খঙহৌদনা। থম্মোয়াদা হায়ফম খঙদবা অব্রাবা পোকই। ওজাগী নোকমি-নোকমিবা শক্তমবু মতম চুপ্পদা নীংশিংদুনা লৈহৌরগনি। ওজাগী আত্মানা মতম চুপ্পদা ঙৈনা তপ্না লৈনা পীনবিসনু।

**পি. নবচন্দ্র সিংহ**
নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি

তাং ১৩।২।২০০০

৫৯। It is great shock to have heard of the demise. My heartfelt condolence to the grieved family.

**S. Kunjabihari Singh**
Comm (Home)

৬০। অনৌবা মতম অসিদা মণিপুরদা পোকখিবা অচৌবা মীওই অমদি ওজা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনি। মহাক্কী অপাকপা মীৎয়েং, মিনুংশি অমদি ঝাখলগী পনখৈ মপান নাইদে। ওজানা খঙহৌদনা লৈখিদবা অসি মণিপুরগী ওইনা মতম কুইনগী মেনখৎপা ঙম্নরোইদবা অমাঙবনি।

তাং ১৪।২।২০০০

**অরাম্বম সমরেন্দ্র**

৬১। ঐগী অন্তাং ওইরিঙৈগী মরূপ নীলকান্ত অন্তাং ওইরিঙৈদা জোনোষ্টোন হায় স্কুলদা তমমিন্নরকপা, মতুংদা শ্রীহট্টগী মুরারিচান্দ কলেজদা আই. এ. তম্মিন্নরকপা, গৌহাটি কোটন কলেজদা বি.এ. তমিন্নরকপা; মতুংদসু এজুকেসনগী থবক্তা তিন্নরম্বা নুংশিরবা মরূপ নহাক লৈতবদা থম্মোয় শোক্না নুংঙাইতে। নহাক্কী আত্মা শান্তিগীদমক হরি নাম শোন্নগা ঈশিং খুজোক কৎতুনা তর্পন কৎচরি।

শ্রীবাইখোম তোমচৌ সিংহ

৬২। হায়স্কুল লাইফতগী কলেজ লাইফ ফাওবদা ওজা নীলকান্তনা লাইরিক তম্বিরকই। মতুংদা Senior Colleague ওইনা অমুক ওজা ওইনা লৈমিন্নরকই। পৃথিবীগী অমদি ষ্টেটকী ওইবা ঈহৌদা ওজানা য়াম্না থবায় য়াওনা য়াওবিরকই। অরোয়বা পুন্সিগী মীকুপ ফাওবদা ওজানা মীওইবগী অফবা থবকশিং তৌবিরম্মী। ওজাগী অখাঙ কনবা, হনবা লৈতবা অমদি নোম্না কনবা অসিদা ঙক্তবা ওমদে। ওজাগী পোজিতিব ওইবা রাখল্লোন অসি অতোপ্পদা পঙনা লৈরোই ।

অরিবম ব্রজকুমার শর্ম্মা

৬৩। Late E. Nilakanta Singh was my Guru who guided my during my college as well as University life and he was not only an elderly friend and philosopher to me but also an adviser to me in every step of my career. His sudden death is a great loss not only to me but also an irreparable loss to the culture & literature of our state, Manipur. I share the grief of the family and I pray to God for giving a place in heaven for the great soul of my teacher late E. Nilakanta Singh

Dt. 14.2.200 **L. Lalit Singh**

৬৪। ওজা, ওজানা খুজেঙ পায়দুনা লমজাঁংবিরগা, খুদোম্বী থিন্দুনা উৎপিরম্বা ফিলমগী লমদমদা ডম্নিবমখৈ চঙশিঞ্জগে।

তাং ১৪।২।২০০০ আর. বি. বিদুর

৬৫। ওজা লৈত্রে তাবদা খাজদবা পোকই। থাজনীংদে। থাজদে। ওজাদি অদুমক হিংখিগনি।

তাং ১৪।২।২০০০ অরিবম শ্যাম শর্ম্মা

৬৬। Poet Nilakanta was a noted modern man. He became one of the most respected democratic patriot of our country and opposed all type of divisive separatist activity. Through his activity he became popular among the younger generation. I express my deep respect to poet Nilakanta and condolence to his memory. I express my sympathy to his wife and all other members of the bereaved family.

Dt. 15.02.2000 **Biman Basu**

৬৭। The sudden departure of my elder brother E. Nilakanta a poet, a writer, a critic and an excellent man, lovable and humorous is a great shock to me. He was one rare intellectual of Manipur and we have been expecting so much from him. When one thinks of Manipuri culture, one thinks of E. Nilakanta Singh.

May his soul rest in peace in the lap of god.

Dt. 15.2.2000 **E.Kunjeswor Singh**

৬৮। The sudden death of Prof. E. Nilakanta Singh has shocked us very much. His demise is really a great loss to the State, an irreparable loss to our society. His contribution is immense and will remain forever.

Dt. 17.02.2000 **Dr. M. Nara Singh**

৬৯। গত দিনাং কে সুপ্রসিদ্ধ রচয়িতা, কবি, সমালোচক, প্রাচার্য্য পদ্মশ্রী ই. নীলাকান্ত সিংহস্য নিধনা বস্থায়াং অমহপি হার্দিক শোকমা প্রোমি। উক্ত মহা কবি অস্মদীয় গীতা কেন্দ্রীয় বিভিযয় সম্পন্ন সভাষু উপস্থিতাসীৎ। অতঃ অদ্য উক্ত মহাপুরুষস দিংবংগতাবস্থায়াং গীতা কেন্দ্রীয় সর্ব্বে সদস্য গনাঃ বিভ্যস্মরনীয় তষ্ঠ আত্মা ভগবতা এব শ্রীকৃষ্ণভ মহামঙ্গল প্রদান কুর্ব্বণ্ড।

**শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মা শাস্ত্রী**

তাং ১৭।২।২০০০ অগ্রধার, শ্রীগোবিন্দ ব্রহ্মসভা

৭০। ওজা শ্রীএলাংবম নীলকান্তগী কাউররোইদৌবা ৱাহৈ— "ইনাও নুংশিরবা নঙোন্দা ইয়াম্বগী তীর্থ যাত্রা গী লাইরিকসি খুদোল ওইনা তমজরবনি" হায়বা ৱাহৈসি ঐগী পুক্নিনা লৈরিমখৈ কাউজররোই। ওজাগা মতম অয়াম্বদা লোয়নজরকপা রোটারী ক্লব ওফ ইম্ফালদা অমদি ইচানুপাগী Poetic Festoon লাইরিক ফোঙবদা ওজাগী মমল য়াম্লবা Forward ইবিথিবা অমসুং Poetry শিংদু চুমথোকপিখিবগী লমন মতম পুম্বদা শিংবদা ঙম্লরোই খঞ্জে। ওজাগী আত্মানা ঈশ্বরগী মফমদা শান্তি ওইনা লৈবা ওইরসনু অমসুং ইমুং-মনুংগী অৱাবা শরুক য়াজরি।

নেপ্রম বিহারি সিংহ /
শগোলবন্দ নেপ্রা মেঞ্জর লৈকায়

তাং ১৯।২।২০০০ (থাংজ)

৭১। *চৎত্রে ওজাদি পুন্সি চুপ্পগী ওইনা*
*পীবিরম্বা য়াবমখৈ পীথোকপিরম্লগা*
*মাঙথরক্লবা সমাজসিগী*
*তুংগী মীরোলনদি সুককাও*
*কাউররোই ওজাগী শেংলবা থম্মোয়,*
*চম্লবা পুকচেল, কৎথোকপিরম্লবা*
*কয়া'ম মীরমচৎকী।*

শ্রীমতী নেপ্রম ওংবী ইবেমহল
শগোলবন্দ, নেপ্রা মেঞ্জর, লৈকায়, ইম্ফাল

তাং ১৯।২।২০০০

৭২। মণিপুরগী কলা অমসু সংস্কৃতিগী লময়ানবা ওজা লমদম অসিদা মশেক-মঙাল-নাইনা মমিং শন্দোক্লম্লগা খঙহৌদনা লমদম অসিদগী মীয়াম অসিদগী মাঙত্রে অদুবু ওজাগী মিং লমদম অসিগী কলাগী জগৎতদি 'অমর' ওইনা লৈখিগনি।

ডাঃ শ্রীমতী সরোজিনী
আর্ট এন্দ কলচর দিপার্টমেন্ট

তাং ১৯।২।২০০০

৭৩। তামো লৈখিদবা অসে থরায় শোক্লা নুংঙাইজদে। তামোনা ঐখোয়বু অফবা লম্বীদা লমজীংবিরম্মী। তামোনা লৈখিদবা অসে লৈবাক অসিগী য়াম্লা মাঙজবা অমনি। তামোবু ঈশ্বরনা থৌজালবিসনু।

এ. যমুনা দেবী

৭৪। Manipur's Teacher, Philosopher and Poet of the Century- A man whose intellectual conviction and courage left permanent footprints in the sands of time for others to follow.

Dt. 19th February 2000 **Yambem Laba**

৭৫। All the Rotarians share the grief with the members of the family on the sad demise of Oja Nilakanta. He was a charter member of the Rotary Club of Imphal. He was the father of modern Manipuri literature, a gem among the sons of Manipur, nay of India. He had the beautiful quality of expressing and writing things in a subtle and concise style but telling many things. He was a perfect gentleman who was never on the edge of his own or others nerves.

**Jodhachandra Sanasam**

৭৬। Ojha Nilakanta is one of the best Directors of Art & Culture Dept. In fact he is the founder of this Dept. He inspired us to work sincerely in the interest of public. He took the whole responsibility for his junior officers/staff whenever situation arises Once I had to go outside Manipur without Govt. sanction due to technical reasons. However, he regularised the same on my return. Indeed he was a good philosopher guide.

**S. Bheigya Singh**
Hon. Sec. Art & Culture
Gazetted Officers Asst. Imphal.

Dt. 22.2.2000

৭৭। I have lost my guide Guru and I should say my father. He guided me in every aspect or field in my official affairs. I learnt many things in respect of Art & Culture even the art of puppetry. With his kind suggestion I represented Manipur in the National Festival of Puppetry in some places of India. Now, I have lost my guide and it will be difficult for me without the guidance of the Great Guru like him in my future days.

**H. Romoni Singh**
(Asst. Secretary, Manipur State Kala Akademi)

৭৮। The sudden demise of Prof. E. Nilakanta Singh, Founder Secy. Sri Aurobindo Society, Imphal (Est. 1972 Jan.) is a deep heart felt grief personally for me and all other friends. He was one of the rare souls from Manipur who got the darshans of the Mother of Sri Aurobindo Ashram Pondichery in April 1973. My long association with him as the founder Jt. Sec. of SAS, Imphal is abruptly snapped by the will of the Divine. But I am sure, he has taken refuge in Sri Aurobindo.

**Sankar Sen Gupta**
Free Progress Academy
P. O. Hura, Purulia (W.B.).
Pin-723130

Dt 09-02-2000

৭৯। For many of us Prof. E. Nilakanta Singh was synonymous with Manipuri culture. Right from the early sixties, thanks to Guru Bipin Singh and his disciples the Jhaveri sisters, I came to know him well. He was very generous sharing his knowledge with who ever came from outside Manipur. He opened several doors for us and the insights he provided have enriched us. We shall miss him and we pray for the peace of his soul. His services to Manipur are of great importance. We understand his children are planning memorial lectures in his memory. We are happy to learn that his memory will thus be preserved.

**Sunil Kothari**
Dance Critic

7th May, 2000, Imphal

৮০।

नीलकान्तजी जैसे साहित्यकारों के कारण ही हम अपनी भाषाओं और उनके साहित्य पर गर्व कर पाते हैं। हिन्दी में अनुवाद में उनकी रचनाओं को पढ़ने का सौभाग्य हमें प्राप्त हुआ है। मैं उन्हें अपनी श्रध्दांजली अर्पित करता हूँ।

प्रयाग शुक्ल
**संपादक रंगप्रसंग**
राष्ट्रीय नाट्य विद्यालय, नयी दिल्ली।

৮১। ঐ ঙসি কলকত্তাদগী লাকপগা লোয়ননা ঐখোযগী নুংশিজরবা ওজা ঐখোয়না ঐখোয়গী হেক ইপা ইমা ওইনা খঞ্জরবা এলাংবম শ্রীনীলকান্তনা লৈখিদবা অসিগী অৱাবা ফোঙদোকপা অসি করি অমুক হায়গনি। ইমীংকী ইপিগা লোয়ননা ওজাগী আত্মা শান্তি কামনা তৌজরি।

ওজানা মৈতৈ লৈবাক্কী মপূ ওইনা লৈরিবমগা হেক থূপখিবা অসি মৈতৈ ঐখোয়গীতা নত্তনা মণিপুরগী ওইনা অমাঙবা ওইখ্রে।

**শ্রীমতী কলাবতী দেবী**
তাং ২১।৬।২০০০ **শ্রীমতী গুনেশ্বরী দেবী**

৮২। We had two eminent Gaudhian Stalwarts in Manipur. Late Achou Singh was one and we always considered late Prof. Nilakanta Singh as another stalwart. To me personally both of them were very dear, personal friends and respected elders. Achou Singhji left us all first a couple of years back. And now Prof. Nilakantaji has also departed unexpectedly. Nature has her own plans and we have to accept her will. A big void has occurred in Manipur and thereby in the entire country.

Late Prof. Nilakanta had many facets to his personality. Teacher in Philosophy for many years, a connoisseur of fine arts, ardent admirer nay-devotee of Manipuri culture, a creative writer in Manipur and English, a thinker and a critic. But above all he was very proud of being an Indian and inheritor of India's rich spiritual heritage. His devotion to Mahatma Gandhi and Gandhian way was steadfast. With the passing of years it went on gaining more strength. Nothing in the sphere of Gandhian activism in Manipur was complete without his association. All of us are bound to miss him

greatly but the lives of all us have been enriched in many ways through our long association with him. That is the memory I cherish greatly.

All the living members of his family have all the reasons to feel proud that they had a great ancestor like him.

**Natwar Thakkar**

7th Sept. 2000 Nagaland Gandhi Ashram

৮৩।

Dear Sir.

We pray peace, peace, peace for the soul of E. Nilakanta Singh. Divine Mother's Blessings for the family to have courage and proceed Her Work in their own way.

**Sraddhalu Ranade**

M.P. Pandit's Office

26.4.2000 Sri Aurobindo Ashram, Pondicherry

৮৪।

Dear Mrs. Umavati Devi

I have no language to express my sorrow over the sudden demise of my elder brother Prof. E. Nilakanta Singh who had been with us since 1972. I feel Mother has taken care of his soul and he will come again for a manifestation to complete the work which he had undertaken in his lifetime. I share with you all pangs and sufferings you are going through because of this.

**Gopal Bhattacharjee**

31st March, 2000 Sri Aurobindo Society, Pondicherry

৮৫।

***Smt. E. Nilakanta Singh***

Extremely shocked and grieved to learn sad and sudden demise of my dearest dada and your beloved husband Shri E. Nilakanta Singh. He was a great scholar in the field of Manipuri history and literature. The void created due to his passing away cannot be filled. Please accept and convey our heartfelt condolence to your family members. We pray to Shri Shri Govindaji to grant eternal peace to the departed soul and strength to you all to bear the irreparable loss.

**Dr. Savita N. Mehta, Mehta family**
**& Parimal Academy, Bombay**

৮৬।

***Mrs. E. Nilakanta Singh***

Khorejei Sinthalup. Jaribond condole the sudden demise of E. Nilakanta Singh and convey the deep sense of sorrow to the bereaved family.

**Ngauroren Singha**

৮৭।

***Elangbam Bijoykumar Singh***

My deepest condolence.

**Th. Brojen Singh, AIG**
Delhi

৮৮।

***Elangbam Bijoykumar Singh***

We deeply condole the sudden demise of your father Elangbam Nilakanta Singh, an internationally renowned scholar. It is an irreparable loss to the entire Manipuri community.

**Smt. Ibetombi Singha**
President
All Assam Manipur Women's Welfare Association
Itkhola, Silchar

৮৯।

***Elangbam Bijoykumar Singh***

I do not find words to express shock at the sudden demise of Padmashree Elangbam Nilakanta Singh. Manipur will take many years to fill up the vacuum created by his death. I share the grief of the bereaved family members. May his soul rest in peace.

**Okram Churamani Singh**
Rtd. Principal..
G.C. College, Silchar

৯০।

***Elangbam Surodhoni Devi***

Deeply grieved with the sudden demise of Nilakantababu. We have lost a very personal friend and guide and it is an irreparable loss to the Manipuri culture. Kindly accept our heartfelt condolences to you and your family.

**Jhaveri Sisters,**
**Sushil Jhaveri & Latasana**
Mumbai

# কবি নীলকান্তনা ইরম্বা শৈরেং মতেক অমা

রথ যাত্রা নুমিৎকী নুংথিলদা
কাংশি, মাঙগং, পৃংগী মখোলগা লোয়ননা
'জয় জগন্নাথ', 'জয় জগন্নাথ'
নীল্লি মায়কৈ 'পৃম্বা মণিপুরগী।
অদুবু মণিপুরগী অতিয়াদদি
অমকপা য়েংথিনবা থম্মোয়দগী খোরকপা
লোইবা নাইদ্রবা চৈনবা খোল্লাউ
অমুবা অরংবা প্রোপগণ্ডা
কংগ্রেস সোসিয়্যালিস্ট প্রজাশান্তি
হিংসা অহিংসা রাজসিংহাসন।
"কদোমদনো লম্বেলসিবু—
চীনগা খৃৎকা মান্নদবা
লমথুংফমগা লম্বেলগা শন্নদবা
ফিদমদগী মীশক্লা লুবা?"
হংলি নহাক্তি ইমা মৈতৈ লৈমা।

— 'মণিপুর', ১৯৪৯



মণিপুর ! নহাক্কীদমক বাদবা শুমদে ঐহাক
চৎমিন্নরক্কি খুৎশন্নদুনা চহী কুমজা কয়াসি
চৎলিবনি হায়দুনা মণ্ডালগী লমদম্মদা
অদুবু থাংজিল্লক্কি খোঙদি অমম্বদা অসুম
অমম্বগী মথংদো অমম্বা।

— তীর্থ যাত্রা

## পাউ-চেশিংদা ফোঙখিবদগী লৌথোকচবা

# তূমিন্না লৈবদা চীং-লেম্বা ঃ নীলকান্ত

*দেবরাজ*

কবি নীলকান্তবু ঐনা অহানবা ওইনা শকখঙজবসি মহাক্কী শৈরেংশিংদনি। খৃ. কু. ১৯৮৭ কী বানি। চহী অদুদা মহাক্কী শৈরেংগী লাইরিক 'তীর্থ যাত্রা' সাহিত্য একাদেমীগী মনাগীদমক খনখি, অদুগা হিন্দীগী সাহিত্য নৈনরোলগী চেফোঙ 'প্রকর' দা লাইরিক্তুগী সমালোচনা ফোঙখি। ডাঃ ইবোহল সিংহ কাঙ্জম্না সমালোচনাদু ইরগা ঐঙোন্দা পাননবা পীরকখি। করিগুম্বা লাইরিক অমদা য়ুম্ফম ওইবা সমালোচনানা লাইরিক অদুগী মপূং ওইবা মথায় অদু মপূং ফানা খঙহনবা ঙমদে; অদু ওইদুনসু তীর্থ যাত্রা গী শৈরেংশিংগী মহৌশাগী ওইবা মশক অমদি খঙখি, লোয়ননা ঐগী পুক্নীংদা নীলকান্তগী খুৎইবু খঙনীংবা পোকখি। শৈরেংশিং অসিগী অইবগা উন্নদুনা মহাক্কী পার্সনেলিটি, বাখল অমদি মহাক্কী সাহিত্যগী ওইবা মীৎয়েং খঙদোক্কদবনি হায়বা বাফম অমসু ঐগী পুক্নীংগী কাচিন অমদা য়াম্না কম্না ফাওরকখি। মসিগী মরমদি কবি নীলকান্তগা ঐনা থেংনরুবা শৈরেংশিং অদুদা শৈরেংশিং অদুগী য়ুম্ফম অমদি হীরমশিং শাগৎপদা বেদান্ত, উপনিষদকী ওইবা বাখল্লোন অমসুং অরবিন্দগী মী অমদি পুন্সিগা মরী লৈনবা মীৎয়েংগী অখন্নবা থৌদাং অমা ঐনা উবা ফংখি। মহাক্কী শৈরেংশিং খরা পারুবদা ঐহাক হিন্দীগী জয়শঙ্কর প্রসাদ অমসুং মলয়ালমগী ও. এন. ভি. কুরূপ নীংশিংলকখি, অদুগা লৈচিন্না কূপখিদুনা মহাকবি নিরালানা বেদান্ত অমদি বিবেকানন্দবু মহাক্কী কবচ ওইনা হেক হেক শাঁজিন্নবগুম নীলকান্তসু অমম্বগী নোংলৈনা কূপশিন্নকপদা উপনিষদ অমদি শ্রীঅরবিন্দবু মহাক্কী মমাঙদা থম্মাঁ, নোংলৈ-নুংশিৎতুনা হেক লেপখিবদা হান্নগুম লৈ হায়না করি-করিগুম্বা মতমদা ঐঙোন্দা ফাওরকখি।

নুমিৎ থরনিগী মতুংদা সভা অমদা কবি নীলকান্তগা ঐগা শকখঙনখি। য়াইমরপ ওইনা বাংবা মীওই। মঙাল চেনবা ঙৌরুনবা কুচু। কোক্কী মরু ওইবা শরুক্তা চোইজাননা হৌবা শম্নাং খরা — অতৈনা লৌবুক্কী শম্বল মতৌগুম মায়কৈ অহমদা থরাক-থরাক য়াম্থবা। লংত্রিক লংবা ঙামথরপ তৌবা লাইবক। নাতোন খজিক্তুং চাউরপ। নুংঙৌদা ঙাঙলৈনবা চঙবা মচুগী মীংম্না, চহীগী মতাঙনা উক্রোঙ মনুংদা চঙগদৌগী তৌরিবা নুমিদাংবাইরমগী উচেক মান্নবা। মীংম্নাশিং অদুবু ঙাক-শেন্নিবা অরাওবা অঙাঙবা মচুগী ফ্রেমগী অথাবা আনোক্লা নাতোনগী নাকচীদা। পারপ তৌনা ঙাঙলৈনরবা চীনবান। অরোনবগী মশক ওইরবা শেংফান্তবা মোমোন মীনোক। করি-করিগুম্বদা অরঙবা পীক্তক তৌবা য়াতোন। অঈংবা অমদি চীং-লেন্নবা মায়থোঙ। লৈবাকমচা তানা লীৎলিবা পৌরপ তৌবা মুগাগী অরঙবা ফুরীৎ-পূময়াৎ। অঙৌবা ফৈজোম। খোঙনা চৎপগী উফূল থাংলেবা খোঙ। চাওরপ তৌবা খুজিন। ব্রাউন মচুগী বাতাগী সেন্দল। খুৎ নাম্নদনা সেগাদা য়েম্লগা পায়রিবা কোফী মচুগী বেগ। খুৎ নাম্নদনা পীক্তকপা মন্নবা ঘড়ী । মসিনি অহানবা থেংনবদা উখিবা কবি নীলকান্ত। ঐনা খুৎ লোম্নরগা নমস্তে তৌখি। মহাক্কী মচীনবান খজিক্তং লেঙখি, পাউথুমগী বাহৈ অমতা ঐগী নাকোংদা তাখিদে। মহাক অহাঙবা অমদা য়েংবগুম তৌরম্মী, করিগুম্বা অমা খনবগুম, নুপা অসিগা উনবসি অফম্বা ওইগদ্রা, ওইরোইদ্রা? ঙকচানবদু খজিকখক্তনি, মরমদি বারী ইবা জৈনেন্দ্র অমসুং কবি অজ্ঞেয়গা ঐহাক কয়ারক উনখ্রে, মখোয় অনীসু অসুম হায়না তৌই। মীকূপ খরগী মতুংদা নীলকান্তনা ঐগী ঙকচানবদু কোকহল্লদুনা ঐঙোন্দা বারী শাবা হৌরকখি। ঐ ঙকপনা খম থেংলম্মী, মহাক্না ঐঙোন্দা হিন্দী সাহিত্যগী মরমদা পান্নদুনা নঈ কবিতা অমদি মসিগী কবিশিংগী মরমদা য়ামনা মরীক চূম্বা বা ফোঙদোরকখি। মতম লৈতবনা বারী শানবা অদু কয়া শাংখিদে, অদুবু কবি নীলকান্তনা ঐগী পুক্নীংদা মুৎনাইদ্রবা শক্তম অমা লেঙদনা থমখি। মহাক্কী শৈরেং খরা পারুবদা ঐগী পুক্নীংদা মহাক্কী পার্সনেলিটিগী চীং-লেন্নবা শক্তম অমদা শাগৎখিবদু উনবা অসিনা অহোংবা লাকহনবগী মহৎতা হেন্না চেৎশিনহনখি। শৈরেংশিংদা ঈহৌরিবা চীং-লেম্বা মতৌ, অচম্বা, অরোনবা, থোং-নৌবা, লেম্না লৈতনা থিবা অমদি খোয়থূন্নবা চৈনাগী য়ানশিন্নবা মশক অমা ঐনা মহাক্কী পার্সনেলিটিদা থেংনখি। মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়দা ঐবু খনবা মতমদুদা মতমদুগী ভাইস চান্সেলর প্রো কে. জে. মহালে (মশামক ফ্রেঞ্চ লোন অমসুং সাহিত্যগী স্কোলার) না ঐঙোন্দা মণিপুরী সাহিত্যগা তোঙন-তিন্নবা লৈনবা হায়খি। লমদমসিদা লাকপা মতমদা জনকবি নাগার্জুননা মণিপুরগা অমদি ভারতকী অতৈ মফমগগী মরক্তা সংস্কৃতিগী পাউখোম্নোয় অমা ওইনা থবক

তৌনবা হায়খি। কবি নীলকান্তনসু করিগুম্বা অমত্তা হায়দনা ঐগী লেংবান্দা থৌদাং অসি থোনগৎলকপগুম তৌখি। মশাগী মতমগী মায়কৈ তাক্লিবা অথোইবা মীওইশিংদি ঙাঙথোক্তবা লোন্দা থৌইনশিল পী।

মণিপুরী লোনগী লাইরিকশিংদা সাহিত্য একাদেমীনা খৃষ্ট কুম ১৯৭২ দগী মনা পীবা হৌখি। অদুবু হিন্দীদা মণিপুরী সাহিত্যবু হন্দোকপা, অইবশিংগী পরিচয় তাকপা নৎত্রগা লোনসিগী সাহিত্য ইতিহাস ফোঙদোকপনচিংবগী মায়কৈদদি কন্নানসু পুক্নীং চঙদবগুম তৌই। একাদেমীগী 'সমকালীন ভারতীয় সাহিত্য' গুম্বা মশক নাইরবা চেফোঙদা মণিপুরী সাহিত্যগী মচাকশিং ফোঙদোকপগী তঙাইফদবা লৈ হায়বা খঙলমদে। ঐহাক্না একাদেমীগী হিন্দীগী চেফোঙদুদা সম্পাদক শানীদা মসিগা মরী লৈনবা অকনবা লোন্দাদা রাকৎ য়াওবা চিঠি অমা ইখি। মহাকনা ঐগী চিঠিগী পাউখুম পীরকপদু থরা গুরুপ থোকখি— "সমকালীন ভারতীয় সাহিত্য দা ওসি ফাওবদা মণিপুরী সাহিত্যগী করিগুম্বা অমত্তা ফোঙদবসিগী মরমদি ঐনা আর্টিকল অমফাও ফংদবদগীনি।" মদুগী মতুংদা শানীজীনা য়াম্না থবায় য়াওনা মণিপুরী শৈরেংশিং, ৱারীমচাশিং, নাটকশিংগী অনুবাদ থারক্লবা হায়রকখি অমসুং মণিপুরী সাহিত্যদা য়ুম্ফম ওইবা ইসু অমা পুথোকখি। মহাক্কী সম্পাদক্কী ওইবা ৱারোন্দা অতোপ্পা ৱাফম কয়ারুমগা লোয়ননা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগী মরমদা মী অতৈনা খঙবা য়াম্না মথলি হায়না শানীনা য়াম্না কম্না হায়রকখি। লোয়ননা মহাক্না থারকপা চিঠিদা মণিপুরী লোনগী মীহুৎ ওইরিবা মীওইশিংসু মশাগী লোন অমসুং সাহিত্যগী মতাঙদা তূমিন্না লৈ হায়না ইরকখি। হায়রক্লিবসি মরুওইনা কবি নীলকান্তবুনি। মরমদি সাহিত্য একাদেমীনা মতম অদুরাইদা মরু ওইনা মঙোন্দা মণিপুরী লোনগা মরী লৈনবা থবক অয়াম্বা শিন্নে, অদুগা মহাক একাদেমীগী ইকায়খুম্নফম ওইরবা মেম্বর অমসু ওইরম্মী। থৌদোক অসিনা ঐগী মাঙদা নীলকান্তগী পার্সনেলিটিগী অতোপ্পা শক্তম অমা থোকহন্নরকখি— মশাবু লোংশীনবা মশক; মশাগী মগুণবু, মশাগী সমাজ অমদি সাহিত্যগী মগুণবু লোংশীনবা মশক। সমকালীন ভারতীয় সাহিত্য গী ইসু খুদীংমক মঙোন্দা থারকই। অকোনবগীসিসু মঙোন্দা য়ৌরকখি, অদুবু নুংদা নুংঙাইবা পোক্লবসু মহাক্না মপাম্থোংদদি ফোঙদোকখিদে। মসিনি মহাক্কী স্বভাব। মণিপুরী সংস্কৃতি, ইতিহাস নৎত্রগা কলাদা করিগুম্বদা আক্রমন তৌরক্লবা মহাক হেক্তা চোংথোক্নুনা ৱাহৈগী লান তৌনৈ, মশাগী শক্তি পুম্বা শীজিন্নদুনা অরোইবীদা মণিপুরগী মিংচৎ ঙাক্লবা হোৎনৈ, অদুবু অমরোমদা তঙাইফদবা লৈরবসু মশাগী মায়কৈদগী মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিবু মপান্দা খঙহন্নবগী থবক পায়খৎতে। মহাক্না হিংলিঙৈদা মহাক্কী সাহিত্য অমদি ৱাখল্লোন্দা অকনবা আক্রমন তৌরক্লবা নত্তে। সভা থরদা মহাক য়াওনা য়াওনা মাগী অকনবা আলোচনা তৌবা য়াওখি, অদুবু মশাগী মগুণ লোংশীনবদুগী মতৌগুম মহাক্না মঙোন্দা য়ৈরক্লিবা ৱাহৈগী চৈফুশিং অদুগী পাউখুম পীখিদে। মহাক্কী অমত্তা ঙায়রবা পাউখুমদি— মোমোন নোকপা অমসুং তূমিন্না লৈবা। অসিগুম্বা মীওইনি— 'বা ঙাঙদবা নীলকান্ত।'

খৃষ্ট কুম ১৯৮৯ দা 'আধুনিক মণিপুরী কবিতাএঁ' হায়বা লাইরিক্ছু ফোঙখি। লাইরিকসিদা মণিপুরী লোনগী কবি কুম্থামরীগী শৈরেংশিংগী হিন্দী অনুবাদ য়াওই। পান্দম অমগী মখাদা লাইরিকসিগী মমিং 'দ্বিতীয় সমরোত্তর মণিপুরী কবিতা' (অনীশুবা লাণ্ডাও মতুংগী মণিপুরী শৈরেং) হায়না থোনখি। লাইরিকসিদা অতৈ কবিশিংগা লোয়ননা হিজম ইরাবত অমসুং অশাংবম মীনকেতনসু য়াওখি। ইরাবত য়াওবগী মরমদি মহাক্কী শৈরেংশিং খৃষ্ট কুম ১৯৪২ গী অদুৱাইদা ইখিবনি, অদুনা মহাক্কী অসি অনীশুবা লাণ্ডাও মতুংগী শৈরেংগী থোঙজিন্দা লেপ্লিবা শৈরেংশিংনি হায়না লৌদুনা য়াওহনবগী তঙাইফদবা লৈ হায়না খনখি। অতোপ্পা অমনা মহাক্কী শৈরেংশিংগী লাইরিক ফোঙখিবদু খৃষ্ট কুম ১৯৮৭ তনি। অদুগা মীনকেতন নৌহৌনা য়াকায়রকপা মতমগী কবি ওইরবসু অনীশুবা লাণ্ডাও মতুংগী মতমদসু শৈরেংদা খুৎ থারি। অফোঙবনা ইতিহাসকী ওইবা ৱাফম য়ুম্না খঙদবদগী লাইরিক্কী মমিং 'আধুনিক মণিপুরী কবিতাএঁ' হায়না ফোঙলকখি। লাইরিকসি ফোঙদোকপা মতমদা কবি নীলকান্ত ষ্টেজদা ফমখি। মহাক্কী ভাবদা মহাক্না লাইরিকসিদা মীনকেতনগী শৈরেংশিংবু য়াওহনবদা কম্না য়ানীদেবা ফোঙদোকখি, মরমদি মীনকেতন নৌহৌনা য়াকায়রকপা মতমগী কবিনি, আধুনিক কবি নত্তে। মসি কন্নাগুম্বা ছায়াবাদী কবি অমবু নঙ্গ কবিতাগী কবিশিংগা ফম্নীন্নহনবগুম থোকখি। মতাঙসিদা নীলকান্ত কিগদবা অমদি অশেং-অশেংবা হায়দোকপা ইতিহাসকার অমগী মশক ওইনা থোরকই। য়াম্না শক্তি অমদি মতীক-মগুণ লৈবা অমা ওইনা, তপ্পা তপ্পা ঙাঙলবসু মশাগী বা য়াম্না কম্না ফোঙদোকপা গুম্বা অমা ওইনা।

'আধুনিক মণিপুরী কবিতাএঁ' দা কবি নীলকান্তগী 'মণিপুর' কৌবা শৈরেংগী অনুবাদ য়াওই। আধুনিক মণিপুরী কবিতাগী ইতিহাস হৌখি হায়নরিবা শৈরেং অদুনি। খৃষ্ট কুম ১৯৪৯ দা ফোঙখিবা শৈরেং অসি আধুনিকতাগী চৈফু, পুন্সিগী অশেংবা মশক অমসুং অনৌবা ৱাখল-পরীংগা লোয়ননা সংস্কৃতিগী অ্যানগসু মরী লৈনৈ। "রথযাত্রা মুক্তিকী মুদ্রিকলা/কাংলি, মাঙলাং, পুংগী

মখোলগা লোয়ননা/'জয় জগন্নাথ', জয় জগন্নাথ'/নিল্লি মান্নকৈ 'পুম্বা মণিপুরগী।/অদুবু মণিপুরগী অতিয়াদদি/অমকপা রেংথিনবা থম্মোয়দগী খোরকপা/লোইবা নাইত্রবা চৈবা খোল্লাউ/অমুবা অরংবো প্রোপগণ্ডা/কংগ্রেস সোস্যালিষ্ট, কম্যুনিষ্ট, প্রজাশান্তি/হিংসা, অহিংসা, রাজসিংহাসন।/কদোমদনো লম্বেনসিবু—/চীনগা খুৎকো মাপ্নদবা/লমথুংফমগা লম্বেনগা শম্নদবা/ফিদমদগী মীশক্লা লুবা?'/হংলি নহাক্তি 'ইমা মৈত্তে লৈমা!" মসিগী মখা তানা শৈরেং অসিদা থোইবীনা শাথৌবা, কাত্তাগী নুংশিৎ, লাইহরাউবা, জগোয়-রাস, শিব, সীতা, মহাত্মা গান্ধী, ষ্টেলিন, জার, ইউ. এন. ও., শকুন্তলাগী নীংশিং খুদোপ অমসুং পুন্নমক অসিগী মরক্তা মমা লৈবাক মণিপুর য়াওই। মমাবু কাউথোক্রবা লমদম অসিগী মচাশিংনি। সিম্বোলশিং অসিগী মতেঙনা কবিনা মণিপুরী শৈরেংগী ইতিহাসতা আধুনিকতাগী জ্ঞানগী ঈথক হৌহনখি। মহাক্না শেংনা বাইনা ফোঙদোক্লবসু শৈরেং অসিগী হিন্দী অনুবাদতা কবি নীলকান্ত মথম্মোয়নুংদা নুংঙাইবা পোকচখি হায়বসি মহাক্কী ইঙ্গিৎনদি ফোঙদোকখি। মসিগী প্রমাণ হায়ববু নোংমা মহাক্না ডাঃ ইবোহলদা হায়খিবা অদুনি, 'কাঙজম, নঙনা য়াম্না ফবা থবক তৌরে, য়াম্না ফজনা অনুবাদ তৌরে। ঐগী 'তীর্থ যাত্রা' গীসু অনুবাদ খরা তৌ।" মহাক্কী সাহিত্যগী অনুবাদ, মদুসু হিন্দীদা তৌবগী মগুন মহাক খঙপ্রে। হিন্দীদা হন্দোকপা হায়বদি— সংবিধানগী নিপালগুবা তাক্তত্তা য়াওবা লোনশিংগা লোয়ননা অতে অতোপ্পা লোন কয়াদা হন্দোক্লবগী থোঙ হাংবা। অচুম্বা বাফম অসি মহাক্না খঙখি।

'আধুনিক মণিপুরী কবিতাএ' ফোঙবদগী নীলকান্তনা মপুক্নীংদা ঐবু খরা বারৌবগুম তৌখি। মরমদি, লাইরিক্তুদা ঐগী 'অনীশুবা লান্নাও মতুংগী মণিপুরী কবিতা ঃ মীথয়েং অমা' হায়বা বারেং অমা য়াওই। তশেংবো বাফমদি, আধুনিক মণিপুরী শৈরেংগী অহৌবা শৈরেংনি হায়না লৌনরিবা কবি নীলকান্তগী 'মণিপুর' দা য়াওরিবা মচাকশিং পুন্নমক জননেতা ইরাবতকী শৈরেংশিংদা হাম্নমা ফোঙদোকপ্রে। গান্ধীবাদী ওইরম্বদগী কম্যুনিষ্ট ওইরকখিবা, মীয়ামগী য়েক্লবা নিংথৌ অমদি অঙম-অথৌগী লৈঙাক্কা থেঙ্নাইনখিবা ইরাবতনা খৃষ্ট কুম ১৯৪২ গী মতমদা শিলেট জেলদা বন্দীগী পুন্সি লেপ্লিঙৈদা ইখিবা শৈরেংশিং তশেংনা হায়রবদা আধুনিকতাগী জ্ঞানগী মরী লৈনবা ভাক্তনি। অদুবু লাইরিক ওইনা ফোঙবদি ১৯৮৭ তনি। ঐনা ইখি, "শৈরেংশিং অসি মতনদুদা ফোঙলম্নবদি তশেংনমক মণিপুরী শৈরেংগী ইতিহাসতা আধুনিক কবিতাবু হৌদোকখিবগী মমিং অসি ইরাবত্তা পীফম থোকই। যৌক্তিকসু অসুম হায়না হায়বা য়াই, মণিপুরগী লোনগী শৈরেংদা খৃষ্ট কুম ১৯৪২ গী অদুবাইগী মতমদা থেংনখিবা লৈতাদবা মতৌ অদুনা মমৈথংদা 'মণিপুর' গুম্বা যুগতা অহোংবা পুরকপা শৈরেং ওইনা খোরকপনি অমসুং ১৯৪৯-৫০ দা আধুনিক শৈরেংগী য়ুম্ফম থোনখিবনি।" ইতিহাসকা মরী লৈনবা অচুম্বা বা অমবু ফোঙদোকপদা ঐনা নুংঙাইরোইদবা মগুদো হায়দনবা অমদি 'মণিপুর' হায়বা শৈরেং অমসুং মসিগী অইববু শৈরেংগী ইতিহাসতা ফংলিবা ফিদা অদুদা মৈশা লাংহন্দনবা য়াম্না কয়া হোৎনখি। অদুবু মদু ওইবা ঙমখিদ্রে। ইতিহাসকী অচুম্বা কনাবুসু চৈনা পীদনা তোক্তে। কবি নীলকান্ত চহী অহুমলোমদি ঐবু খরা বারৌরপ তৌখি। মহাক্না করিমত্তা ফোঙদোকপদি নত্তে; অশাওবা উৎতে, য়ানীংদবা ফোঙদোক্তে; খুৎ লোয়নবদা ওক্লগা হেক্তা তুমিন্না লৈখি। মতম অদুদা ঐঙোন্দা চৈনা অমা ফাওখি। অদুবু ইতিহাসনা ঐবু উপায় লৈহনখিদে। তপথদুনা লৈবনা অফবনি হায়না খনখি। মহাক্না হায়গী ফীবমদা তপ্না তপ্না হনজিল্লকপদু উবদা ঐঙোন্দা অপেনবা পোকচখি। নোংমা মণিপুর হিন্দী পরিষদকী লাইব্রেরীদা লাইরিক অমা ফোঙবগী থৌরমদা নীলকান্তজী মতম চানা থুংলখি। মতমদু শীন-লাঙঙিবা কাঙবু কনামত্তা লৈতে। ওহাক্কী মতুংদা ঐসু থুংলুই। মহাকপু নমক্তে তৌরগা ফমগে তৌবমক্তদা মমাঙৈগী মীনোক অদুগা লোয়ননা মহাক্না হংলকখি — "অজ্ঞেয়গী মরমদা নহাক্কী বাখল করিনো?" অদুগী মতুংদা পুংমুক অজ্ঞেয়গী সাহিত্যগী মরমদা বারী শানখি। নুমিৎতু ঐনা খঙখি— কবি নীলকান্তগা অজ্ঞেয়গী বাখল্লোনগা য়াম্না নকশীম্রে, মহাক্কী ভক্ত অমসুনি। ঐনা নীংজবসি মহাক্না কবি কনচেনবনা সাহিত্য একাদেমীগী মনা ফংলকপদা নুংঙাইবা ফোঙদোক্নুনা মহাকপু ওকপগী থৌরম অমদা কনচেনবগী শৈরেংশিংবু অজ্ঞেয়গী শৈরেংশিংগা থম্নিন্নদুনা নৈনখিবা অমসুং মশামক্না মহাক অজ্ঞেয়গী মপুক্নীংনা য়াজবা শিষ্য অমনি হায়না ফোঙদোকখিবা অদুনা চুম্নবোইরে হায়না খঙজখি। মসি মহাক্না লৈরোইদবা নুমিৎ খরনিগী মমাঙগী বানি।■

*হিন্দীদগী 'পোক্নফম' গীদমক হন্দোকপা ঃ আই এস কাঙজম*

*('পোক্নফম' ২৩-০২-২০০০)*

# ঐখোয়গী ইরক্তগী অমসু চৎথ্রে
# ঐগী আদি গুরু নীলকান্তনা লৈখিদবদা

***খাংজম ইবোপিশক***

হৌখিবা ফেব্রুবারী তাং ১২ থাংজ নুমিৎ। নুমিৎ অসি ঐগী ৫২ শুবা চহীগী ইপোক নুমিৎনি। অয়ুক্তা ঐনা ফমুংদা লৈরিঙৈদা য়াহৌদ্রিঙৈদনি নুপীনা 'পোক্লফম' পারম্নগা পাউ তম্লকপদু— "ওয়াং অহীং ওজা এলাংবম নীলকান্ত লৈখিদ্রে।" তাবদা খ্বাই লাউহি; থাজদে; অঙকপা পোকই। করিগীনো অসুক থুনা? বি পিগী ষ্ট্রোক ওইরিগদ্রা? অদুদগী কপ্পীংলকই। অদুদগী অকীবা পোক্লকই। মশা য়াম্না ফবা অমুক্তা কম্না নাই হায়বা নোংমতসু তাখিদবা, ওজাদি ঐখোয়দগীসু হেম্না পুক্তি নুংশাংনো হিংগনি খল্লুবনি। ওজানা অসুক থুনা কুইনা নারম্বদনা শিরবদি, লায়না কয়া চেনবা তীঙ্ঙ-লায়চঙবা ঐখোয়দি কমদৌবা। খঙহৌদনা শিবগী অকীবনা ইনৌ নৌনা ইশাসি থুমহংলকই। মীৎতগী পি তানা কম্নী। চহী খরা অসিদা য়াম্না নুংশিরবা পাম্মুরবা মরূপ-মপাঙ, মরী-মতা কয়া শিখিদুনা অশিবগী অবাবা কয়া থেংনরদুনা থম্মোয় অসে যনা য়াম্না কনশিল্লে খল্লুই। অদুবু ঙসিসু অমুক মীৎকী পি থিংবা ঙমদ্রে। ওজাগী মায়থোঙ নীংশিংদুনা কনা কুইনা হীপ্পুনা লৈ। নুমিৎ অসিগী অয়ুক পুং ১১ খরা হেল্লগা ওজাগী য়ুমদা য়ৌরুই। মচানুপা অহল ডাঃ বিজয়কুমারনা নমস্তে তৌদুনা ওকই। মশক খঙদবা নুপা অনী অমসু হংবা লাক্লুনা লৈরম্মী। বারী-বাতায় শানদে। অরোয়বা পুংফম তানখিবগী লায়না-লাইওংদু খঙলে। ঙসাই অয়ুক্কী অঙনবদা চৎলম্নবদি ওজাগী থবায় য়াওদ্রবা হকচাংদা লৈ-শু কৎতুনা অমুক্তং দর্শন ফংজবা য়ারম্বনি। য়াহৌ থেঙবা অমসুং ঐগী হকচাংগী ফীবম্না য়াদবনা মদু ওইখিদ্রে। বেঙ্কলনচিংবা লমদা ওইরম্নবদি প্রোসেসম্নচিংবা চৎতুনা সাহিত্য পরিষদকুম্বগী ওফিসতা নোংমগুম্বা হকচাং থম্লগা লৈবাক মীয়াম্না মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী 'অচৌবা মশক' অসিগী মফমদা অরোয়বা সম্মান পীজনবগী থৌরাঙ তৌরম্বা য়াবনি।

ওজা নীলকান্ত নারে হায়বসি হৌখিবা ফেব্রুবারী তাং ৮ দা ঐখোয়না কলকত্তাদা মিটিং অমগীদমক লৈরিঙৈদা পাউ তায়। মিটিং অসিগীদমক হায়না খোঙশাব্দুনা শ্রীমতী সজেন্নবম ভানুমতী দেবীসু ঐখোয়গা কলকত্তাদা লৈমিম্নে। ফেব্রুবারী তাং ৯ দা নিয়ু দিল্লীদা অবাং-নোংপোক ভারতকী ওইবা কবি সম্মেলন অমা ওজা নীলকান্তনা থৌরম মপূ ওইরগা পাঙথোক্কদবনি। সাহিত্য একাদেমীনা শীনবনি। সম্মেলন অসিদা শ্রীমতী ভানুমতী অমসুং য়ুমলেম্বম ইবোমচাসু শরুক য়াগদবনি। নুমিৎ অসিগী নুংথিলদা ওজাগা ইবোমচাগা দিল্লীগী কনেক্টিং ফ্লাইট তোংনবা কলকত্তা এয়ারপোর্টতা থুংলগদবনি। ডাঃ পি. নবচন্দ্রগা ঐগনা ইচেম্মা ভানুবু টেক্সিদা এয়ারপোর্ট তাম্না থিল্লি। এয়ারপোর্ট য়ৌরে। ইবোমচা থেংনরে। ওজা নীলকান্ত য়াওরক্তে। মশা ঙমদ্রে হায়দুনা অয়ুক্তা টেলিফোন্দা পাউ পীরকই হায়রে। কল্লি লায়নানা নাবনো থোইনা হংলুদে। ইবোমচাসু খঙলমগনি থাজদে। চুম্না সুম চম্না নাবা ওইরমগনি খল্লুই। থা ৭ খরা হেনবগী মমাঙদা আমেরিকাদা নাক্সবা মেলেরিয়াদুনা ওজাদা অমুক হয়া নারক্কনি হায়বা খল্লুদে। অদুননি ইখঙ খঙহৌদনা থুপখিবগী পাউ তাবদা শাথীনা ঙকখিবদু।

ঙসিদগী চাউরাক্লা চহী ৩৩ রোমগী মমাঙদা ইশাগী চহী ১৯ চঙলকপদা ওজা নীলকান্তগা অহানবা শকখঙনখি। মতম অদো ঐহাক্লা শৈরেং কয়া ইখৎপা হৌরক্লুনা লাইরিক অমা ফোঙনীংলকপগী ঙাওথংলকপা মতাঙনি। শৈরেং ২৭/২৮ গী থূৎই চবুন অমা পুরগা অয়ুক অমা ওজাগী য়ুমদা চৎখি। ঐগী অমনবা 'গুপ্ত ডাইরী' দা অসুম্না ইরম্বা থেংনৈ— "৩১ মে, ১৯৬৭ য়ুমশকৈশ। তোম্দোনগা লোয়ননা নীলকান্ত উম্নরুই— ঐগী পোএমগী স্কৃপ্ত পীরম্মী— হংচিং লাকউ হায়। পুক্তিদা অহানবা টেষ্ট (চাহয়েং) ১ নি ঐগী সাহিত্যগী পুক্তি খঙগদবা।" ( তোম্দোন অসি হৌজিক্তী মীৎকী মমিং চৎলবা ডাঃ এল. তোম্দোন সিংহনি। মহাক্না কলেজ তম্লিঙৈদা ফজবা বারী মচা খরা ইখি। মতমদুদা ঐগা শাগেগী থুম্না অসিগা তোয়না লোয়নজখি।) মখা তানা অসুম্না অমুক থেংনৈ— "২ জুন ১৯৬৭, ঈরাই। ওজা নীলকান্তগা বারী শানে— সাহিত্যগী মখল মখল। মানা ঐগী শৈরেং ফজ্জে হায়— ঐনা নুংঙাইজে।" মসিগী মতুংদগীদি ঐগী সাহিত্যগী পুক্তি ইতিহাস অদুম ওইদ্রে। ওজানা পুশিনবিদুনা নহারোল সাহিত্য

প্রেমী সমিতিদা য়াওরে। চহী অনীগী মতুংদা অহানবা লাইরিক 'অপাইবা খরায়' (১৯৬৯) ফোঙলে। ঐনা চহী ওয়া সাহিত্যগী লম্বেলদা খোঙথম চানা চঙশিনবা ঙমজখিবসি ওজাগী মপান্ননি। ঐনা ওজাগী শৈরেংবু পামজবা, মতৌ তমজবা অমসুং ঐগী সাহিত্যগী অহানবা লমজীং মৈরা ওজানা ওইখিবদগী মহাকপু নুংশিনা কৌজে— "ঐগী শৈরেংগী আদি গুরু।" অমুকসু মীঙোন্দা ফাগি তৌদুনা হায়জে— "ঐগী শৈরেংগী পন্থৌ। অপোকপা।" অতোপ্পা আদি গুরু অনীনা— কবি সমরেন্দ্র অমসুং ওজা শ্রীবীরেননি।

ওজাগা ঐগা কোইনদে। ঐনা ফাগি তৌজবা লরুবা করেম্নবা কয়া য়াওখি। মীনা ওজা নীলকান্তদা হায়বা ঙমদবা কয়া ঐনা হায়বা ঙম্মী। তামো ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বীনা হায়বা ঙমদবা কয়া নঙনা হায়রবদি শাউদে হায়দুনা ঐঙোন্দা ঈনশিল্লগা হায়হল্লি। সাহিত্য পরিষদকী মিটিংদা লাউনবা য়াওখি। নোংমেতা ওজানা ঐঙোন্দা ৱাৱৌদে। ঐনা শাউজখিবা মীকুপ কয়া লৈখিদবদি নত্তে। অদুগা ওজানা মী অমবু হন্দুনা চৈবা-ডাঙবা অমুক্তা তাখিদ্রি। মীনা মাবু থীনা হায়বিবা চৈবিবা হন্দুনা খবরদা ইরকপদি থেংনেখি। মদু পুন্নমক মানা খাঙবা ঙম্বগুম তৌই। হেক হেক হায়— "ঐগী কোক্তি নেগ্রোগী কোক্নি। মদু অমত্তা চঙবা ঙমদে।" ওজা নীলকান্তগা কোয়নদে হায়বদনি। কুইনা ফম্মীম্নদুনা ৱারী শানবা নুংঙাইবা মীশক্তি নত্তে। ৱা কয়া ঙাঙগদ্দে। ষ্টেজদা মাইক্রোফোন্দা থোকত্রগদনি শাংনা শাংনো ঙাঙবা। লম্বীদা উনবদা কৌনদে। খঙনদবা মীগুম্না লেংথৈনদুনা চৎলি। ঐগতা নত্তে মী অতৈগসু অদু মঙায়। মমায় লোংখৎলগা মখোঙ লাওনা লাওনা কান্নগা চুমথ্রিং চৎখিনি। নুপী পুলিসনা লম্বীদা ট্রাফিক সাইন তৌই হায়বা খঙখিবা কুইদ্রি। খোঙপ্রাওবু শেৎলবদি ওজাগী মীৎনা নুপী নৎত্রগা নুপা খেন্নবা খঙদে। সাহিত্য পরিষদকী ওফিস পাউনা বাজারদা লাকপদা মপা লাম্হোক্রুরগা অমুক হন্নকপা কয়ানি। ওজানা নোংমা শম কক্করগা থেংনবদা ঐনা হায়— "ওজাগীদি হাজামদা কোই ককপগী মমল পীরগা শম অদুম কোকথোকপা য়াই।" (মতমদুদা ঐগীদি কোক কা হেন্না তাঙদ্রি)। ওজানা মদুদা নোকপসু তৌদে, ৱা অমা খুন্নকপসু তৌদে। অয়াম্বা মতমদা মকোই কোক্রুক্তবা খোঙগী খুজিন লোঙখুনগুম্না চাওবা থেংনৈ। ঈরুজবদা মকোক তুমগল্লি। তাঙলবা কোক্তা নুমিৎ মঙাম্না য়ৈবদা মিংশেলগুম্না পুন্নং লংখৎলি। ফীজোল কেবা নানবদা থোইনা খোয়জঙদে।

কবি সম্মেলনগী ষ্টেজদা কৃক কৃক ঈম্মনা ফম্মীম্নবা অমদা ওজাগী য়াম্না সেরিয়স ওইবা মায়গী মশক উরম্নরগা ঐনা য়ুমলেম্বম ইবোমচাদা হায়— "য়েংঙু ওজা নীলকান্তগী মশকসি তাখৎত্রা ফুনীংদ্রা! মমীৎ ইতোঙ হেক তোঙলদনা!" ইবোমচানা শিথ শিথ নোকই। ওজা নীলকান্তনা ফাক ফাক মখোল হৌনা নোকপা অমুক্তা উখিদ্রি। নোকফেৎ তৌবদগী হেন্দে। মীনা ফাগি তৌবদা পাক নোক্কে। পাউ অমা তম্নগা ফাক ফাক মতোমতা নোকপা ফুরাইলাৎপম ঐজ্ঞা বিহারীগা ওজাগা য়াম্না থৈম্নে। (ঐজানা ওজাদা 'নীলকান্ত বাবু' কৌই। ওজাদগী চহী খরা হল্লি) ওজাদি কপসু কপকল্লি। ভাষণ পীবদা অমসুং শৈরেং পাবদা কম্না কয়ারক উগ্রে। ঐনা ওজাদা হেক হেক হায়— "ঐখোয়দি পাক-পাক কপ্পু য়াদে। পৈশা তিংদ্রবদি কপ্পু য়াদে।" মদুগী অর্থ অদুম খঙঙি। ঐখোয়না থকপা চাবা তৌই হায়বা ওজানা মুম্না খঙঙি। মদুদা মানা তাথীবা হঙোইবদি উংতে।

শাংদ্রবা চহীশিং অসিগী মনুংদা ওজাগা তিন্নজবদা থেংনরকপা ৱারীশিং থৌদাকশিং ৱারেং অসিদা লোইনা ফোঙদোকপা ওইথোক্তে। নীংসিংবগী ঈথক-ইপোমদি কোঙ্গায়নি। মণিপুরী সাহিত্যগী অহল-লমনশিংগী মনুংদা ঐনা সম্মান্দি য়াম্না তৌজবা থোইদোক্লা থম্মোয়নদি নকশীম্নুবা ঙমদবা কয়া লৈখি। মখোয় অদু থুপখিবা কয়াসু য়াওগ্রে। অদুবু ওজাদি ঐনা সম্মানসু য়াম্না তৌজবা অমসুং থম্মোয় শেংনা নুংশিজবা মশক খরগী মনুংদা অমনি। (ওজাগী দোষ শুক্রে লৈতে হায়বা ঙমদে। অদুবু দোষতগী গুণনা য়াম্না হেনবা অতাঙবা মীশক্নি।) ঐহাক ওজানা লৈখিদবগী মতুং নুমিৎ খরনি অসি তুফক-তুফাই ইচন চল্লি। হকচাংসি ইশোল শোম্নে। ও-খোংনা কপথোকপা মতাঙসু য়াওখি। অহীং তুম্বা য়াদে। তোয়না তোয়না ওজাগী মশক উরকই; ৱাঙাঙ নীংশিংলকই। ওজানা আমেরিকাদগী হল্লক্রগা অহল্লক্তি উননবগী তাঙ্গা ফংজখি। অনীরক মতেক খরা ৱারী শাবা ফংজহৌই। ঐনা তাবশিংগী মনুংদা অরোয়বা ওইগদবা 'পোক্লকম' গী ফেব্রুবারী ১ গী সিলবর জুবিলিগী থৌরম ভাষণ থওইদদুনা নীংথিনা তাহৌদে। ঐগী অকোনবা ফোঙবা শৈরেং 'মায়াদেশ' ওজাগী মফমদা পীজদুনা পাহনবা ঙমজহৌদে। লাইরিক অসি ফোঙলে হায়বা ফাওবা তারমগনি থাজদে। শাথীনা নিংঙমক্তে নুংঙাইতে।

ওজাগা ঐগা তিন্নজবসি ইমুং-মনুং খঙনা তিন্নবা নত্তে। ঐগী য়ুম ওজানা খঙখিদে। মহাক্না হেক হেক হায়খি— "নঙগী থৌদোক অমত্তং থোকপদা নঙগী য়ুমদা লাক্কনি। নঙগী য়ুম খঙগনি।" ঐগী ইচানুপা অনীদি পৌক্রিঙৈদা নোংমা 'পোক্লকম' প্রেসতা থেংনবা মতমদা তাঙ্গা চাদুনা উখি। ওজানা হায়খি— "নচানুপা অহলসে য়াম্না নুংশি। নঙনা থকচীম্নগা থীনা তৌখিগনুকো।"

অচম্বা থৌদোক অমনা ৱারেংসি লোইশিঞ্জগে। চহী মঙা খরা হেনবগী মমাঙদা ওজাগী মচানুপীরা মচানুপারা অমগী

লুহোংবদা ঐগী চহী লেঙ্গা ইমাগ্নবা অতৈগীদি বার্ত্তন তৌরগা ঐগীদি তৌরক্লে। কনাগুম্বা খরনা ওজাদা হায়রম্রে। ওজানা খল্লিবদি— "ঐহাকসি মীগী থবক লুহোংবা শোরাৎ কয়া চৎকন্দে, বার্ত্তন তৌবদা কান্নদে, লাক্রোই অসিনি। ঐনা হায়রিবনা — ওজাগী থবক্তা ঐহাক ইচৎমক চত্তবদি নত্তে, ঐগীদা ওজাদি অমুক্তবু লাক্তি। বা অসি পাউ তন্নবদগী য়ৌরম্লে। ওজানা নুংঙাইরত্ত্রদুনা নোংমো বার্ত্তনগা লোয়ননা চিঠি মচা অমা চেখাউদা চেংনা হাপ্লগা ঐঙোন্দা য়ৌনবা শিন্নরক্লে। (নোংমত্তা ওজানা ঐঙোন্দা চিঠি ইরকপা লৈখিদ্রি; ঐনসু ইখিদে। মসিনা অহানবা অমসুং অরোয়বা চিঠিনি।) চেজেং অদু ঐনা থমজিনখি অমনবা ডাইরীগী চেনা মরক্তা য়েপশীন্দুনা। নোংমদি শোয়দনা মদুগী মমল লৈরক্কনি খনখি। ওজা থুপগ্রবনিনা ওসিদি মদুগী মমল লৈরক্লে। অমুক হন্না তাঙলবা খুৎ অদুনা ঐঙোন্দা ইরকপা অতোপ্পা খুৎই অমা ফংলরোই। ■

('পোক্লকম' ১১-০৩-২০০০)

## নীলকান্ত ঃ মণ্ডালগী লম্বীগী চোকথবা লৈতবা লম্বী চৎপা

*দেবরাজ*

এলাংবেম নীলকান্তগী শৈরেং লাইরিক 'তীর্থ যাত্রা' গী হিন্দী অনুবাদ খৃষ্ট কুম ১৯৯৬ তা ফোঙখ্রে। মসিনা মহাক্কী পুন্সিগী অচৌবা অনীংবা অমা মপুং ফাহনখ্রে, অদুগা মসিনা মহাকপু থোইদোক্না নুংঙাইহনখি হায়বা য়াই। মহাক্কী স্বভাবতি মশাগীদমক কনাগু স্বদগী করিমত্তা নিদবা হায়বসিনি, অদুবু মহাক্না 'তীর্থ যাত্রা' বু অনুবাদ তৌহন্নীংবগী অপাম্বা ডাঃ ইবোহলদা ফোঙদোকখি। ডাঃ ইবোহল সিংহ কাঙ্জমনা মহাক্না হায়দ্রিঙৈগী মমাঙদগী লাইরিকসিগী শৈরেং কয়ামরুম অনুবাদ তৌদুনা লৈরিবনি। মসি মঙোন্দা খঙহনখিদে। ঐ অনুবাদশিং অদু পাখি, অদুগা অনুবাদ তৌবা পূল্লোই লোইরগা ফোঙননবা থারমদাইদা মঙোন্দা তাকসি হায়না হায়নবা অমদি লৈখি। মচা ওইবশিংনা করিগুম্বা অফবা থবক অমা তৃমিন্না তৌরগা মমা-মপাবু অঙকপা য়াওনা নুংঙাইহন্নগা মশামকসু নুংঙাইবগী ঈপাক্তা ঈরূন্না পাম্মী। অসিগুম্বা বাখল অসিদনি অনুবাদ তৌবগী বাফম মঙোন্দা খঙহন্নদবসি। কবি নীলকান্তগী পুক্নীংগী মচা-মনাও ওইনীংদবসি ঐখোয়গী মরক্তা কনাবু য়াওরমগদগে। অদুবু ঈশ্বরনা ঐখোয়গী নুংঙাইজগাদবদুদা অয়াবা পীখিদে। 'তীর্থ যাত্রা' হায়বা লাইরিক অসি বিড়লা ফাউন্দেসনগী মনা পীনবা থম্নবগী খনগৎপদা য়াওরে, মসিগীদমক হিন্দীদা অনুবাদ পাম্মী হায়বা পাউ ডাঃ আই, আর. বাবুদগী তাখি। মসিগীদমক ডাঃ ইবোহলবু থিরকখি। লোৎলম্বা বাদু ফোঙদোকখ্রে। অদুবু লাইরিক অসি মনা ফংবা য়াই খঙবদা ঐখোয়দা নুংঙাইবা অমা ফাওখি। ইবোহল সিংহ কাঙ্জমনা অহীং-নুংথিল নাইদনা হোৎনদুনা লেমহৌরিবা শৈরেংশিং অদুগী অনুবাদ লোইশিনখি। করিগুম্বা মরম অমদগী 'তীর্থ যাত্রা' মনাদি ফংখিদে, অদুবু বিড়লা ফাউন্দেসনগী মতেঙনা হিন্দী বুক সেন্টরনা লাইরিক অসি ফোঙদোরকখি। মসিসু তত্রাইনা লৌবা য়াবা বাফম অমদি নত্তে।

'তীর্থ যাত্রা' গী শৈরেংশিং পারক্লগা খ্বায়দগী হেন্না পুক্নীং চিংশিনবা বাফমদি শৈরেংশিং অসিদা য়াওরিবা 'মণ্ডাল' গী ভূমিকা অসিনি। পূম্না শৈরেং হম্ফু মাথোইসিগী মনুংদা কুন খরা হেনবগী মপুং ওইবা বাখল্লোনগী অচৌবা শরুক অমদি মণ্ডালগী তোঙান-তোঙানবা মচুশিং অমদি মসিগী ঊখিদা য়ুম্বম ওইবনি। অমম্বগা মণ্ডালগা মুক্লবগী নুং-পালগী ওইবা মশক্কী মমিদা য়ুম্বম ওইবা শৈরেংশিংসু য়াওশিল্লবদি মশীংসি কুম্লারোম্ব গুগনি। শৈরেংশিং অসিদা নীলকান্ত ইহান হান্না মণ্ডালগী খোঙচৎ হৌনীংলিবা কবি অমা ওইনা থোরকই। মঙোন্দদি মীওইবা হায়বসি মণ্ডালগী তীর্থ যাত্রানি। মরম অসিনা মীওইবনা মণ্ডালগী লম্বীদদি নত্তদুনা অমম্বগী লম্বীদা চৎখিগদ্রা হায়বগী নুংনাংবা অমা মঙোন্দা ফাওই— "মণ্ডালগী তীর্থ যাত্রিক মীওইবনা/চৎশিন্নক্লবা অসুম অসুম অমম্বগী মফমদা/অদুমি কমদৌনি, অদুমি কমদৌনি?" (অকিবা) হৌজিক্কী সভ্যতাগী চৈফু কয়াগী অমাম্বা নুংপাক্কী মখাদা ননশিল্লবা মীওইবগী মফমদা নুংনাংলিবা অসিগী কান্নবা লৈ। য়ুগ অসিদা মীওইবনা পুন্সিগী মমল, বাখল্লোয়চিংবগী মীৎয়েংদা চেনশিল্লিবা লম্বী অদুদা হায়নীংঙাই লৈতবা অমম্বগী ইঙ্গিৎ অমা হন্না হন্না ফোঙদোকলগুম তৌই। লোইবা-খম্বা নাইদবা য়েখল-

নৈনবগী মতুংদসু লানগী ধমকী লেপ্পা লৈতে; তেঙবানবসিগী চাওখৎপা অমদি শান্তিবু কুটনীতিগী লাংনা ফাজীন্দুনা থম্মী; নুংঙাইথোকপা পাম্বা অমদি কৈথেলগী মপাল তাংবা অসুম হেনগৎলক্লি— মসিনা মরম ওইদুনা মীওইবা অমদি মীরমচংনা মঙালগী মশক ওইরবা তুংগী লমদম অমদা থুংলুবা ঙম্নবা লম্বী শেম্বা উবা ফংদে। মরম অসিনা কবি নীলকান্তগী অকিবসি আধ্যাত্মিক অমদি দার্শনিক ওইবা বাখল্দগীদি হৌজিক্কী পুন্সিগী ফীবমগী অকনবা লৈমায়দা লেপ্লুনা লৈবা উই। কবি নীলকান্তনা মণিপুর ইমাদা হায়— **"হায়ব্রু ইমা—/অমম্বা অহিংসি কোক্লনি/মঙালগী খোঙচৎ হৌরনি"** (মণিপুর ১৯৭৩)। মহাক্না মথা তানা হায়— **"মণিপুর। নহাক্কীদমক বাদবা ঙমদে ঐহাক/চৎমিন্নরক্লি খুৎশেন্নদুনা চহী কুমজা কয়াসি/চৎলবনি হায়দুনা মঙালগী লমদমদা/অদুবু খাংজিন্নরক্লি খোঙদি অমম্বদা অসুম/অমম্বগী মথংদা অমম্বা।"** (তীর্থ যাত্রা) খুদম অনীসিদা নত্তে, শৈরেং পূন্নমকপু মণিপুরগী ঙসিগী অশেংবা শক্তমগা থানদুনা পাত্রবদি শৈরেংশিং অসিগী চপ চাবা অর্থ খঙবা ঙম্লোই। 'মঙাল' গুম্বা ফিদমগী মশক ওইরবা বাহৈবু য়াম্না অচেংপা অমদি অশেংবা মশক্তা শীজিন্নবসি মণিপুরী শৈরেংদা নীলকান্ত নত্তনা কনাগুম্বা কবি অমত্তা ঙমদ্রি।

কবি নীলকান্তগী দার্শনিক — চিন্তন্দগী থোরকপা মঙাল তোঙান-তোঙানবা শক্লোন্দা ফোঙদোরকই। অশিবা হায়বসি মঙালগী মশক অমনি: মসি মঙাল অমসুং অমম্বগী মরক্তা কদায়দনোমা লৈ। মরম অসিনা অশিবগী অর্থ পুন্সিগী অরোয়বা নত্তে— **"নহাকসি মঙালগী শক্লোন অমনি/অমম্বগী মনুংদা লৈরিবা অঙানবনি/নহাক্তি নত্তে অরোয়বা/পুন্সিগী।"** (অশিবা) মাঙবা নাইবা, পুর্ক্নাংগী তথকপা, পোকপা-শিবা, হৌবা-লোইবা হায়বসিদগী নাম্থোক্লবা পুন্সিগী মতম চুপ্পগী ওইনা চেষ্টরিবা ঈচেল্সবু মশক খঙদ্রিঙৈ মমাঙদা থবায় পানবশিংনা আত্মজ্ঞান ফংবা হায়বসি তঙাইফদবা অমনি অমসুং মসিগা সাধনাগী মঙালগী মরী লৈনৈ— **"মরমদি মসি আত্মজ্ঞাননি/বাখলনা লাম্বা ফংলরোইদবা/থেনগদবা সাধনাগী মঙালদা/যোগীগী তপস্যাদা।"** (ঐ), নুমিৎ লীশীং লীশীংগী লমদম ওইবা নিংথৌ তুরেন্দা পুন্সিগী অশেংবা মশক থিবা ফংলোই, অদুবু খুৎনা শোকপদদা লৈনাশিংনা কেল্লবা অমদি মালেমসিদা ফজবগী মঙাল শন্দোক্লনা পুন্সিগী অর্থ মশা মতোমতা তাকচরকই— **"ঙসি অমুক্তা শোকচরকই লৈরাং অমতং/খুৎনা শোকপদা কেনখি/লৈমায়দা তাখি ফজবগী মঙাল পৃম্বা/খঙহৌদনা পোকখি বাখলদা—/অসিন্না পুন্সী হায়বদুবু/অর্থ য়াওদনা ঙাল্লম্বা/ঙহাক্কী মৈরীওম?"** (পুন্সী) অদুবু দার্শনীক ওইবা অচুম্বা অসিবু, অর্থ লৈবা মঙাল অসিবু খঙবা অরায়বা নত্তে; মসিবু খঙনবগীদমক মুণি-ঋষিশিংগী ওইবা মীৎয়েং অমা ফংবগী তঙাইফদবা লৈ— **"তুমিন লৈখি মীৎ উইশিন্দুনা/ভারত মুণি-ঋষিশিংনা/ধ্যানগী শকফমদা/অদুনা উখি অচুম্ববু/মঙালবু।"** (তুমিন লৈবা) অমরোমদা লৈশেম মপু গুরু শিদবগী মচানুপা ইবুধৌ সনামহীবুসু মঙাললগা অমতা ওইনা লৌরি— **"লাইশঙদা নত্তে, মূর্তিদা নত্তে/বাহৈদসু নত্তে, মালেমদসু নত্তে/ধ্যানগী মিংফমদা/থম্মোই লকানুংদা/মঙাল ওইনা, মূর্তি ওইনা, মশেক ওইনা, অচুম্বা ওইনা ইবুধৌ সনামহী।"** (লাইনীংথৌ সনামহী) এঙকপা মঙাল অসিবু, মতম চুপ্পগী ওইবা পুন্সিগী অচুম্বা অসিবু, ময়েক্কী মশক ওইবা ফজবা অসিবু ফংনবগীদমক কবি নীলকান্তনা পুন্সি চুপ্পা সাধনা তৌখি— করিগুম্বদা বা ঙাঙদনা, করিগুম্বদা ঙাঙদুনা, করিগুম্বদনা লাঙতক্লনা। মহাক্কী পুন্সিগী অচুম্বা অমদি চহী য়াম্লকপগা লোয়ননা থিবগী খোঙচৎ অসিদা তুমিন্না লৈবা অমদি লাঙতক্লবা হেনগৎলকপা অসিসুনি। মহাক্না খন্নি— **"চঙশিন্নি ঐখোয়না থৌনা ফনা/শিবা কিদনা মাঙলোমদা/মঙালগী লাম্বী ওইরদুনা/. . . আশা তৌজরকই থেনেগনি অসুম-অসুম/চঙশিন্নিবা খোঙথাং খুদিংদা/অচুম্বা ফজবা/অচুম্বা মীনোক/অদুবু মমশিন্নরকইবা অসিনা করিগীনো/পুন্সীগী সন্ধ্যা য়ৌশিন্নরকপসিদা?"** (কদোমদনো লম্বীসিবু)। মঙাল, অচুম্বা অমদি ফজববু নীলকান্তনা গুপ্পগী মশাগীদমক থিবা পামখিবরা? রাহং অসিগী পাউখুম মশানা মশাগী শৈরেং **'মৈনুংদা চোংশিনগত্রা নৎত্রগা চোংশিন্নোইদ্রা'** হায়বসিদা পীরি। সংসার অসি মৈ কুণ্ড অমনি, মসিদা পাপ, ওইজ-তানবা অমসুং হিংসাগী মৈরী চাক্লি। মসিদা মী লাখ কয়া চাক্লি। কবিগী মাঙদা লাক্লিবা রাহংদি— মহাক মৈগী কুণ্ড অসিদা চোংশিন্দুনা মশাগী ঈনা চুমদবা, মীনম্বা, হিংসা, ওৎ-নৈবগী মৈরীবু মুৎথৎসিরা নৎত্রগা মৈগী কুণ্ড অসিদগী মীৎ উইশিন্নগা মশাগী য়াইফনবা শকখঙদবা লম অমদা অচুম্বা, মঙাল অমসুং অমৃতবু থিবা চৎগ্রসিরা হায়বসিনি। রাহং অসিগী পাউখুম অরায়বা নত্তে। কবিনা মৈগী কুণ্ড অসিদা চোংশিন্নবা অমসুং মৈদা চঙলবা সীতাগী মতৌওম সন্না অহীংবা ওইনা থোরকপা ঙমত্রবদি মহাক্কী পুন্সিগী ফজবা মাঙখিগনি, মহয় য়ানবা ঙম্নরোই; অদুগা মশাগী য়েংদুনা চোংশিত্রগনা **"চোংশিত্রে অমুক করমসু খাঙগনি/করমসু য়েংদুনা লৈগনি— শীহুরিবা মিৎকী পিরাঙসে/মীওই লাখ কয়াগী"**। বাখল শরীং অনী অসিগী মশাগী ওইবা রাফম লৈজে। কবি নীলকান্তসু অশেংবা রারেপ লৌবা ঙমখিদে, অদুবু মহাক্না মুণি-ঋষিশিংদা লম্বী হংল্লিবা মওং অসিনা মশাগী কান্নবদগীদি অরা-অনা নংলবা মীওই লাখ কয়াগী মফমদা মিনুংশি হেন্না লৈ

হায়বসি তাকই। মসিদা মী মশাগী কাম্নবগী মণ্ডাল অসি অৱা-অনংগী চৈনাবু মাঙহন্নবা কংথোকপগী মণ্ডান্দা ওন্থোরকই। কবি নীলকান্তনা মণিপুরগীদমক মশাবু কংথোকই।

**'তীর্থ যাত্রা'** দা মিথ অমদি সিম্বোল য়াম্না শীজিন্নে। খোংনাংথাবা, লাঙ্গোল লুখোই, কনক থেন্দ্রা, কবুই শলাংমাইবা, চরাইরোংবা, গরিবনিবাজ, চীংথংখোম্বা, গম্ভীর সিংহ, নরসিংহ, টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গাল, পাউনা, খোংজোম, শা, কৌব্রু, লানমিং থানবী, রামগিরি, অলকাপুরী, যক্ষ, কোম্বীরে, অজন্তা, খজুরাহো, বিনোবা, শেখ মুজীবুর্রহমান, যীসু খৃষ্ট, লিঙ্কন, মহাভারত, চিত্রাঙ্গদা, লোইমনাই খুন্দা অহানবা, গুরু শিদবা, সনামহী, পাখঙবা, পান্থোইবী, অয়াংলৈমা কবোকচাইবী, কোন্থৌজম লাইরেম্মা, দ্রাবির, মৈতৈ, হিন্দু, উমা, মহেশ্বর, পেনা, বাঁসুরী, লাইরেন মথেক, পাফল, কর্ণগী দোলাই চাকা লৈনুংদা চঙবা, অর্জুন, মৈতৈ পুয়া, শান্তিদাস, হরাবা, নোংথাঙলৈমা, লৈমরোন, শকুন্তলা, চীংলোন মাপন, নিংথৌ তুরেল, জয়প্রকাশ নারায়ণ, কার্ল মার্ক্স, রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র, মৈত্রবাক, কংলৈপাক, শ্রীগৌরাঙ্গ, রাধা, কৃষ্ণ, অম্বা, মণ্ডাল, প্রজাতন্ত্র, মৈরা, আকাশবাণী ইম্ফাল অসিনচিংবা সিম্বোল অমদি ইতিহাস অমসুং পুরাণগী মিথ কয়া কবি নীলকান্তগী শৈরেংশিংদা তোঙান-তোঙানবা অর্থদা শীজিন্নরি। অশেংনমক মিথ য়েলহৌঙেদগী সংস্কৃতি, সভ্যতা অমদি ৱাখলগা মরী লৈনবা মচঙ ওইবা মচাক্লি, মসিগী মতেঙনা য়েলহৌঙেদগী মীওইশিংগী পুন্সিগী ইতিহাসকী হৌরকফম ফাওবা চঙশিনবা ঙম্মী। মীওইবগী ইতিহাস নৈননবা মিথশিং অসি নৈনবা মথৌ তাই। মসিগী অতোপ্পা নাকল অমনা মিথশিং অসি কলাগী ওইবা মওংদা শীজিন্নবগা মরী লৈনে। মরমদি মিথশিং শেম্বদা শাংলবা মতমগী অনুভব, পাক-শনবা থৌদোক-ৱাথোক অমসুং মীয়ামগী থাজবগী মরু ওইবা রোল লৈ। মরম অসিনা মসিদা অশেংবা ফীবমশিং, ৱাখলশিং, গুণ-দোষ অমদি নাক-য়েংকী ফীবম ফোঙদোক্লবগী অঙকপা শক্তি অমা য়াওই। মসিগী শক্তি অমসুং থাজবা অসি উরগা আধুনিক কবিশিংনা ফোঙদোকপগী কলাগী পাম্বে ওইনা মসিবু য়াম্না কয়া শীজিন্নে। ফীবম অসি সিম্বোলশিংগীসুনি। কবি নীলকান্তনা আধুনিক ওইবা ৱাখল্লোনগী কবি অমা ওইনা মিথশিং অমদি সিম্বোলশিং য়াম্না শীজিন্নে।

নীলকান্তগী শৈরেংশিংদা খোঙথাঙ খুদীংদা মণিপুরগীদমক নুংনাংবা উবা ফংঙি। অংগ্রেজী সাম্রাজ্যবাদতগী মুক্তি ফংবা মতমদা কবিনা মহাক্কী নুংশিরবা মণিপুরগী অনৌবা মশক থেংনৈ— **"বিশ্ব মালেম লৈমগী/ খোয়দৌগী মশক মণিপুর/ঙসিদি— /নহাক্কী অনৌবা শকফমনি।" (অনৌবা মায়থোঙ)**। অদুবু অনৌবা মায়থোঙগী মরীন হোবা মোমোন মীনোক্কী অরোনবদু ১৯৭৩ দদি মপুং ফানা হাংদোয়কই— **"হোংদেদকো ইমা নহাক্কী শকফম চহী কুনমরি চুপ্পসি/ হোংদেদকো নচাশিংগী থম্মোয়সি/রাজনীতিগী তুকচরবা মোংলবা নমথিরবা শাক্তংসি/ইমাবু নমথাক তৌবসি।/কবি উপায় লৈরি হৌজিক্তি/ইলেক্সন অমুক লাক্কনি, অমুক ভোং থাদনগনি/ শেমগনি অমুক আইন সভা, মতুংদা অমুক কায়গনি/কপকনি নচা লাখ ভরানা।"** (মণিপুর ১৯৭৩) ঙসিদি মচাশিং মশীং লাখ কুনমাথোইদগীসু হেন্নে, অদুবু মণিপুরগী মায়থোঙদি হান্নগীদুনি— উফুল তৈবা, শেঙ্গা-থুমজা, থবক ফংদবা, মীনম-শোরিবা, অতনবা, রাজনীতিগী অকা-অকুম, নমথবা, নোংমৈগী মখোল, নৈহৎপিবা, শেংহন্দবা, মহৈ-মশিং ৱাংপা, শোংথবগী চবাক-চবাকপা দাগনা থম্লবা মায়থোঙ। হংলিবা ৱাহংদি হৌজিক্কী অশেংবা মশকসিগী মরক্তা পাখঙবা, ভাগ্যচন্দ্র, থোইবী, লিম্থোইঙম্বী, পাউনা, কমল অমদি নীলকান্তগী মণিপুরদু কদায়দা লৈক্লে হায়বসিনি। মণিপুরদু নীলকান্তনা মপুন্সি চুপ্পা থিখি; মহাক্কী মণ্ডালগী খোঙচংতা মতম পুম্নমক্তা মণিপুরবু থাদোকখিদে; মহাক মসিগীদমক কপখি, তেংথাখি— **"নীংথিজবীনি ইমা মৈতৈ লৈমা", "মহাক্না ঈশৈ শকখি", "নীংথিজে ইমা মৈতৈ লৈমা"**। কনাগুম্বনা লাঙতক্না হায়বা তাখি **"কদোমদনো ইমা মণিপুর"**, মহাকসু মীংলুদা পিরাং ঈহৌননা হায়খি **"কদোমদনো ইমা মণিপুর"**। কনাগুম্বনা হায়খি, **"শেমসি অনৌবা সমাজ"**, মহাক্সু আশাগা লোয়ননা হায়খি, **"শেম্নসি অনৌবা সমাজ"**। কনানো অমনা লাউখি, **"শকথঙসি ইমা লৈবাকপু"**, মহাক্সু নহা ওইবগী থৌনাগা লোয়ননা লাউখি, **"ইমা লৈবাক শকথঙসি"**। সংসারগী লোন কয়ামুক্তা নীলকান্তঙমবা পোক্লফম লমদমগীদমক কপখিবা, নুংনাংখিবা, থনখিবা, ঙাওজখিবা, নোকখিবা, জগোয় শাখিবা, ঈশৈ শকখিবা, খোল্লাউ লাউখিবা কবি কয়া পোকপ্রে। ঙসি ঐখোয়গী মণিপুরী কবিশিংগী মরক্তা পোক্লফম লমদম, মমালৈবাক্কীদমক নুংনাংবা কয়া অমা উবা ফংঙি, অদুবু মখোয়গী নুংনাংবদো কবি নীলকান্তনা নুংনাংবগা মান্নবা চীং-লেম্বা অমদি হকচীনবা য়াওবরা?

মণিপুরগী মরমদা নুংনাংবনা নীলকান্তবু ভারতকী নুংনাংবদগী তোঙাননা থম্বরা হায়বসিসু ৱাহং অমনি। কবি নীলকান্তগী মণিপুরী সংস্কৃতি ভারতকী সংস্কৃতিগী মায়োক্তা লৈবরা? ৱাহংশিং অসিগী পাউখুমগীদমক মহাক্কী **'মণিপুরী'** অমসুং **'ছন্দ'** কৌবা শৈরেংশিং পাবা তাই। **'মণিপুরী'** দা মহাক্না হায়— **"আর্য অনার্য, দ্রাবীর নিষাদ কিরাটনা/শাগথরবা ভারতকী সংস্কৃতিসি/ঐহাক্নম্রে আর্য তাক্তগী/ পুন্নমক্না চঙশিন্দুনা পুন্নমক্কী/ৱাখল মূর্তি ওইনা শাগথলবা/সংস্কৃতিনি ভারতকী অমত্তা**

ওইরবা।" অমসুং 'ছন্দ' দনা খণ্ডনদবা ওইরবসু খা ভারতকী মূর্তিশিংগী রাগবু অমদি জগোয়গী ছন্দবু মথানুংদা কোনশিনবা পাম্মী— "নহাক্কী জগোইগী ছন্দ/কোনশিনজরগনি হৌজিক্তি চেংনো/ঐহাক্কী ছন্দবু ঐহাক্কা/নহাক্কা য়াকায়বিরম্লবা।" নীলকান্তগী মণিপুরগা মরী লৈনবা নুংনোংবা পাকখোক-চাউখোরক্তুনা ভারতকী ওইবা নুংনোংবদা ওনখি। মসি মহাক্কা অথোইবা কবি অমা ওইবা, যুগ পুবা কবি অমা ওইবগী খুদম অমনি। ■

*নিংথৌদগী 'পোক্কফম' শীদমক হন্দোকপা ঃ আই. এস. কাঙ্‌জম*

*('পোক্কফম' ২৪-২৫, মে. ২০০০)*

## ওজাগা লোয়নজরকপা লনাই খ্বারীগী মচেৎ-মকায় খরা

*নোংথোম্বম শ্রীবীরেন*

নুমিৎ অদু যেন্দ্রবারীগী তাং ১২ নি। অয়ুক্তনি— ঐ মৈফু হৌগৎতুনা মাঙ্গোলগী ফম্মেন্দা ফজ্জা ফমদুনা খবর পাগাদবগী 'পোক্কফম' য়েংলুই। ইহান হাম্না ওজা নীলকান্তগী ফোটোদু উখি। ফোটোগী মথক্তা 'এলাংবম নীলকান্ত লৈখিদ্রে' হায়না ময়েক অচৌবনা নম্নিবদু উরকউ। হেক উবদা ঐগী থম্মোয়দা করি ফাওখি? চপ চাবা হায়বা ঙমদে। ঐগী হকচাংনগা খরা শোননে, ঐ লেঙ-ওৎপা ঙমখিদে, হকচাং কয়াৎ খুদীংমক ইপঙ পঙথখি; পুম্নমক খংঈং ঈংখি, মখা তানা পাথবা ঙমখিদে, চপ লেপখি। মতম ঙহাক হকচাং থক থক নাক্কা খাঙলবা মতুংদা তপ্না-ঈংনা মকা তানা পাথনবা হোৎনখি। শোয়দ্রে, ঙরাং তাং ১১ গী অহীং পুং ১১ গা মিনিট ৩০ মুক তাবদা কৈশামথোং এলাংবম লৈকায়দা লৈবা মশাগী য়ুমদা মশাগী অনাবা অমনা ওজা নীলকান্ত লৈখিদ্রে। ঐ করি তৌগনি হায়বা খঙখিদে; কুংবঙননা ঙৈহাক অমুক চপ য়ুংদুনা লৈখি। অদুদগী ইমুং লোমদা ওনশিন্দুনা ঐগী নুপীদা— "ওজা নীলকান্ত লৈদ্রে" তাক্লুই। মাসু ইমুংদগী থোক্কত্তুনা "হা! ওজা নীলকান্তবো করম্না?" অদুগী ঐগী ইচানুপী লীপ্তোইঙম্বীসু থোরক্তুনা "বাবা, ওজা নীলকান্ত শিবসিদি ওহ্লোক্না নুংঙাইখিদ্রেদা, ঐখোয় চেচে (ঐগী ইচানুপী অহল পাম্লোইবী) লুহোংবদসু ঙম্ভা লাকইকো, ঐখোয় টি পার্টিদা, মাদি য়াম্না চম্মিকো, অমগা পুরকখোগা হায়বদো; মণিপুরগী ওইনা য়াম্না মাঙজবনিকো।" মী খ্বায়না পঙহায় হায়নবগুম মাসু পঙহায় হায়রিব্রা নৎত্রগা মুম্না খঙদুনবু হায়রিব্রা, মদুদি খঙলুদ্রে। মানা হায়রিবসিদা অচুম্বদি য়াওরি; অসিগুম্বা খ্বাইহেসি কনাগুম্বা মী অমা লৈতবগী অরাবা ফোঙদোকপা সভাদা চৎনবী হৈনবী ফজ্জনবা কনাগুম্বনা হেক্তা হেনজিন্না হায়জিনবসু তৌনৈ; মদুদি নত্তে ওজাগী মতাঙদদি। শেংনা হায়রবদা ওজা নীলকান্তনা লৈখিদবসে ঐখোয় পুম্নমক্কী অতাঙবা, মমল য়াম্লবা অমা মাঙজরবনি। ওজাদি ঐখোয় পুম্নমক্কী ইমায় ওইজরিবনি, মীয়াম (মণিপুরগী মনুং অমসুং মপালগী) মমাঙদা লেম্নজরিবনি অমসুং চাউথোকচরিবনি। অদুগুম্বা ঐখোয় পুম্নমক্কী ইমায়দো ঙসিদি লৈখিদ্রে। মসিদগী হেনবা অতৈ মাঙজবা করি অমমুক লৈরিবগে? লনাই ওইনা হায়রবদা, ওজানা লৈখিদবসিদি ঐগী য়াম্না নকুবা মরী-মতা অমা লৈখিদবদা ফাওবা নুংঙাইতবা অমদি অব্বাবা অদুগা চপ মান্ননা থোকই; খরবু হেল্লি। মরমদি মরী-মতানা লৈখিদবদদি মরী-মতা ওইরুবগী নুংশিবগী শরুক্তদনি, লৈবাক্কী ওইনা মাঙজবগী নুংঙাইতবদুদি য়াওদে অদুগা ওজাগীসিদি লনাই ওইনা নুংশিজবগী মথক্তা লৈবাক্কী ওইনা মাঙজবগী নুংঙাইতবা অমসু য়াওরি। অদুনা হেল্লি হায়জবনি।

ওজা নীলকান্তগা চহী কয়া শাংনা লীশাং শীংনা তিম্নজরকই, ওজাগী মতুং ইঙ্গরকপনি ঐনা জোনষ্টোন হায়স্কুলদা ক্লাস সেবেন্দা তম্লিঙৈদা ১৫ আগষ্টকী থৌরমদা শৈরেং থীবা তাম্নবদা য়াওনবা অপাম্বা শৈরেং অমা অসুম থিরম্মী। মমাঙগী চহীশিং ক্লাস ফাইব সিক্স তম্লিঙৈদা কবি চাউবগী শৈরেংদি থীদ্রে; হন্দক্তি অনৌবা মওংগী থীনীংঙি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ফোঙবা ছাত্রগী টেক্সবুক ওইনরিবা শৈরেংগী লাইরিক 'খঙ্গৎপা শৈরেং' দা য়াওবা ওজানা ইবা 'মণিপুর' থেংনখি। শৈরেংসিবু ইরিবা কবি নীলকান্ত কনানো হায়বগা খঙবা জাৎ নত্তে; মশক্কা অমত্তা উত্রি মতমদু। শৈরেংসি ইচম চম্বা নত্তে। মোদর্ন মণিপুরী

পোইন্ত্রিগী হৌদোরকপা শৈরেংনি হায়বগা খঙত্রি। শৈরেংসিংগী মফোঙদোক্তা অমদি হীরমদা অনৌবা মওংগী খরা ওইবদুদা হেক্তা পান্নুবা ওইরমগনি নীংঙি। শৈরেং অসিনা ঐবু শাথীনা ঙাওহল্লম্মী। শৈরেং অসিনা ঐগী কোক্তা তোন্দুনা কূইনা লৈরম্মী; হৌজিকসু অদুম লৈরি। শৈরেং অসিবু ইরিবা কবি অসি কনানো মশক খঙনীংনা খঙদনা চহী খরা লৈরবা মতুংদা ঐ মেট্রিক পাস তৌদুনা ডি. এম. কলেজদা (মতমদুদা সাইন্স, আর্টস, কমর্স খায়দোক্তি; পূম্না অমত্তা ওইরম্মী) তম্নবদা ওজাবু খঙলকপনি। মাগী শৈরেং 'মণিপুর' গী ইনফ্লুয়েন্সগী ঐনা 'কদোম্মদনো লম্বেলসিবু' কৌবা শৈরেং অমা পি. ইউ. সি. তম্লিঙৈদা তাং ১।১।৬২ ইংদা ইখি; শৈরেংসিনা কলেজগী মহৈরোয়শিংগী শৈরেং চাংদম্নবদা মকোক তাখি। অদুদগী ঐখোয়না হায়স্কুল তম্লিঙৈদা লিংখৎখিবা থবক কয়া কন্না তৌদবদগী শিথরুরবা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি অসি অমুক হন্না হিংৎহন্দুনা থবক কন্না তৌবা মতমনি। মতমদুদা ডি. এম. কলেজদা ফর-ফরবা ওজা য়াম্না লৈরম্মী। মণিপুরগী সাহিত্যদা মমল নাইদ্রবা দান কয়া তৌবিরিবা ওজা অহম পূম্না লৈরম্বা থেংনরে— ওজা মীনকেতন, ওজা নীলকান্ত, ওজা রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ। ওজা অহম অসিবু লাইগুম্না লূনা নীংঙৈ। ওজা সুরেন্দ্রজিৎনা সমিতিগী সভাপতি ওইদুনা সাহিত্যগী থবক কন্না নোম্বা চেনবা হৌরে ঐখোয়। থা খুদীংগী সাহিত্য সভা ফমদুনা নহারোল ঐখোয়না ইবা শৈরেং বারেং, বারীমচা পাথোক্লগা সাহিত্যগী খঙ-হৈরবা মীওইশিংনা পাথোকল্লিবশিংদুগী অশোয়ব-অপাম্বা পুথোকল্লিদুনা বা ঙাঙঙি। হায়রিবা থাগী সাহিত্য সভাশিং অসি অয়াম্বা মতমদা নোংমাইথেম তোম্বীগী য়ুমদা তৌই। সমিতিগী মতমদুগী সভাপতি ওজা সুরেন্দ্রজিৎনা ওইজরবসু থবক-থৌরমসিংদা ওজা নীলকান্তসু য়াওবীরকখি। ওজাগী সাহিত্য নৈনবগী মীৎয়েংনা ফজবসি করিনো— মসি পুথোক্লবা লাক্লবা অমদি লেখকুনা হায়নীংলিবসি করিনো হায়না থিবনা মরু ওইনা নীংবনিনা নহারোলসিংনা ইরক্লিবশিংদু কূপ্না থম্বায় য়াওনা য়েংবিরগা ইবা হৈত্রিবা নহারোলসিংবু পুক্নীং থৌগৎপি। কলেজগী মহৈরোয়গী চহীদা ফোঙবা মেগাজিন্দা (মানা প্রোফেসর ইন-চার্জ ওইবনা) কলেজগী ওইনা মেগাজিন্দা ফোঙনবা থাগৎহৌদ্রবসু সমিতিগী থাগী সাহিত্য সভাদা পাথোকখিবা খরা ফজবা বারেং মানা শীন্দুনা ফোঙবা য়াওখি। কলেজ মেগাজিন্দা ফোঙলকপদা নহা ওইরিবা অইবদুনা মপুক্নীংদা কয়াদা নুংঙাইখিবা। মহৈরোয় ওইরিঙৈদগী হৌনা ওজাগী য়ুমদা চৎতুনা ঐনা ইবা শৈরেং কয়া, অনৌবা অমা ইরগা পু পুদুনা পারুই— চৎলুবা খুদীংদা ওজানা ঐবু লুনা-চান্না তৌবিরুই। ঐনা পাবা খুদীংদা ওজানা তুমিন্না লোইদ্রিবা ফাওবা তাবিরগা মানা নীংবদু শেংনা হায়বী। কলেজদা ঐখোয়বু ফিলোসোফী সবজেক্টকী সাইকোলোজী তম্বিরকই— বোয় অথাবা অমা ফাক্তোক্লগা নোট হেক হেক হায়বী, ঐখোয়না মদু ইশিল্লি। ক্লাসতা চঙলকপদা হাথু হাথু চঙলকই। ঐনা বি. এ. (টি. ডি. সি.) অনীশুবা চহীদা তম্লিঙৈদা ঐবু পোকপী ইমাদু কেন্সরনা নাই; আসামগী ডিব্রুগড়দা লৈবা মেদিকেল কলেজদা লায়েংবা চৎলি। চৎত্রিঙৈদা নুংশা য়াম্না থী; অমুক্তগা মপালদা চৎত্রিবগা করিমত্তো খগুদবনিনা অনাবা পুদুনা চৎলগা করম তৌগদগে খনবদা পুক্নীংদা অকিবা পোকই। ওজাগা বারী শারুম্বদা মেদিকেল কলেজদুদা মাগী মী মহৈরোয় অমা এম. বি. বি. এস. লোইরবা হাউস সর্জন তৌরিবা অমা লৈ। মঙোন্দা চিঠি ইবিগে মতেঙ খরা ওইবা য়াই হায়দুনা ইদুনা পুই। মদুদা ঐগী বাখলসি কয়াদা লূমত্রে।

কবি সম্মেলন কয়াদা কবিতা পামিন্নে। ঐনা পারুরগা হান্নগী ফম্ফমদা হনজিন্দুনা ফম্নবা কান্দা "ফাজে, ফজে" হেক হেক হায়বী; করিগুম্বদা "ফনা নুংশি" হায়বিরকপসু য়াওই। ১৯৭০ ইংদা ঐগী 'খোক্তচৎ' কৌবা লীলাসি এরিয়ান থিয়েটরনা ইহান হান্না শান্নখিবদু ওজানা য়েংবিরগা লীলা লোইবদা ঐঙোন্দা "নঙগী মেন্যুস্কৃপ্ত পীরকউ অমুক্তা পাগে" হায়বদগী নোংঙাম্লগা ওজাগী য়ুমদা থিল্লুই। অদুদগী লীলাদুগী মরমদা পুক্নীং থৌগৎপিদুনা য়াম্নদি কূপ্না য়েংশিনবিরগা 'সিমান্ত পত্রিকা' দা ইবিরকখি— "লীলা অসি লেখক মশাম্মক্তা মশামকপু শক খঙজনবা থিবা লম্বী অমগী খোঙথাঙনি হায়নীংঙি" মখা তানা অসিমসু হায়বিরম্মী— "লীলা অসিনা মণিপুরী থিয়েটরগী ইতিহাসতা লামায় অমা হাংদোক্কে হায়না লৌবা য়ারে।" (সিমান্ত পত্রিকা, তাং ০৮।০৩।৭৩ ইং) লোংমা, পাউনা বাজারদা হোটেল অমদা নুমিদাং চা থকমিন্নদুনা ফম্মীন্নরম্মী। মদু ওজানা ফোরেন কান্ত্রি অমদা (ঐনা অসুম নীংশিংবেদা শ্রীলঙ্কারা খল্লি, চপ চাবদি হায়বা ঙমদ্রে) মণিপুরগী জগোয় কাঙবু অমা পুরুবগী হন্নকপা কূইদ্রিবঙম তৌই। ওজানা ঐঙোন্দা "নঙ, ঐগী বারী মচাদু পারব্রা" হংলম্মী। ওজানা হায়রিবা বারীমচাসি 'কান্নুরবা মিংন্না থম্বাল' কৌবা বারীমচা অমা ওজানা ইরম্মী; মদু সাহিত্যগী চেফোঙ অমদা ফোঙখি; ওজানা ঐঙোন্দা হায়রকপা মতমদা বারী মচাদু ফোঙখিবা চেফোঙগী মমিং য়াওনা হায়রকপনি অদুগা ঐনসু চেফোঙদুদা মমিংদু থেংনদুনা পাঙ্গবনি। হৌজিক্তি চেফোঙদুগী মমিংদু কাউথোকপ্রবগী বানি। "পারে ওজা" ঐনা খুম্মী। "কমদৌই?" ওজানা হংলকই। ঐনা "ফজেবো ওজা, য়াম্না ফজে অতে খরসু ইবিব্রা, খরগা ইবিন্নু।" ওজানা মোমোন নোক্না "অতে ইবগী দরকার ওইদে; অদুনা অমুম ওক্তে; বীরেন, মদু ফজরবদি অমত্তনসু অদুম য়াবনিদা।"

তশেংনেসু ওজাগী বারীমচাদু য়াম্না ফজবনি অদুসু ওজাবু বারীমচা ই হায়বসি কনানসু নীংশিংবিদে অমসুং হায়বিদে। ফোঙদোক্তবা নুংশিবগী ফজরবা বারী অমনি। ইঙ্গিংতনা লোইনা ফোঙদোরকপনি, বাহে য়াম্না হায়দে; ইঙ্গিংকী ইঙ্গিং ওাক্তা ইরকপদসু ইঙ্গিং, লনাই বারী শানবদসু ইঙ্গিং। মসিমদগী হেন্না ইরমদ্রে। ঐনা ডি. এম. কলেজদা ওজা ওইনা চঙলবা কালদনি। মতম অদুদা, কলেজ অসি সাইন্স আর্টস খায়দোক্তি; ডিপার্টমেন্টশিংসু পুল্লপ কা অচৌবা অমদা টেবল অপাকপা অচৌবা অমদা ইকোয় কোয়না চৌক্তি থাদুনা পূম্না ফম্মী। কাবগী সোই তৌবসু বোই অমদা শাংনো মথং মথং ইথরগা হেক্তা তৌনবনি। নোংমা ক্লাস লৈতদুনা মথংগী ক্লাস ঙাইদুনা ফম্মী। ওজানা "বীরেন, ক্লাস লৈত্রদি অথাইদা অসুম চৎসিদনা।" ঐসু "ওজা য়াই" হায়দুনা ঐখোয় অনী কলেজগী হোল মমাঙদা লম্বীদা চৎমিন্নে। চৎনা চৎনা ওজানা "নঙ ঐগী 'নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী' পারব্রা?" মতমদু শৈরেং অসি ফোঙবা কুইন্দ্রি করিদা ফোঙখিবনো হায়বদুদি কাউথোকখ্রে। ফোঙবগা শেগাক কায়না মমিং চৎপনি অদুগা বাথোক অমসু ওইখি। বাংলা কবি জীবনানন্দ দাসকী 'বনলতা সেন' কৌবা শৈরেংদগী য়াম্না লৌই অমসুং মতৌ তম্মী হায়না থীনা ঙাঙনরিঙৈদনি। তৌবদি জীবনানন্দ দাসকী শৈরেংসি বাংলা লোন্দগী শ্রীনোংথোম্বম কুঞ্জমোহন্না মণিপুরীদা হন্দোক্লগা, 'ঋতু' দা ফোঙলকপদগী খঙনরকপনি। ঐনা ''পাবদি পারে ওজা''; ওজানা অমুক, "ঐনা মদুদা হায়রিবদু করিনো খঙলব্রা?" ঐ পাক হেক খুম্বা ঙমদে তুমিন্না চৎলি। " করি হায়রিবনো খঙনবা পাখো অদুগা বারী অমুক শ্যাসি।" অদুবু কবিতাসিগী মরমদদি বারী অমুক শানখিদ্রে। অদুবু ১৯৭২ ইংদা ওজাগী শৈরেং লাইরিক 'চঙলেসিনে কদায়দনো ইবানী' (১৯৭১) বু ঐনা অনৌবা মণিপুরী শৈরেং নৈনবা বারেং অমা 'সাহিত্য' চেফোঙদা হাপখিবদা ওজাগী শৈরেং খরদা য়াওরিবা T.S. Eliot কী **Love Song of J. Alfred Prufroc**, Hilaire Belloc কী **Tarantella** অমদি জীবনানন্দ দাসকী 'বনলতা সেন' (শ্রীকুঞ্জমোহন্না হন্দোকপদগী) শৈরেংশিংদগী মান্ন-মান্নবা বাহে পরেং পুথোক্তুনা থম্মিন্নরগা চাংদমন্নদুনা খোন খরা কল্লপ ইরুরে। ইকুই কুইদনা ওজানা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী সেক্রেটরী ওইরকান্দা নোংমা ওজাগী ওফিস কাদা ঐখোয় অনী ফম্মীন্নবদা "বীরেন, নঙনা ঐগী শৈরেংগী মরমদা ইবদু ঐ পারে; খরগা হোৎনখো, য়াদ্রি।" সিদগী হেন্দে। ঐনা নুংশা থীরম্বদি খোন কন্না দিফেন তৌরক্কদ্রা খন্নুবনি। অদুমক্তি তৌরকখিদে। ওজাসু কৃতিসিজমগী ইবদদি খোন কন্না ইবসু য়াওবনি। ইকুই কুইন্দ্রিবদা জগোয়গী গুরু বিপিননা লৈখিদবদা 'পোক্লকম' (তাং ১৭।১।২০০০ ইং) দা ইখিবদা "নহাক্কী তিন্নরম্বা ঐহাক ফাওবা বাঙাঙ খরা কনখিবদগী মিংচৎ থীহনবগী কোর্টকী কেশতা চহী অর্নী চুপ্না লৈবাক্কী জগোয়গী গুরু অমুবী সিংহগা চৎথনখি। ঐহাক্না গুরুদা খুরমজদুনা লোইশিনখি।" হায়রিবদুনি। মতাঙসিগী বারী অমা নীংশিংলকই। নোংমা ঐনা বি. টি. রোডতা খোঙনা চৎলিঙৈদা তুংলোমদগী ঐবু কৌরকই। হন্না য়েংথোকখিবদা ওজানা নুপাগী একাগাড়ী অবাংবা অমা ঈন্দুনা লৈরম্বদু উরকই। ওজাসি ষ্টেট কলা একাদেমীগী সেক্রেটরী ওইদ্রিঙৈদদি সাইকল অবাংবা অমা তোংদুনা চৎলম্মী। ওজানা "কদায়দা চৎলিবনো, চা থকউখিসি।" ইবানী রূপমহল মনাক্কী অদুবাইদা লৈবা হোটেল অমদা চঙমিন্নে। ওজানা মথায় য়াম্না নুংঙাইতনা "বীরেন, ঐখোয় লমসি লৈহৈদ্রে, ফ্রীদম ওফ এক্সপ্রেসনগা অমত্তা লৈদ্রে। খবরদা ইরুবগী জগোয়গী গুরু অমুবীনা Defamation গী কোর্টতা কেশ তৌরক্তুনা ঐ কোর্ট কাগদৌরি।" খোন নেম্না হায়জবদনি, খৌয়দৌ শাউগৎপগী অশাবা স্বরগী মনিলদি থোরকই। বাফমসি অসিনি, গুরু বিপিন্না রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা ইরম্বনি হায়না 'গোবিন্দ সঙ্গীত লীলা বিলাস' মণিপুরী জগোয়গী লাইরিক অমা পুথোরকপদা মণিপুরগী জগোয়গী অখণ্ড-অহৈ গুরুনচিংবা নপাক অমনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা ইরম্বা নত্তে হায়না চোংথোক্তুনা কন্না য়েৎলম্মী। লৈবাক্কী অচৌবা বাথোক ওইখি। লাইরিক অসিগী খৎনবদা ওজানা গুরু বিপিনগী মীচঙদা লেপ্তুনা খবরদা কন্না ইখি হায়না তাখি। মতাঙ অসিগী বারীনি। নোংমনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী ওফিসতা কুইনা ময়াম থেঙনা ফম্মীন্নরবা মতুংদা হুন্নরসি হায়নরবা কান্দা ওজানা "বীরেন, ঙাইখো বারী শাখিসি" হায়দুনা খান্নগা কনানো হায়বদি চপ চানা নীংশিংদ্রে কাউথোকখ্রে অমগা ঐখোয় অহম অথেঙবা ফাওবা লমজাওদা হুঙৎ-হুন্দা চৎতুনা মণিপুরী সাহিত্যগী লাইরিকশিংগী মরমদা বাহং কয়া হংঙি, ওজানা খরখিৎ য়াম্না হংবসি পাচা মীতৈগী উপন্যাসকী মরমদনি, ঙাঙনরিবদু ওজা য়াম্না মুন্না তায়। নোংঙাল্লগদি ওজা দিল্লীদা পাইদ্রে সাহিত্য একাদেমীগী মিটিং য়াওবা (মতমদু ওজা নীলকান্তনা ভারতকী সাহিত্য একাদেমীগী জেনেরেল কাউন্সিল অমসুং একজিক্যুটিব বোর্ডকী মেম্বর ওইন্নি মণিপুরী লোনগী মীহুৎ ওইনা) কুইদে পাচা মীতৈদা মাগী উপন্যাস 'ইম্ফাল অমসুং মাগী ঈশিং-নুংশিৎকী জীবম' অসিগীদমক ১৯৭৩ ইং চহীগী একাদেমী অবার্দ পীরে হায়না দিল্লীদা লাউথোক্লকই। ময়াম পুন্নমক য়াম্না নুংঙাইনরম্মী। ওজানা ঙহান নুমিদাং থেঙলফাওবদা পাচা মীতৈগী উপন্যাসসিগী মরমদা য়াম্না হংখিবদুদি ওজানা পাবা লোইরগা মানা খল্লিবা বাখলদু হেন্না ময়েক শেংনবা তৌরিবা জাৎ ওইরে, মানা হায়দোক্তবনিনা ঐখোয়দি করিমত্তা খঙদবনি; সাহিত্যগী বারীসিদি তঙনা

শানবনিনা মহৌশাগী মহৌশা ওইনা খল্লুকনা খঙলুদবনি।

সাহিত্যগী সংস্থান কয়াদা ওজাগা পুন্না মিটিং কয়া য়াওমিন্নরকই, থবক কয়া তৌমিন্নরকই। ওজানা নীংবা অদুমদি মীনা ফনা য়েংথলবসু তম্না তম্না অদুম পুখংলকই। ঐনা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী মেম্বর ওইরিঙেদসু ওজানা সেক্রেটরী ওইদুনা থবক তৌমিন্নরকই। মানা ষ্টেট কলা একাদেমীগী সেক্রেটরী ওইরিঙেদা মাগী ওফিসকী মতম লোইরগা খোঙনা খুমন লম্পাক লোমদা হেক হেক চংথোকমিয়ে, করিগুম্বদা ঐজা সুরচান্দ শর্মাসু চংপা য়াওই। হল্লকপদা বাজার য়ৌরগা হোটেলদা হেক হেক চা থকমিয়ে; চাগী পৈশা ঐনা পীগে য়াদে, ওজানা হেক হেক পী। ষ্টেট কলা একাদেমীগী সেক্রেটরী ওইবগী ডিপুটেসনগী মতম লোইরবা মতমদা মাগী হান্নগী থবক তৌফম ডি. এম. কলেজ ওফ আর্টস এন্দ কমর্সকী ফিলোসোফী বিভাগকী ওজা মকোক ওইনা হল্লকপদসু ঐ থেনেহৌই— কলেজগী ভেরন্দাদা চৌক্রি থাদুনা হেক হেক ফম্মীয়ে। মতমদুদা কলেজগী ইথোল মনুংদা নুপী অমনা শঙ মচা অমা শাদুনা চা-বোরা য়োল্লি। মদু কয়া লু-নান্দে, চা-বোরাসু পঙহাও হাউতে, ইঈং ঈংত্তি। কা মনুংদসু ইমম মম্বগুম তৌই। মদুদা চঙদুনা চাবা থকপা হেক হেক তৌই। তৌবদদি একাদেমীগী সেক্রেটরীগী ওফিসতগী কলেজগী চল্লবা ওজাগী ফমদা অমুক হনজিনবদা হৈনেদবগুম তৌত্রা অমদি উখি। কলেজগী থীবমসু মহৌশাগা মান্নদ্রে— মানা হান্না লৈরিঙেদা ওইখিবা অদুগা থীনা খেন্নরে। নোংমা ওজানা ঐঙোন্দা হায়— "বীরেন, ঐ সিদসুম লৈরবদি মাঙবা তারে, লৈবা য়াদ্রে। কদায়দনো অমদা চংতবা য়াদ্রে।" কুইদে মণিপুর সরকারগী হান্না লৈরমদবা নৌনা শেম্বা আর্ট এন্দ কলচরগী ডিরেক্টর ওইনা চংখি।

ভারতকী খনগংলবা আর্ট কৃতিক অমদি লেখক অমা ওইনা 'ইন্দো ফোরেন কলচরেল এক্সচেঞ্জ প্রোগ্রাম' গীদমক ভারত সরকারগী মিনিষ্ট্রি ওফ এজুকেসন্না ইউরোপকী লৈবাক অহুম — হঙ্গেরী, জি. ডি. আর. অমদি ফ্রান্সকী পেরিশতা ১৯৭০ ইংদা থারুবদগী হল্লকপদা পেরিশতা য়েংলকপা থিয়েটর প্রদর্শনশিংগী ফোটোশিং য়াওবা কয়া পুরকই। **'Waiting For Godot'** গী Production য়েংঙকই হায়— কয়াদা লাইবক ফন্নবনো ঐগী পুক্নীংদা ওজাবু কন্নকচখি। ওজানা ঐঙোন্দা "মসিদি নঙগীদমক থওইনা পুরকপনি" হায়দুনা **'Waiting For Godot'** অমসুং Ionesco গী লীলাশিংগী ফোটোশিং য়াওবা অমসুং পেরিশতা আর্ট গেলেরীদা অয়েকপা লাই য়েংবদা লৈরকপনি হায়দুনা মোনালিশাগী Reproduction Copy অমগা বোলপেন অমগা পী। মোনালিশাদু মিংশেল চন্দুনা হৌজিক ফাওবা থমজরি অদুগা লীলাগী ফোটো য়াওবশিংদুসু মাঙদনা থমজরি। ঐনা এবসর্ড থিয়েটরদা ভাওজবদো ওজানা সমুদ্র ইবাংমদা লৈবা মীরৈবাক্তা ফাওবা কাউবিখিদে। ওজানা মণিপুরদা হল্লক্রবা মতমদা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী পাউখোল্লোয় ওইনা ঐবু ওজাগা উন্নদুনা ৱারী শানবা থায়। ঐনা শারুবা ৱারী-ৱাতায়দু সমিতিসিগী চেফোঙ **'ৱাখল'** (সেপ্তেম্বর ৩০, ১৯৭০) দা ফোঙখি। মতুংদা ওজাগী ৱারেংগী লাইরিক **'মতমগী ৱাখল'** দা হাপচীনখি অদুগা ঐঙোন্দা হায়রকই— "বীরেন, নঙনা লৌবা ইন্টরভিয়ুদু ঐগী লাইরিক হন্দক ফোঙবদুদা হাপচীল্লবনি, ঐবু ফনা ফজনা ফোঙদোক্রবা হায়দুনা।" মদুদা ঐ য়াম্না হরাওখি।

নোংমা কবি সম্মেলন অমদা কবিতা পামিন্ননবা ফম্মীন্নরম্মী, মাঙদা ঐখোয়দা হুক্রকপা লৈ পরেংশিং ঙকশমদগী লৌথোক্রগা মাঙ মাঙদা থল্লিবদুদা খুদোম্মী থিল্লগা "লৈ পরেংদু হোরেন ছন্দোক্রম্বা য়াদে, য়ুমদা পুখিগদবনি, প্রজেন্ট হায়বসিদি চাউবা পীকপা খেন্নদবনি চপ মান্নবনি ছন্দোক্রোইদবনি। ঐনা হায়রিবসি ওজা মীনকেতম্না হায়রম্বনি, ঐ মসি চুম্মী হায়না খল্লি।" ওজানা হায়রিবদুগী অর্থ ঐ খঙবা ঙমখি। ঐনা ওজাদা— "ওজাদি পুগদ্রা?" ওজানা —"পুনি, ছন্দোক্রম্মোই।" মীনা পীরকপা প্রজেন্টগী মমল য়াম্না বাংলো লৌই। ওজানা কবিতাগী ছন্দগী মরমদা নৈনদুনা ইবা লাইরিক **'মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ'** ফোঙবা নৌরিঙেদা কোপি অমা ঐঙোন্দা পীরদুনা "নঙগী কবিতাগী খুৎইবু ঐনা রিকগনেসন পীরবনি, য়েংঙু মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ নৈনবদা ঐগী লাইরিকসিদা নঙগীদগী মতেক অমা লৌখৎলগা নৈনরবনি।" ঐনা হরাওনা লাইরিক্তু ফাকতোক্তুনা থি। লামায় ৩১ দা 'গদ্য ছন্দ' নৈনবা মতাঙদা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা ফোঙবা শৈরেং লাইরিক **'লাই অমগী বিজু'** দা য়াওখিবা ঐগী শৈরেং অমগী মতেক অমা লৌথোক্তুনা য়াওরম্মী। নহা ওইরিবা ঐগী থম্মোয়দা নুংঙাইবগী মপান নাইখিদে।

নোংমা, নুমিৎ চপ য়ুংবা নুংশা য়াম্না শাবা অমদা থাজদনা মপান্দা "বীরেন" হায়না কৌরকপা তাই। ওজাগী খোঞ্জেলদি মহৌশানা খঙবনি অদুবু অসুম্না কৌরকনি হায়বদি শুংথা থাজদবনি। ঐনা ইমুংদগী থোকখিবদা ছাটিন অচৌবা অমা তুগুনা খৈজোম পুময়াং শেৎপা ওজাদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঐনা ইঙক ওক্না য়াম্না হরাওনা "ওজা কদোমদগীনো থাজদনা, লেঙশিনবিরকউ।" মী কম্মক ফাদা কৌশিন্নে। ওজানা "সিদা তায়েক্তমদা উৎসব চারবনি, তায়েক্তমসি ইমাগী মপামনি। উৎসব চারগা ওল্লি, নুংশা শামল্লি নহোয়দা ঙহাক পোৎথারগে লাকইনি।" ঐহাক হরাওবনা ইথুম থুমহৎলি, ঐহাক হায়ফম তৌফম শঙঙমদে। করিনা

সেবা তৌনি, করি পীজগনি, উৎসব চারুবদসু ঙায়রি করিসু চানীংঙম্মোই নুংশা থীবা অমনা পৈশাবু লৈরম্নগদ্রা খল্লি। চাঙাঙ পীথকপা তাব্রা শঙ্গোমদি মতম অয়াম্বদা লৈগন্দে, ঐখোয় ইমুংদি চাঙাঙদনি নুংতিগী থকইবদি। নুপীদা ওজা লাকই, করিনো তৌরকউ হায়রুই। লাইবক ফব্বনা ইচল নুপী লুহোংবগীরা নংব্রগা ইচানুপী লুহোংবগীরা চপ চাবদি কাউদ্রে, অমগী লৈহৌবা হৈমহী লীক্কি কায়দ্রিবা অমা লৈরমদুনা গ্লাস অনী শেমদুনা পুথোরক্তুনা থকম্মিয়ে। উৎসব চারুবা কুইদ্রিবা ওইরবসু করিসু কায়দ্রে। ওজাগীসু মচানুপী অমা লুহোংখিবা কুইদ্রিবা ওইরমাদ্রে। নুমিৎতুদি সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী মরমদা ৱারী শানখিদে; মদুগী মহৎতা হৌজিক মতমদা মণিপুরদা ওইরক্লিবা লুহোংবগী মতাঙদা শারম্মী। অউনপোৎকী হেঙ্গৎলক্লিবা মওং— মমাঙঙৈদদি অউনপোৎকী থোইনা খম্নরমদে, হৌজিক্তি মসোমদা পুক্লীং হেন্না থিংজিন্নক্লে হায়না। ওজানা হায়— "নঙবু ব্বাসিং মেঞ্চিন উজরব্রা ঐদি অমুক্তা উদ্রিবনি। অদু হন্দক ইচানুপীগী লুহোংবদা উনখিবদা উহৌরে, ঐনা তৌখিবদি নত্তে মমানা তৌখিবনি।"

মণিপুরগী ঙমখৈ কায়রগদ্রা হায়না য়াম্না চিনেরকখি। মণিপুর মচেৎ তারদ্রা কায়রদ্রা নুংশি থীনৈ মণিপুর মচাশিং। অনুকোনা শীন্দুনা প্রজা নহা অহল অঙাং নুপী নুপা খায়দনা মী লাখ ৫/৬ হৌদুনা অচৌবা খোঙচৎ অমা চৎখিবদো কাউবা ঙম্নরোই, মণিপুর ইতিহাসতা লেঙদনা লৈহৌরগনি। নুংশা থীরবা, মথায় শোক্রবা পাখঙ কয়ানা মশাদা লীৎপা ফুরীৎ লৌথোক্তুনা ফি থোংদ্রবা হাঙলবা মশাদা 'মণিপুর কায়বা য়ারোই' হায়না ইশিন্নগা চোং-চোংদুনা চৎপসু য়াওখি। ডি. ডি. কে. ইম্ফালদা উৎলকখি। মদুদা ঐনা উহৌবনি। মাগুম্না অহল ওইরবা ঐখোয়গী অইবা, পণ্ডিত, কবি অমদি কলা-সংস্কৃতিগী মীওই অমত্তা য়াওবা উখিদে (ঐনা উবা চীৎথবা ওইরব্বসু য়াই) ডি. ডি. কে. ইম্ফালগী মী ওইরবোই নীংবা অমনা চৎপা য়াওবা মীওই থরদা ৱারী শাবসু উৎলকখি। মদুদা ইথা থাজদনা খোঙচৎ অদুগী মাঙজিন য়াম্না থানা ওজা নীলকান্ত য়াওনা চৎপদু ঐ উহৌই। ওজাবুসু খন্দোক্লগা ইন্টরভিয়ু লৌখি, মদুদা ওজানা হায়খি— "ঐখোয়গীদি মণিপুর কায়বা য়ারোই হায়দুনা রেলি চৎলিবসিনি।" মণিপুর নহাক্কীদমক ৱাদবা ঙমদে ঐহাক, মাগী শৈরেংদা হায়রিবসে শৈরেংগীতা ওইরগা তোকপা নৎখিদে, মশামক চোংথোক্তুনা থবক ওইনা উৎলকই। মমাঙঙৈদা ওজানা ৱারী তৌরম্মী— ইউরোপকী অচৌবা ৱাইটর অমা বাংলাদেশকী নীংতম লান্দা য়াওগনি হায়না লাকখিবগী ৱারী। মীগী অচৌবা অইবদি ৱা ওইনা ঙাঙলগদা তোক্তে থবক্কী লমদা চোংথদুনা মশামক ইনভোল্ভ তৌকগী ৱাফমসি য়াম্না কল্লি হায়রম্মী।

হন্দক ওজানা ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবসিদা ঐগী লনাই ওইনা নিঙমহৌদবা য়াম্না লৈ। ঐগী হকচাংনা য়াদবনা য়ুমদগী মপাল ইথোক থোক্তবনা মরূপ-মপাঙশিং ইতিন তিম্নদ্রবনি। ঐনা চৎপা হায়ববু কলেজ কাবা অসি মঙায়রে। মসিমকসু কাবা কুম্বা অনীমক ইচাশিংনা গাড়ীদা থিনবা লৌরবা তৌদুনা লৈরকপা কুইরক্লে। অদুনা ওজাগা উম্নদবা ৱারী শানদবা কুইরক্লে। ওজানা আমেরিকাদা মচানুপাগী মনাক্তা চৎখি হায়না তাখি। ওজা আমেরিকাদগী হল্লক্লে হায়বসু তাখি। আমেরিকা চৎলুবগী ওজানা থেংনরকপা উরকপশিংগী ৱারী য়াম্না শান্ননীংঙি। হন্দক ওজানা ভারত সরকারনা পদ্মশ্রী পীরকপদা নুংঙাইবা ফোঙদোক্লুবসু পাম্বনি। অদুবু অমত্তসু তৌহৌদ্রে; মসিগী য়াম্না নিঙমহৌদে। অসুম্না শিনি খঙজরম্নবদি, হকচাং শোন্নবসু শোম্না, ৱারসু ৱানা ওজাগী য়ুমদা চৎতুনা উনজমরগদবনি। হৌজিক্তি মপোকপসিমগী ওজাগা উনদুনা ৱারী শাবদি ফংলরোই।

অমুক্তা হেন্না নিঙমহৌদবা অমনা ঐগী ৱারীমচাগী অনীশুবা লাইরিক **'মী শুব্বা কোন্নু'** (১৯৯৫ ইংদা ফোঙবা) অসি ওজাদা কৎচবনি। চীরোলনি খনখিগদ্রা কিনা কিনা। ওজাদা মসিগী মরমদা ৱারী শাখিদে। লাইরিকসিগী অফোঙবনা কোপি অমা ওজাদা পীগ্রে হায়বদগী ঐ ইশানদি ওজাদা হকথেঙননা পীখিদ্রে। অসুক কুইবসি মসিগী মরমদা খল্লুদ্রবনি। অদুবু ওজানা লৈখিদ্রবা মতুংসিদা ঐগী পুক্কীংদা নুংনোংবা অমা য়াম্না কম্না পোক্লকই— ওজানা লাইরিক্তুবু ফংবু ফংখিদ্রা ফংখিদব্রা, ওজাদা লাইরিক অসি কৎচখি হায়বসি ওজানা খঙখিদ্রা খঙখিদব্রা? সংস্থান খরা পুনশিন্নগা ওজাদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎপগী থৌরম য়া ওবা চৎলুবদা রনবীর শরুংবা (নহা ওইরিবা ৱারীমচা অমসুং শৈরেং ইবা অমা) না হায়রকই খরদি কুইরে, ওজা নীলকান্তদা ওজাগী (ঐগী) ৱারীমচাগী লাইরিক্তু ডেডিকেট তৌবনি কোপি ফংবিরব্রা হায়না হংবদদি ওজানা (নীলকান্ত) ফংদ্রি, পোষ্টতকা লৈরম্বা য়াই হায়রম্মী। মসিগী ঐ হায়ফম খঙদনা নুংঙাইহৌদ্রে। হৌজিক্তি পীরুবা য়াবসু নত্তে ওত্থোকপনি। ঐগী নিঙমহৌদবমসিমদি পুম্নিসিমগী ওইনা লৈহৌরগনি।

ওজাসি সমালোচক অমদি ইন্টলেকচুয়েল ওইবা, কোক্কী ওইবা, ৱাখলগী ওইবা মী ওইনা উজরবসু মনুংদদি থম্মোয়গী মীসু য়াম্না ওইবনি। মীয়াম মমাঙদা পি তানা, খোঞ্জেল নীক্লা ওজানা কপখিবা অহন্নক থেনেখি। মাগী শৈরেং **'তীর্থ যাত্রা'** মশানা পাবদা অনীরক; অমুক্তা পাচা মীতৈগী **'ইম্ফাল অমসুং মসিগী ঈশিং-নুংশিৎকী খীডম'** নৈনবদা। মীয়াম্না চোম্না তিনবা মমাঙদা

থাজদনা কপথোরকই।

ওজানা লৈখিদবসিদা সংস্থান কয়ানা, লনাই মীওই কয়ানা অথাবা ফোঙদোক্লগ্রে মণিপুরগী গভর্ণর অমসুং চিফ মিনিষ্টর য়াওনা। শ্রদ্ধাঞ্জলি কয়া কৎনখ্রে; ওজাগী মরমদা কয়া ইনখ্রে, কয়ামসু ইনরকখিবা য়াই। ওজাগা ঐগা তিন্নবসিদগী ঐনা ওজাবু খঙজরিবসিদগী য়াম্না হেন্না মুন্না খঙবা মী কয়া য়াওরমগনি। ঐনা ইজরিবসিদি খ্বায়গী মফমদা করিসু লৈতবা ওইনা থোক্লম্বসু য়াই। ওজাবু কুপ্না নৈনদুনা ইবা নৎচদে; চুম্নতা ইচম চম্বা লনাইগী ওইবা তাক্তনি মদুসু মচেৎ-মকায়। অদুম ওইনম্নক ঐঙোন্দদি মমল ওহোক্লা য়ামগ্রে— লনাইগী ওইবা মচেৎ-মকায়শিং অসিনা ঐগী থম্মোয়গী লম্পাক্তা মপুম ওইবা অমা শাগৎলি। ফজরবসু থীরবসু মসি ইথোক্তবদি থম্মোয় অসি কুনগৎতুনা য়াম্না বাবনা ইথোকচবনি। ওজানা কয়াদা চাউরবা, ঐনা কয়াদা পীকরবা। ■

('পোক্লম' ০৪-০৩-২০০০)

# মণিপুরী ফিলমগী ঈহৌদা ওজা নীলকান্ত

*আর. কে. বিদুর*

**মীওইবগী** ওহোকপা চৎনবী অমা লৈ— মশা লৈত্রবা তুংদতা থাগৎপা, শীংথাবা, ইকায়খুম্নবা। ওজা নীলকান্তগী মফমদসু চৎনবী অসিমক উৎখ্রে। ১৯৯৯ গী **পদ্মশ্রী** উপাধি ফংবগী পাউ ফাওবদি মশা খঙনা ফংখি। নংহৌররোইদবা মতাঙম মীকুপ খরদনি অরোয়বা মতম মাঙজৌনখিবদু। তাইবঙ মপুগী অঙকপা থৌশীল অমনি।

ওজা নীলকান্তনা সাহিত্য একাদেমীগীদমক ইংরাজীদা ইবা মোনোগ্রাফ **'পণ্ডিত অতোম্বাপু শর্মা'** (অহানবা খুৎনম ১৯৯৮)গী ইন্দ্রদম্নন্দা ইরি— "সেপ্তেম্বর ৩, ১৯৬৩ গী নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা পণ্ডিতরাজা অতোম্বাবু শর্মানা লৈখিদবদা ভারতনা সংস্কৃতিগী অচৌবা পণ্ডিত অমা মাঙজরে . . . ।"

ঙসিদি ঐখোয়সু হায়জগে, বারৌবিরোই— "ওজা নহাক্না ফেব্রুবারী ১১, ২০০০ গী নুমিদাং পুং ১১ মিনিট ২৫ চৎপা অহীংদা তাইবঙ তুংওইনরম্নগা চৎখিবদা মণিপুরগী তাঙলবা মীওই অমা মতম চুপ্নগী ওইনা মাঙজরে।"

ফেব্রুবারী ১২ গী অয়ুক অঙনবদা আই. এস. ডি. দা পাউ ফাওনবদা কানাডাগী মোন্ট্রিয়ালদা খুন্দাগ্রবা থোকচোম মণিহার (সোনী, 'খোঙচৎ' ইবা) না নিঙমদনা শোন্নকই— "ওজা নীলকান্ত লৈখিদবদা মণিপুরগী সভ্যতা অমা মাঙজরে. . . ।" তশেংবা বাফমনি, ওজা নীলকান্ত সাহিত্য, সংস্কৃতি, কলা অতৈ হীরম কয়া চঙখোম্না খঙ-হৈবা মীশকনি, অচৌবা দান কয়া অমা তৌবিরম্নবনি। অচৌ-পীশক, নহা-অহল খায়দনা পুম্নমকপু নুংশি-চাম্নমা লোয়নরম্বনি। অদুমক্লনি খুদীংমক্তী থম্মোয়দা মহাক লৈখিদবগী পাউনা চৈনা অমা ফাওহনখিবসি।

মতাঙ অসিদা, খ্বায়না খঙনবিরমদবসু য়াই— সিনেমা অসিসু ওজানা থবায় য়াওবগা লোয়ননা কন্না চঙশিনবিরম্বা লম্ অমনি, আর্টিষ্ট নত্তে, এক্টিবিষ্টনি।

ওজা নীলকান্তনা সোসিয়েল বেলফেয়র, আর্টস এন্দ কলচরগী অপুনবা ওফিসকী ডিরেক্তর ওইবগী মথক্তা নবেম্বর ১৩, ১৯৮০ দা লিংখৎখিবা মণিপুর ফিলম ডিবলপমেন্ট কাউন্সিলগী মেম্বর সেক্রেটরী ওইনা (১) ফিলম ইন্দষ্ট্রি চাওখৎহনবা অমদি গুদ সিনেমা পুথোকপা; (২) ফিলম ফেষ্টিবেল পাঙথোকপা অমসুং ফিলম বার্কশোপ তৌবা; (৩) ফিলম লাইব্রেরী অমদি আর্কাইবস লিংবা অমসুং (৪) ফিলম সোসাইটিশিংদা শেন্থং খরা খরদা ওইরবসু পীদুনা মপাঙল কলহম্নবা হোৎনবা —অসিগুম্বা বাফম কয়া পুখৎতুনা কাউন্সিলবু থবক পাঙথোক্লম্বা বারেপ লৌহনখি। মণিপুরী ফিলম প্রদ্যুসরশিংবু য়োকখৎনবা মতম চানা গ্রান্ট পীবা অমদি সিনেমা টিকেৎতো নয়া পৈশা ২০ গী সরচার্জ টিকেৎ নম্নুনা ফিলমগী ফন্দ লৈনবা বারেপ লৌদুনা থবক ওইনা পায়খৎপিরসু ওজানা কাউন্সিলগী মেম্বর-সেক্রেটরী ওইরিঙৈ মতুংদা ওইথোকপা গুমখি। কাউন্সিল অসি সোসাইটিজ রেজিষ্ট্রেসন

এই ১৮৬০ গী মখাদা ডিসেম্বর ৩, ১৯৮১ দা রেজিষ্টার তৌখি। ফিলম মেকর, ফিলম সংস্থান পুন্নমক য়োকখৎ-শৌগৎপিনবা লৈতদুনা অৱাবা কয়া মায়োক্লরম্বদু কাউন্সিল অসি লৈরকপদগী থরগী মখৈদি শাফনখি। কাউন্সিল অসিনা কোর্পোরেসন লিংবগী অচৌবা য়ুম্ফমসু ওইখিবনি। হায়মনবা থোক্রোই— ওজা নীলকান্ত নত্তবা অতোপ্পা কনা অমনা ওফিসিয়েল ওইরম্লবদা, মতমদু ফিলম্ব্যু কয়াসু থৌওইবিদবগা, মণিপুর ফিলম ডিবলপমেন্ট কাউন্সিল অদুগা কোর্পোরেসন লিংবা মতম কয়া থীঙ্করমগদগে বাখলদা লাম্বা ফংগদবা নৎত্রে।

ইন্টরনেসনেল ফেদরেসন ওফ ইউনিয়ন ওভ ওদিও ভিজুয়েল বার্করসকী ফার্ষ্ট এসিয়ান পেসিফিক কনফরেন্স মে ১৬-১৭, ১৯৮১ গী টলিগঞ্জ ফিলম ষ্টুদিও, কলকত্তাদা পাঙথোকখিবদা মণিপুরদগী ওজা নীলকান্ত অমদি ইশামক য়া ওজখি। মতম অদুমক্তি মণিপুরদা সিনেবার্করশিংগী প্রোব্লেম থম্ন-নৈনম্রি, অপুনবা বোডি মশক থোক্লা লৈবসু নৎত্রি। সিনেবার্করশিংগী বাফম ঙাক্ত থম্ন-নৈনবা কনফরেন্স অদুদা মণিপুরগী বাফম পাউদম্বা অরায়বা নণ্ডে, অদুবু ওজানা ঙাঙন-শরুরিবশিংদুগী পান্দমদা মণিপুর সিনেমা হাউসশিংগী বাফম হৈ-শিংনা পুশিল্লকখি। ওজাগী বাঙাঙ-বাত্তা হৈবা, ফজবা মতৌদুদা ইন্টরনেসনেল ওদিয়েন্স অদু (ফ্রান্স, ইটলী, ইউ. কে., জাপান, রেষ্ট জর্মনচিংবা) ইশুম শুমহৎখিবগুম তৌখি।

করিগুম্বা হীরম অমা ঙাঙন-শরুবদা, 'মমূৎ তানা' খঙনবগীদমক য়েৎনবা, নৈনবা হায়বসি ওজাগী হৈনবীনি। অঙৌবা স্কুপা পঙকুই কুইদনা মণিপুরী ফিলম 'ইমাগী নিংথেম'না ইন্টরনেসনেল ফিলম ফেষ্টিবেল, ফ্রান্স (১৯৮৩) গী অথোইবা মনা 'গ্রান্দ প্রি' ফংলে কপদুদা উনবা খুদীংগী ওজানা ঐঙোন্দা ফাগি তৌই— "বিদুর, নখোয়গী ফিলম 'ইমাগী নিংথেম' মুঙাদা থাবা ফাওরেহে'!" মায়থোঙদি অপেনবা, নুংঙাইবগী নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবা মতৌনি। থা-থাদগদি তোক্তে, ফিলমগী মরম্নদা ঐঙোন্দা বাহং কয়া তখৎলকই। ফিলম অদুগী ইমেজ্জ, সাউন্দ, ম্যুজিককী তোপ-তোপ্পা নেরেটিবিটি, মণিপুরগী কলা-সংস্কৃতি নীংথিনা ময়েক হৎলবা ফ্রেমশিংগী মরমদা, ফিলম লেঙ্গুয়েজ, এক্সপ্রেসনগী মতাঙদা— কয়া অমা ঙাঙন-শক্লে। ফিলমদা উবা আর্ট ফোর্মদসু পুমঙাও ঙাওজখিবা মীশক্নি।

১৯৮০ গী পরীংদো ইম্ফাল সিনে ক্লবনা উৎপা গ্রেট মাষ্টরশিংগী ক্লাসিক ওইরবা ফিলম অয়াম্বা য়েংবগী তাঞ্জা য়ারিবমখে নাম্থোকহনখিদে। ফিলম উৎপা লোইরগা থম্ন-নৈনবদসু অকনবা শরুক য়াখি. অকিরা কুরোসোৱাগী 'রোসোমোন' অমদি 'ডি থ্রোন ওভ ব্লড', সত্যজিৎ রাইগী 'পথের পাঁচালী', ডি সিকাগী 'বাই সাইকল থীফ', ফেলিনিগী 'লাস্ট্রাদা' আইজেনষ্টাইনগী 'আইভান ডি টেরিবল'— তশেংনা ওজাবু ময়ায় কাহনখিবা ফিলমশিংনি। ১৯৮৪ দা এম. কে. বিনোদিনীগী শঙ্গাইদা ইম্ফাল সিনে ক্লবনা থা অমা চুপনা শীনবা ফিলম এপ্রিসিয়েসন কোর্সতা আসামগী ফিলম ডিরেক্টর পদ্মা বরুৱা, কলকত্তাগী ফিলম স্কোলার, কৃতিক চিদানন্দ দাসগুপ্ত, সমিক বন্দপাধ্যায়নচিংবগী মরক্তা ওজাসু ফিলমগী মরমদা লেকচর পীখিবা মীশক অমনি।

গভর্ণমেন্টকী থবক্তগী পোৎথাববা মতুংদদি শুদ সিনেমাগী অকনবা ঈহৌদা পুমলূপ লূপশিনখি। ফিলম ফেষ্টিবেল, সেমিনার কয়া য়াওদুনা ষ্টেট অসিগী ফিলম চাওখৎনবা থম্ন-নৈনবদা মমল য়াম্নবা মোত কয়া ফোঙদোক্লম্মী। ফিলম ডিবলপমেন্ট কোর্পোরেসন লৈরিবা অসিগী মথক্তা ফিলমগী 'চলচিত্র একাদেমী' অমগসু ষ্টেট অসিদা লৈগদবনি হায়রম্মী। ওজাগী পুক্সিগী অরোয়বা মতম ফাওবা 'এক্সন কমিটি ফোর মণিপুর ষ্টেট ফিলম পোলিসি' গী চেয়ারমেন ওইখি। চিফ মিনিষ্টর অমদি মন্ত্রী লৈনবা ওথোরিতিশিংদা তাঞ্জা অনী অহমলক্তগী হেনবদা মশামক্লা লূচিংদুনা ষ্টেট ফিলম পোলিসিগী মেমোরেন্দম পীশিনবা চৎলম্মী। মণিপুরী ফিলমগী এম্যুজমেন্ট টেক্সকী শেনফম হন্দোকপিবা/কোকপিবা, মণিপুরী ফিলম উৎনবা হোল শাবিবা, ফিলমগী ইক্যুপমেন্ট কয়া লৈথীবনচিংবা বাফম কয়া পুখৎলম্মী। মরু ওইনা পনবা য়াবদি ষ্টেট অসিগী ফিলম পোলিসি অমা থুনমক শেম্বিনবা তকশীনবগী বাফমনি। ফিলম পোলিসি অসি মণিপুরী ফিলম ডিবলপমেন্ট কোর্পোরেসন্না কুশিদা মীওই অমা অনী থম্লগা হেক্তমক শুপনমদা লোইশিনবা য়াবা নণ্ডে। মিনিষ্ট্রি ওফ ইনফোর্মেসন এন্দ ব্রোডকাষ্টিং, গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিয়ানা তৌবগুম কলচরেল পার্সনেলিটি অমদি ফিলম এক্সপার্টশিংনা শাবা বার্কিং গ্রুপ ওন নেসনেল ফিলম পোলিসি অমা শেম্নগা ষ্টেট ফিলম পোলিসি অমা ড্রাফ্ট তৌদুনা গভর্ণমেন্টতা থাগদবনি, চৎনবা য়াবা-য়াদবা, হাপফম থোকপা-থোক্তবা মুম্না নৈনরগা পোলিসি অদু গভর্ণমেন্টনা অয়াবা পীগদবনি হায়বগী অকনবা মোতসু পীরম্মী। অদুবু 'বেক দোর পোলিসি' দা য়াম্না মরু ওইবা পোলিসি অমা মওং ইতা তাদবা মতৌদা থুপচিন-লোইশিনখিগম্রা হায়বগী অকিবা, চিংনবা অমা চাউনা লৈরে।

ফিলম মেডিয়াগী অচৌবা মগুণ এক্সপ্রেসন অমদি কম্যুনিকেসন মুম্না খঙনীং-হৈনীংবরোমদা কম্না চঙশিন্নীংলকপা ওইরম্বা তাই, দূরদর্শন কেন্দ্র, গুহাটিগী প্রদক্সন, অরিবম শ্যাম শর্ম্মনা ডিরেক্সন পীবা ননফিচর সোর্ট 'মৈত্তৈ পুং' গী স্কৃপ্ত ওজা নীলকান্তনা

ইখি। ওজানা ফিল্মমদা চঙশিনবগী তোঙানবা রোল অমনি। পুন্সি মতম খরদং নুংশাংনেরম্মবদি সংস্কৃতি-কলাগী মমিং লৈরবা ফিলম স্কৃপ্ত রাইটর অমা ওইরম্বসু য়াই।

ওজা লৈখিদ্রে। পায়খৎপিরম্বা ফিলমগী খবক-থানাদি পূর্ণাহুতি পীরমদ্রবা যম্ভানি. . . লোইবদি নাইদ্রোই। হৌগৎপগী মত্র কাল্লম্বা-শোল্লম্বদুনি মরু ওইরিবদি। মখা তাবদি ঐখোয়গী অদুগা মীহৌরোল অমগী থৌদাংনি। ■

('পোক্নফম' ০৬-০৩-২০০০)

# ওজা নীলকান্তদা শ্রদ্ধাঞ্জলি

*ডা. যামিনী*

কৰি, সমালোচক, সাহিত্যকার শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহবু ময়াম্না ওজা নীলকান্ত হায়না মিঙ্গৌনে। ওজাগী শিনফমদা কুইনা লৈরম্বনা মহাকপু ওজা হায়নবনি। ওজানা ঐবুদি তশেংনা লাইরিক তম্বিরকখিবনি। ওজানা ঐবু এজুকেসনেল সাইকোলোজী তম্বিরকপদু খৃ. ১৯৬১ দনি, ঐনা বি. টি. তম্লিঙৈদনি। মতমদুদা ওজাদি ডি. এম. কলেজদ (কম্বাইন্দ) গী ফিলোসোফীগী লেকচরর ওইরি। ফিলোসোফীগী ডিসিপ্লিন্দা সাইকোলোজী পেপর অমা য়াওবদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা ওজাদা দায়ত্বদু মতম খরা শিন্নরকপনি ওজা অমা হাপত্রিঙেদুদ।

ঐনা কৈশামথোং এলাংবম লৈকায়গী এল. পি. বালিকা স্কুলদা তম্লিঙে ইংশোক ১৯৪৬-৪৭ অদুরাইদগী, ওজা নীলকান্ত, ওজা রজনীকান্তবু খঙনজরকই। ওজা রজনীকান্তনসু ঐবু লাইরিক তম্বিরকই ঐনা ক্লাস টুদা তম্বা মতমদা। মদু ঐখোয়গী হেড মাষ্টর শ্রীকাদাম অপাবী সিংহনা ওজা রজনীকান্তদা থৌদা পীদুনা মরক মরক্তা ক্লাস লৌহনবনি। ওজা রজনীকান্তদগী ওজা নীলকান্তবু খঙনজবনি।

ঐনা ক্লাস এইট, নাইন তম্বা মতম অদুরাইদগীদি ওজা নীলকান্তগা য়াম্না মুন্না খঙনরে। মদু ঐনা স্কুলদা, সাহিত্যগী সভানচিংবদা কবিতা (রিসিটেসন) তোয়না থীবা অদুদগীনি। কবিতা থীননবা তম্বা, রচনা ইবা তান্নবা মতাঙদা ওজাদা হেক হেক হংবা চৎলি। ঐনা ক্লাস এইট তম্বা মতমদা 'শ্রীমা সরদামনী' গী মরমদা রচনা ইবা অমা তাম্রে। তম্ফম্না গার্লস স্কুলগী ওইনা ছাত্রী খরা শোয়দনা য়াওননবা ওজা হেড মাষ্টরনা হায়। ওজা পদ্মাবতী দেবী (ঐনদি ইচে্ম্মা পোদা কৌজবা) না পুবিদুনা থাইরম্বন কৈথেলগী ধর্মশালাদা ঐখোয় ছাত্রী মরী-মঙা চৎলি। লংথেদগী লাকপা নুপা অমগী শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংস অমসুং শ্রীমা সরদামনীগী মরমদা খরা তাহল্লকই। অহানবনি, ভাব তাদে। মতুংদা ওজা রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎনা মামা শ্রীমা সরদামনীগী মরমদা ইবা কবিতা অমা তম্বিদুনা ঐনা বাবুপাড়াগী হোলদা থীখি। ঐনা ইবা রচনানা ফার্ষ্ট তাই হায়দুনা নুমিৎতুদা লুপা চাম্মা মনা ওইনা পীরকখি। রচনা ইবদুগী মতাঙদা ওজা নীলকান্তদা হংলুই। ওজানা লাইরিক পীদুনা শ্রীরামকৃষ্ণপরমহংস, শ্রীমা সরদামনীগী মরমদা খরদং খঙবদা মতেঙ পাংবিরকখি।

খৃ. ১৯৫৪ দা শ্রীদ্বীজমণি শর্ম্মনা সভাপতি, শ্রীহবাইবম রনবীর সিংহনা জেনেরেল সেক্রেটরী ওইবা চহীদুদা মহৈরোয়শিংগী মরক্তা রচনা ইবা তান্নবা অমা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা শীল্লি। রচনাগী হীরম্না 'ডাক্তর কমল নৎত্রগা কবি চাউবগী সাহিত্যিক সমালোচনা' হায়বসিনি। ঐনা ডাক্তর কমলগীদা ই। ঐনা তম্লিবা স্কুলগী ওজাশিংদসু নত্তনা ওজা নীলকান্তদসু রচনা অদু ইবগী মতাঙদা হংজখি। ওজানা হরাও-হরাও তৌবী। প্রাইজ লৌবদু এরিয়ান থিয়েটরদনি ঐনা অনীশুবা মনা ফংবগী। নুমিৎতুদা ঐনা কবিতা অমসু থী। মদু ওজা সমরেন্দ্রনা ইবা 'লৈ লাংবা' হায়বা কবিতাদুনি। মদুদা ওজা নীলকান্তনা পুক্নীং থৌগৎখিরকই।

ঐনা স্কুল তম্লিঙৈদা অস্তাংগী ক্লব অমা লিংখৎলি। লৈকায়গী নুপীমচা, নুপামচাশিং ঐখোয়গী যুমজাও মাঙোল্দা, কৈশামথোং

তোপ লৈরক্তা হেক হেক পুন্নি লোংমাইজিং নুমিৎ খুদীংগী। কবিতা থীবা, খবর পাবা শান্নবা অসিমি তৌরিবদি। ঐখোয়না পাবা খবরনা 'ঙসি' খবরনি। মদুগী এডিটর তাদা কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহনা তাকপিদুনা ক্লবকী রা খরা খরা ঙসি চেফোঙগী ইরাই নুমিৎকী অস্তাংগী কলমদা ই। মরক মরক্তা ক্লবকী অচম্বা ফঙ্কসন তৌই। ফঙ্কসন অদুদা ওজা নীলকান্তদা য়াওবিনবা হেক হায়জরম্বদা ওজাদি হেক্তা ল্যাকপী, রা ভাঙবী। ঐখোয়না য়াম্না হুরাওজে। মরমদি অস্তাং ঐখোয়না হায়জরম্বদা অতৈদি থরায় য়াওবিদে, ওজা নীলকান্তদি হেক্তা য়াবিরকই। ওজাগী থোইদোকপা গুণ অমনি হায়বসি হৌজিক্তা ভাব তারক্লি।

ঐনা লাইরিক তম্বা লোইরদুনা লেকচরর ওইরবা তুংদগীদি ওজাগা হেন্না নক্না লোয়নবগী তাঙ্গা কয়া লৈম্রে। করিগুম্বা খঙনীংবো, তান্ননীংবো অমা লৈবদা ওজাদা হংবা চংলি। মতম য়াম্না চিনবা ওজানিনা হাম্না পাউ ফাওনম্রবদি উম্নবা ফংবা নম্তে। মদুগী খুদোংচাব্বদু ঐদি লায়না ফংবা ঙম্মী। মদুগী মরমদি ওজাগী লোয়নবী শ্রীমতী সুরোধনী দেবী ঐগী মরূপনি। তম্ফাসনা স্কুলদা লাইরিক তম্মিন্নরকপনি। তুংদা রাশেশ্বরী পালাগী মেম্বর ওইমিন্নদুনা লাকপনি। ঐখোয়নী পাউ ফাওদোক্নরগা ওজানা শংবগী মতম হেক হেক খঙদোক্নে।

ঐনা শীনবা থৌরম কয়াদা ওজানা, প্রসিডেন্ট নৎত্রগা চিফ গেষ্ট নৎত্রগা রিসোর্স পার্সন ওইবিবা শোয়দ্রবনি অতোপ্পা ওজাগী এঙ্গেজমেন্টকা ফাংজিন্নম্রবদি। ওজানা শীনবা থৌরম খুদীংদসু ঐবু চীংথবিদে। ওজানা ঐবু শ্রীঅরবিন্দ সোসাইটিগী মেম্বর ওইহনবী। খৃ. ১৯৭২ দগী শ্রীঅরবিন্দগী ফিলোসোফী, শ্রীমা, পণ্ডিচেরীগী ৱারী, মখোয়গী লাইরিকচিংবসি নমদুনা পাহল্লি। শ্রীঅরবিন্দ, শ্রীমাগী নীংশিং থৌরম পাঙথোকপদা ঐবু রা ভাঙহল্লি। ঐদি নুপীগী ওইবা ৱাফমদা খরা হেন্না পুক্নীং চঙভি হায়বসি খঙবিদুনা ওজানা তাকপি— "পণ্ডিচেরীগী শ্রীঅরবিন্দ আশ্রমদদি নুপাগা নুপীগা খেন্নবা থমদবনি। নঙনা নুপা নুপী মান্নবা, জেন্দর ইকোলিটিগী রা য়াম্না হায়বদু আশ্রমদুদদি নীংথিনা প্রাক্টিস তৌবনি। মদুগী উজবগী, খঙজবগী খুদোংচাবদু ১৯৭৫ দা আশ্রমগী বুইমেক্স কমিশন্না শীন্দুনা পাঙথোকপা নুপীগী কনফরেন্স অদু য়াওবদা ফংজখি। মদু চৎনবগী তাকপিবা, শীনবিবদুসু ওজাগী মতেঙনি। ঐগা লোয়ননা নুপী মঙা মণিপুরদগী চংলুই। ঐঙোন্দা শ্রীঅরবিন্দ আশ্রমগী, শ্রীমাগী, মেডিটেসনগী প্রভাব ওজানা তাহনবিখিবনি।

ওজানা ডিরেক্টর, আর্টস এন্দ কলচর ওইরিঙেদনি—১৯৮৬ তনি, শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভূগী চহী ৫০০ শুবগী নীংশিং থৌরম চহী অমা চুপ্পা পাঙথোক্নবা ষ্টেট লেবেল কমিটি শেম্বদুদা ঐবুসু য়াওহনবী ওজানা একজিক্যুটিব মেম্বর ওইনা। মদুগী থৌরম অমা শ্রীধাম নবদ্বীপতা শ্রীঅনুপ্রভূগী অগ্রদা পাঙথোক্লনবা মণিপুরদগী স্কোলারশিং, সংকীর্ত্তন পালাশিং, রাস লীলা পার্টি য়াওনা ওজানা পুরগা শীননবা শেম শারে। ওজাদি ওফিসকী থাদোকপা য়াদবা মতাঙ অমা থোক্লে হায়দুনা চাউথ্রবা মেনেজরগী দায়ত্বদু ঐঙোন্দা শিন্নবিদুনা পাঙথোকখি। চহী অদুমক্তদা বোম্বেদা নীংশিং থৌরম অদুগা মরী লৈননা ভক্তি বেদান্ত ইন্সটিট্যুটনা শীন্দুনা বার্ল্ড কঙ্গ্রেস অমা শাপ্লি। মদুগী হীরম্না **'সিস্থেসিস ওফ সাইন্স এন্দ রিলিজন'** হায়বসিনি। ওজা নীলকান্ত, ওজা মীনকেতন, ওজা হৱাইবম রনবীরগা লোয়ননা ঐসু বার্ল্ড কঙ্গ্রেস অদুদা য়াওরুই। মদু য়াওবা চৎনবগী টিকেৎ ককপা, লৈফমগী, অমা অমা ঐবু শীলহল্লি। টিকেৎ ফংবা ঙমদদুনা ঐনা ও. কে. তাদনা টিকেৎ মরী পুদুনা লাকই। এরোড্রোমদা ওজাগা উন্নরে। টিকেৎতু উরগা ওজানা হায়— "যামিনী নঙনা তৌরিসি করিনো?" ঐনা খুম্মী— 'ওজা, ঐখোয়না চৎকদৌরিবসি ঈশ্বর ইবুংঙো মাগী সেবানি। ইবুংঙো মানা কৃপা তৌবিরগনা চংলে। নখোয়না লাকপা দরকার লৈত্রে হায়রগনা চংত্রে। অসি ঙায়দনা।— "ঈশ্বরগী মফমদা লোইনা শিন্নৌ। মানা শীন্নকপা থৌশীল মতুং ইন্না থবক পাঙথোক্কদবনি, ঐখোয়না পান্নগা ফংগদবা নস্তে" হায়না শ্রীঅরবিন্দ অমসুং শ্রীমানা হায়বদুদি। ওজানা হায়রকই— "ইঃ নঙগী ৱাসিদি"

ঈশ্বরনা কৃপা তৌবিদুনা ঐখোয় মরীমক নুমিৎতুদা এরোপ্লেন তোংদুনা বোম্বে য়ৌমিন্নখি। ওজাগা লোয়ননা কনফরেন্স য়াওবা এলিফেন্টা কেভতা, জুহু বীচতা, ইস্কোন মন্দিরদা চৎপা ফংখি। খোঙচৎ অদুদা ঐনা কাউবা ঙম্নরোইদবা ওজাগা লোয়নবগী এক্সপরিয়েন্স অমা লৈ। নুমিৎ অদুগী খম্ন-নৈনবদু জুহুদা লৈবা ইস্কোন মন্দিরগী ওডিটোরিয়ম অদুদা পাঙথোকই। মন্দিরদুদা খোঙউপ তোংদুনা চঙবা য়াদবনা খোঙউপ থম্ফমদুদা মশানা টিকেৎ অমমম্ পায়রগা থম্মী। খম্ন-নৈনবদু লোইরগা থোরকপদদি নুমিদাং ওইরে। ঐখোয়গী লৈফম তানা থিনগদবা বস অদুদা থুনা য়াঙনা দেলিগেটশিংদু চঙশিন্নম্রে। ওজাসু মদুদা য়াওশিন্দুনা চঙম্রে খোঙউপ তোংদনা। ঐনা লাউনা— "ওজা খোঙউপ তোংদেনা"। "ইহে" হায়রগা ওজানা বেগতু পেপ্রাক্তা য়েপশীন্নগা নোমহৌ নোমহৌ খোঙউপ থম্ফম ফাওবা চঙলকপদু ঙসিসু মীৎতা শঙ শঙ উরি। বোম্বেদগী হল্লকপদা ত্রেন্দা নুমিৎ হুমি-মরীনি ওজাশিংগা লোয়ননা মখল-মখাগী ৱারী শাবগী খুদোংচাবা ফংলকখি।

সেমিনার, কনফরেন্স, লাইরিক ফোঙবনচিংবা থৌরম কয়াদা ওজাগা লোয়নজবা ফংজখি। ঐগী লাইরিক ফোঙলমদাইদা ওজাদা পাবিয়ু হেক হেক হায়জে। ঐগী বারীমচাগী লাইরিক 'কোম্বিং ওপরেসন' অদু পারগা ওজানা হায়খী— "নঙনা ইন্নিবদু ফরে অদুবু লাইরিক থরগা পাশিল্লু।" ঐগী লমকোয় বারী 'কোরৌহনবনা ঈরোমুংগী খোঙদোহিরকপা লমজমদুনা' হায়বদু পাবিরগা সনথোঙ (আগষ্ট ১৯৯৮, ৫শুবা ভোল্যুম নম্বর ৬, লামায় ২৮) দা নীংথিনা ইবিখি। লাইরিক্তু ফোঙবদা ওজানা পুক্নীং থৌগৎপিদুনা মখা তানা হায়বিখি।

ঐগী অকোনবগী বারীমচা— 'লোইনাইদ্রবা বারী' সি মেন্যুস্কৃপ্ত ওইরিঙৈদা পাবিনবা ওজাদা হায়জবনি। ওজাদি আমেরিকাদা চৎকদৌরে অদুনা হন্নক্রগা পারগে হায়বিরকখি। ঐনা অমুক হায়জে— "ঐদি ওজানা চৎল্লিঙৈদা লাইরিকসি ফোঙজনীংঙি।" তেনজ্রবা মতমদা ওজানা পাবিরগা টেলিফোন্দা খঙহনবিরকই— "নঙগীসি ফরে তৌবতবু মমিং অসিদি অতোপ্পা অমা থোনবনা ফরোইদ্রা।" ঐনা লাইরিক অসি হায়দি 'নুংশি খুদোল' হায়না মমিং থোনবনি। অদুগা মতুংদা নৌনা অমুক মমিং অমুক থোঙ্জবনি 'লোইনাইদ্রবা বারী' হায়না।

ওজানা আমেরিকাদগী হন্নক্রবা মতুংদা অহানবা ওইনা ওজাগা উন্নবসি ফেব্রুবারী ১ দনি পোক্কফম ওফিসতা। নুমিৎ অদু পোক্কফম চেফোঙগী চহী ২৫ শুবগী নীংশিং থৌরম পাঙথোকপনি। থৌরমদুদা ওজানা চিফ গেষ্ট অদুগা ঐনা গেষ্ট ওফ ওনর ওইনা দাইজদা ফম্মীগ্রে। ওজানা হংবিরকই— "যামিনী, নঙগী বারী মচাগী লাইরিক অদু ফোঙলে হায়না।" ঐনা হায়জে— "ওজাগীদা মদু থিনজরক্কে তৌরম্লিবনি।"

ওজানা হিংলিঙৈদা ঐগী লাইরিক অদু য়েংবিবা নংখিদ্রে। ওজা লৈখিদ্রবা তুংদা ওজাগী য়ুমদা চৎতুনা ওজাগী লাৎলিবা ফোটোগী মাঙদা লাইরিক্তু থম্নগা বুকমদুনা পিরাং শীহ্নুনা কপচে। ঐগী পিরাংগী মরোল ওজানা শোয়দনা খঙবিরম্মগনি।

ঐনা ওজাগা লোয়নরকপা বারীশিংসি নীংশিংজদুনা ওজাগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎচরি। ওজাগী আত্মা শান্তিগীদমক ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরি। ■

ওঁ শান্তিঃ ওঁ শান্তিঃ ওঁ শান্তিঃ

*('পোক্কফম' ২৪-০২-২০০০)*

# ওজা নীলকান্ত পদ্মশ্রীগী মফমদা

*ইবোসনা য়াম্বেম*

মণিপুরগী রাজনীতিগী চরাঙনবা মরক অসিদা পাউ অমা লাকই— ওজা নীলকান্ত লৈখিদবগী। থাজবগী য়াম্মেদা লৈবা পাউ অমসু ওই। হৌখিবা ফেব্রুবারী তাং ৬, ২০০০ দা মণিপুর হিন্দী পরিষদতা কে. য়াইমগী মায়োকপা শৈরেংগী লাইরিক অমা ফোঙবগী থৌরম অদুদা মরূপ-মপাঙ থরগা ওজা অসিগী হকচাংগী মরমদা বারী-বাতায় তৌই।

" — ওজা নীলকান্তগী হকচাং অসি ফনা লৈবা উন্নি। থবক্তগী পোৎথারবা অতে সাহিত্যগী লমদা খুৎ থারিবা অহলশিং অসিদি চৎথোক-চৎশীন শোন্না উরে। ওজাদি মখোঙনা শান্না পাজল কল্লিবা মীশক অমগুম্না চৎলি।"

" — ওজা নীলকান্তদি করিগুম্বা উৎসবকুম্বা নত্রেগা সেমিনারগুম্বগী চাক-ঈশিং চাবা-থকপদা মশা-মউ ফরিবা মী অমগুম্না চারি-থক্লি। মরম অদুনা মহাক মতম শান্নো সাহিত্যগী সমাজগী অমসুং কলাগী ঈরম খুদংদা শরুক য়াবা ঙমখিগনি।"

অদুবু শূন্নমক অদুগী তাইওম্নবদা মৃথলমদাইগী লোশিনা খংঙান ভাস্ফেক্রমগুম ভাঙ্গম্লগা ওজা লৈখিদ্রে। অদুবু থাজদে। মীৎতো শঙ শঙ উদুনা লৈরি— পাউনা বাজারগী লম্বীদা শউনগী পীকততকপা বেগ মচা কোন্দুনা মমীৎনা লোংথক্তা য়েংখৎতুনা মকোক তাঙবা, করিগুম্বদনা ফৈজোম, করিগুম্বদনা খোঙগ্রাও অমা শেৎলগা নংহৌরদোই মত্তাঙগুম্না ওফ্রোক্ল কিনা থাংবা খোঙথাঙ,

তুং হন্না য়েংদে, য়ৌনীংজিবা মফম অদু য়ৌনবা হোৎনবদা পুন্সিগী লেঙত্রবা তহা-তহারবা খোঙচৎ অদু। মহাক্না চৎলম্বা পুন্সিগী খোঙচৎ অসিনসু ঈশ্বরগী মফমদা চঙজবা মতমদসু তহা-তহানা অদুমক ওইখি। ঐখোয়না নোমেতা তাখিদে ওজা নীলকান্ত মশা ঙমদদুনা লৈরে হায়বা পাউ অমত্তা। হন্দক্কী ওজাগী খোঙচৎ অসিনা মণিপুরী সাহিত্য, কলা, সংস্কৃতি অমসুং সনাজগী কর্মীশিংগী মফমদা অচৌবা ৱাহং অমদি পাউখোঙ অমা চন্দুনা থম্বিরম্লে।

ওজাবু ঐনা শক খঙজবদি যম্না কুইরে, ক্লাস নাইন অমসুং টেনগী মণিপুরী টেক্সবুক্তা য়াওবা "ৱাব্রবা জগৎ" হায়বা শৈরেং অদুদগী হৌদুনা। পুক্নীংদা ওজা অসিগা অমুক্তং শকখঙনরবদি হায়দুনা অসুম নীংদুনা লাকখি । লাইবক থীবনা অসুক শাংলবা মতম অসিদা ওজাগা ফম্মীন্নদুনা ৱারী-ৱাতায় কয়া পরিবদতা ফমদুনা, সাহিত্যগী মীফম কয়াদা থেনেন্দুনা ঐবু মরূপ-মপাঙ কয়ানা শক্তাকপিদুনা থেনেত্রবফাওবদা শক খঙবিখিদে। অদুবু ১৯৯৯ গী জানুৱারীগী তাং ২৩ কবি খ্বাইরাকপম চাউবগী ১০৪শুবগী মপোক কুমওন পাল্লনগী থৌরম অমদা মহাক্কী হৌজিক্কী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি (ফোঙবা সেপ্তেম্বর ১৯৯৮) লাইরিক অসি থৌরম অদুগী সভাপতি অমা ওইনা ময়াম মমাঙদা কৌশিন্দুনা খুদোল তম্বিখি। লাইরিক অদু হরাও-হরাও লৌশীনজরে। অদুগা খুদক অদুদা লাইরিক অদু হাইদোক্নুনা য়েংজরুবা মতমদা ফ্লাইংগী অহাঙবা শরুক অদুদা অসুম্না ময়েক চাউথোক চাউনা ইরম্মী— "শ্রীইবোসনা য়ামবেমদা মহাক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা তৌরিবা দানবু শীংথাজবা ওইনা ঃ নীলকান্ত ২৩।১।৯৯" পুক্নীংদা থুক লাউবা অমসু ফাওখি, অদুগা পুক্নীংগী নীংলকপা ৱাফম অমসু ওজানা খঙবিদুনা লৈরম্বগীসু হরাও-তয়াম্না অমদি নুংঙাইবা ফাওজখি। হৌখিবা ফেব্রুৱারী তাং ৪ অসি ওজাগা ঐগা অরোয়বা উন্নবা নুমিৎ ওইখি। পদ্মা প্রিন্টরসতা থেনেন্দুনা ওজাগা ঐহাক্না ৱারী-ৱাতায় ঙহাক শানৈ।

ৱারী শানরিঙৈগী মরক অদুদা ওজা সমরেন্দ্রসু লাক্লুনা য়াওরে। ওজা সমরেন্দ্রনা হেক য়ৌরকপগা নখোয়গী ৱারী অসি পণ্ডিতকী ৱারী মাল্লি হায়দুনা হায়রকই। মরক অসিদা ঐজ্জা চিত্রেশ্বর শর্মাসু লাকই। মঙোন্দসু শেনশিন্দুনা ওজা সমরেন্দ্রনা পণ্ডিত ওইগে হায়রবদি নঙগী নকোক্তু মঙোন্দগী (মাগা ফম্মীন্নরিবা ওজা নীলকান্তদা খুদোম্বীনা থিল্লগা) খরা লৌ হায়দুনা ফাগি তৌই। অদুসু ওজা নীলকান্তনা অমুক মখা শনথরকই, হায়রিবা পুন্নমক অসিদগী পণ্ডিততি মানা (ওজা সমরেন্দ্র) ওইবনি। হায়রকপা ৱাঙাঙ খুদীংদা পণ্ডিতকী ৱা য়াওরিবনি। ঐনা ওজা সমরেন্দ্রদা ওজাদি পণ্ডিতনি হায়বসি ওজাগী ৱারেনো লেঙত্রবা সাক্ষীনি। ওজানা খবরদা ইরকপা ৱারেং খুদীংমক ঐখোয়না খঙবদা ৱারবা ৱাফম কয়া কয়া ওজানা ইরায় লায়না হেক্তা ইরকই। ঐখোয় ময়াম পুন্না নোকমিন্নৈ ওজা সমরেন্দ্রনা ঐঙোন্দা খুদোম্বীনা থিল্লগা হায়রকই পণ্ডিততি নঙসু ওই, অদুবু কোক্কী শরুক্তি ৱাংলি, মঙোন্দগী লৌহৌ, নৎত্রবদি পণ্ডিত মান্দ্রে। ঐখোয় ময়াম নোকমিন্নৈ। মসিগী মরক্তা ঐনা ওজা নীলকান্তগী মফমদা ৱাহং অমখক থমক্লে, ওজাদি, দর্শন শাস্ত্র, বেদ, উপনিষদ, সনাতন ধর্মগী লাইরিকশিং নৈনবিবনি। অদুনা ঐখোয়গী হিন্দুগী চৎথরক্রিবা পরীং অসিগী মনুংদা ১৮/১৮ খুজীং ওইবগী চৎনবী অমসুং থাজনবী অমখক লৈ, খুদম ওইনা বেদব্যাসকী মহাভারত্তা অধ্যায় ১৮, লানসু নুমিৎ ১৮, পুরাণসু ১৮ অদুগা ১০৮ গী শমজীল্লকপা ওইনা ১৮ না মহৎ শিনবা য়াবা অমখক লৈরি। ঐখোয়গী সনাতন ধর্মগী থম্বিরম্লিবা ৱারী লাইরিক অয়াম্বা দর্শন শাস্ত্রদা যুম্নম ওইবা ঙাক্তা ওইনা তৌরি । ১৮/১৮ না খুজীং ওইরিবা অসিগী দর্শনগী ওইবা মীৎয়েংদা করি হায়রিবনো হায়বদু ওজানা নৈনবিরকপা পারকপগী মনুংদা করি লৈবগে? ওজানা খুম্মী— নঙগীসি ফজবা ৱাহংনি, ফজবা ৱাহং অসি পাক পাক থোক্কে, ৱাহংনি হায়দুনা অদুক হংবগী ৱানি। নঙগী ৱাহং অসি ফজমল্লি, ফজবা ৱাহং হংবশিংগীসু মনা পীনা য়াই। মদুবু ব্রাহ্মণশিংনা খঙলমগনি ঐদি হৌজিক ফাওবগী মনুংদা মদুগী পাউখুমসি থেনেদ্রি। অদুগা ঐসু অথুবা মতমদা থিরকখিগে অদুগা নঙোন্দা হায়গে। ৭ অমসুং ৯ গীদি লৈ, ঐখোয়রোমদা হায়রগা লাইরেম্মা ৭ অমসুং লাইবুংথৌ ৯ গী মশকসু লৌরিবনি। তন্ত্রগী মায়কৈদসু ৭ অমসুং ৯ গী অর্থ অদুম য়াওরি।

ওজানা লৈখিদ্রে হায়বা পাউ অসি তাবগা থম্মোয়দা ফাওখি; ঐগী ৱাহংগী পাউখুম ওজানা পীরমদ্রে, ঐনদি থাজখি শোয়দনা ঐগী ৱাহংগী পাউখুম পীরকখিগনি। মরমদি মহাক ঐখোয়গী গুরুনি, মচা-মনাও কয়াবু ইবগী লমদা উৎসাহ পীবিবা অচৌবা গুরুনি। অমুকসু নীংশিংলকই ঃ ঐখোয়গী মণিপুরী অসি ওম্বোক্না থোৎ-নৌদ্রে। বাংলাসু থোৎ-নৌই। অদুবু ঐখোয়গী মণিপুরী অসিনা য়াম্না হেল্লি। চাউবনা হান্নরম্বা ঐখোয়গী পুক্নীংগী ৱাফম খুদীংমক ফোঙদোকপা ঙম্মী হায়বদুমক চপ চানা লৈরম্মী। মহাক্কী ৱারেংশিং অসি অসুম য়েংবা মতমদা কবিত্বগী ৱাফম্না হেন্না লূন্না চৎলি। মতেক অমতং লৌখৎচবদা ঃ "কবিগী মীৎফমদা অমত্তা ওইরকই— নুপী পুন্নমক ইমাগী মশক। ইমা লমদমসু ইমাগী মূর্ত্তি।" ("হৌজিক্কী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি", লাঃ ২)। শৈরেংগী মিহুল চেনবা ৱারেংগী মশক্না ওজা নীলকান্তগী মণিপুরী শীজিন্নবগী অচৌবা থৌদাংনি।

বিশ্ব কবি গুরু রবীন্দ্রনাথ ওজা নীলকান্তগী থম্মোয়দা লাওচবা কবিনি। কবি সম্মেলন খুদীংদা রবীন্দ্রনাথনা পুন্সিগী অরোয়বা খোঙচৎ লাক্লবদা শেমদোকপা নংদনা থম্বিরম্বা তোমার সৃষ্টির পথ (নহাক্কী খুৎশেমগী লম্বী) হায়না মিংথোনবা শৈরেং অমা চীনকা পুদুনা হেক হেক থী। অদুগা অমুকসু মণিপুরীদা অর্থ হন্দুনা মীয়াম্বু তাহল্লি। ওজাগীসু শোয়দনা অসিগুম্বা শৈরেংগী খুৎই অমা লৈরমগনি, মদু হৌজিকমক য়েংনীংঙি অমসুং পানীংঙি।

**“কদোম্মদনো লম্বেনসিঙ্/চীনগা খুৎকো মামদবা,/লমখুংফমগা লম্বেনগা শম্নদবা,/ফিদমদগী মীশক্লা লুবা?” “মণিপুর”।** হৌজিক্কী মণিপুরী রাজনীতিগী ভাগ্য বিধাতা লেপকদৌরিবা মতম অসিদা ওজা অসিনা থম্মোয়দা ৱাহং কয়াতনা নুংবৎনদুনা ঐখোয় পূন্নমকপু থাদোক্লমদুনা অরোয়বা খোঙচৎ অমদা খোঙদাবা হৌগ্রে। হৌজিক্তি ঐখোয় পূন্নমক্কী মফমদা ৱাহংতনা থল্লবা পাউখোঙ কয়া চল্লম্লগা ঐখোয়বু তুংগী আশা উদ্রবা তাইবঙপাল অমদা থম্বিরম্লে। ওজাগী শৈরেং অসিগী ৱাহং রাজনীতিগী ৱাফমখক্তা নত্তে, মণিপুরগী হীরম খুদীংমক্কী সমস্যানি। ওজাগী আত্মানা ঈশ্বরগী নাক্তা শান্তি ওইনা লৈবা ওইরসনু। ■

*(‘পোক্লফম’ ২৩-০২-২০০০)*

# নীলকান্ত পদ্মশ্রীদা শদ্ধাঞ্জলি

*চিত্রেশ্বর শর্মা*

**মৈতৈ লৈমগী তাঙলবা মপারী**, মণিপুরী সংস্কৃতিগী পূজারী, কবি, সমালোচক অমদি মরৈবাক নীংবা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ লৈখিদ্রে হায়না **‘পোক্লফম’** পাউ-চেগী তাং ১২।২।২০০০ থাংজ নুমিৎকী অহানবা লামায়দা ফোটোগা লোয়ননা হাপ্লকপা উরুবদা মীকুপ খরদি ঐহাক ইশানা ইশাবু কাউথোক্লগা তরঙ অমদা লৈখি। অদুদগী মীৎলুদা পিরাং ঈহৌরকখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদতা ওজানা **পদ্মশ্রী** ফংলকপগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপা তরাম্না ওকপা মীফমদা ওজানা হায়খিবা ৱাহৈশিং নাকোংদা নৌহৌনা তারকখি। সভাদুদা শ্রীঝলজিৎ পদ্মশ্রী, বিহারী শর্মা অমসুং দীনমণিনা ওজাবু চহী চাম্মা হেন্না পুন্সিদুনা মণিপুরী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী সেবা তৌবা ঙমহনবিয়ু হায়না ঈশ্বরদা নীজখিবনি। ময়ামগী পাউখুম্ন পীবদা ওজা নীলকান্তনা পঙনা হায়গন্দবা ৱাহৈ **“পুন্সি হায়বসি অকা-অকূম মাইবা খোঙচৎ অমনি। হন্দক্কী মতাঙসি অকাবা মতাঙ অমনি লৌবা য়াই। ঐগীদি মসিদা থোইনা নুংঙাইবা নথক্রগা অৱাবা হায়বমা লৈতে। . . . ময়াম্না পুন্সিবগী মতাঙ হায়বিখিবদু ঐখোন্দদি অনৌবা নত্তে। ঐগীদি পুন্সিসি তীর্থ যাত্রিক অমনি। অদুনা ঐগী ‘তীর্থ যাত্রা’ খুদম ওইনা থমজবনি। পুন্সিদি কনানসু হায়বা ঙমদে। পুন্সিবা পুন্সিদবা হায়বসি শকউদবা অমগী মখুৎতা লৈবনি। মানা নথৌ লেপ্লো হায়রকপা মীকুপ্তা হনখিবা তাবনি। হোরেন-হয়েং তম্বা ঙম্বা নত্তে। চহী চাম্মা হায়বসি করিসু নত্তে, মরাম্না হায়নরিবসিদা ঐদি থোইনা থাজবা লৈতে।”**

ওজাদি দর্শন শাস্ত্র নৈনবা আধ্যাত্মিক অমদি ঈশ্বর চেৎনা থাজবা অমা ওইবনা কনানসু ওজাগী ৱাহৈদা চীংনবা লৈখিদে অদুবু ইশামক্তি চিংনজবা পোকখি। ওজানা ঙসি ফোঙদোকপিরিবা ৱাফম খরসিদা করিগুম্বা অমা য়াওগ্রা হায়না। অদুবু ৱারী শাননবগী তাঞ্জা লৈখিদে। ওজা নীলকান্তগী মহৌশা ওইবা মতৌ, ৱাফম অমগী মরক্তা মশাগী অনীংবা অতোপ্পা ৱাফম থেংচীন্দুনা হায়গনবা। মীকৌ মীরম শোল্লগা ৱারী শারগদি কোগোক কোকপা ইতিং তিংনা উৎথোরকপা, অদুগুম্বা মশাগী তোপ-তোপ্পা গুণ অদুমক্লা নুমিৎতুগী ৱাহৈশিংদু হেন্না মমল লৈনা লৌনখি। অদুবু নুমিৎ খরনিগী মতুং ফেব্রুৱারী ১২ গী অয়ুক্তদি থম্মোয় কায়রবা চৈনা পীররে। ওজাগী পুন্সিদি ফিদম্লীংঙাই ওইবনি। নহা, অহল-, নুপী খেন্নবা লৈতনা তিন্নবা ঙম্বা। উর্মা-খঙদবা মায়গা পূন্নমক কাচিন-কোয়া য়ৌনা খঙগনবা, মরৈবাক মরমদম্বু কা হেন্না নুংশিজখিবা মীশক অমনি খঞ্জে। ওজা নীলকান্তগী থম্মোয়দা য়াম্নমক নুংনাংজখিবা (চহী খরসিদা) খরদি মণিপুরগী ঙমখৈ কায়রকপা য়াবগী অকিবা লৈরকপা। মহারোলগী ঈহৌ। রাজনীতি অমসুং লৈঙাক্লোনগী মথোঙ হূক্তবা মতমগী মরমচৎশিং অসিনি হায়বা য়াই। মসিদগী ওজানা য়াম্ন ৱানা

**ইরকখি— "করিগুম্বা খরদি তৌবা চুম্মে। হৌজিক্তি খম্নবা মতম ম্নৌরে . . ."** অসিনচিংবা ৱারেং-শৈরেংশিং।

ডিসেম্বর ১৯৫৭ তা ফোঙখিবা **'অচাহিবা লৈ'** দা ওজানা মণিপুরগী লোন, সাহিত্য, সংস্কৃতি অমসুং শক্লাইরবা মীশক কয়াগী মরমদা ইবিখিবা খূৎইদগী **'চৎলসিনে কদায়দনো ইবানী'** (১৯৭১ শৈরেং), **'তীর্থ যাত্রা'**, **'সংস্কৃতিগী শক্রোন'** অমসুং **'হৌজিক্কী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি'** (ৱারেং ১৯৯১-১৯৯৮) পুথোকপিরকপদা উরিবা খেন্নবা মীৎয়েং থরসিদগী কবি, সাহিত্যকার সমালোচক অমসুং মরৈবাক নীংবা মীশক অসিগী নুংদা মৈরী থোক্তবা মৈচাক অমনা ওমদুনা লৈরি হায়বা খরগী মখৈদি খঙনা ঙম্মী। খবর অমদি চেফোঙ কয়াদা মতম মতমদা ইবিরকখিবা ৱারেং-শৈরেং কয়াদসু মরৈবাক মরমদম, সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী মরীদা খোয়রাঙবা, নুংশুক-নুংজানবা, খাঙঙমদবা অসিনচিংবা কয়া তপ্না তপ্না উৎথোকপিরকখি। মসিমক্না শ্রীনীলকান্তবু মণিপুরী কবি, স্কোলার, কৃতিকশিংগী মরক্তগী তোমথিল ঙালহল্লি। মহাক্কী থোইদোকপশিংগী মরক্তা মহাক্না নকশীন্নবা তিন্নবশিংবু মশক মুন্না খঙবা, মখোয়দা মশাগী হৈনবা খঙনা মখা তানা চঙশিন্নবা উৎসাহ পীবা অমদি মতম অয়াম্বদা লাইরিক পাউ হায়না মখা থাবশিংদা পাউতাক পীবিবা অমসুং মশামক মতম চুন্নদা খঙদবা অমা খঙনবা হোৎনবদা হনবা নাইদনা চঙশিনখিবা মীশক ওইখি।

ওজানা খঙহৌদনা ঐখোয়গী ইরক্তগী লৈখিদ্রবসু মহাক্তি শিবা নাইরোইদবা মশাগী খূদোল কয়াগা লোয়নননা মণিপুরগী ইতিহাসতা মূৎপা নাইদনা ঙানখিগনি। ওজা নীলকান্তদি মণিপুরী অমসুং মণিপুরী সংস্কৃতিবু মালেমদা শকতাক্তবা য়াদে হায়বা মশাগী অনীংবা পান্দম অমগী মথাদা অঙম্বা থৌদাং য়াবিরম্বা মরৈবাক মজাতিবু নুংশিজবা কবি অমনি।

অরোয়বদা ওজাদি শক্রোন য়াম্না অথোইবা মীশক্নি। মাগী মরমদা শীংথাবদি শীংথারব্বনা ৱাৎতুনতা তোক্রগদবনি। মহাক্কী মফমদা পীজবা শ্রদ্ধাঞ্জলিগী মশক ওইবা ৱাহে খরসি ফোঙদোকচহৌদ্রনদি ইশাগী অশোনবা অমদি লমন তোনশিন্দুনা লৈহৌরগনি খঞ্জরব্বদগী ইজরব্বনি। শ্রীনীলকান্ত পদ্মশ্রীগা হেন্না নকশীন্নবা, মহাকপু কুপ্না খঙবিবশিংগী মফমদদি করিসু লৈতবনি। অদুবু কবিনা নুংশিবিদুনা অয়াম্বা মতমদা ৱারীমচা, উপন্যাস অমদি নট সংকীর্ত্তনগী মায়কৈদা মখা তানা ইদবা য়াদে হায়না পুক্নীং থৌগৎপিরম্বা মাগী মফমদা থম্মোয়গী পেলহৌদবা ৱাহে খরসি শ্রদ্ধাঞ্জলি ওইনা কৎচরি। লৈখিদ্রবা কবিগী ইমুং-মনুংগী অৱাবদসু ঐহাক্না শরুক য়াজরি। ■

*('পোক্নফম' ২৩-০২-২০০০)*

## অরোয়বা খোঙচৎ

***এল. উপেন্দ্র শর্ম্মা***

হায়দ্রাবাদ অমসুং ত্রিচুরগী প্রোগ্রাম অমসুং খজুরাহো প্রোগ্রামগীদমক গুহাটিদা নুমিৎ নীনিখক লৈবা তাখি। ওফিসগী থবক খরা পাঙথোকন্নবা মতুংদা অশংবা মতমদা আর্টিকল অনীথক **'খেঙমন্নবা ইকায় খুম্নবা'** (ওজা নীলকান্তনা পদ্মশ্রী ফংলকপদা) অমসুং **'নুংঙাইরবা ইন্টাক্কী টিপাইমুখকী সেমিনার'** ইবা লোইশিল্লি। গোল্ডন ত্রেবেলগী খূৎথাঙদা **পোক্নফম** দা থাজখি। য়াম্না নীংথিনা ফেব্রুৱারী তাং ৮ অমসুং ১০ দা ফোঙলমখি। হায়দ্রাবাদ অমসুং ত্রিচুরগী খোঙচৎতা লৈরিবা ঐহাক্না খঞ্জখি— ওজাগা মরী লৈনবা আর্টিকল অনীদু ওজানা নীংথিনা পাবিরমগনি। ইম্ফালদা থোরক্লগা ওজাগা উন্নদুনা ৱারী কয়া শানগে অমসুং প্রোগ্রাম চৎলুবগী পাউদম তমগে। ঐহাক্না চৎলুবা সংস্কৃতিগী খোঙচৎ কয়াগী পাউদম ওজাদা হেক হেক তম্মী, নৌনৈ অমসুং ঐহাকপু তাকপি-তম্বী। ওজা ঐগী ইফমদদি তশেংবা গুরু অমনি, ঐহাক্না শিষ্যনি। চহী ৪/৫ সি ইতৎ তক্তনা উমৈ, নুমিদাংৱাইরম খুদীংদা সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, পাউনা বাজারদা।

ওজা আমেরিকাগী খোঙচৎতা থা ৬ মূক ইম্ফালদগী লাপ্না লৈখি। সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী সভা কয়া মপুং ফাদবগুম তৌখি। ফাদবদি নত্তে, ওজাগী গুণদা ঙাওজরব্বা নহা অমগী ৱাখলনা ওইবা তাই। পাউদি ফাওনৈ ইতৎ তক্তনা ইমুং-মনুংগা ওজা

ডিসেম্বর থাখায়দা য়ুমদা থোরক্লগনি। পুক্লীংদা নুংঙাইবগী রাখল পোকই । হেক থোক্লকপগা চোকথবা লৈতনা ওজাগী হান্নগী হৈনবী হৌরকই। ফঙ্কসন কয়াদা শরুক য়ারকখি। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী অবার্দ য়েহোকপগী থৌরম (ডিসেম্বর তাং ২৬) অমসং কবি রত্ন খ্বাইরাকপম চাউবগী মপোক কুমওন (জানুৱারী তাং ২৩, ২০০০) দা অথোইবা অতিথি ওইনা শরুক য়াবিদুনা য়াম্না হাকথেঙননা ওজাগা নকশীন্না থবক তৌমিন্নখি।

ওজা লৈখিদবগী পাউ ত্রিচুরদা লৈরিঙেদা তাখি। ওজানা ফেব্রুৱারী তাং ১১ দা লৈখিদবনি, তাং ১২ দা ত্রিচুরদগী য়ুমদা টেলিফোন তৌই, য়ুমদগী, নুংঙাইরবা পাউ কয়াগী মরক্তা কোকথক্তা বজ্র তাবগা মান্নরবা পাউ— 'ওজা নীলকান্ত লৈতরে।' পুক্লীংদা ইথা থাজবা ঙমখিদে মরমদি জানুৱারী তাং ৩০ দা 'ইন্টাক্ট টিপাইমুখ সেমিনার' দা ওজাগা উন্নখি অমদি য়ারী শানখি। হকচাং য়াম্না কন্না তীক তীক লাউনা সেমিনারদু শীলহৌবনি। পাউদু থাজদ্রদুনা ডাক্ত একাদেমীগী প্রধান শুরু শ্রীথানিললসু অমুক হন্না ময়ুমদা টেলিফোন তৌই— শোয়দরে, পাউ চুম্লে। ওজা থানিল ওজাগা য়াম্না নকশীন্না লোয়নবা, ওজাবু শুরু অমনি হায়না লৌজবা মীওইনি। পাম্মুখরেদা— ওজাগুম্বা মীওই অমা ঈশ্বর নঙনা হেক্তা লৌশীনখিবসি ঐখোয়গী করি ইরালনো। ঐহাক্কী মমাঙগী আর্টিকলদা ফোঙদোকচখি— 'ঐখোয়না ওজা নীলকান্তদগী হেনবা অচৌবা নীলকান্ত অমা পাম্মী। হান্নদগী হেন্না খঙবা, উবা হৈবা, শিংবা, হোৎনবা কনবা। মসিবু ওইবা য়াবরা . . .?'

ওজাদগী হেনবা পণ্ডিত, সাহিত্যকার অমসুং কবি কয়া লৈতবা নত্তে। অদুবু ওজাগুম্না হোৎনবা কনবা, মণিপুরগী কলচরগীদমক্তা থবায় কৎথোকপা ঙম্বা, শীনবা-লাঙবা হৈবা হৌজিক্কী সমাজবু মশক খঙননবা হোৎনবা অমসুং আনৌবা নহা কয়াবু শেমগৎনবা হোৎনবিবা, গান্ধীনীতিদা চপ য়ুংনা থাজবা, খাঙবা কনবা গুণ কয়াসিনা ময়ামদগী তোঙানহনবগী য়াদনি। গুণ পুন্নমকসিনা নহা কয়া ওজাগী নাক্তা চীংশিনখি— য়োৎচাবীনা য়োৎ চিংশিনবগুম। মীরমদমগী অহীংদুদা মীকৃপ অমা ফাওবা তুম্বা য়াখিদে। চহী ২৫ লোমগী য়ারী কয়া ওজাগা ইহান হান্না উন্নখিবা, সাহিত্য অমসুং কলচরগী থৌরম কয়াদা শরুক য়ামিন্নখিবা, ওজাগী পাউতাক কয়া মথং মথং থোক্লকখি।

নোংঙাল্লে তাং ১৩।২।২০০০ ত্রিচুরগী প্রোগ্রামনি। অয়ুক পুং ৯ তাবদা 'শোক সভা' অমা ওজা থানিললনা সভাপতি ওইদুনা ঐখোয় কলাকার ২০ মুক ঐখোয়না লৈরিবা কেরলাগী য়ুমদুদা পাঙথোকখি। ওজাগী গুণশিং মরুওইনা ডাক্ত একাদেমীগী ওজাগা লৈনবা মরী অসিগী চাওখৎনবা হোৎনরম্বা কয়া নৌহৌননা নীংশিংখি।

নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা তাং ১১ অমসুং ১২ দা 'খালশা পন্থ' শেমখিবা চহী ৩০০ শুবগী থৌরম অমা পাঙথোক্লবা শেম-শারি। মণিপুরগী শরুকইরবা পণ্ডিত কয়াগী মনুংদা ওজাসু সেমিনারগী চে পাবিগদবনি; সমিতিগী চিঠিদা ওজাগী খুৎইনা ইরি 'য়াজরে'।

অদুবু ওজাদি চৎখ্রে হৌজিক্তি সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী থবক-থৌরম কয়াদা ইহাঙ হাঙজগনি। মতম শাংনা ঐখোয়বু তাকপি-তম্বিবা পামজবনি অদুবু হে নোংদম্বা নহাকসি ওহোক্লসু তমথীখরেদা। নহাক্লা পাম্মুজপ্রবা মহাকপু হেক্তা লৌশীনবিখ্রেদো?

ওজা লৈখিদ্রবা মতুংসিদা ওজাগী স্মৃতিদা পাঙথোক্লদবা থৌরম কয়া লৈরে। ওজাগী মীৎয়েং অমসুং রাখল্লোনবু হেন্না শন্দোকপগী মতম লাক্লে। হৌজিক হৌজিক পাঙথোকপা খরা থুমন্নবসু, রাখল খঙ্বা হৌবা য়ারে। মেমোরিয়েল লেকচর পাঙথোকপা অমসুং মেমোরিয়েল ত্রষ্টনচিংবা শেমদুনা ওজাগী ফিদম অমদি রাখল্লোনবু তুংলমচৎকী মীরোন্দা শন্দোকপা য়াম্না তঙাইফদবা রাকম ওইরগনি।

মায়কৈসোমদা ওজাগা কন্না নকশীন্নরম্বা সাহিত্যগী সংস্থান— সাহিত্য পরিষদ অমসং সমিতিনা খঙ্বিবা চুমগনি। ইমুং-মনুং অমসুং ওজাগী সেবক-সখাগীসু অচৌবা থৌদাং লৈগনি। ■

('পোক্লকম' ২৫-০২-২০০০)

# চৎখরে ইয়াম্বা অমা

*এলাংবম নীলমণি*

ইখঙ হেক খঙননা শুকখঙ খঙবা ঙমদ্রিবসি পুন্সি ওইবা তাই। দার্শনিকশিংনা চমন-চমন্নবা মঙাল থিরিবা অদুগা ফংসু ফংনরিবা অসিসু পুন্সি অসিদা ওইবা তাই। ওহ্লোকপা মতমগী থৌওংনি। মতমগী অথুম্নসিদি মতম মশাদা ফাওবা চমন্নবা য়ারি। তরাম্না ওকপগী নুংঙাইবগা, অরোয়বা ওইনা কায়নবগী অরাবগা, অনীগী লোইবা লৈত্রিবা যাত্রা অমদা লেপ্তুনা চৎলি নীলকান্তগী মিংনা। মশাদি লৈখিদরে। ঙসি অসি লৈখিদ্রবগী শ্রাদ্ধনি। তীর্থ যাত্রা অমনি। লৈহৌরিবা মণিপুরদি মহাক্কী অরোয়বা খোঙচৎ অসিদা হায়ফম-তৌফম খঙদবা, নুংবঙনবা য়েংখি-য়েংখিবা মায়কৈদা ইহাঙ হাঙবগী তানফম অমা হকথেঙনরি। করিগী, কমদৌনা হায়বা থাজদবা অঙকপা অমদি নিঙমদবা রাহংশিংনা মাঙওইনরগা চাউরবা অমসু লাক্রি— কমদৌহৌবা? মসি ওইবা তাই চৎত্রবসিনা থম্লম্লিবা মঙাল। অচম্বা মগুণ নত্তে। খুদীংমক্তা লাকপা রাহং নত্তে। মণিপুর অমদি মণিপুরীনা মঙোন্দা কর্থলবা অমদি কংকদৌরিবা শ্রদ্ধাঞ্জলি অসি চুম্মিবনি। ইকায়খুম্নফম থোকই। অঙম্বা মওংদা তৌবিমল খঙবা উৎপা হৈবা মণিপুর অমদি মণিপুরী ওইরে খঙবদা লৈখিদ্রবগী আত্মানা শোয়দনা পেনবিগনি। মরৈবাক্কী রাজখিবা নুপানি। মণিপুরবু নুংশিজখিবা মচানি। মরোয়-মনাওবু শেম্নজখিবা 'ইয়াম্বা' অমনি। য়ামদ্রবদা চহী তরা কুন মুক্তংগা লৈহম্নীংবনি। তরাম্না ওকপগী মীফম অমদা চহী চাম্মা শুবা ফাওবদংদি লৈহনবিনবা চাউথোইবা মাগী মফমদা হায়জনখিবা নীংশিংলি। চাউথোইবা মাগীদি অতোপ্পা কুম্মৈ অমা লৈরম্মৈ। মনাক্তা কৌশিনবিখরে। ওহ্লোকপা মশায়া অমা ওইবা তাই। মীফম অদুদা (ফেব্রুবারী তাং ২, ২০০০ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী লোয়শঙ শঙলেন্দা ফমখিবা) লৈখিদ্রবা য়াম্বনা মশাগী বারোল পীবগী মতাঙ অমদা পনখিবা নীংশিংলি— " . এগী পুন্সিগী খোঙচৎ অসি তীর্থ যাত্রানি হায়না লৌজে। কয়া শাংনা চৎপা কদায়দা থুংলুবা হায়বসি মপূ ওইবা পরমাত্মা মাঙোন্দা লৈরে। ঐগীদি চৎলিবমখৈ অপাম্বা সাধনা তৌদুনা চৎখিগনি। মহাক্তা কৌরকপা নুম্মিৎতা লাকও হায়রকপা মতাঙদা মনাক্তা অদুমক চৎথখিগনি। তীর্থ যাত্রা মতমদুদা লেপকনি। যাত্রাগী মতম অসিদদি পামজবা সাধনা তৌদুনা লৈখিগনি অঙম্বা লেপা তৌখিগনি।. . . " রাফম অসি হায়রম্বা নুমিৎতগী তরানিশুবা নুমিৎতা তাইবঙগী ইয়াম্বা অসি মপুগী খুয়া তানথরে হায়বা পাউ তানি। তহামম্মা খোকপা ওইনা তৌই। তহামম্লি। চহী খরা সাধনা তৌহম্নীংলি। য়াগদবদি নত্তরে। সাধনাগী যাত্রা অমা লোইহনশিনখরে। অতাঙবা সাধনানি। অপীকপা লমদা তৌরম্বা সাধনানি হায়বা তারবসু ভারতকী মপুং ওইবা ঈচেলদা চাউনা পান্দম লাকপনি হায়বসিদি শেংলবনি। ভারতকী ওইনসু মাঙজবা অমনি। মরী লৈনবা থৌবুরোয়শিংদি অবাবা ফোঙদোকপিফম থোকই। লুরিবনা, 'সাহিত্য একাদেমী', 'পদ্মশ্রী', 'কর্ণেল' নচিংবগী চাইগোইনুংগী লৈইদগী ইহেন হেনগৎহনবা ঙমদ্রিবা লম অসিবু তৈরেপ থম্মবা জাৎনা! ময়েক্কীদি মশানা খরা রাৎলবা ফাওবদা খরা য়েংথোক-য়েংশিন তৌবসি নকশীয়বগী চাউরবা লোখি ওইগনি। পঙরাং বাৎপা লমসু নৎত্রি। ■

*('পোক্নফম' ২৪-০২-২০০০)*

# লানবল ঙাকপিরম্বা সেনাপতি ঃ ওজা নীলকান্ত সিংহ

*কয়ামুদ্দিন পুখ্রিমময়ুম*

**হৌখিবা** ফেব্রুবারী ১২, ২০০০ গী অয়ুক, থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবগা মান্নখি। ঐগা তিন্নবা কৈখুগী লিয়াকথনা থাজনীংঙাই ওইদনা হংলকই— "ওজা নীলকান্ত লৈতবগী হংবা চংলোইদ্রা !" ৱাফমদু ঐহাক থাজদবদগী ইবানীমক য়েংনখি। অদুবু, **'পোক্লফম'** খবর পাক্লবদগী থাজলমদবদু অশেংবা ওইরমখি। খঙহৌদনা ইশাসি থুক লাউখি। পুক্নীং অসি খংশোন-শোম্থখি 'মণিপুরী সাহিত্য, কলা-সংস্কৃতিগী লানবল ঙাক্লম্বা লানজিংবা সেনাপতি অদু তুখ্রবা।' নুমিৎ অদু কৈথেল বন্দনি হায়, পেসেঞ্জর গাড়ী অমত্তা চেন্দে। নুংথিলদু পুক্নীংসি লৈতাফম খঙদবদগী সাইকল ঈম্থোক্তুনা ঐগী মরূপ ঐজ্জা রঘুমণিগী য়ুমদা চৎতুনা ঐজ্জা উন্নরুই। ঐনা ওজা লৈতবগী পাউ ঐজ্জাদা তম্বদা থাজখিদে। মীমৈদা থাজরক্লবদা ইবানীমক কয়াদা থম্মোয় শোক্লা ওজাগী স্মৃতিদা পিরাং শীম্থমিন্নখিবা !

ওজা নীলকান্ত ঐগী শিক্ষাগী ওজা নৎত্রবসু ঐনা পামজবা সাহিত্য অমদি অতৈ হীরম কয়াদা ঐগী ওজানি হায়না তশেংনা লৌজৈ। ওজাগী লমচংতা মনুং-মপাল নাইবগী মওং উবা ফংজদে। ঐহাক মুস্লিম (পাঙল) অমা ওইরবসু অসুক্কী মতীক নুংশি-চান্না মচা-মনাও অমগুম্না লৌনা তৌবিখি। ওজাগা ঐহাক্কা অহানবা শক খঙনবসি ইং ১৯৭৬ কী ডিসেম্বরদনি। ঐগী অহানবা লাইবিক— **'নিংঙমদবা থম্মোয়গী ঈশৈ'** (১৯৭৭) অসি ফোঙলমদাইদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী সেক্রেটরী ওইরিবা ওজা নীলকান্তদগী ফোরৱার্দ অমা ইহনবিরক্কে হায়দুনা ওজা জনাব খাঁনা অনম্বা শৈরেংগী শরুকশিংদু পুখি। নুমিৎ খরনিগী তুংদা ওজা জনাবকী খুৎথাঙদা ঐহাক লাকহল্লু হায়বদগী য়াম্না কি-হঙ্গোইনা ওজা উম্নবা চৎলুবদা তরাম-তরাম্না তৌবিদুনা জানুৱারী ১৭, ১৯৭৭ ইংদা লাকউ তাকপিবদগী নুমিৎ অদুদা চৎলুবদা ইবা লোইদুনা পীরকই। থোং-নৌথ্রবা ৱাহৈনা কয়াদা ফজনা ঐবু থাগৎপিরকখ্রবা, ইশানা পাজগদবা ইকায়খি। অহৌবমক্তদা অসুম্না ইরম্মী— "মণিপুরী সাহিত্যদা মুসলিমগী জগৎতগী শীংথানবা য়াবা দান অমা থেংনদ্রিবা অসিগী নুংঙাইতবা অমা চহী কয়াগী মমাঙদগী ফাওদুনা লাক্লবনি। ধর্ম্মদা খেন্নবা লৈখ্রবসু লমদম অসিগী লীচৎ-শাজৎতা অমসুং মরৈবাক নুংশিবদা অমসুং সমাজ সংস্কারগী লম্বীদা মুসলিম ইচীন-ইনাওশিংসু শোংথবা লৈত্রি। অসিনা সাহিত্যগী মায়কৈদা চঙশিন্নরক্লবা অসি জাতিগী অৱাংপা অমনি হায়না লৌজে। অদুবু হন্দক মরক্তি মণিপুরগী চেফোংশিংদা অমসুং সাহিত্যগী সভাশিংদা শৈরেংনচিংবা লোক-গীতনচিংবা অমা-অনী পানরকপা অমসুং ফোঙনরকপা থেংনৈ। মসি নুংঙাইফম থোকপা অমনি . . .।"

অসুম্না ওজাগা শকখঙনবা অমদি নকশীন্নবা হৌখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অমদি অতৈ সংস্থানশিংগী চহীগী মীফম অমদি কবি সম্মেলনচিংবা থৌরমশিংদা ওজাগা পুন্না শরুক য়ামিন্নবগী তাঞ্জা ফংখি। লোয়ননা ঐহাক্কা এডিটর ওইদুনা ফোঙলম্বা **'মিংশেল'** নচিংবা চেফোংশিংদা ওজাগী দার্শনিক ওইবা শৈরেং অমদি ৱারেং কয়া ফোঙদোক্লবগী তাঞ্জাসু ফংখি। নকশীন্ননা ৱারী শাবদা য়াম্না নুংঙাই, ইচম চম্মী। নোংমত্তা শাউবা থেংনখিদে। ওজানা তত্তনা হায়বিখি— "নখোয় লাইরিক য়াম্না পাউনে। লাইরিক পারগা ৱাখল-লৌশিং পাকথোক-চাউথোরক্কদবনি।" ইশানা য়াজৈ, ঐহাক লাইরিক পাদে। ইপা-পাদে হায়রবসু য়াই।

নুমিদাংৱাইরমদা সাহিত্য পরিষদকী ওফিসতা ওজা তত্তনা ফম্লম্মী। নোংমা-ফাদোকসু ঐহাক্কা কৌদ্রিঙৈদা ওজানা হান্না কৌবিরকই— কয়ামুদ্দিন নখোয়গী হেক হেক তৌবদু তৌদ্রিবরা ? মদু লেপহনগনুনে।" ওজানা হায়রিবসি ইং ১৯৮৩ অমসুং ১৯৮৪ দা লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসন্না শীন্দুনা জি. এম. হোলদা চহী অনী থৎন-থৎনেনা পাঙথোকখিবা মণিপুর পুম্বগী কীরঅত অমসুং নাট/গজল ফেষ্টিবেল অদুবুনি। অহানবা ১৯৮৩ দা পাঙথোকখিবা অদু মতম অদুগী মণিপুরগী গভর্ণর, এস. এম. ঐচ. বর্নি সাহেবনা হৌদোকপিখি। হৌদোকপা থৌরমগা মরী লৈননা ওজাবু 'ইন্দিয়ান কলচরদা মুসলিমগী কন্ট্রিবুসন লোয়ননা মণিপুরী কলচরদা পাঙলশিংগী খুদোল' হায়বা হীরমসিদা ৱাহৈ খরদং হায়বিনবা থম্নবনি। ফজ্জসন হৌগদবদি হয়োং অয়ুক্তি। অদুবু, ওজাগী বার্ত্তনদি অন্তাংশিংনা পীরমদ্রে, হন্দুনা পুরক্লে। নুমিদাংদুদা ঐহাক্কা টেলিফোন্দা ওজাবু হয়োং অয়ুক গভর্ণরগী

মাঙদা মথক্কী হীরম অসিদা বা ঙাঙবিনবা হায়জবদা হরাউ-হরাউ য়াবিরক্তুনা ঐখোয়গী ইজ্জৎ থম্বিখি। মসি ঐগী পুন্সিদা ওজাগী লমন চাউনা তোল্লবনি। মথংগী চহী ১৯৮৪ দা পাঙথোকপদি কীরঅতকী অফাওবা কারী অব্দুল জালিল (মণিপুরী মচানি, হৌজিক্কা ইউ. কে. দা লৈন্তবা) গা অথন্নবা অতিথি ওইমিন্নখি। নুমিৎ অদুদা কারী সাহেব অদুগী থোং-নৌরবা খোঙ্গেল অদুনা ওজাগী পুক্নীং শুমহৎখিবনি। মসিবুনি ওজানা নখোয়গী হেক হেক তৌবা হায়না পল্লিবসি।

ওজা নীলকান্ত ধর্ম খুদীংমকপু, জাতি খুদীংমকপু মান্ননা য়েংবা ঙম্বা নুপানি। ইকরা না শীন্দুনা হৌখিবা ১৯৯৮ গী জুলাই ১১ থাংজ নুমিৎতা মণিপুর হিন্দী পরিষদকী হোলদা 'মিলাদুন নবিগা মরী লৈনবা সিম্পোসিয়ম' হায়বা অমা পাঙথোকপদা ওজা নীলকান্ত সিংহ অমসুং শ্রীঅরাম্বম সমরেন্দ্র সিংহ অনীনা অথন্নবা অতিথি ওইখি। থৌরম অদুদা ওজানা হায়বিখি — "ইকরাগা ঐহাক্কসু মতম কুইনা লোয়নজরক্তুনা অফোঙবা লাইরিক্কচিংবা কয়া পাহনবিদুনা মুসলিম ভগৎকী চাউরকপা মশক অনবুদি লাকশীনবা ঙমজরে। অদুগা ঙসিগী মৌলানানচিংবা য়াওরবা, মুসলিম পণ্ডিতকী চেনচিংবা পাথোক্তুনা চৎথবিরিবা সিম্পোসিজম অসিনা থরগসু হেন্না ঐঙোন্দা খঙজনবগী তাঙ্জা অমসু পীবিরে। অদুবু ঐহাক্কা খঙজবা ইস্লামগী মশক অমসু সভাসিদা উৎচবি। . . . অয়াম্বনা থোইদোক্কসু হিন্দুশিংনা ইস্লামবু শেরাম্নমা উই। চুম্নগী ভারতকী লমদমশিংবু জয় তৌরগা লুট তৌরগা লন-থুম কয়ামুক পুখিবগী মশক অসি তোয়না থোক্রবনা মুসলিমশিংবু মখূৎ নাম্মনা থাঙশাঙ, নাম্মা অমদনা কুরান পাররগা হিন্দু ধর্মবু মৃৎথৎপা লাকপনি হায়না উই। মসিদি ইস্লামবু চপ চানা মশক খঙদবনি। ইস্লামগী অর্থদি 'চঙজবা' 'শান্তি' হায়বনি লান তৌনসি হায়বা নত্তে। রহিম (মিনুংশি) গা কদৌঙেদসু ইস্লামগা থাদোক্রদে। . . . কুরান পাবদা হিন্দু অমনা অল্লাহগী মহৎতা ঈশ্বর হায়বা ঙন্নবদি (চুমসু চুম্বনি) কুরানগা গীতাগা খেন্নবা লৈতে। ইস্লামসু লাউরি— শান্তি: হিন্দুশিংগী খ্বায়দগী য়াংবা প্রার্থনাসি ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ হায়বসিনি। চপ মান্নে: তৌবদবু কুবানগী মহন্দোক্তি খ্বায়দগী পাকপা মীংয়েংদা হন্দোকপা তারে। অল্লাহবু শোল্লগা রহমানদা চঙজৌ. নহাক্কা কৌনীংবা মমিংদা কৌ মঙোন্দদি খ্বায়দগী ফজবা মমিং পুন্নমক শুনা তিল্লি হায়বনচিংবসি অর্থ চপ চানা হন্নবদি ধর্ম পুন্নমক্কী নাকোংদা চপ মান্ননা তাগনি। কুরানগী অহৌবা খ্বায়দগী মপুং ওইবা শ্লোক ৭ না শাবা শুরা ফাতেহা অসিমক চপ চানা অর্থ হনবদা কয়ামুক যান্না অর্থ লৈনা ফজবগে হায়বদু খঙগনি . . . ।"

থৌরম অদুদা ওজানা শুরা ফাতেহা অসি কুরানগী ইংলিস ট্রান্সলেসন্দগী মণিপুরীদা হন্দোক্তুনা সভাদা তাহনবিখি। অরোয়বদা ওজানা শুরা ফাতেহা অসি অরবী লোন্দা চীনফা পুজনীংঙি অখঙবশিংনা অমুক্তা তাকপিয়ু হায়বিরম্মী। ওজানা থৌরম অদুদা শুরা ফাতেহাগী মণিপুরীদা অর্থ হন্নম্বদুগী মতাংদা ইম্ফালগী জামে মসজীদকী ইমাম হজরত মৌলানা জিয়াউদ্দিন সাহেবনা নুমিৎ থরনিগী তুংদা ঐঙোন্দা অসুম্না ফোঙদোকপিবকখি— ". . . ওজা নীলকান্ত হায়বদু হৈখ্রেদ! মহাক্কা অহলমদুগী অর্থ মৈতৈলোন্দা হনবদু ওহোক্কা চঙখেয়া ফজনা হনখ্রে। ঐখোয় মৌলুবীশিংনা অদুক ফজনা মৈতেলোন্দা হনবা ঙমগনি থাজদে।"

ওজাবু ঐহাক্কা হৌখিবা চহী ২৪-২৫ রোমসিদা তোঙান-তোঙানবা সাহিত্যাগী থৌরমশিংদা থেংনৈজে। থৌরম অমথত্তদি ওজাগা ঐহাক্কা মোত খেন্নবা থোকখি। মদু ইং ১৯৮৯ গী অথেঙবা শরুক্তনি। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা শীন্দুনা জোনষ্টোন হায়র সেকেন্দরী স্কুলদা সিম্পোসিয়মগুম্বা অমা পাঙথোকই। ওজা নীলকান্তনা সভাপতি ওইখি। ওজা জি. সি. তোংব্রানা **"অইবদা নীংতম্বা পীবা"** হায়বা হীরমসিদা কি-নোট এড্রেস পীদুনা হৌদোকই। থৌরম অসিদা রা ঙাঙগদবা মীওইশিংদা মিনিট ৫/৫ গী মতম পীদুনা মখোয়না ঙাঙনীংলিবা থিম অমদি বাহে-বাতাদা মনীং তম্বা পীদুনা ঙাঙহল্লি। ঐসু রা ঙাঙননবা থনগৎপা মীওইশিংগী মনুংদা অমনি। ঐগী মাঙদা রা ঙাঙখিবশিংনা মতম অদুদা ফোঙ-ফোঙ শানা থোক্লিবা বৃটিশ নোভেলিষ্ট সলমান রুসডিগী **'ড সটানিক বর্সেস'** কী বাথোক্তগী ইরানগী প্রেসিডেন্ট, অয়াতোল্লাহ খোমৈনিনা সলমান রুসডিবু হাৎননবা পীখিবা দণ্ড অদুগী মায়োক্তা **'অইবদা নীং তম্বা পীগদবনি'** হায়বগা লোয়ননা দণ্ড অদুবু কন্দেম তৌবগী রারেপ লৌবা অমসং নেসনেল/ইন্টরনেসনেল পেপরশিংদা রারেপকী কোপি থাবনচিংবগী বাফম পুখৎলকপদগী ঐহাক্কী মোত পীনীংলক্ত্রে। তাঞ্জাদুদা ঐবু রা ঙাঙনবা কৌথোরকপদগী ". . . ঙসি অইবদা নীংতম্বা পীবা থৌরম অসিদা ইশাগী ইনীং তম্বদু লৌজদুনা ঙসিগী থৌরম অসিদা ঐগী মোত পীজররোই" হায়রম্নগা ঐগী ফম্ফমদা চঙশিন্দুনা ফমথে। ওজানা ঐবু হন্না হন্না কৌথোরকখি— "য়ারোইনে কয়ামুদ্দিন, নহাক্কী মোত পীরদবা য়ারোই। ঐহাক্কা নঙোন্দা ময়ামদগী মতম দবল হেন্না মিনিট ১০ হেন্না পীরবনি। মসিগী মনুংদা নহাক্কা ঙাঙনীংবা ঙাঙবা য়াগনি। নহাক্কী মোত পীরদবদি য়ারোই।" ওজাগী য়াথং হীক্তোকপা ঙমজদবদগী— ঐহাক অমুক হন্না চঙশিন্দুনা ময়ামদা অসুম্না হায়জে— "ইকায় খুম্নজরিবা সভাপতিনা তাকপিবা মতুং ইন্না ইশাগী ইনীং তম্বদু অমুক হন্না লৌজরগা মোততি ফোঙদোকচররোই। মসিগীদমক রারৌবিরোই নীংজৈ।" ওজানা অসুম্না হায়খিবগুম তৌই—

মাঙদনি মাঙজা মাঙলোমদা
শোয়খিবদা খোঙফম অমতং
নেৎখায়খিগদৌরি খোঙফম লীশীংনা
মাঙগদৌরিবা পুন্সি অর্থ লৈতনা।"

চঙশিন্দবা য়াদ্রবা খোঙজঙ অসিদা লুচিংবা নহাক য়াওদনা করিসু খঙজদ্রবা ঐখোয়না করম তৌহৌ হায়রগে? খজিজ্ঞং খোঙফম খোয়খিবদা খোঙফম লীশীংনা নেৎখায়খিগদৌরিবা, পুন্সি কয়া অর্থ লৈতনা মাঙখিগদৌরিবা, মাঙগদবা পুন্নমকসিগী উপায় পুন্নমক ঙাকথোক্লবা শক্তি পুন্নমক নশাদা য়াওরিবা ওজা ইবুংঙো, নহাক্না নচাশিংবু থাদোক্তুনা চৎত্রবদা দ্রোণাচার্যগী চক্রবিহ মনুংদা থরায় থাম্ববা অভিমন্যুগুম ঐখাযসু অসুম থরায় মাঙখিবা তারত্রা? হৌজিক করি উপায় লৈরি; খন্নবগী শক্তি লৈরক্তে। পাম্মুবা পুন্সদগী থোইনা নুংশিথোইরবা! মমল য়াম্না পুন্সদগী থোইনা মমল য়াম্নবা! ইশা ইশাগী পক্সিমক্তগী থোইনা পাম্মুজরবা ওজা ইবুংঙো! করি বাহৈনা, করি থৌরম্না করম্না থবক্না নহাক্কী নগুণবু থাগৎচগদগেনে, করম্না মতমদা ইংগনি মৈচাকসে। নহাক্নদি থনম্মী বাহং কয়া কয়া পোক্লক্লিবা, লম্মুক্লববা নহারোলশিংগী মমাঙমক্তদা—

"চঙলক্লবা অসুং তুং ওন-ওন্দুনা
থাজক্লরিবা চীঙ্গৌগী মশেক অসিনা
তারমদাইগী ঙাড্রানবা মশেক ওইরমদুনা
মাঙশিন্নক্লবা অসুম অসুম
ঐখোয় কৈদৌবা তাই?"

কনানা নহাক্কী বাহংসিগী পাউথুম পীগদৌরিবনো? চীঙ্গৌ চম্পকপগী মঙালনি, তারমদাইগী ঙাড্রানবা মশেক্নি, থেন্নবা অনৌবু নহাক্না তাকপিদনা হৌজিক্কী মীরোল কনানা তাকপিগদৌরিবনো? লৈরবা পাউথোঙ কয়া চনশিনবিরম্নগা নহাক্না করিগী ইরায় লায়না চৎখিবা? খঙাঙ নহাক ঐখোয়বু করিসু নুংশিবিদর্বনি, থবাবিদর্বনি, নংত্রবদি অসুক য়াম্না বাহংসি করিগী থম্বিরমগনি। পুক্লীংদা চিংনদবা ঙমদে, ঈরোম্নুংসিদা ঐখোয় অমম্বদা লুপথরদ্রনে, উপায় অমফাওবা উবা ফংলক্তে, তিংগদবা মাম্নক্তে। মহাভারতগী অরোয়বা কর্ণগী লানফমদা মালেম লৈমনা দোলাই চাকা ফাজীনবিখ্রবদা পাম্নে লৈত্রবা কর্ণগী মতৌগুম নচা ময়াম করি তৌহৌবা থাবি? জ্ঞান যোগ, কর্ম যোগ, ভক্তি যোগ, যোগ অকম্মকপু মুমা খঙলবা ইপা ইবুংঙো। করিনো ঙসি করিসু খঙজদ্রবা মীৎতাঙবগুম্নবা নচাশিংনা নহাক্না থাদোকপিরম্নবদা তৌগদবসি?

উপায় লৈত্রবা পুক্লীংনা মথং মথং থিরকই পাম্নে পুক্লীংবু ফাজীন্নবদা "করি করি লৈবি?" থেংনরকই মম্নেথবদা ওজাগী মন্ত্রগুম্না বাহৈ— "হৌজিক্তি ইন্দিয়াগী বা লৈত্রে। বার্ন্ডগী ওইবা মীৎয়েংদা অপাকপা মীৎয়েংদা য়েংলগদি থোরকপা পোৎ অদু ফজরক্কনি থম্লি।... লাইরিক-লাইশু পাদ্রগদি কলচরসি তৌদ্রগদি পোৎসি ওইরোই। অসিগুম্না অপাকপা মীৎয়েং অমগী ফ্যচর অমা সাহিত্যগী খঙদে, কলচরগী খঙদে পুন্নমকসি লৈরককনি থম্লি।"

ঐখোয়গীদমক হৌরিক্লবশিংগীদমক ককঙাওনরবা লম্বী লম্মুক্লরবা নহারোলগীদমক তাইবঙ শেম্না মপু মহাক্না ওজা ইবুংঙোগী আম্মানা কনাগুম্না অথোইবা মহাপুরুষ অমা ওইনা ইমা লৈবাক মণিপুরদা পোকপিদুনা নহাক্কী শেম্না লোইরমদ্রিবা নরমদম্নু শেম্নীনবা অনৌবা মপোক অমা শকউদবগী মফমদা নিজবনা নচাগী অপেনবা ওইজগে। ■

('পোক্নফম' ১৯-০২-২০০০)

# কুনমাথোইশুবা চহীচাগী অঙনবা অয়ুকসিদা

**সলাম রূপচন্দ্র**

**শ্রীওইপোক্কী** খোঙচৎসিদা মতম্বু কনানা মায়থীবা পীবা ঙম্বগে? লেপ্পাইদ্রবা মীকুপ, পুংজা, থাবুন্না চহী শার-শারদুনা অনৌবা চহীচা লীশীং অনী পুবিরকই। কুনমাইথোইশুবা শতাব্দীগী থিংঙমদ্রবা ঈচেলদা মীওইবনা চঙশিল্লি। পোক্লকপগী নুংঙাইবা, তাইবঙপাল থাদোকখিবগী অবাবা ঐখোয়না নাথেবা ঙম্মম্ম থোক্তে। মতন খরগী মমাঙদা তুরেল খোঙবান্দা নীংথিরবা অয়ুক অমদা মংগুম্বা অমা য়াওহৌবা ওজা নীলকান্ত মীৎসিদা শংশং উই। করিমত্তা সুম সুম উরকপদগী থোইনা খেন্নবা তৌদে। ওজাসু মংগুম্বা য়াওহৌই, কনাগী ওইরবনো পুক্নীংদা খন্দুনা লাকখি। ইকান কান্নদনা তারকই— ওজা রজনীকান্তগীনি। নুংঙাইজদে, কলেজগী পুন্সিদা মণিপুরী তাকপিরকপা ওজা রজনীকান্ত। কালেজ কাদ্রিঙেদা ওজাবু কনানো শক খঙনীংবা, ওজাগী খোঞ্জেল তানীংবা কয়া মা ফাওজখি। করিগীবু ওইফম থোকপগে— ক্লাস টেনদা ওজা রজনীকান্তনা ইবা বারেং 'থাজগী অঙাংবা মায়খোঙ' হায়বদুনা মঙগী বারী অমবু তাইবঙনি খলহন্দুনা কয়াদা ফজনা অপাবদা বাহল্লিবা। অদুবু ওজা লৈখিদবগী অবাবনি মঙদা ওইবা নৎলমদ্রে, তাইবঙদা থোকপা ওইরম্মে।

করিনো তৌরিসিবো। ওজা রজনীকান্তগী সংস্কারদা তুরেল তোর্বান্দা লেপহৌবা ওজা নীলকান্তনা সংসার থাদোকখিনা ইথা থাজদবা ফাওই। পদ্মশ্রী মিংথোল পানগা ইকান কান্নদনা ওজানা তাইবঙপাল থাদোকখিবগী অবাবদুদি ঙসি মীপুম কয়াগী থম্মোয়দা লৈহৌরে হায়বদুদি কক্পা য়াররোই। শীংথাবা লোইররোইদবা গুণ কয়ানা লৈতেংলবা ওজানা ময়াম তিনবা সভাদা থম্বিবা রাফম মচং ওইবা ঙাক্তনি। চীং-লেম্বা অমদি হকচাম্না লৌবা, তরাই-তরাই ফোঙদোক্তবা বাফম ওজাগী রাখলদগী তঙনা থোরকই। মতম খরগী মমাঙদা জে. এন. ডান্স একাদেমীগী হোলদা লান মতুংগী মণিপুরী সাহিত্যদা কুর্তিনজম হায়বা সেমিনার অমদা ওজানা প্রিসাইদ তৌবদা মমিং লৈরবা মপানগী মীওই কয়াগী ফজরবা বাঙাঙবু ওজানা ইরায় লায়না য়াম্না ফজবা মওংদা মখোয়না হায়রিবদু খঙঙি, মদুতা নত্তনা অতোপ্পসু লৈরি হায়বগী মতাংগুম পীখিবা মহাক্কী বাফমদুনা প্রমাণ তশেংনা তৌখিবদি পীক্লবা মণিপুরগী লৈঙন্দা চাউরকপা ইমা লৈবাক্কী অসিগুম্বা স্কোলার অমা লৈরি খনবদা পুক্নীংদা চাওথোকচখিবা অদুনি।

নহারোলগী মরক্তা হায়নখিবদু ঙসি নীংশিংলি— ওজাসি সমাজসিনা অপাম্বা মায়কে ময়েক শেংনা পন্দুনতা লৈরে, মমল য়াম্বা ওজাগী বাঙাঙ বাফম খুদাংমক রেকোর্দ তৌবা দরকার ওইরে। পাঙথোকচাম্বা মীওইবগী ফংজবা গুণনা য়োম্বা, কনানা কয়াবু য়াম্নদু রেকোর্দ তৌহৌরবা? লৈবাক্কী লালহৌবগী মতাঙদা তঙনা থম্বিখি "করিগুম্বা থরদি তৌবা চুম্মে।" মণিপুর মচেৎ তাহনবা য়ারোই হায়না মীয়াম্না চহী খরগী মমাঙদা চৎখিবা অচৌবা খোঙচৎ অদুদা ওজাসু কৈজোম মচা অমা খুৎনা পায়রদুনা মীয়াম মরক্তা চৎখিবগী অর্থসু মমল য়ামগনি। ওজাগী য়ুমগী লাই খুরুম্ফমদা নুমিৎ খুদীংগী লাইনীং-লাইশোল, ভজন তৌবা থেংনজে। মীওইবনা শিবগী মরমদা বাহে অমখক হায়রম্মী— শিবা হায়বসিদি করিসু লৈবা পোৎ নত্তে— আত্মাগী শক্তিদা লৈরে; কনাগুম্বা মুণি অমনা হিংনো হিংনো থাঙ থাহনখিবগী বারীসু তম্লম্মী। উনা উনা চৎখিবা ঙাক্তনি, ওজাসু ঙসিদি ঐখোয়গী ইরক্তো উবা ফংলরোই, মাঙলমচৎকী শকফম্বু নীংশিংবা খক নত্তনা। য়াম্না য়াঙনা চেনশিল্লকই মতমসে। কুনমাথোইশুবা চহীচাগী ফেব্রুয়ারী তাং ১৭, মহারাজকুমার প্রিয়োবর্ত্ত সিংহগী ৮৯ শুবা মপোক নুমিৎ। মণিপুরগুম্বা লমদমদি চাংমী-তম্মী, জাৎ খুদীংমক চ াম্ন-চিম্ননা লৈগদবনি হায়বা বাফমদা অচেৎপা অপাম্বা লৈবদু হেক হেক ফোঙদোকই। লুমথরবা চহীগী নম্বোগী মথক্তা চহী খরগী মমাঙদা থোকখিবা গাড়ী এক্সিদেন্টনা কা হেন্না ফাবম শোকহনখ্রবনি। নিংথৌকোলদা চাউরকপা মণিপুরগী অরোয়বা মহারাজগী মনাও ইবুংঙোনা গুণ কয়ানা লৈতেংদবা নত্তে। পুন্সিগী লৈশীল্লকপা মতমদা সমাজগী থবক-থৌরম কয়াদা শরুক য়াবা থেংনজে। হল চেয়রদা মতম লেপ্লবসু ইথা থাজদনা তাং ১৯ গী নাগাগী কুম্মৈ— 'লুই-ঙাইনি' গী নেক চিফ গেষ্ট ওইবিদবা য়াদে হায়দুনা ফঙ্কসন য়াওহনখিবা অসি মমল য়াম্বা বাফমনি। মতম অমদা লৈবাক্কী বারেপ লৌবা য়ানা রাফম কয়াদা

মহারাজকুমারগী থৌদাং চাউনা লৈরম্বনি। মমিং লৈরবা সোসিয়েল ৱার্কর বাবা আমতেগী নিউ ইন্দিয়া সাইকল খোঙচৎতা মণিপুরগী ওইনা শ্রীমহারাজকুমারগী লুচিং মখাদা লৈবা মণিপুর কলচরেল ইম্প্রেসন কনফরেন্সকী অশীন-অরাঙদগী মহারাজগা খরা নকশীন্নজরুবনি।

তত্তনা হায়, "ইয়ুনে, মৈতৈ মচাদি ইবগী চাংয়ে য়াম্না ৱাৎলিনে।" মহারাজকুমার লাই য়াম্না চঙখোম্না য়েংকপা, ফোটো নীংথিজনা শিন্দোকপা ওম্বগী মহৈ মীয়াম্না অদুমক খঙনৈ। মহারাজগী চহী অমদি হকচাংগী ফীবম ফৎলক্লবনা ইনৌংলবসু ইবা ওমহৌদবগী মমি ওই। অদুম ওইনমক মাগী ফোঙদোক্লিবা থুৎই খরা লৈরম্বা থেংনৈ। মখোয়গী মরক্তা **'The Political History of Manipur since British Period', 'A Trip to Tawang'** অমদি **'Down in Memory Lane'** শন্দিনচিংবনি। অকোনবগী অসিদি মহারাজকুমারগী মাঙলমচৎকী পুস্তিবু মশানা য়েংকচবা (ওটোবাইওগ্রাফী) গী মওংনি।

মহারাজকুমারগী মপোক নুমিৎসিদা উনা উনা মাঙখিবা ওজা রজনীকান্ত অমদি নীলকান্তগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি পীজরগা লোয়ননা মহৌশা লাইরেম্বীগী লেপনাইদ্রবা খোঙচৎতা চহীগী পোৎলুম পুরিবা অমদি এসিদেন্তকী চৈথেঙ ফঙলগা মহারাজ কুমারগী হকচাংনা খরা হেন্না ফগৎপা ওইসনু নীঙ্জরি। ■

*('পোক্নফম' ১৯-০২-২০০০)*

# লেপখ্রে ঐহাক্কী কবিতাগী ঈশৈ ঃ কবি নীলকান্ত

*জি. আই. শর্মা*

**What we call the beginning is often the end**
**and to make an end is to make a beginning**

***– T. S. Eliot***

**পুন্সি** হায়বসি করিনো? পুন্সিগী অহৌবা অমসুং অরোয়বনা কদায়দনো? মীওইবনা শিবগা হেক্তমক লোইরব্রা? পুন্সিগী অশেংবা অর্থ অদু ফংননবা হোৎনখিবা অমদি খঙনীংবগী ঈথৌ লাংবা অদুসু এলাংবম নীলকান্তগী মশাদা মতম পুম্বদা লৈখিবনি।

ঐ ইশার্মক্তি ওজা এলাংবম নীলকান্তগা য়াম্না নকশীন্নবা তিন্নখিদ্রবসু ওজানা ইরকপা ৱারেং, শৈরেং, নৈন-চেশিংবুদি অমত্তা চাংথদনা পাজখি। পাবদা নত্তনা য়াম্না কুপ্না অমদি মনুং থাংনা নৈনজবা মীশক অমসু ওইজবনি। ওজা লৈত্রে হায়বা পাউ হেক থেংনবদা হায়ফম খঙধবা হকচাংদা থুক লাউবা ফাওবদা নত্তনা মথক্তা পঞ্জুরিবা ইংরাজী কবি টি. এস. ইলিয়টকী ৱাহৈ খরসি নীংশিংহনখি। ওজাগী ৱাফমদা করিসু তৌবা ঙমহৌদ্রবসু ৱারেং মাতক অসি Reminiscences ওইনা থুদোল তমজগে হায়বসি চপ য়ুংনা খনখি; নাকল অমরোমদসু ওজানা থুপখিনদা করিব্ব ৱানীংঙাই লৈবগেনে হায়নসু খল্লকই। তৌদবায়াদ্রবা অমদি থেংনদবা য়াদ্রবা মীওইবা ঐখোয়গী থৌদাং অমনি (শিবা হায়বসি) হায়না খঙ্গবগী ৱানি। কনানু নাম্থোকখিবা য়াওবগে? কবিত্বগী ওইবা থোইদোকপা মগুণদসু ওজানা ইংশোক ১৯৪৫ অহৌবা নুমিৎতা ইখিবা শৈরেং 'প্রার্থনা' দা অসুম্না শৈহৌরিং

**তিলহনবিয়ুকো নহাক্কী নুংশিবা ৱাণীগী সুরদা।**
**হে ঈশ্বর! অসিদনি ননাইগী তোল্লবা প্রার্থনা।।**

ওজা নীলকান্তনা মাগী পুন্সিদা উখিবা অমদি থেংনখিবা মণিপুরগী সমাজ অদুবুনি ঐহাক্না মতাঙসিদা নীংশিংজগদৌরিবসি। মপুং ফাবা য়াম্না কুপশিনবা মীৎয়েং অমনি হায়বগী বাদি নত্তে। মচেৎ অমখক্কী রানি। চাওখৎলকপা অমদি মতমগী হোংলক্লিবা সমাজ, ওইরক্লিবা মণিপুরগী শক্তম অসিদা ওজানা মতাঙ অমদা অসুম্না ফোঙদোকখি : "গণতন্ত্র চৎপা লমদম কৌবগী মহৎতা শুপ্পমগী শাসন চৎপা লমদম (ফেসিষ্ট ষ্টেট) হায়বদু ওইরকপা য়াবগী নুংশা থীবা লৈরে।" ('পোক্লফম', ৫।৫।১৯৯৮)

ছাত্র ওইরিঙৈ মতম ১৯৪৭ ইংদা গুহাটি মণিপুরী ছাত্র এসোসিয়েসনগী লূচিংবা অমা ওইনা মণিপুর ষ্টেট এজুকেসন ওথোরিতিদা ওজা নীলকান্তনা য়াম্না কন্না তকশীনখিবা বাকম অমদি শাগৎখিবা ঈহৌ অদুদগী যেংজুরগা য়াম্না লায়না খঙবা ঙম্মী। অসুম্না হায়রি— 'মণিপুরী জাতিগীসু লৈজরিবা ইমারোল অসিবু নুংশিবা অমসুং লোন অসিবু অতে জাতিগী চাওখৎলবা লোনশিংগা মান্ননা পুখৎনবা হোৎনবা অসি মণিপুরী খুদীংগী অমসুং থোইদোক্লসু মণিপুরী ছাত্র খুদীংগী থবক্নি।' ('প্রজা', ১৬।৯।১৯৪৭) মসিমক মমালোনবু নুংশিবগী খম থেংবা মশক অমনি হায়দবা য়ারোই।

কবি অমা ওইনা, সাহিত্যকার অমা ওইনা, সমালোচক অমা ওইনা নৈনবদা য়াম্না য়াগ্রে। তশেংনমকসু ওজা নীলকান্ত হ্যুমেন এক্টিবিষ্ট অমনি লোয়ননা হ্যুমেনিষ্ট অমনি। ওজানা হিংলিঙৈ মতমদা মণিপুরী সমাজদা থমখিবা মীৎয়েং অসিমকতি লম অদুগী সাহিত্য অদু সমাজদুগী হোংলক্লিবা মশক অদুগা ইরোয়নন্না চৎমিন্নবা হায়বদুনি। সাহিত্য অদু অরাংবা থাক্কী ওইহনগে হায়রবদি লোন অদুসু য়াম্না চাওখৎপা মপুং ফাবা লোন ওইবা তাই হায়বসিদা হকটাম্না খাজজবা অমদি ঙাম্লিঙৈ পুন্সিদগী ওইবকখি। মসিমক মমা পূকুদেগী য়াওরকপা মগুণ অমা ওইবা তাই।

সাহিত্যগা পুন্সিগা য়াম্না মরী লৈনৈ হায়বসিদা চেৎনা থাজবগা লোয়ননা সাহিত্যে হায়রসি অশেংবা পুন্সিগী সমালোচনানি হায়না খল্লি। হৌজিক হৌক্তিক ওইরিবা সমাজদুগী সমালোচনানি হায়বসি মতম পুম্নগী ওইনা ওজানা খনখি। খনবসা নত্তনা থবক ওইনসু উৎখিবনি। হৌক্তিক্কী সমাজবু ড্রামাদা, সিনেমাদা, থিয়েটরদা শুমাঙ লীলাদা, শৈরেংদা, বারেংদা অচুম্বা বাখলগী পরীং কয়া শীজিন্নদুনা সমাজ অদু শেমদোকপা পামখিবা মীশক অমসু ওইখি। য়াম্না চম্না অমসুং লায়না ইথোকপা ভাঙথোকপা ওন্দগী হৈনবী লৈবগা লোয়ননা অচুম্বগী ফাগি-জুগাইদা য়ুম্ফম ওইবা মীওইবগী সমাজ অমা মশক তাকপা অমদি নীংবো কাগরবা কয়াগী পুন্সিবু অনৌবা আশা অমগা লোয়ননা য়েন্নীং হলহন্নবা ঈনোৎ কয়া পীদুনা সমাজ অদুগী মাঙথরক্লবা মোরেল অদু শাংখৎনবা হোৎনখিবা অশেংবা দেশপ্রেমী অমনি।

সাহিত্যদা নোভেল প্রাইজ ফংখিবা খা আফ্রিকাগী অইবী Nadine Gordimer না হায়খিবা রাজনীতিগা সাহিত্যগা থাপদোক্লবা য়াদবগী বাখল্লোন ডোক্ট্রিন অদুবুসু মতাঙসিদা নৌহৌনা নীংশিংহল্লি।

অশৈবা অসিনা লময়ানবা নেতা হিজম ইরাবতপু মতাঙ অমদা অসুম্না হায়খিবা লৈ— 'ভারতকী নীংতম্বগী আন্দোলনদা অমসুং থোইদোক্লসু মণিপুরগী নীংতম লান্দা অচৌবা থৌদাং বাখরবা লৈবাক্কী লূচিংবা জন-নেতা ইরাবতনি।' অদুবু মহাক্না বাহং অমদি থনল্লি— ' ইরাবতকী অরোয়বা পুন্সিগী শরুক্তা ফাওখিবা দেশভক্তি অসি ভারত পুম্বগীবা (মশামক কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বরনি) নৎত্রগা মণিপুরী জাতি ভাক্তগীরা হায়বা অসিমক লৈখায় তানবা ঙমদ্রি।' ('পোক্লফম', ৩০।৯।১৯৯৩)

মহৌশাগী ওইবা লমদমসিগী বাংলবা কলা-সংস্কৃতিবু মালেমসিগী কাচিন-কোয়া য়ৌনা শন্দোক্লবা হোৎনখিবা মীশক অমনি। তশেংনমকসু ওজা নীলকান্তগী হোৎনবা কনবা, তন্দবা অমদি পুন্সিদি থবক্নি হায়না ওথোকপদা নীংহয়বা লৈখিদবা, জিংজেল পানবা মীশক অমনা তাইবঙপাল থাদোকনিবা অসিমক্তি পাম্মুই। মেনখৎপা ঙম্নরোইদবা লমদমসিগী অমাঙবা অমনি। দেশভক্ত অমা ওইনা য়েংলবসু বাৎখিদবা শৈরাংবা অসিনা জগৎ গুরু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী 'স্বদেশ' পু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা ইংলোক ১৯৪৭ কী আগষ্ট তাং ৫ দা নুংতিগী চেফোঙ 'প্রজা' দা ফোঙদোক্তুনা মীয়ামদা পাহনখিবনি।

শৈরেং অসিমদি অমুক হন্না রিপ্রদ্যুস তৌজরি :

স্বদেশ, রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর
পুক্নীংনো অকিবা ফজবা অমসুং কোক্লা বাংলো থাঙৎচবা
জ্ঞানা মুক্তি ফংজবা
ওইজবা খিবা অপীকপা লৈপললশিংনো

সংসার অসিবু
মচেৎ মচেৎ থোক্লা থুগাইদবা
অচুম্বগী মরুদগী বাহৈনা থোকচরকপা
অতৎপা লৈতনা হোৎনবগী মখূৎনা মপূং ফাবরোমদা
তিংথোকচবা রাখলগী শেংলবা ঈচেম্মা মম্লবা লমচৎকী
শেম্মিবা মরুভূমিগী লৈঙোইদা লম্বেল মাঙখিদবা
পুরুীং অসিবু অরোয়বা নাইদনা পাকথোকপা রাখল অমসুং
থবক্তা নহাক্লা লমজীংবিবা
অদুগুম্বা স্বাধিনতাগী স্বর্গদা, ইপা ইবুংঙো
ঐহাক্কী মাতৃভূমি য়াহৌহনবিয়ু।

চে-চাং হাপ্পা শউনগী হেন্দ বেগ অমা পায়দুনা ইম্ফাল শহরগী লম্বী-সোবোক কয়াগী নাকন্দা পোল্লপ পোল্লপ থোঙনা চৎপদু অমুক হন্নদি উররোই। ■

('পোক্কফম', ১৯-০২-২০০০)

# ঐগী পুন্সিদা ওজা নীলকান্তগা মিনিট মঙাদং

*ইবোহল নোংমাইথেম*

ওজা নীলকান্ত লৈখিদ্রে তাবদা থম্মোয়দা থুক লাউবা অমা ফাওখি। করিগীনো খঙদে? মহাক ঐহাক্কা মর্ী-মত্তা থোক্লসসু নত্তে। অদুগা য়াম্না নক্কা তিন্নবা মীসু নত্তে। মহাত্মা গান্ধী লৈখিদ্রে (১৯৪৮) তাবদা সিনেমা হোল মনুংদা সিনেমা য়েংলিঙৈদা লাউথোরকপা অদুদা (শো লেপ্তুনা) মীয়ামদা ফাওখিবা নুংঙাইতবা, অরাবা, থুক লাউবা, মীয়ামগী মর্মীংত্তা পিরাং শীন্থখিবা— অদুগুম্না ওজা নীলকান্ত লৈখিদ্রে তাবদা থম্মোয়দা থুক লাউবা ফাওখি। ওজা নহাল তাং ১১ (ফেব্রুবারী) গী নুমিদাং পুং ১১ খরা হেল্লকপদা মহাক্কী ময়ুম এলাংবম লৈকায়দা লৈখিদ্রে। করিগীনো খঙদে, ঐহাক্কী থম্মোয়দা নুংঙাইতবা, ইপেন পেন্দবা অমা পোকই। চাফম-তুম্ফম খঙদবগুম্বা, তৌফম খঙদবগুম্বা অমা হকচাংদা ফাওই। ঐহাক্তি মহাক্কা য়াম্না তোয়না তোরো-খোদানদুনা নুংতিগী তিন্নবা মীসু নৎচদে। ঐহাক্তি মণিপুর সংস্কৃত পরিষদতা (ডি.এম. কলেজ কেম্পস) থবক তৌজবা ইচম চম্বা মীশক অমনি। অইবা, সাহিত্যকার অমসু নচৎদে।

হৌখিবা তাং ৩।২।২০০০ ইং শগোলশেল নুমিৎতা ওজা নীলকান্তদা ভারত সরকারনা ইকায় খুম্নবা উৎতুনা 'পদ্মশ্রী' উপাধি পীরকপগী ফেলিসিটেসন পাটি অমা মণিপুর সংস্কৃত পরিষদকী ওফিসতা ঐজা জি চন্দ্রকুমার শর্ম্মা, রিতায়ার্দ আই এ এস ওফিসরসনা সভাপতি ওইদুনা পরিষদকী ষ্টাফ অমসুং সংস্কৃত মহাবিদ্যালয়গী ওজা অমসুং মহৈরোয়শিংনা পুম্না শীন্দুনা ওজাগা চা গ্লাস অমমম্ থকমিন্নদুনা বারী-বাতায় শানজবগী তাঞ্জা ফংজখি। সমখা শ্রীআর. কে. ঝলজিৎ সিংহ 'পদ্মশ্রী' ( মণিপুর সংস্কৃত পরিষদকী এক্টিং প্রেসিদেন্ট) না ওজা নীলকান্তগী মরমদা য়াম্না মরীক চুম্না, ফজবা ভাষন অমা পীবিখি। তাবদা থম্মোয়দা য়াম্না অপেনবা পোকচখি। ওজাগী হৌরকপা, ওজাগা তিন্নরকপা, ওজাগী পুন্সিদা থেংনখিবা অরাবা, নুংঙাইবা কয়া মরীক চুম্না লীবিখি। ওজা মীবু য়াম্না থাজগনবা মীশক্কি। মণিপুরগী সংস্কৃতিবু চাওখৎকনিবু হায়রবদি লোইরে হায়বা রাখলদা তাউখিবা

মীশক্কি। ওজানা অরোয়বদা ঐঙোন্দা পদ্মশ্রী পীবিরকপা অসি ঐদি মতীক চাজবা নত্তে অদুবু ঐনা তৌজবা থবক খন্না মশক খঙবিদুনা পীবিরকপা অসি য়াম্না নুংঙাইজে হায়বিখি। অদুগা পুন্সি হায়বা অসিদি গেম অমনি হায়বিখি। অৱাবা, নুংঙাইবা, খুদোংথীবা কয়া থেংনবা তাবনি। মদুবু মায়োক্নদুনা চৎপা গুম্বা অদুবুনি পুন্সি মহয় য়ানবা হায়রিবসি। সংস্কৃতপু য়াম্না পামজে। সংস্কৃত চাওখৎনবা থবক য়াম্না তৌরম্মী। ইউরোপকী জর্মনচিংবা লৈবাক অয়াম্বদদি সংস্কৃত 'গীতা' 'শ্রীমদ্ভগবত', 'মহাভারত', 'রামায়ণ' নচিংবা পুন্নমক পাদুনা নৈনদুনা লোইশ্রবনি তাকপিরম্মী। ওজাগা ঐথোয়গা ইনফোর্মেল ওইনসু ৱারী শানজে। ওজাদা পদ্মশ্রী পীরকপা অসি থেঙমন্নবনি। অদুগীসু মথক্তা ওজাদি 'পদ্মশ্রী' দগী হেনবা পীবা য়াবা মীশক অমন। ফিলম ষ্টার হেমা মালিনীদা 'পদ্মশ্রী' অদুগা রাজনীকান্তদা (খা-ভারতকী ফিলম ষ্টার) 'পদ্মভূষণ' পী। ওজাদসু 'পদ্মভূষন' ফাওবদি পীবা য়াবনি। ওজা করিসু খুমদে। মহাক্কী নোকমি নোকমি তৌবা শকফমদু হৌজিকসু মীৎতা শৎশং উরি। ওজাবু কাউগে তৌবসি ইঙম ঙমদে। ফঙ্কসন লোইরগা ওজাবু খরা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ফাওবা ঐগী গাড়ী মচা অদুদা থিল্লুচো হায়দুনা ঐগী মরূপ হঞ্জবম গৌরচন্দ্র শর্ম্মা, রিটয়ার্দ এডিসনেল ডিরেক্টরনা ঐঙোন্দা হায়। ওজা নীলকান্ত রিক্সাদা লাকপনি। রিক্সাদা হনবা নুংঙাইররোই হায়দুনা। ঐহাক্কী কাইনেটিক হোন্দাগী মনীংদা ওজা নীলকান্তনা করিসু চিংনবা লৈতনা তোংবিখি (তশেংবদি কার অমগুম্বদা থিনবা য়াবা মীশক্কি)। ডি.এম. কলেজ কেম্পসতগী মণিপুর সাহিত্য পরিষদকী ওফিস কৈশাম্পাৎ ফাওবদা মিনিট ৫ খক্তং ওজাগা ৱারী শাবা ফংজখি। ঐহাক্না শক তাকচৈ— তোম্বীগী ময়াম্বনি। ওজানা খঙজিনে— নহাক তোম্বীগী ময়াম্বনি হায়বা। ফঙ্কসন অয়াম্বদা নহাক উইনে। তোম্বীনা (ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী) খরা খরা ইরিবদু য়াম্না ফরিবনি। ইয়ু হায়য়ু। মণিপুরদা ইবিনবা মীসি ইরে লৈতবনি। ইদ্রবদি মীনা ঐখোয়বু শক খঙবিরোই। ঐনা ওজাদা হংজখি— ওজাগী মবমদা হন্দক মরক খবরদা খরা ইখিবা অদুবু ওজা খুম্মিরোইদ্রা (গুরু বিপিনগী মতাঙদনি) ওজানা -- শিঙ্খবা মীগীবু করি তৌরগনি। শিঙ্খবদি লোইরেদনা— খুম্নুদনা করি কাম্নগনি। ওজাগা ৱারীদি য়াম্না শাজনীংবনি। অদুবু কৈশাম্পাৎ য়ৌখিবা খঙহৌদে। ইলেক্ট্রিসিটিগী পাৱার হাউস মমাঙদা গাড়ী অদু থাম্মী। য়ারগনি হায়দুনা থোঙনা সাহিত্য পরিষদ ওফিসলোমদা চঙখি। কোম্বৎদা খবরদা ফোঙলকই - - ওজা মশা য়াম্না শোয়ে। হায়গীদু নংত্রে। কৈশাম্পাৎ থোং লাম্থোকপা কিরে। ঐহাক নিঙমলজ্জে। ওজাবু সাহিত্য পরিসদকী ওফিস মমাঙ ফাওবদং থিনজিন্নম্মবদি হায়না খল্লকখি। ইকুই কুইখিদ্রে। নুমিৎ খরনিগী মনুংদা ওজা লৈখিদ্রে হায়বা পাউ তারকই। নিঙমহৌদে।

ওজাবু ইকোন কোম্না ফঙ্কসন্দা উজবা অসি জানুৱারী তাং ২৩ নোংমাইজিং নুমিৎতা পেলেস কম্পাউন্দদা লৈবা গভর্ণমেন্ট ডান্স কলেজ হোলদা কবি খুইরাকপম চাউবগী চহী ১০৫ শুবা মপোক কুমওন লোয়ননা ডাঃ ললচেনবা মীতৈবু ওকপা ('হি নওবু হোন্দেদা' দা সাহিত্য একাদেমী মনা ফংলকপগী) থৌরমদা অথোইবা লেঙবিরকপা ওইনা উজখি। ওজা নীলকান্তগী লাইরিক অয়াম্বা ঐহাক পাজে। ইংলোক ১৯৫৭ তা ফোঙখিবা 'অচায়বা লৈ' দগী হৌরদুনা হন্দক্তা সাহিত্য একাদেমী, নিয়ু দিল্লীনা ফোঙখিবা পণ্ডিত অতোমবাপু শর্ম্মগী মোনোগ্রাফ ফাওবা ওজাগী অয়াম্বা লাইরিক পাজে। মহাক্কী লম্বীদি 'তীর্থ যাত্রা' নি। ওজাগী আউটলুক (মীৎয়েং) য়াম্না পাকই। ওজানা ফঙ্কসন অমদা হায়বিরম্মী— হৌজিক্কী মতম অসিদি স্পিসিয়েলাইজেসনগী যুগনি। চঙশিনখিবা হীরম অমদা আঃ য়ৌনা চঙশিন্নরবা মতমনি। অদুনা মী অমনা হীরম অমদা মপুন্সি লোইনা কৎথোক্লবসু মায় পাকপা ইঙম ঙমদে। অদুবু ওজাদি সাহিত্য, সংস্কৃতিদা, ধর্ম্মগী মরমদসু, জগোয়-ঈশৈগী মরমদসু য়ৌনা চঙশিনবিরম্মী। মাগুম্বা মী অমুক লাকপদা, মতম খরা চঙখিগনি। ওজাবু 'পদ্মশ্রী' ফংবগী ওকপগী থৌরমদা হায়বিরম্মী— ঐবু কনাগুম্বনা 'Jack of all trades' কৌনবসু য়াওরিবনি। অদুবু ঐগীদি লাইবক ফবনা হায়গদ্রা— হীরম খুদীংমক্তা (সাহিত্যদা, জগোয়-ঈশৈদা, কলচরদা) খরা খরা চঙশিল্লরে। ওজা-গুরুশিংগা তিন্নবা ফংজরে। অচুম্বমক্কি ওজা, 'Jack of all trades' নত্তে। হীরম খুদীং মক মুন্না মমূৎ তানা খঙবা মীশক্কি। উহৈ য়াম্না পানবা উনা মরু লূকপগুম ওজানা মরু লূকপগী ৱানি। ওজাগুম্বা মী মণিপুরদা অনী শুরোই। ওজাগী মীৎয়েং য়াম্না চাউই— অপাকপনি। অথুবা মীৎয়েং— মানা মীতৈনি, মানা বামোননি, মানা কুকিনি, নাগানি হায়বগী বাখল্দা অসুম অসুম ঐগী আউটলুক অসি খুজিল্লক্রবদি— মমৈদদি য়ুমগী ফক্লাং মরীদগী হেন্না উরক্রোই। ওজানা পাম্নম্মী— অথুবা মীৎয়েং থাদোকসি— ভারত্তা নত্তে — পৃথিবীদা য়েংসি, পৃথিবীদা লৈরিবা মীপুম খুদীংমক ইচীন-ইনাওনি হায়না খনবা ঙম্নবদি কয়াদা নুংঙাইগদবা। স্বামী বিবেকানন্দগী ইন্টরনেসনেল ব্রদরহুদ— কয়াদা ফজত্রবা। মীপুম খুদীংমকপু নুংশিবা ঙম্নবদি কদায়দগী ৱার্ল্ড ৱার থোক্কনি? 'বিশ্বপ্রেম'— কবি রত্ন ডাঃ কমলনা তাকপিরম্মী। ঐগী আইডেন্টিটি ঙাকপগা লোয়ননা অপাকপা মীৎয়েং অমদা য়েংসি হায়বনি। ঐগী ঐগী হায়দুনা অথুবা মীৎয়েংদা য়েংনরবদি মমৈদদি ঐগী লৈফম

লৈরক্লোই। অসুম খুজিনখিদুনা যুম্দুনা শিগনি। ওজাগী আর্টিকল অমদা হায়বিরম্মী— "পৃম্নমকসি অমত্তনি— খেন্নবা লৈতবা অচৌ-পীশক নাইম্রবা, ঐগী মীগী থায়দবা। জগৎ অসি শাগে অমত্তনি— **'বসুধৈব কুটুম্বকম'** (গীতা)।" **(মীওইবা সমাজদা শ্রীমদ্ভাগবত গীতাগী অবদান)**। One World One Nation. ওজাগী আত্মানা শান্তি ওইনা লৈবা ওইসনু! ■

ওঁ শান্তিঃ ওঁ শান্তিঃ ওঁ শান্তিঃ

*('পোক্নফম' ১৯-০২-২০০০)*

# খোর্জেই শূবা অথৌবা

*শরতচান্দ থিয়াম*

মঙগুম্বনি। মঙগা চপ মান্নরি। ওজা লৈখিদ্রে হায়বসি শুকথা থাজবা ঙমদ্রি। ঐবু হেক উবদা কৌরকখিগনি খন্না চৎলি ঐ। ওজানা য়ৌদবা মফম লৈরমদে। মফম খুদীংমক ওজাগীদি ময়মনি। ওজাগী খোঙ্গুল তাদবা মফম অমত্তা লৈতে। ওজা নঙদি তশেংনা লাইপোকনি। ওজাগী অপোকপা লখীনা কপ্পদুনা হায়— 'ইবুংঙো নীলকান্ত নঙবু ঐগী ইচা ওইনা ফংজবসি ঐদি পোকপগী মহয় য়াম্নবনি। করিগীনো নঙনা ঙস্তা চৎলিবসিবো? ইমা কপ্লোই খল্লি! য়াদেনে। ইমা কপ্পুবা ঙমদেনে ইমাগী ইবুংঙো নীলকান্ত। পেন্সন ফংলবদি য়ুমদা পোৎথারগা লৈনৈ নঙসু পোৎথারো হায়বদা নঙনা— 'ইমা ঐনা চৎলিবসি অরেম্বদা চৎপা নত্তে। মীয়ামগীনি; পুন্সিদি থবক্তি পোৎথাবা য়াদে হায়খিবদো' ইমা কাউড্রিনে। ইমাগী ইবুংঙো নীলকান্ত নঙগুম্বা ইচা অমা ফংজবসিবু নহানমক্কী মপোক্তা ইনানা করি অফবা থবক তৌরকপগী মহয়নো! ইমাগী নীলকান্ত ইমানা নঙবু নুংশিনা কৌজবনি ইমাগী নীলকান্ত ইমাগী নীলকান্ত।'

নহা-অহল খয়েদে! পুম্নমক্কী মরূপনি ওজাদি। অমনসু পুগনি। অমনসু চৎমিন্নখিগনি। ফঙ্কসন্দা সেমিনারদা হরাও-কুম্মৌদা ওজা হেক্তা য়াওরম্মা। ওজা য়াওদবা ফঙ্কসনদু মগুণ য়াওদবগুম উই। নহাগীনি অঙাংগীনি অহলগীনি হায়বা লৈতে। ১৯৯৫ গী ফেব্রুয়ারী ১৭ তা ঐহাক্না অইবা বীমাবতীগা লুহোংখিবা নুমিৎতুসু ওজাগী পুন্সিদা অরোয়বা ওইনা বর মমান্নবা মরক্তা য়াওগনি হায়দুনা ঐখোয়গী মরক্তা য়াওখি। বর ফম্ফমদা পুন্না ফম্মীন্নখি। কন্যা থিল্লকপদসু য়াওখি। ইমান্নবশিংগী মরক্তা ফমদুনা নোকমিন্নদুনা ৱারী শানদুনা অদুমক য়াওখি।

'ইয়ু য়াম্না ইর-ইরগা হেন্না মঙাল লাক্কনি; লাইহৈরিক পাউ অপাকপা মীংয়েংদা য়েংবা ঙম্নবা হোৎনৌ। পুন্সিদা হোৎনবা লেপকনু। থবক্তা পুন্সিনি। অরার্দকীদমক থবক তৌগদবা নত্তে। মতম্না পুরক্কনি। নঙনা ঙসি হোৎনরিবা পুম্নমক্কী মহয় নোংমা শোয়দনা ফংলক্কনি। ঐনা হায়গদবদি ঐখোয় লেপ্পা য়াদে!' ৱাহৈশিং অসি য়াম্না তোয়না ঐঙোন্দা হায়। চৎমিন্নবদা ফম্মীন্নবদা মচাদা মচাদৌনা লুনা তৌবিবগা লোয়ননা অফবা পাউতাক কয়াসু পীবি। ঐনা ইবা শৈরেংশিং পারগা শৈরেংদুগী মরমদা ৱাহৈ অমা অনী হেক্তা হায়রম্মী। চেফোঙদসু হেক্তা ইবিরক্কনি। খল্লি ওজাসি য়াম্না পাবা য়াম্না ইগনবনি হায়না। চুমদুনসু লৈখি।

ঐ হেক উবদা অতৈ ৱারী শারম্বা পুম্নমক তোকত্রগা স্পোর্টসকী ৱারী অমুক হৌদোরক্কনি। দিংকু কমদৌরি, কুঞ্জরাণীদি হায়দগী যগৎলক্লিবা, ওলিম্পিক্তা কনা কনা য়াওগদৌরি হায়না হেক্তা হংলক্কনি। ওজা উন্নরবদি স্পোর্টসকী ৱাহং ময়াম হংলক্কনি খন্দুনা ওজাগী মনাক্তা চঙত্রিঙৈদা পাউখুম পীননবা মচাক খরদি অয়াম্বা মতমদা শেম-শাদুনা লৈ। ওজানা হংলকপা ৱাহংগী পাউখুম ঐনা পীত্রিঙৈদা কনাগুম্বা অমনা মরক থৎনা খুমক্রবদি মহাক্না হায়রক্কনি — "তুমিন লৈয়ু তুমিন লৈয়ু। নখোয়না ঙাঙবা ঐহাক করিমত্তা তানীংদে। স্পোর্টসকীদি শরতনা ওথোরিতিনি। মহাক্না হায়রগা লোইরে। মহাক্না হায়বদুনা অচুম্বনি।" কয়াদা চাউনা থম্মিখিবা থাজবনো? মসিদা ঐনা করম্না মীনম্বা ঙাঙলুগনি? ওজা ঐদি কৈদৌনুংদসু ওজাদা মীনম্বা ঙাঙজখিদে।

অদুবু লাইবক থীবদি ঐঙোন্দ স্পোর্টসকী মরমদা হংখিরক্কদবা মীওই অমত্তা লৈত্রে। ওজানা হংলকখিগনি খন্না ঐদি স্পোর্টসকী মরমদা কন্না থিজিল্লি। ওজা নঙ অমুক লাক্লরোইদ্রা ঐঙোন্দা স্পোর্টসকী মরমদা হংবা? দিংকু কমদৌরি, কুঞ্জরাণী কমদৌরি হায়না ইতৎ তজ্জনা হংখিবদুগী অনৌ-অনৌবা তন্নীংবা পাউ কয়া ঐঙোন্দা লৈরে ওজা। ওজা চৎখ্রে তাবদা ঐগী লৈয়েংসে ইফা ফাজীনখ্রে। অনৌবা পাউসি অমুক্তংদি তমজনীংবনি অদুবু নঙদি চৎখ্রে?

আমেরিকাদগী হেক থোরকপগা পোৎথাবগী মহৎ ইম্ফালগী বুক ফেয়ারদা লাকখি। ঐবু হেক উবমক্তদা হংখি

— শরত! ঐনা নঙোন্দা থাখিবা চিঠিদু ফংব্রা?

— ফংজদে ওজা।

— করিনোনে হায়রিবসিবো! ঐনা আমেরিকা হেক য়ৌবগা ইহান হান্না ইখিবা চিঠিসি নঙোন্দনি। ঐনা নঙবু হান্না নীংশিংদুনা লামায় মঙারোম্বগী অশাংবা চিঠি অমা ফাগিগসু তৌদুনা ইখিবনিনে। ইহে কমদৌরিজাৎনোনে! নুংঙাইত্রেদা।

— ওজা এদ্রেসতি চুমখিকো

— চুম্না ইখিবনি। করিমত্তা শোয়খিদে। ফরে সিনা সি ওইরে। মণিপুরগী স্পোর্টস কমদৌবা। নঙগী শৈরেংনা কমদৌরি?

— হোৎনবা লেপকনু হায়বা ওজাগী ৱাহৈদো কাউজদে।

মসিগী মতুংদা ওজানা পদ্মশ্রী ফংলে তাবদা ঐনা নুংঙাইমন্দুনা ওজাদা খুৎ শোকই। ওজানা হৱাও-হৱাও খুম্বিরকই— "ঐখোয়না হোৎনজবগী মহয়নি। হোৎনবগী মহয় শোয়দনা চাগনি। ঐখোয় থবক লেম্না য়াদে।" ঐনা ফাগি তৌই— " ওজাগা পদ্মশ্রী ফংমিন্নবদা য়াওরিবশিংসিদি হেমা মালিনী, এ আর রাহমন, সেখর কাপুর, অঞ্জোলি ইলা মেননখোয় য়াম্মী। অদুবু ওজাদি হেমা মালিনীখোয়গা অৱার্দ লৌমিন্নবা তারেনে।" লৌমিন্নবা তারেদনা হায়রগা ওজা নোকই।

অৱার্দ লৌবা ঙমহন্দনা অশিবা মহাক্না পুদুনা চৎখিবসিসু চুমদবনি। হে অশিবা নঙ সু চুমদি চুমদবনি। মতাঙ চাদনা ঐগী ওজাদা তৌবিরিবসি।

ঐনা ইজবা আর্টিকল অয়াম্বা ওজানা পাবিখি। ওজানবু পাবিরবদি ঐগীদি ইবগী মহয় য়াম্রে খঞ্জবনি। ওজানা পারগা ঐঙোন্দা আর্টিকলদুগী মরমদা হেক্তা ৱারী শারকই। মসিনি ঐগী খ্বায়দগী নুংঙাইজবা। ওজানা পাবিবগী নুংঙাইজবা অদুদা 'মীগী ওইথ্রবা মৈতৈ লোলদা' হায়না মিংথোনবা তাইৱানিজ ওইথ্রবা মৈতৈ মচা অমগী মরমদা ইরগা পোক্নফম দা ফেব্রুৱারী ১২ দা ফোঙজখি। অয়ুক ঙস্তা খবরদু য়েংলুবদদি অহানবা লামায়দা ওজানা লৈখিদবগী ফোটোগা লোয়ননা নুংঙাইতবা পাউ অদুগা লামায় ৫ দা ঐগী আর্টিকল। ওজানা পাবা ননেবা ইথ্রগা পাবা ফংদনা চৎপ্রবা! ঐহাক শাথীনা নুংঙাইখিদে। ওজানা অমুক্তং পাবিরগা ঐঙোন্দা শোয়দনা মৈতৈ নোংশাসিগী মরমদা ৱাহৈ খরদি হংলক্লগনি খনখি। হৌজিক্তি ৱাহংসু হংবিরক্লরোই। ঐগী আর্টিকল ওজানা পাবিনবা ইজখিবা অদু পাবা ফংদনা চৎখ্রে। ওজানা আমেরিকাদগী ইহান হান্না ঐঙোন্দা থাখিবা চিঠিদুসু ঐহাক ফংদ্রি। ওজানা করি হায়না ইখিবা? পোষ্টমেন অমত্তং উবদা হেক্তা হংনীংঙি— "ওজাগী চিঠি য়াওরিব্রা?" ■

*('পোক্নফম' ১৭-০২-২০০০)*

"মণিপুর। নহাক্কীদমক ৱাদবা ঙমদে ঐহাক
চৎমিন্নরক্রি খুৎশম্নদুনা চহী কুমজা কয়াসি
চৎলিবনি হায়দুনা মঙালগী লমদমদা
অদুবু থাংজিল্লক্রি খোঙদি অমম্বদা অসুম
অমম্বগী মথংদা অমম্বা।"

— জীর্থ খান্না

# ওজাদা শ্রদ্ধাঞ্জলি

*মেমচৌবী*

**ঙরাং** অহীং পুং ১২ দনি। টেলিফোন খীংলকই অদুগা হায়রকই "ওজা নীলকান্ত হৌজিক্ত: . . . ।" অয়ুক অদু ঐনা ওজাদা টেলিফোন্দা "ওজাবু ঐহাক কৈদৌঙৈ চৎথোক্লকপা য়াগদগে" হংগে তৌবদা ঙমহৌদদুনা নোংঙাল্লগা অয়ুক্তা ওইনা হংলগে খন্দুনা তুমথখি। অয়ুক **'পোক্নফম'** দা হাপ্লিবা ফোটোদু উরে, ইরিবদু পাবা ঙমদে। শরচান্দনা টেলিফোন্দা পাউ পীরকই--- পি থিংদুনা রিসিবর থম্বা তাখি। ইনাও অমসু হোবে হোবে লাক্কুনা তম্লরে "সংস্কার তৌহৌরে, তারবরা!" অনৌবা অচৌবা আশাগা লোয়ননা চহী হৌখিবদা ঙায়রি। হৈখা মপাল তকুপ তকুপ থিন্দোরকপদা মঙায়রি অদুগা কদায়দগীনো অসুক নুংঙাইত্রবা পাউ অসি। অদুবু অওইবরনে!

অঙাং য়াম্না ওইরিঙৈ, ইচেনা লাইরিক ঔরাইনদা তাখি **'মণিপুর'**। ঐনা নুংঙাইখিবদি শৈরেং অদুনি, অর্থদি ঐ খঙদে। কলেজ কারক্লবদা থেংনরে **'চৎলসিনে কদায়দনো ইবানী'** (১৯৭১)। মৈতৈলোনগী অথোৎপা, অকনবা, অবাং-অনেম, মদুনা শান্নদুনা ওজানা পুথোরক্লিবা মনুং অমসুং পানগী মুঙ্জিক অদুদা ঐনা তাউথদুনা শান্নখি। ঐগী **'নোংগৌবী'** (১৯৮৪) ফোঙলবা মতুংদা সাহিত্যগী থৌরমশিং য়াওবা হৌরকখি। মদুদা থেংনখি ওজাগী মপান নাইদ্রবা জ্ঞানগী পুক্নে। চহী খরদি ঐনা থেঙবা-ঙনবা থৌওইদনা ইথন্তা তুমিন তুমিন ওজানা ঙাঙবা পি-থিদুনা তাখি। অদুগা য়াম্না শাউনীংখি, ওজাব ঐনা য়াম্না শাউখি।

শাউনীংবা য়ানীংদবা অদু মপান থোরকখি --- **'সৈরেং'** (অশৈলূপ, ১৯৯৩) গী আর্টিকল অমদা। মতুং পঙকুই কুইদনা **'মণিপুরী সাহিত্যদা জাতিগী মরু থিবা'** হায়বা পেনেল দিস্কসন অমা শীনখি। মদুনা ঐবু ষ্টেজ অমদা ওজাগা লোয়ননা মোদর্ন কবি অমদি কৃতিকশিংগা মায় ওনশিন্নবা ফমহনখি। অপীকপা অঙাংগী শুদ্রিবা খোনফমগুম ঐনা ঙাঙজবদু ওজানা ইচম চম্না নোকফেৎ তং তৌবিখি। মদুনা ঐগী পাউখুম ওইখি।

১৯৮৮ দা ওজানা হ্যুমেন রিসোর্সকী সিনিয়ার ফেলোশিপ ফংবা মতমদা ঐনা জুনিয়ার ফেলোশিপ ফংজখি। ঐগী হীরম অদু মৈতৈগী লাইরোন তাঁন্নোনদনি। নোংমা মিটিং মফম অমদা ওজানা হংলকই--- "ফৌওইবীসিবু নহাক্না লক্ষ্মীনি হায়রা"। ঐনা খুমখি--- "ওজা ঐদি মদুগুম্বদু অমতা হায়দ্রে"। মিটিং হৌখিদুনা বা অদুসু লোইশিনখি। মতমদুদা ঐনা মতীক চাবা জ্ঞান লৈত্রি। ব্যাখা তৌবা ঙমখিদে। য়াম্না কম্না হোৎনখি। ওজানা ঐজ্ঞা ফুরাইলাংফম অতোমবাপু শর্ম্মাগী খুদুংদা মণিপুরগী মৈতৈগী কলচরবু বেদদা য়ুম্ফম ওইদুনা মশক তাক্লবা হোৎনবা অদু কম্না য়ানীংখিদে। চুম্না য়ানীংদবগী বানি, মরম পীবদি ঙমখিদে। অদুনা কম্না হোৎনখি। "লাইরিক অসিতদি ওজাবু পাহম্লগে অদুগা হায়রগে" অসুম্না থৌদুনা হোৎনরকপদু চহী ১২ গী তুংদা লাইরিক অদু প্রেসতা চঙলবদা অসুম্না অমুক তারে--- "ওজাদু আমেরিকাদা থা খরা লৈরক্নবা চৎকদৌরে।" মতমদু ঐগী **'বাকমা মাইবী'** (১৯৯৯) লোইশিন্নক্লবা মতমদনি। অনীমক পুম্না ওজাবু ফোঙহনজগে খঙ্গরম্মী। ঐনা লাইরিক অদু মখা চৎথহন্দনা থম্লগা ওজানা আমেরিকাদগী থোরকপা ঙাইজখি। ঙাইনা ঙাইনা থবক অতৈ লোইশিন্নবা হোৎনখি। অদুদগী তারে ওজা হম্লক্রে। প্রেসতি শংলমদ্রে। চয়োল খরা ঙাইরগা লাইরিক অদু অমুক হৌরে। অরোয়বা প্রুফ ইশা য়াওনা ফমদুনা শেংদোকপগী মতাঙদনি। চয়োল অনী নৎত্রগা অহম লৈরগা পুম্নোই লোইরগদবনি।

হৌজিক্তি পি নত্তনা করিসু পীনীংঙাই লৈরমদ্রে। পি হায়বা অসিবু অরোয়বা খুদোল ওইনবা শেম্বরা ঐ খঙদে। মসিবু পুন্সিগী করম্বা পাউখোঙনো ঐনা করম্না খঙগনি।■

*('পোক্নফম' ১৩-০২-২০০০)*

# ওজাবু নীংশিংলুবদা

ডাঃ পি. ওনিন্দ্র

"নওগীসি মথং মথং ফোঙদোইরা? য়াম্না ফৈ। কান্নবা রেকোর্দ ওইগনি। নখোয় নহাস্ খরা তৌরকউ হায়রিনি। ফরে ফরে" পোক্কফম পাউ-চেগী সিলবর জুবিলি, থাসিমক্কী তাং ১ দা, উরি-বাউরিবা নুমিৎতুদা তঙাং-তঙাংলবা খুৎশাশিংদুনা খুৎ শোক্লগা, পোক্কফম না খুদোল তম্বা ফৈজোম, শাত্তু ফি অমসুং রিলিজ তৌখিবা লাইরিক 'মণিপুরী কলচরদা মীৎয়েং অমা' নচিংবদু য়োম্লিবা প্রাষ্টিক খাউদু তাখিগনি মতাগুম শেপ্রাক্তা য়েম্লগা হায়রকখিবা ওজা নীলকান্তগী অরোয়বা বাহৈনি ঐগোন্দদি। পোক্কফম দা নুমিৎতুদা মী হোন্নবা থম্লিবা ভান অঙৌবদুদা কা‍ং লগা "চৎলগে" হায়রম্বদুনা চোকথবা নাইদ্রবা ওজানা পুন্সিগী অরোয়বা যাত্রা খোঙশালমলমদাইদা তাক্লম্বা ওইনা খোকখি ঐগোন্দদি। থাজরুদে নুমিৎ ১০ নিগী মতুংদা পোৎথাবা হৈত্রবা ওজানা মতম পুম্বগী ওইনা পোৎথাব্রগনি হায়বদু।

ওসিদগী চহী ১৭ কী মমাঙদনি আর্ট এন্দ কলচরগী ডিরেক্টর ওইনা ওজানা লম্বেল আর. এম. সি. রোডতা ফম্লিঙৈদনি, তা বহাদুরগা চৎতুনা ঐগী Manipur Numismatics কী ফোরবার্দ ইবিয়ু হায়জরুই। লাইরিক্তু মথক-মখা ওম্ন ওম্না পায়বোই-ফাকপোই তৌরদুনা 'ফরে য়েংগে' দমক হায়হৌই। চৎলগে তাক্লুই, খুম্বোই-খুমদবোই তৌহৌই। ওফিসতগী থোরক্লগা থনখি, "ওম্লোকপগী হায়জরম্বনি" ইরকদবা মান্দে। বাখলদুগী পুমওন ওম্নবদা লামায় ৬ শাংনা ফোরবার্দ অমা ঐনা নীংলুবগী ওম্ন-তৈনেনা ফজনা ইরগা তাং ১৮।১০।১৯৮৩ দা পীবিরকখি। হেয়া কুপথনা কাচিন-কোয়া শোক্লা পাবিরম্মী হায়বদু তাং ১০।১২।৮৩ গী লাইরিক রিলিজ তৌবগী ভাষণদুনা উৎলকখি। ফোরবার্দকী অহৌবা সেটেন্স "It is a pity that most of the books dealing with Indian numismatics conveniently neglected and ignored the story of coinage of the small state of Manipur. . ." মণিপুরী কলচর, সভাতাবু মপানগী মীওইশিংনা ইখঙ খঙবিদবগুম তৌই হায়বগী মওংদা বারৌরপ ভৌনা বাহৌদোক পীদুনা ফজনা ইবিরকখি। ফজসন কয়াদা তম্বুনা থেংনৈ। করিগুম্বা মতমদা ঐগী পামজবা ফিন্দদা কক্ কক্ থিন্দুনা হেক হেক হংজি। বারেংগী শৈরেংগী বাকম নত্তে, ময়েক্কী লোনগী, তন্ত্রগী মতাঙদনি। হৌখিবা চহীগী জানুবারী তাং ২২ দা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা লম্বীদা মী কৌগনখিদ্রবা উগনখিদ্রবা ওজানা 'লাইরিক অমা লৌখো হায়রকই, ওজাগী মতুং ইনদুনা চৎলি। অদুগা শউনগী বেগ হাংদোক্লগা 'হৌজিক্কী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি' পীরকখি। অদুগা মখা তারকখি - নঙনা য়াম্না য়েংপা অঞ্জিগী মতাঙদু য়াওরবনি 'মণিপুরী সংস্কৃতিবু শকখঙবগী লম্বেল' দা হায়বদুগী বারেং মনুংদা। ওম্লোক্লা নিঙমদে। তৌনীবো য়াম্না লৈরমখিগনি। পোৎথাবা মশক খঙদ্রবা ওজা নীলকান্তনা পুন্সিগী ওইনা পোৎথাখিবদা হৈনীংদবা, তুফক-তুফাই চনবা অমা কাওই। ওম্লোকপনি মঙৎ মেনশিনবদা বারগদবা মীওই অমদি চৎপ্রেদো।■

('পোক্কফম' ১৩-০২-২০০০)

# এলাংবম ওজা নীলকান্ত সিংহনা নোঙ্গাখিবদা

## (অচৌবা অহাঙবা অমা লৈহৌরগনি)

*নোংমাই পণ্ডিত*

**হৌখিবা ফেব্রুবারী** ১১, ২০০০ গী নুমিদাং পুং ১১.২৫ চৎপা মতমদা এলাংবম লৈকায়, ইম্ফালদা লৈবা মশাগী য়ুমদা, মশাগী চহী ৭৩ শুবদা ওজা এলাংবম নীলকান্ত সিংহগী অরোয়বা য়াহীপ তানখ্রে। মহাক লৈখিদবগী পাউ তাবদা মীপুম খুদীংগী থম্মোয়দা অবা-মৈশা লাংখি, অবাবা কয়া ফোঙদোক্নরকখি। পুন্নমক্না শোন্নে— থাজদে, শুংথা থাজদে, ওজা নীলকান্ত শিরে হায়বসি থাজদে। মাদি মশা য়াম্না ফবা মীনি, লায়না-তীন্না চেনবা মীশক নত্তে। চাবা-থকপসু য়াম্না ফৈ, য়াম্নসু চাগল্লি। উৎসবত্তা লূকথরগা কৎপসি মপূক পীক থনদ্রিফাওবা মমায় হাইগৎলক্তে। মহৌশা কৈশাম্পাৎতা লৈবা সাহিত্য পরিষদকী ওফিসত্তা কৈশাম্পাৎকী বোরা, কাংঙৌ য়াম্না চাবা তান্নরম্বা মতম অমা লৈরম্মী। চাবা তান্নবদা ওজানদা ঙম্মী। ওজানা হায়— "বোরা চাবা তান্নবদি ঐগা লম্বা তৌবা ঙম্মোই।" অদুবু চহী ৫/৬ কী মমাঙদদি মহাক বোরা চাবদা কিবা ফাওরকখি। চহী য়াম্মক্তুনা তৌবনি নীংঙি। মানা হায়— "মমাঙঙৈগীদু নৎত্রে, য়াদ্রে। দাইরিয়া তৌরে। মতম মতমগী হোংলক্রিবনি।" সাহিত্য পরিষদকী থবক-থৌরম লৈবা মতমদা হোটেলদা করিগুম্বদা চাক চাবা য়াওই। নোংমা ওম্নোক্না মোৎত্রবা হোটেল অমদা তান চাদবদগী পুশিন্দুনা চাক পীজে। মদুদসু অদুম করি অমত্তা হঙ্গোইদনা য়াম্না হাউনা চাবা ঙম্মী। চাবা য়াম্না ফৈ, মশাসু ফৈ।

চাবগী মতাঙদদি লেঙ্গা ওইনা হৌমিন্নরকপা সাহিত্য পরিষদতা মতম কুইনা থবক তৌমিন্নরকপা শ্রীরা. কু. ঝলজিৎকা য়াম্না খৈন্নে। সনমখ্বা ঝলজিৎতি সেম, কমলা, লফোই অসি হন্না হন্না চান্নগা চায়। বোরা চানদা মখূৎনা পায়রগা চাদে, মহীক পক্কনি হায়দুনা। করিনো অমা চাবগা ঈশিংনা মচীন হেক্তা তেংথোকই। চাক-ইঙ্খাং, মনা-মশীং, হাইজিনগী অকুপ্পা জ্ঞান লৈ, য়াম্নসু চেকশীল্লি। ওজা নীলকান্তদি পুন্নমক দেম কিয়ারনি। অদুনা থাজদে অসুক থুনা শিগনি হায়বা। চাউরাক্না থা ৬ লোম আমেরিকাদা মচাগী মনাক্তা লৈরুবা মতুংদা ডিসেম্বর ১৯, ১৯৯৯ দা মণিপুরদা থোক্লক্লবা মতুংদা মাগী হকচাংদা অহোংবা ঘরদি উবা ফংঙি। চাবা-থকপা হন্নে, মহৌশাগী নৎত্রে। মশা অসি খরা শোন্থবা, মঙম ইশান শানবৌদনা উই। ফংসন চৎপদা গাড়ীনা লৌরো হায়, কৈশাম্পাং থোং লাম্থোক্লদবা কিরে হায়, মশাগী মপাঙ্গলদা মশানা থাজবা য়াৎলে। হৌগৎপা, চৎপা খরা য়ানা থোকপদৌনা উই। মানা আমেরিকাদা চৎলমদা ইদা কলকত্তাদা লৈরিঙৈদা কাঙনা চীক্তুনা মেলেরিয়ানা নাখি। আমেরিকাদা লায়েংখি হায়। আমেরিকাদদি মেলেরিয়াগী লায়না অসি লৈতবদগী লায়েংবদা য়াম্না য়াখি, পৈশাসু য়াম্না চঙঙি হায়। ঐনা খঙবদা, আমেরিকাদা ওজাদা নারিবা মেলেরিয়াগী লায়না অসি তশেংনা ফবা ঙমদনা নাদুনা অসুম লাক্রবনি। হন্দক অমুক মেলেরিয়াগী লায়না অসি নাবা হৌরকপনি। নুমিৎ নীনি হুমনিতনি হকচাং ঙমদে হায়রম্বা। তাং ১১।২।২০০০ শিগদবা নুমিৎ অসিদা খঙহেন হেঞ্জিন্নকখি। কিদনীগী থবক তৌবা ঙমদরে, শোকচীন্নম্নে, চোইরোল লোন্নক্রে— "আমেরিকাদদি ঙম্নগা ইন্দিয়াদদি ঙমদবা, ঐবু অসুক য়াহল্লিবা করিগীনো?" কন্না লাক্করে, মাগী মখায় কনবা ঙমদ্রে। মহাক ঐখোয় পুন্নমকপু থাদোক্লন্নগা চৎখ্রে। মসিনি পোক্লবদি শিগদবা তাইবঙমীগী পোলোইগী অরা য়ারী। য়ারীসিদি অচৌ-মচা, অঙাং-নুবী খুদীংমক্তা চপ মান্নবনি। অদুবু খজিক্তং কুইনা হিংলগা জাতিগী সেবা তৌহন্নীংলম্বনি। য়ামদ্রবদা ভারত সরকারনা হন্দক পীরিবা **'পদ্মশ্রী'** অদুতং মখূৎনা লৌরগা শিরবসু পেঞ্জরমগদবনি। নুংঙাইতে, য়াম্না নুংঙাইতে। হায়ফম খঙদে।

হৌজিক্তি ঐখোয় পুন্নমকপু থাদোক্লন্নগা মহাক লাইরমলেন্দা চৎখ্রে। মাগী আত্মাসু শান্তি ওইনা ঈংনা তপ্না শায়দনা লৈরমগনি। মরমদি মপোক ফরকপা নুপানি, মীঙোন্দা লানজদবা, শাউবা হৈতবা মীশক্নি। মাগী পুন্সিদা, মীগী ফত্তনবা, মাঙনলবা থোইনা তৌরমগনি নীংদে। মতম পুন্নমক্তা গীতা, উপনিষদ, রবীন্দ্রনাথ, অরবিন্দগা লোয়নখিবনি।

ঙসি ঐখোয়গীইরক্তা ওজা নীলকান্ত লৈত্রে। মানা লৈখিদবদা মোত কয়া ফোঙদোকপা থেংনৈ— মণিপুরী সাহিত্যগী অরঙবা থবাখ্মিচাক অমা কেনখ্রে; মহাক্তি মঙাল বু থিরগা মীয়ামদা মঙাল য়েন্নম্বা অচৌবা মঙাল অমনি; মহাক শিখিবদা মণিপুরী

সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিবু অমম্ম ঈপাক্তা লংশিল্লম্লে; মহাক য়াম্না তাঙবা মীশক অমনি: মহাক লৈখিদবা অসি মণিপুরী জাতিগী ওইনা অচৌবা মাঙজবা অমনি; নীলকান্তগী মহুৎ শিনগদবা মীশক থেক্লকপা রানা থোক্কনি, মাগী মহুৎ শিনগদবা মীশক লৈতে। অসিনচিংবা কয়া কয়া। রাফমশিং অসি মহাক শিখিবদা নুংঙাইতবা ফোঙদোক্লুনা থাগৎপা ওইনা ইরম্বদি য়াই হায়ববু মসিদা অচুম্বা কয়া য়াওরি। অতৈদি খরা হেজিল্লা হায়বনি হায়না লৌরবসু **'ওজা নীলকান্তগী মহুৎ শিনবা ওম্বা মীশক রানা থোক্কনি'** হায়বা অসিমদি কক্পা য়াদ্রবা অচুম্বনি হায়না লৌই। মসিদি হেনজিনবা নত্তে, অরানবা নত্তে, থাগৎপসু নত্তে। লীলাং শীৎনা লেপ্পা লৈতনা ওজানা তৌরকপা থবক ময়াম অমসুং মাগী খুদোল্লনা মশানা পীজরকপা ফলনি। থম্মোয় শেংনা মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিবু অরাংবা থাক্তা থাঙৎত্নুনা, নীংহন্নবা নৈতনা মশক তাক্লবা হোৎনরম্বা অদুগী চপ চাবা পাউখুমনি। তশেংনবমক ওজা নীলকান্তদি মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী অচৌবা মূর্তি অমনি। মাগী মহুৎ শিনবা রানা থোক্কনি।

য়েংসি মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা মহাক্কী দান। মহাক কবিনি। চুম্নগী কবি অমা ওইবদা নত্তনা মহাক্তি অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী অপোকপনি। মানা হৌদোকপা অনৌবা মণিপুরী শৈরেং অসিগী মতুংদা মাগী য়াখল, মওং-মতৌ ইনবা কবি কাঙলুপ অমা থোক্লকখি. কবি শ্রীবীরেন, থাংজম ইবোপিশকনচিংবনা ওজা নীলকান্তবু মখোয়গী গুরুনি হায়বসি ফোংনা য়াজে। অদুনা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী ঈহৌ অসিগী লুচিংবা কবি নীলকান্তনা ওইরি। মহাক কবি অমা ওইবদা নত্তনা য়ারেং ইবা অমসুং কৃতিক অমসুনি। শৈরেং, য়ারেং অমসুং সমালোচনা — হীরম অহুম অসিদা চপ মান্নুনা শোকপা ওম্বা তসি য়াম্না তাঙনা থোকই। ওজা নীলকান্তদি হীরম অহুম অসিদা মাঙজিল থাবা মীশক অমা ওইনা লৈরি। মহাক্কী সাহিত্য একাদেমী মনা ফংলবা 'তীর্থ যাত্রা' অসিদা ডাঃ আই. এস. কাঙজমনা হিন্দীদা অনুবাদ তৌদুনা ফোঙলে। মসিদগী মাবু ভারত 'পূম্বদা কবি অমা ওইনা শকখঙনম্লে। হৌজিক ফাওবদা লাইরিক অসিগী মরমদা থাগৎত্নুনা চিঠি ইরকপা লেপত্রি। তান চারবদি য়াম্না থুনা ভারতকী অচৌবা সম্মান, অবার্দ অমা ফংবা য়ানা লৈরি হায়না ভাঙনরি। করিগুম্বা লাইবক ফদুনা ফংলকপা থোক্লবদি কয়াদা থম্মোয় শোক্কীংঙাই ওইব্রগদবা!

জগোয়-ঈশৈগী লম্‌দা মমিং চৎলবা, লাইগুম্বা কলাকার য়াম্না লৈ। মণিপুর কলাকারগী লমদমনি। অদুবু মণিপুরগী জগোয়-ঈশৈগী পণ্ডিততি য়াম্না তাঙঙি। মসিগী লম্‌দা পণ্ডিত অমা ওইনা মণিপুরী জগোয়-ঈশৈবু মপান্দা মশক তাক্লিবা মীশক্তি ওজা নীলকান্ত মথন্তনি হায়বফাও য়াই। হীরম অসোমদা চঙলকপা য়াম্না লুই, থবায় য়াওনা চঙলকপা মীওই থোইনা লৈতে। ওজা নীলকান্তনা পৃথিবীগী অচৌবী সেমিনার কয়াদা শরুক য়াদুনা, লাইরিক কয়া ইদুনা মণিপুরী জগোয়-ঈশৈগী ইজ্জৎ ওাক্লুনা লাক্লি। অসুম্না মণিপুরী চিত্রকলা, থিয়েটর, পার্ফোমিং আর্ট কয়াদা ওজা নীলকান্তগী খুদোল লৈ। সাহিত্য, কলা-সংস্কৃতিগী য়ামথ্রবা, পাক-চাউরবা পূক্কৈ কয়াবু লোইনা শোক্লা থবক তৌরম্বা মীশক্তি মহাক মতোমতনি। মসিগী মথক্তা লৈরি মানা পামজনম্বা ধর্মগী মায়কৈ। হিন্দু ধর্ম, মণিপুরী বৈষ্ণব ধর্মগী মরমদসু মহাক্কী দান চাউনা লৈ। শ্রীঅরবিন্দ সোসাইটি অসি শিবফাওবা কোম্নদুনা শিখি। মণিপুরী বৈষ্ণব ধর্ম অমসুং বৈষ্ণবকী ফজরোলবু তাক্লম্বা কম্না হোৎনরম্মী।

মী অমা ওইনসু ওজা নীলকান্তগী মগুণ য়াম্না লৈ। মণিপুরগী সংস্থান কয়াগা শম্নদুনা মী মখল কয়াগা নকশীম্ননা থবক তৌমিন্নখি। মীগী মগুণ য়াম্না খঙঙি, অফবা মী শেমগৎনবা কম্না হোৎনৈ, মীবু থাগৎপা অমসুং শৌগৎপা লেপ্পা লৈখিদে। মতমগী সমস্যা কয়াদা থৌনা ফম্না, অকিবা লৈতনা, মশাগী মোত ফোঙদোকপা ওম্মী। জাতিগী থাক্তা পুথোকপদা করি অমত্তা নোপত্রবা মণিপুর ইমাগী অচঙবা মপারী অমনি। মাদি মমল য়াম্না অতাওবা মণি অমনি। মঙোন্দা চেল্লিবা গুণশিং অসি অতাঙবনি। চিংনবা লৈতনা অমুকসু হায়জরি— ওজা নীলকান্তগী মহুৎ শিনবা রানা থোক্কনি, ওজা নীলকান্তগুম্বা মীশক অতাঙবনি। মহাক লৈখিদবা অসি মণিপুরগী ওইনা অচৌবা মাঙজবা অমনি। মাগী মফম মতম কুইনা হাওদুনা লৈরগনি। কনানা মেনশিল্লগনি মাগী অহাঙবা অসি? ■

('পোকনফম' ১৬-০২-২০০০)

# কেনখ্রিবদো থবান নত্তে মশেক-মণ্ডালগী কোরৌনি

## মণিপুরগীদা নত্তে ভারতকীসু মাঙজবনি

*রঘুবীর থিয়াম*

**ঐগী** ফংত্রবা হৈনবী অমা লৈ। মদুদি, অয়ুক্কী চীন শেংদ্রিঙৈদা খবর পাবনি। ফমুংদা লোংনা হীপ্পুনা হৌগংথ্রিঙৈ। খবর ৪/৫ লৌই, মপ্নিঙৈদা হোকর থোইবনা হেক্তা লাউরকই, "ওজা খবর লৈজরে"। য়াইরিপোকসু মহৌশাগী নংত্রে, য়াম্না ঙম্নিঙৈদগী মপ্নিঙৈদগী হৌনা খবর ফংনরে। মসিমুক নুংঙাইবা লৈতে। ঐগীদি তশেংনমক চরা হেনবদি ঙমই। খবর পাদ্রবদি লৈবা ঙমদে। নুমীত্তু মহৌশাগুম থোইবনা ঐবু খঙহন্নম্লগা কোলাপসেবল গেততা "বোপ" লাউনা থাদরম্বগী মখোল তাখি। ঐগী নিশা খঙবী ইবেচাওবী (নুপী) না প্রপ-প্রপ চেম্থোক্তুনা লৌরুই। খবরশিংদু পীরম্লগা মমৌ নুপী অনৌবগা রাইশীং-লমশীং হৌখি। পুং খায়মুক লৈরগা চঙলকই। হংলকই ইপা-পাখংনা, "হাইমা! কৈদৌরে? কপ্লিবরো? কৈদৌরগে হায়মি?" ঐ খুমদে। খোঞ্জেল থোক্লা কপখি। স্বর ফুনগত্তুনা বা ঙাওথোকপা ঙমখিদে। মতং-মতং হায়খি, "ওজা নীলকান্ত লৈত্রে"। মহাকসু কপখি। মখা তানা অমুকসু, "কমদৌনা, অদুক থুনা?" মপি নৌগনবী ঐগী নুপীনি। ঐসু। কদায়দগীনো খঙদে. খঙহৌদনা হেক্তা তারকই। মীংপান্দবু থরাক-থরাক য়াম্থদুনা লৈবরা। য়েংবদা মীনা নুংশিদবগী ৱাদনি. কপকন্নবদি করি অমুক হায়রুনি। পিদাফমগী শমক্রুসিনা ওইরম্বা তাই, খম্নি। কম্নদা পাবুং মীনকেতনগী শোরাংত্তা মীনা য়েংনখিবদো নীংশিংলকই। খবর পাবদা, ইহান-হানবদা ঐগীদি '**পোক্লফম**' নি। অদুদগী মথং মথংনি...। তাং ১২।২।২০০০ থাংজ নুমীংকী **পোক্লফম**গী অহানবা লামায়দা ওজাগী ফোতোগা কোম্না "এলাংবম নীলকান্ত লৈখিদ্রে" হায়না ইরম্বদু থেংনরুই। থূক লাউখি, য়াম্না থাজখিদে। খবরদু পাবা তোক্লগা থম্মোয় শোক্লা কপখি। তাঞ্জাদুদা নুপী চঙলকখিবনি। মীংত্তা শং-শং উরকখি। নাকোংদা তারকপগুম তৌখি, "ইবুংঙো রঘুবীর, য়াইরিপোক্কী সাহিত্যগী থৌরমশিংদা ময়ামগীগা মান্নদবা অমা লৈরে। মসি ঐ য়াম্না পামজে। নুংশি। পেল্লি।" ঐনা হংজখি, "ওজাবু করি ওইরবনো?" মতমদুদা মমায়দু নোংথক্তা থেক্কংলপ খুম্নকই, "তোঙান-তোঙাননা. মতম চঙনা, শেল তিংনা তৌরুদ্রবসু লৈখিদ্রবা ইরমদমগী শক্লাইখিবা সাহিত্যকারশিংগী ফোতো ময়াম অমা পরেং শানা থম্নদুনা অমুক্তদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কংপসি ঐদি ওম্থোক্লা নুংশিগ্রে। পামজগ্রে। অসুম্না অতৈগীদা খক তৌদে। তৌফম থোকপনি, সনমান উংফম থোকপনি। কয়াদা নুংশিগ্রবনোসে!" অমুকসু মখা তারকখি, "অসুম্না ঐখোয়নুসু হয়েংরাই তৌবিরক্কদরা?" ফাগি-ওই, করি-ওই নোকফেং তৌখি। ঐনা খুমজখি, "ওজাবু হায়হৈদেদা পাবুং মীনকেতন, ওজা তোংব্রা চংগ্রে। সাহিত্যগী অহলশিং লৈশিন্নক্কে। ওজাগা, ওজা ঝলজিংকদি কুইনা পুন্সিবিখো। ওজা গুণসু। চহী য়ামদ্রবদা ১০০/২০০ দংদি হিংহঞ্জনীংঙি।" মখা তারকই, "মদুবু ঐখোয়না শীন্নুবা ঙম্রা? য়ৌদবসু য়াই।" ঐনা হায়জখি, "ওজাখোয় হিংলিঙৈদা মণিপুরী সাহিত্যগী অচম্বা দিক্সনারী অমত্তং থম্বিরম্মু। বানান অসিমত্তংগা অরেপ্পা ফিরেপ অমদা।" অসুম্না ইপা-ইচা হেক হেক ঙাঙনজে।

অওইবমকসু ঐগী য়ুমদদি ওজা মীনকেতন, তোংব্রা, ওজা নীলকান্ত, ওজা ঝলজিৎ, গুণ, ওজা দামুদোর, কুঞ্জমোহন, কাঙজমনচিংবা মখোয়সিদি অতোপ্পা ওইনবু খল্লে। মরমদি, সাহিত্যগী থৌরম হৌদ্রিঙৈদা মখোয় ঐগী য়ুমদা হাম্না পুং ১/২ দি পোংথাবী, লৈজবা খরদংসু কংচৈ অতিথি সেবা ওইনা। অদুদগী কোম্না থৌরম পাঙথোকফমদা চঙবা ঙাক্লি। লোয়রগসু ঙাইহাক্তংদি য়ুমদা লৈখিরম্মী। অদুনা মখোয়সি ইচাসিংগীনা মখৌনি, পাবুংনি। ঐগী নুপীগীসু মপানি, মবুংগুম্বনি। ইমুং-মনুংগী মীগুম খন্নখিবা অমসুং থম্নরিবা ঙাক্লি। মদুমক্লা ঐগী নুপীসু ওজা নীলকান্ত লৈখিদবদা কপগ্রিবনি। কপ্না কপ্না অথুবা মীফম কৌজদুনা শোক প্রকাশ তৌজখি। কপ্নখি, থম্মোয় শোক্লখি।

মমায়দু, লোংখংলপ, শউনগী অচৌবা বেগ অদু কোম্লগা হংখি, "ইবুংঙো নন্দকিশোরনা অনুবাদ তৌবা জয়শঙ্করগী কয়ায়নীদু লোয়রবরা?"

কবিশিংগী ফোতো এলবম অদু মথং মথং ফাক্কংতুনা মশাগী য়াওরিবশিংদু মুম্না মুম্না য়েংখি। হরাওজখি। শ্রদ্ধাঞ্জলি

কৎনবা চাউনা য়েকথোকপা ফোতোশিং অমসুং এলবমদুদা মথায় তাজ্জবগুম ৱৌখি। যোমোন নোকখি। বঙ্গালী মচাগুম ওজানা শেৎপা ফীজোলদু য়ামনা পকজে। বা ঙাঙথোরকপদা তরুম-তরুম্মী। ময়েক শেংঙি। য়াম্না খঙঙি। শিনযম শুই। অশেংবমক পণ্ডিতনি। শক্লাইরবা সমালোচকনি। গুণ লৈরবা অফবা ওজানি। কবিনি। য়েংলু-য়েংলুবদা অশ্বাংপা লৈখিদ্রবা মশেক মঙাল নাইরবা কোরৌনি। মম্লি মম্বিা থবানদু নত্তে। অমেঙবা থাজদুসু ওইদে। পুম্নমকপু মঙাল পীবা নুমিৎতুমক্লি। মণিপুরগীদা নত্তনা ভারতমককী মেনশিনবদা বারগদবা মাঙজবা অমনি, ওজানা থুপখিবা। পাম্মুই। য়াম্নমক পাম্মুই। থম্মোয়দা মতম কুইনা শোক্নুনা লৈগদৌবা মাম্লি। পাক কাউবা য়ারোই।

গবর্ণর য়াওবা, দিল্লী অমসুং কলকত্তাগী সাহিত্য একাদেমীগী মীওইশিংনা শরুক য়াবা (মশক থোকপা) সাহিত্যগী থৌরমশিংদা ওজা নীলকান্তনা ইংরাজী ব্রঙ-ব্রঙ ঙাঙলকপা পেল্লি, তাবদা থোইদোক্লা ইমায় পাকচৈ। চাউথোকচনীংঙাইনি। বা ঙাঙলিঙৈদা মঙোম্দা মীৎ কুপ্তনা য়েংনখিবা ঙাক্লি। অতোম্বগা লাম্বা তৌবদা, দাইজদা লেঙশিনবদা, সভাপতিগী, অথোইবা অতিথিগী আশন থিম্দোকপদা মতীক চামনখিবা, লেমজনীংঙাই ওইখিবা, কৎথোকখিবা মায়থোঙ অমনি। ওজানা পামজরম্বা শক্লাইখিবা সাহিত্যকারশিংগী লক্তা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎনবা ফোতো শেমশাজরে। কুমশি চহীদগী হৌনা 'য়াইরিপোক থম্বাল্‌নু সাহিত্য মরূপ'না ইকোক নোম্দুনা ওজাগী মূর্তিদা লৈজ্জন তমজরগনি। ইকায় খুম্নজরগনি। মদুতদা য়াইরিপোক মায়কৈদা ওজানা তৌখিরম্বা সাহিত্যগী দান, মথোঙ শোম্বিরম্বগী ঈশিং চাইবিরম্বগী তৌবিমল খঙবদু উৎচবা শকচগে।

হেঃ তমথীরবা ভুয়েন্তিফাষ্ট সেঞ্চুরী, হেঃ মিনুংশি খঙদ্রবা অনৌবা মিলেনিয়ম, নখোয়দি নুংশিহৈতনা ওজাবু লৌবা লাক্লিবোইরে। মদুরা নঙবু তরাম্না ঐখোয়না ওকচরম্বগী মহয় ? ওজানা থিবিখিবা মঙালদুনা ফংলবসু . থবায়না হম্না হম্না পোক্লম্নবদি মিতমলখো ইমা মণিপুরগী শিয়োমনুংসিদা । হম্নকখো খুৎলৈ থুনা। ঙাইরমগে নচাশিং, ওক্লমগে পুক্লীং মকা লাম্না, লমজীংবিরনবাঅমুক হম্না, চুখৎপিদুনা সাহিত্যগী মৈরা। শিরবসু হিংদুনা লৈরগদবা ওজাগী আম্মানা সৎ-চিৎ আনন্দ হায়বদু ফংজনবা খুরুমজরি নচা ঐখোয়না। হেঃ তীর্থ যাত্রিক, কৎচরি নখুয়াদা শ্রদ্ধাঞ্জলি 'য়াইরিপোক থম্বান্‌ সাহিত্য মরূপ' না। ■

ওঁ শান্তিঃ ওঁ শান্তিঃ ওঁ শান্তিঃ

('পোক্লকম' ১৭-০২-২০০০)

# কবি নীলকান্তগী তীর্থ যাত্রাগী খোঙচৎ

*রঘু লৈশাংথেম*

থাজজে কবি নহাক চৎখিগনি হায়বা। ঐনা থুংলবদা লৈরম্নে থবায় য়াওদ্রবা হকচাংনো কু মনুংদো নুংঙাইনা তুমদুনা থাঙেনফমদা। অকোয়বদা পুং-ঝান য়ৈদুনা কপ-লাউরদুনা, মরূপ-মপাঙ ইমুং-মনুংনা। করি তৌরুগনি ঐনা কু অদুগী মনাক্তা লেপ্তুনা লৈরম্বা নত্তনা। মহাকপু পোকপী ইমানা খোঞ্জেল থোক্লা কৌরি "ইমাগী ইবুংঙো ইমাগী ইবুংঙো" মথানুংদা চেৎনা নাউকোল্লিবী অপীকপা মচা অমগুম নুংশিনা মীৎলু নাপোম অনীদাচেল্লদুনা পিগী ঈচেলনা। মতমসিদা লৈ কৎলি থম্মোয় শোক্লা কু অদুদা মণিপুরগী শক্লাইরবা মীওই কয়া - ডাঃ এন তোম্বী, ডাঃ আই এস কাঙ্‌জম, নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন, য়ুমলেম্বম ইবোমচা, লামাবম গোজেন্দ্র, এল দামোদর, হিজম গুণ, এস ভানুমতী, কাঙ্‌জম পদ্মকুমার, এল জয়চন্দ্র, কৈশাম প্রিয়োকুমার, শরতচান্দ থিয়াম, হৈগ্রুজম থোইথোই (এক্স মিনিস্তর), মণীন্দ্র কোজম, ডাঃ লনচেনবা মীতৈ, প্রো ঃ এন তোম্বী (এক্স এম পি) অমদি এস গোপাল শর্মা এদিতর পোক্লকম লোয়ননা শক্লাইরবা কয়া কয়া। মী খুদীংমক্লা ইঙক ওকখি। থাজনখিদে। পেম্নখিদে। এহোক্লা পাম্মুবা হকচাংদু মৈরীদুনা চাকখিবদু।

নঙগী তীর্থ যাত্রাগী খোঙচৎ অসি মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগীদি মঙাল অমা মৃৎখিবনি। নঙগীদি মঙাল থিবনি অমম্বা সংসারবু থাদোক্তুনা চৎখিবা। মদু নঙনা খাইদগী পামজবা খোঙচৎ অদুনি 'তীর্থ' যাত্রা'। নঙনা হায়খিবদাইনে 'তীর্থ যাত্রা' হায়বা মমিংসি য়াম্না পামজকুরে। অদুন্না নঙগী শৈরেং লাইরিক অমগী মনিং থোনখি 'তীর্থ যাত্রা'।

'ওজা নীলকান্ত' নঙগী মিং অসি কৌবগী পেনবা নাইদে। চাউথোকচরম্বনি জাতি অসিনা মায়কৈ ঙাকপা অমা হিংলি হায়না। হৌজিক্তি মপী-মপা লৈত্রবা অমগুম মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিনা লৈহৌরেদো। পুথোকখ্রে মহাক্কী অচম্বা উবাক্কী কৃ অসি নম্বুল তুরেলগী তোর্বানগী মোংফমদা। কৃ অসিগী তুং ইল্লি মী কয়ানা নুংশিনা । ঐগী ওইনদি কবি অমগী কৃদা লৈ কৎংসি ঙসি উরিবসিনা অহানবনি। মসি নহাক্কী নগুণনা নত্তবরা।

বাহং অসিমদি হংদবা ঙমদ্রে। ওজা নীলকান্তা কনাদা শিন্নরম্বগে নহাক্কী মণিপুর ? অপীকপা নরমদমগীদমক নংনা কপখি "মণিপুর নহাক্কীদমক ৱাদবা ঙমদে ঐহাক"। ঙসিদি তারি নঙগী খোঞ্জেল নুংশিনা । অদুবু নঙদি চৎখ্রে অশিবগা লেংগোন্নদুনা নুমিৎ লীশীং কয়াগী লৈবাক্তা। অমুক উররোই খল্লুবদা ওজা নীলকান্তগী সাহিত্যগী সভা কয়াদা মাগী থোং-নৌরবা খোঞ্জেল, নীংথিবা মায়থোঙ থম্মোয় শোক্না নুংঙাইতে।

সাহিত্যগী মীফম অমদা মহাক য়াওদনদা মপুং ফাদবগুম খঙবা মী কয়াগী মফমদদি ভেজ্ঞ অমদা চৌক্তি অমদি ইহাঙ হাঙনা উরগনি। তশেংনমক ওজা নীলকান্ত মণিপুরগী কলা-সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যগী নিংথৌরেল অমনি। অচৌবা মঙাল পীবা মীশক অমনি। 'মঙাল' হায়বা ৱাহৈ অসিমদি ওজা নীলকান্তনা খ্বায়দগী পামজবনি। মাগী শৈরেং অয়াম্বা মঙাল থিবনি অচৌকপগী অমদি শান্তিগী। অদুনা মহাক্কী ৱাখলদি অমম্বগী মনুংদা লৈরিবা অঙানবনি। সাহিত্য একাদেমী অৱার্দ (১৯৮৭) মাগী শৈরেংগী লাইরিক 'তীর্থ যাত্রা' দা পীখি। ভারতকী ওইনা খ্বাইদগী লেমজনীংঙাই ওইরবা পদ্মশ্রী সু লোইরমদাই পুন্সিগী তেল্লবা মতমদা হন্দক্তা ভাতর সরকারনা পীখি। মহাক লৈখিদ্রবা তুংসিদসু ইকায় খুম্নবা উপাধি কয়া পীরকখিগনি।

ওজাদি পুন্সি চুপ্পা চোকথবা নাইদবা পুন্সিবু থবক্তি খন্না হিংজখিবা মীশকনি। অদুনা নোংমতা পোৎথাবা ফংজখিদবা মীশক অমা হায়রবদি ওজা নীলকান্তনি। লাইরিক ফোঙবা, মিতিং, সেমিনার, জগোয়-ঈশৈ, লৈবাক্কী অচৌবা থৌদোক, ড্রামা, সিনেমা, শুমাঙ লীলা কয়াগী, খয় নৈনবা সভাদা, অনৌবা অইবা কয়াগী লাইরিক্কী ৱাহৌদোক ইবা, কবি সম্মেলন মণিপুর অমসুং ভারতকী মফম কয়াদা চৎপা অসি মহাক্কী পুন্সিগী থবক্তি। মহাক্কী পোৎলোইবা নুমিৎ অদুসু এম দি ইউদা থৌরম অমগী সভাপতি ওইগদবনি। মদু য়াওরম্বা ঙমদনা চৎখ্রবনি। অদুবু ঙসি ওজা নীলকান্ত চৎখ্রবসু মঙালগী লমদমদুদা থাজদে পোৎথারমগনি হায়বা মহাক্কী মণিপুরগীদমক। মাগী তীর্থ যাত্রাগী খোঙচৎসিদা। ■

*('পোক্নফম' ১৭-০২-২০০০)*

## শ্রদ্ধাঞ্জলি

মণিপুরগী কলা-সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যবু চেকশীন্না ঙাক-শেঞ্জরম্বা নিংথৌরেল অমা ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদ্রে। অরঙবা থরাম্নিচাক অমা ইখঙ খঙহৌদনা কেনখ্রে। থাজনদে। কনাসু থাজরমখিরোই মহাক চৎখ্রে হায়বা। অদুবু মহাক পুদুনা চৎখ্রে ঐখোয়গী ইরক্তগী। মতম কুইনা মহাক ঙাইদুনা লৈখি। "হে অশিবা! হে মৃত্যু/নহাকপু ঙাইজরক্রিবনি পুন্সি চুপ্পসি/অমুক্তং চেৎনা কোনশিনজগে হায়দুনা/করিঙম্বা নহাকপু শকথঙলবদি।" (অশিবা) ঙসিদি শকথঙনরমাদ্রে চৎখ্রে চেজেৎ কোনশিন্নরদুনা।

থবক্তা পুন্সিনি খঙবা মীশক্তি। তনবা হায়বসি মহাক্কী ডিক্সানারীদা য়াওদে। হীরম খুদীংমক্তা য়াওরম্মী। শন্নরম্মী। খঙদবা লৈতে মহাকপু। অঙাংসু অহলসু নহাসু। পুন্নমক্কী মরূপনি। মহাক্না কুইনা ঙাইজরকখিবা অশিবা হায়বদুগা চেজেৎ কোনশিন্নরদুনা চৎখিবদগী ঐখোয়দি লাপহৌরে মহাক্তা। অদুবু চৎখ্রবসু মহাক্না; লৈরি থম্মোয় খুদীংদা মহাক্কী নোকমিবা মায়থোঙ শাউগন্দবা মতৌ। কুচু ঙৌবা নোংথক্তা হাইরপ য়েংখৎলগা লম্বী-সোরোক খুদীংদা ফম্লপ ফম্লপ চৎলম্বদুদি অমুক উররোই। নুমিদাংবাইরম

খুদীং নম্বুল মপাল লম্বীদা ময়ুম কৈশামথোং এলাংবম লৈকায় য়ৌনবা গপ গপ থাংবা খোঙথাঙগী মখোলগা লোয়ননা চৎলম্বদুসু উররোই। খোঙথাঙগী মখোলদুতনি নিন্দুনা লৈহৌরিবা।

মণিপুরগী কলা, সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যবু পনঙাক্লুনবা তাইবঙ মপুনা থারকখিবনি। খৃ. কৃ. ১৯২৭ তা এলাংবম নীলকান্ত পোকখি। কৈশামথোং এলাংবম লৈকায়দা পোক্লবসু অপোকপগী থবক্কী পোষ্টিং (প্রাইমারী স্কুল ওজা) তাখিবা ওন্ড চুরাচান্দপুরদা ক্লাস টু ফাওবদি অপোকপা বোকুলগী মনাক্তা লৈখি। অপোকপী লখী লাইনীংবীনি। বি এ. এম. এ. অমসুং লোনা গুহাটিদা লোইশিনখি। ১৯৪৫ দা মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদা শিল্লেট্টা চৎতুনা মুড়ারিচান্দ কলেজদা আই. এ. তমখি। বি.এ. এম. এ. অমসুং লোনা গুহাটিদা লোইশিনখি। ছাত্র ওইরিঙেদা সোসিয়েল লাইফতা খরা হেন্না য়াওরকখি। শিল্লেট্টা লৈরিঙেদা রবীন্দ্রনাথকী শৈরেংদা পুমঙাও ঙাওখি। শান্ন-খোৎনবদসু ফুতবোল, টেবল টেনিসনচিংবেদা শরুক য়ারকখি।

১৯৪৯ দা 'মণিপুর' কৌবা শৈরেং অমা ইদুনা ফোঙলকপদগী মহাকপু 'ফাদর ওফ ডি মোদর্ন মণিপুরী পোইট্রি' হায়না শকখঙনখি। মণিপুরবু য়াম্না নুংশিজবা কবি অমনি। শৈরেং অসি ইখিকগী মতাঙদা মহাক্না হায়খি— "মদু কাং নুমিৎ ওইব্রা করিনো অমা তৌই। মতমদু য়াম্না চরাঙনবা, ঐনসু মণিপুরগী খল্লিবনি হায়না তৌবা, মদুগী কন্ট্রাষ্ট— মতমদুদা পোলিটিক্সসু য়াম্না কনবা মতমনি। কেনভাসসু পাক্লে, ইউনাইটেদ নেসন্সকা হায়বা য়াওরে।" মথং মথং শৈরেং কয়া ইদুনা খোল্লাউ অমগা লোয়ননা চঙশিল্লকখি। ওইরক্লিবা মণিপুরগী সমাজসিদা পেন্দবা কয়া পোকখি। মহাক্না হায়খি— "পেন্দদুনা ঐ হৌজিক ইরি খোৎলিবসিনি, শৈরেংদা নম্বে এসে কয়াসু ইরিবসিনি।"

নীলকান্ত ১৯৫১ দা এম. এ. ফিলোসোফী লোইরগা ডি. এম. কলেজদা মতম কুইনা ওজা ওইরম্মী। ১৯৭২-৭৮ ফাওবা মহাক্না অহানবা ওইনা হৌদোকখিবা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী সেক্রেটরী ওইখি। মণিপুর সরকারগী সোসিয়েল রেলফেয়ার অমসুং আর্টএন্দ কলচর ডিপার্টমেন্টতা ডিরেক্টর অমা ওইনা পুরম্লগা থবক্তগী পোংথাখি। মণিপুরদা লৈরিবা কলাগী সংস্কৃতিগী সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগী মরু ওইবা থৌ কয়া পুরম্মী। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জেনেরেল সেক্রেটরী অমসুং প্রসিদেন্ট ওইরম্মী। মহাক মণিপুরগী মশক নাইরবা কবি, সমালোচক, থিঙ্কর অমনি।

মশক নাইরবা কবি অসিগী শৈরেংগী লাইরিক **'তীর্থ যাত্রা'** দা ১৯৮৭ কী সাহিত্য একাদেমী অবার্দ ফংখি। ভারতকী ওইনা খ্বায়দগী লেমজনীংঙাই ওইরবা **পদ্মশ্রী** সু লোইরমদাই পুন্সিগী তেল্লবা মতম অমদা হন্দক্তা ভারত সরকারনা পীখি। মহাক্না ইদুনা ফোঙলম্বা লাইরিকশিংদি —(১) **অচাইবা লৈ** (শৈরেং ১৯৫৭), (২) **মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ** (ছন্দ নৈনবা ১৯৬৮), (৩) **চৎলসিনে কদায়দনো ইবানী** (শৈরেং ১৯৭১), (৪) **মতমগী বাখল** (বারেং ১৯৭৩), (৫) **তীর্থ যাত্রা** (শৈরেং, ১৯৮৫), (৬) **সংস্কৃতিগী শক্রোন** (বারেং, ১৯৯১), (৭) **হৌজিক্কী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি** (বারেং, ১৯৮৫), (৮) **Fragments of Manipuri Culture** (1993), (৯) **Aspects of Indian Culture** (1982), (১০) **Manipuri Dance** (1997), (১১) **Monograph on Bhadra and MK. Priyabratta**, (১২) **Monograph on Panditaraj Atombapu Sharma** অসিনচিংবনি। অতোপ্পা লাইরিক ওইনা ফোঙদ্রিবা খুৎই ওইনা বারেং শৈরেং কয়াসু লৈরি। নেসনেলগী থাক্তা অচৌ-অচৌবা সেমিনার সিম্পোসিজম অমদি কবি সম্মেলনশিংদা শরুক য়ারম্মী। ইন্টরনেসনেল কনফরেন্স কয়াদসু ভারতকী মহুৎ শিন্দুনা শরুক য়ারম্মী।

মণিপুরগী অরঙবা থবাম্মিচাক অমা ওইনা অতিয়া পক্লা লংনো ঙাল্লম্বা নীলকান্ত ইখঙ খঙহৌদনা ফেব্রুবারী ১১, ২০০০ ইং ইরাই নুমিৎকী নুমিদাং পুং ১১.২৫ চৎপা মতমদা তাইবঙপাল থাদোকখ্রে। পুন্সি চুপ্পা চোকথবা নাইদনা পুন্সিবু থবক্কি খন্না হিংজখিবা নীলকান্তগী পুন্সিদা লায়না অমত্তা নাখিদবনি। অদুবু অশিবা কৌবা মহাক অদুনা মীয়ামগী পনঙাকপসিবু য়াম্না থুনা য়াননবা তমথীরবা লায়না অমখক পুশিল্লকখি। ঙসিদি অশিবা কৌবা মহাক্না জয় ওইখ্রে। অদুবু অশিবা কৌবা মহাক অদুনা মীয়ামগী পনঙাকপসিবু য়াম্না থুনা পুবা য়াননবা তমথীরবা লায়না অমখক পুশিল্লকখি। ঙসিদি মহাক অশিবা কৌবা মহাক্না জয় ওইখ্রে। ঐখোয় কনামত্তনা মহাকপু কনবা ঙমহৌদ্রে। ইউ.এস.এ. দা লৈরিবা মচানুপা দিলিপগী মনাক্তা চৎপগী লম্বীদা কলকত্তাদা নুমিৎ খরনি লৈরিঙেদা কাঙনা চীকখিবদগী মেলেরিয়ানা নাবা হৌখি। মচানুপাগী মনাক্তা চৎতুনা লায়েংলবা মতুং অনসুং থা তরুকলোম লৈরম্লবা মতুংদা ১৯৯৯ গী ডিসেম্বরগী লোইরমদাই মতমদা ইম্ফাল থোরকখি। ইম্ফালদা লৈদুনা মীয়ামগা অমুক লোয়ননুনা অনৌ-অনৌবা বাখল্লোন কয়াগা লোয়ননা থবক পায়খৎলকপগী লৈরিঙে তাল্লক্তা ভারত সরকারনা পদ্মশ্রী পীরকপগী পাউ তাবদা মণিপুরদা নত্তনা অবাং-নোংপোক লমদমগী মীওই পুম্নমক হরাওনখি। অদুবু হরাওবগী নুংঙাইবা মীনোক অদু

কুইখিদে। **পোক্লকম** পাউ-চেনা চহী ২৫ শুরকপগী সিলবর জুবিলি থৌরম ফেব্রুবারী ১, ২০০০ দা পাঙথোকখিবা থৌরমদা চিফ গেষ্ট ওইদুনা অনৌবা মিলেনিয়মবু ওক্লদুনা অনৌবা মণিপুর অমগী আশা কয়াগা লোয়ননা বা ঙাঙলমখি। মসিগী মতুং ইকুই কুইদনা নীলকান্ত নুমিৎ নীনি খুন্নিখক হকচাং ঙমদে হায়রন্নগা ইখঙ খঙহৌদনা ঐখোয় পুন্নমকপু থাদোক্লন্নগা চৎখ্রে। মহাক্কী আত্মানা মতম পুন্নমক্তা ঈশ্বরগী নাক্তা শান্তি ওইনা লৈখিবা ওইরসনু। ■

*('পোক্লকম', ১৩-০২-২০০০)*

# নীলকান্তনা হায়বিরম্বশিংদগী

## ২১ শুবা শতাব্দীগী মতাঙদা ঃ

"... লাক্লিবা শতাব্দী অমসুং মিলেনিয়মদা হান্নদগী থোইদোক্লা খেন্নবা লৈরোই। ইশামক্কীদি লাইবক থীরবী ইন্না লমদম মণিপুরসিদা ঙমজবা শক্তিগী মতুং ইন্না সেবা তৌনবা হোৎনজগনি। ঐহাক্কী পুক্নিবু য়েক্লিবা কলাকার অদুনা মতম য়ৌরে পোৎথারসি হায়বা মতমদা মঙোন্দা চঙজখিগনি।" **(অনৌবা মিলেনিয়মগী অনৌবা আশা, 'পোক্লকম'** জানুবারী, ২০০০)

## গুরু বিপিন লৈখিদবগী মতাঙদা ঃ

"অসুক মগুণ লৈব্রবা নহাক্কাসু অশোনবা মীকুপ লৈখিদবদি নত্তে। . . . নহাক্কা তিন্নরম্বা ঐহাক ফাওবা রাঙাঙ খরা কন্নখিবদগী মিংচৎ থীহনবগী কৌকী কেশতা চহী অনী চুপ্পা লৈবাক্কী জগোয়গী গুরু অমুবী সিংগা চৎথনখি। ঐহাক্কা গুরুদা খুরুমজদুনা লোইশিলখি।. . . য়ানীংদবা কাঙবুগী অকনবা খোল্লাউগী মায়োক্তা হৌজিক ফাওবা ঐহাক্তি নহাক্কী মীচঙদা লেপ্লিবনি। অনৌবা চাংয়েংগী পুথোকপগী ইতিহাসতা অসিগুম্বসি তোয়না থোকই।"

"হৌজিক্তি মহাক লৈব্রবনিনা . . . য়েক্লবা, কল্লক্লবা, চান্নবা, ভাব তানবদগী মৈখু পুন্নমক হৌজিক্তি লেপ্পগনি . . . " (**'পোক্লকম'** ১৭।১।২০০০)

## মতমগী বাফম ঃ

"গণতন্ত্র হায়বদি প্রজাগী শাসন হায়বনি। চৎথরিবা পার্লিয়ামেন্টরী গণতন্ত্রগী মতুং ইন্না প্রজাগী মীহুৎশিংনা (হায়বদি আইন সভাগী অমসুং সংসদকী মেম্বরশিংনা) প্রজাগী সেবা তৌবনি। পাটি মশেল শক্তি মুন্নবগী তঙনা চৎথরিবা লড়াইনা গণতন্ত্রগী মনুং চনবনি। মসিমকপু ভারত পুম্বদা মথোঙ চারক্ত বসু ডেমোক্রেসিগী মনুংগী ওইবা মুরুবনি। অদুবু প্রজা লীশীং লীশীংগা সরকারগা নাপাক তানরক্লবদি মদুবু গণতন্ত্র কৌগদ্রা? সনামচাগী বাথোক্তা হৌজিক হৌরিবসি মৈরা পায়বীনা লমজীংবা ইচল-ইচে, ইমা-ইবেল লীশীং কয়ানি। এমসু ছাত্র-ছাত্রী লীশীং কয়ানি। মীওইবগী অধিকার ঙাক্লবা হোৎনবা কাঙলুপশিং (কোহর, ক্লাহরো) গী লমজীং মখাদনি। পুন্নমক অসিবু থিংনবা হোৎনরিবনি হায়দুনা সত্যাগ্রহীশিংদা ওৎ-নৈবা, লুচিংবা ছাত্র-ছাত্রীশিং ফানবা কোয়তান তান্নবা (ফংদ্রগনা মমা-মপা ফাজীনবা— মসিদি সাহেবশিংনা ফাওবা তৌরমদে) অসিনচিংবা লৈঙাকপশিংগী কা-হেনবা নীতি চৎথরিবসিনা লমদম অসিদা প্রজাগী শাসন লৈরে হায়বদু য়াগদৌরিবরা?"

"নহারোল লানহৌবশিংগা চিঠি চৎনবা অমা-অনী পুলিসনা ফংলে হায়দুনা লালহৌবদা য়াওরে হায়দুনা এমসুবু বেন তৌগনি (থিংজিনগনি) হায়না খন্নরি হায়বা পাউসিদি তশেংনমক অশুকপনি। লালহৌবশিংগা শন্নদবা মণিপুরদা কনা লৈরিবগে? মখোয়গা চংমিন্নরুবা মন্ত্রী, এম এল এ কয়া ফাওবা প্রজাশিংনা খঙনরি।" ('পোক্নফম' ৫।৫।১৯৯৮)

## হৌজিক ওইরিবা মণিপুর সমাজগী ফীবমদা ঃ

"পেন্দদুনা ঐ হৌজিক ইরি-খোৎলিবসিনি, শৈরেংদা নত্তে এসে কয়াসু ইরিবসিনি। মণিপুরগী কলচরসিদি ঐহাক য়াম্না চাউথোকচনীংঙি। মদুফাওবদি ঐহাক কনভিন্স তৌরে। ওয়োক্না ফজত্রবনি। মসিমদি ঐগী লাইফকী ডেদিকেসন হায়বা তারে কলচরগী জগোয়গী ঈশৈগী। ঐনা থেংনরকপা তিন্নরকপসিদা হৌজিক ওইরিবা সোসিয়েল লাইফ অসিমদি য়াম্না হন্থরে। নুংঙাইবা ঙমদে। শোয়সু শোয়রিবনি। ঐখোয়সি ঈরাংদা করিদা তাউবগুম্বা পোৎশক খরা লাক্রে। নহারোলগী লাংলিবা খোৎন্নিবসি ঐখোয়না চৈবসু ঙমদে। মখোয়না হায়বসিদা অচুম্বা ঐখোয়বু নেগলেক তৌবিরে, অদু তৌবিরে হায়বগী পোৎ খরদি য়াওরি। অদুগা য়াম থাগৎতুনা তৌরো তৌরো হায়বদু ঙমদে। চৎলিবা লম্বীসি ঐনা থাজবা নন-ভাইওলেন্সকী লম্বীদি নত্তবনিনা। ভাইওলেন্স হায়বসিমক্তবু য়াম্না কাউন্টর প্রদক্টিব ওইগনবা খরা লৈ। অদুনা তৌরো হায়বসু ঙমদে, তৌনু হায়বসু ঙমদে। মসিনি ঐগী হৌজিক লৈরিবা পোজিসন।" (এলাংবম নীলকান্ত সিংহ উন্নদুনা ৱারী শাবা, **'ৱাখল'** ডিসেম্বর ১৯৯৯)

## তুংগী মণিপুরী সাহিত্যগী মতাঙদা ঃ

"ফ্যাচরদি ঐখোয়দা লৈরে। অইবশিংদা লৈরে। মখোয়না য়াম্না কম্না পাবা, হোৎনবা চঙঙি। ঐখোয়সি য়াম্না খুজিন্নকপগুম্বা খরসু লৈ। মপান্দা করি তৌরিবগে হায়বসি খঙনবা হোৎনগদবনি। ক্রিতিসিজমমক্তা তৌরে, ক্রিতিকেল থিওরী অসি য়াম্না ফেমিলিয়ার ওইনবা হোৎনবা — অদু ওইরবদি ফিল্ড খুদীংমকসি পাঙথোরকনি। য়াম্না খুজনবা ঐখোয়না মরোয়রে হায়বা স্নাইদঙাক্তা তৌদুনা লৈরবদি চাওখৎলোই। ইন্দিয়াগীনি হায়রবদি হেক্তা য়েংনীংলক্তবগী তেন্দেন্সি অমা লাক্রগদি অফবা ওইরক্রোই। হৌজিক্তি ইন্দিয়াগী ৱা লৈত্রে। ৱার্ল্ডগী ওইবা মীৎয়েংদা অপাকপা মীৎয়েংদা য়েংলগদি থোরকপা পোৎ অদু ফজরকনি খল্লি। ঐখোয়গী নহারোলদা ইবগী খোৎপগী করিগী হীরম খুদীংদা তেলেন্ট য়াম্না লৈ। ঐখোয়গী হায়ববু কলচরগী শরুকসিদা খুদোংচাদবা কয়া থেংনৈ — ঐখোয়নদি খরা আইসোলেটেদ ওইবা পঙথেং থেংনবা মফম অতৈদৌনা তৌরক্তবনিনা নহারোলশিংনা লাইরিকসি ইপা পারক্তবগুম্বা অমা তৌরে। লাইরিক-লাইশু পাদ্রগদি কলচরসি তৌদ্রগদি পোৎসি ওইরোই। মতাঙসিদা টেগোরগী অপাকবা মীৎয়েং নীংশিংবা য়াই। অসিগুম্বা অপাকপা মীৎয়েং অমগী মখাদা ঐখোয় থবক তৌরগদি ঐখোয় য়াম্না ব্রাইট ফ্যাচর অমা সাহিত্যগী খঙদে কলচরগী খঙদে পুন্নমকসি লৈরকনি খল্লি।" (এলাংবম নীলকান্ত সিংহ উন্নদুনা ৱারী শাবা, **'ৱাখল'** ডিসেম্বর ১৯৯৯)

## ১৯৭০ দা ইউরোপ কোয়রুরবা তুংদা ঃ

"ইউরোপ হায়বসি চুম্না মীকপ থোকপদা নত্তে। চপ চানা য়াহৌরবা মহাদেশ অমনি। বিজ্ঞানগী অশুকপা শক্তিনা মীওইবগী পুন্সিগী শকলোন কয়াবু থম্বালগী মতৌগুম্না শাংকায়হল্লে, ঊইবোই লাকপোই তৌদুনা লৈরম্বা মীৎ-নাকোং ইউরোপকা থেংনবদা খংপাঙ পাঙই, পুক্নীং অসি তথক তথকই অমসুং য়েংবগী পেনবা নাইদে। তৌবদবু ধ্যান তৌদুনা চৎলবদি অসিগুম্বা ইউরোপসি থেংনরোই। খঙনীংবনা হংবগী লোইবা নাইদবা অশুংগী মতৌগুম্না তীর্থ যাত্রিক অমগুম্না চৎপা তাই। তশেংবমক হন্দকী ইউরোপকী খোঙচৎ অসি ঐহাকীদি তীর্থ যাত্রা অমনি।" (**'মতমগী ৱাখল'**)। ■

*('পোক্নফম, ফেব্রুৱারী, ২০০০)*

# ওজা নীলকান্ত লৈখিদবদা

ওজা লৈখিদবসি ইহাও হাণ্ডবা সংসাব অমদা ইমম মমনা মঙাল অমত্তা যাওদনা ঐখোয় লেনগুম ভৌই। তশেংনা মহাক অমা চৎখিবা হায়বসি ঐখোয়গী অচৌবা মঙাল অমা মাঙজবগুম্বনি। মহাকুম্বদি অমুক থিবা ফংলরোই। মহাক চৎখ্রবা মতুংদা মহাক্কী মগুণ অসুম অসুম হেনগৎলকখিনি।

*— এসঐচ গোপাল শর্মা, এডিটব .'পোক্লকম'*

মঙালবু থিরগা ময়ামদা মঙাল যেল্লম্বা মৈরাদো মুৎখ্রে, শন্দোক্লম্বা মঙালদি লৈহৌবি। মচৎ শিনবিনবা থেবক্লি মতম কুইনা হাণ্ডদুনা লৈরগনি। হৌবক্লিবা মীবোল (জেনেরেসন) দগী নীলকান্তগী মফম মেনবা ওমগদবা কনা লৈবগেৎ যাম্না শাংনা ঙাইবা তাবি।

*— য়ুমলেম্বম ইবোমচা*

মণিপুবগী সাহিত্য, কলা, কৃষ্টি, সংস্কৃতিগী তাইবঙবু অমম্বা ঈপাক অমদা লংথোকপিবম্নে। লংলবা মঙাল অমা মুৎখবে।

*— কৈশাম প্রিয়োকুমাব*

মণিপুববু খ্বাদগী নুংশিজ্ববা মীশক অমগী নুমিৎ তাখ্রে। কবম্বা মতমদা অনৌবা নুমিৎ অমা থোবক্কদৌবিবা? থাজদে অতিয়াসিদা মঙাল পাবা ঙম্বা অনৌবা নুমিৎ অমা থোক্কনি হায়বা। মহাক অমা চৎখিবা হায়বসি মমহৌবা তাবনি কনানসু মেনশিননা ঙমদনা

*— শবতচান্দ থিয়াম*

ওজানা লৈখিদবসি মণিপুবগী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী লমদা মেনশিনবা ওম্লবোইদবা অবাৎপা অমনি। হৌজিক্তি ইহাও হাণ্ডৌবে।

*— সুধীর নাউবোইবম*

*('পোক্লকম' ১৩-০২ ২০০০)*

# পদ্মশ্রী স্বর্গীয় নীলকান্তগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি

*হৈগ্রুজম সুমতিবালা, কোংপাল খাইদেম লৈকায়*

**ফেব্রুৱারী** তাং ১১, ২০০০ ফাইরেনগী ৬ নি পানবা নুমিৎ, নোংয়ায় চবুক লোয়নমদাই, লেপ্তুনা চৎলিবা ঘড়ীগী পুংজা ১১ গা মিনিট ২৫ চৎপা মতমদা পুবিগ্রে ঐখোয় ময়ামগী মরক্তগী মমালোন মণিপুরগী সাহিত্যগীদমক তত্তুনা, তমজরম্বা খুদোল লেপ্পা লৈতনা, চেঞ্জরম্বা কোয়না চোকথবা নাইদনা, পোৎথাবা হৈত্রবা ওজা গুসিদি পোৎথাখরেদো মতম পূম্বগী ওইনা। থাজরম্মী মহাক্লা মণিপুরী সাহিত্য ইমাগী মন্দির অকোয়বদা, লৈরাং চারা কয়া— **অচাইবা লৈ, মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ, চৎলসিনে কদায়দনো ইবানী, তীর্থ যাত্রা, সংস্কৃতিগী শক্লোন, বৌদ্ধিকী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি, ফ্রেগমেন্টস ওফ মণিপুরী কলচর, এস্পেক্টস ওফ ইন্দিয়ান কলচর, মণিপুরী ডান্স, মোনোগ্রাফ ওন ভত্র এন্দ এম. কে. প্রিয়োবর্ত্ত, মোনোগ্রাফ ওন পণ্ডিতরাজ অতোম্বাবু শর্ম্মা,** লৈহৌরগনি তদেক-তনৌনা কবি নঙগী শৈরোল্লা, হিংহৌগনি নঙগী সংস্কৃতিনা, অরিবগী মীৎয়েংদা অনৌববু তরাম্না যৌশিল্লবা। গুসিদি মণিপুরী সাহিত্য ইমানা তেংথা-নাওইনা কপ্লিদো মথাদগী শেৎতুনা পুবিগ্রবা পণ্ডিত, কবি, কৃতিক, সংস্কৃতিবু পামজনা, মায়কৈ মরী গুক্লম্বা মচাগীদমক তুফক-তুফাই চক্লেদো মচা-মনাও ওইবশিং, শিনবিগনি কনানা মন্থৎ মেনশিনবা গুপ্পরোইদবা অহাণ্ডবসিগীদমক। কবিদি নীংজবা মহাক্কী লম্বীদা চৎখ্রমাগ্নে পামজনা। কৌরক্রমাগ্নে মহাক্কী মবুংঙোনা। শকচ-শোঞ্জরি ইবুংঙো নঙগী ননাইশিংনা কৃপাগী থৌরীনা গুক্তা পুন্দুনা চীংশিনবিয়ু চরণ নাক্তা। ননাইগী অরোয়বা মীকুপসিদা উহনবিয়ু নঙগী যুগল রূপ. . . করিসু পীনীংঙাই লৈজদে ওজা নঙগী অরোয়বা মীকুপসিদা মীৎকী পি নত্তুনা, লৌবিয়ুকো তরাম্না। ■

*('পোক্লম' ২২-০২-২০০০)*

# লাইওইখ্রবা ওজা নীলকান্তগী মফমদা বাহৈ খরদং কৎচবা

*কেএচ. আনন্দিনী দেবী, সোইবম লৈকায়, অরাংপম্নি*

**ওজানা** অরোয়বা ওইনা তাইবঙপাল থাদোকখ্রবদা সাহিত্যবু নুংশিজবা মীপূম খুদীংমক্কী থম্মোয়দা ফাওবিবদুমক ঐগী থম্মোয়দসু ফাওজে। ঐঙোন্দা ওজাগী লমন তোল্লবগুম খঞ্জরি।

কুইখ্রবগী বারীনি, ওজানা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী সেক্রেটরী ওইবিরিঙৈদা **"ঐগী নুংশিবী মেম সাহেব'** কৌবা ঐগী শৈরেং লাইরিক অমা বুক গ্রান্টকীদমক থাগৎচে। খনবিরকই। লামায় নিপালমুক লম্নবা মতুংদা খুদোংচাদবা খরদগী (য়ুম্ন হোংদোক-হোংজিন তৌবদগী) মখা চৎথবা গুমদদুনা লৈখি। অরবিন্দ সোসাইটিগী মিটিং অমদি উম্নবা খুদীংদা ওজানা তাকপি 'সাহেব' তু অমুক্তং লোইশিল্লকউ, ফোঙদোকসি, ঐনা খুমৈজে— "হোয় ওজা।" ওজানা সাহেবপু খোয়দাবিবগুম তৌবী। অদুবু, ডিকেদ অমা লাল্লবা তুংদা মতমগী অহোংবা লৈপ্রবনা লৈক্লশিংদু চোইজাইনখ্রে। মদুগী মতৃৎতা অতোপ্পা অমা পুথোকচখি। অদুবু, পুক্লীংদদি পেনখিদে।

লেপ্তুনা চেপ্লিবা ইচেলনা মফম অমত্তদা অসুম অসুম তুংশিন্দুনা লৈয়ু য়ারক্তে। মতমগী তোর্বান্দা য়েররিবা নুপীগী থৌনা, লিংজেলগী ইথক্লা সমুদ্র য়ৌনীংলবসু লাইজ ইনোংপিনবা লৈতবগুম, শম্লাং কাবুম্নরিবী, খাঙচেৎ লাক্রিবীবু উশিন্নদা, খঙশিন্নদনা লৈঙম্নত্তবনা চম্নবা বাহৈ খরনা পরেং লোমদুনা নুপীবু শৈথাজবা শৈরেং লাইরিকী লৈচল অমা ওইনা **'ঐগী নুংশিবী**

মেম সাহেব' হাপচীন্দুনা ফোঙদোকচৈ ডিকেদ অনীগী তুংসিদা। অহানবা কম্প্যুটরচিংবা লোইরবদা ওজাবু নীংশিংলকই, অদুবু ওজাদি আমেরিকাদা লৈরি হায়বা খবরগী থোঙদগী খঙজখি। ওজানা হন্নক্রবা তুংদা কোপি অমত্তং পুদুনা ওজাগী শঙ্গাইদা চংচৈ অদুবু থেংনজরক্তে। থবক চিন্নবা ওজা লৈবিরমদে যুমদা। যুমগী মীওই অমদা শিন্নজরম্মী। ওজানা পাবিদ্রবসু উবদি উখিরমগনি খঞ্জে।

খজিক্তং তৌজবদা থাগৎপিবা, শৌগৎপিবা, থৌনা পীবিবা করম্নবু কাউথোক্রসিগে। কাউঙম্নরোই। অফ-ফত্ত, অচুম্ন-অরান, অবা-নুংঙাই, অমম-অঙান, ফজবা-অথীবা, অচৌকপা-অরাঙবা, আত্মা-পরমাত্মা, হিংবা-শিবা অনী অনীগী মনুং হৃনজিনবা অভিজ্ঞতা ফংবিগ্নবা, নৈনবিগ্নবা ওজানি। তেঙবাংবা মপুনা পীনবিবা খুদীংমক লৌশীন্নবা তুংদা অমুক পীথোকপিরম্নবা অথোইবা ওজানি। ■

('পোক্লফম', ২৩-০২-২০০০)

## থম্মোয় শেংনা ওজাগী শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎচরি

*এম. এল. হাশিম, য়াইরিপোকময়ায় কৈথেল*

মৈতৈ জাতি মহৌশানা বা ঙাঙবদা অলঙ্কার শীজিন্নৈ। চপ চানা কৎথোক্রগা, নৈনরগা চহী কয়া লীশাং-শীৎনা খুৎ থাবিরক্রবা ওজা নীলকান্তদুদি করি অমুক হায়রুনি— অঙকপা ওইনা শীংথানবগী পাউ পাজবা নত্তনা। কবি নীলকান্ত ঐগী পুন্সিদা অমুক্তং উজদ্রে। মদুসু য়াইরিপোক্তনি। 'ধ্রুবতারা' ফোঙদোকপা লেঙবিরকখিবনি। ওজা নীলকান্ত, ওজা নীলকান্ত হায়নবা সিদা লৈরেকো খন্দুনা মুন্না য়েংশিন্নুই। মপা থোকউবনরা ওজানসু ঐবু মুন্না য়েংশিন্নকই ঐ লৈথোকফম খঙখিদে।

'পোক্লফম' পাউ-চেদা ওজানা নৈনবিরকপা রাফম পুম্নমক ঐহাক থবায় য়াওনা পাক্তে। মতম মতমগী আর্টিকল কয়া অসিদসু নত্তনা হন্দক্তা য়াওবা আমেরিকা চৎলুবগী রারী, ওজাগা উম্নবিদুনা হাপ্পিরকপা মফমদুগী ফীবম, পুম্নমক থবায় য়াওনা পাক্তে। পদ্মশ্রী ফংলকপদা নুংঙাইজবশিংগী মনুংদা থাপ্লবা খুঙ্গংগী চীংনুংসিদা খুৎ থেক্লকপদা ঐ অমসু ওইরিদ্রা নীংক্তে।

হন্দক ওজানা লৈখদবসিদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎপিদুনা ইবিরকখিবা ওজাশিংগী রাহে থম্মোয়দা থুক লাউবা কয়ানা লেংবা লৈ পরেং ঙাক্তনি। করিসু লৈতনা শকখঙনবসু নত্তবা ঐঙোন্দা ফাওরিবা চৈনাসি হায়ফম খঙজদে। অদুবু ওজাগা হাকথেঙননা নখত্রাগা নকশীন্নরুবা কয়াগী থম্মোয়দদি করি ওইরমগনি।

ঙসি করিসু খঙজদ্রিবা ঐহাক্লা 'পোক্লফম' পাউ-চেগী থোঙদা থম্মোয় শেংনা ওজাগী শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎচরি। লোয়ননা ওজাগী আত্মানা মতম চুপ্পদা মপুগী লৈকোন্দা ঈংনা লৈরুবা ওইরসনু। ■

('পোক্লফম' ২৩-০২-২০০০)

# কম্পোজিত কলচরগী ফিদম অসিবু ওজানা চৎথ্রবা তুংসিদা ঐখোয়না কদায়ফাওবা ঙাকপা ঙমহৌগদৌরি ?

*বিপ্রচান্দ, এক্স সেক্রেটরী, সাহিত্য সেবা সমিমিট, ককচিং*

মণিপুরগী শরুাইরবা কবি, সমালোচক অমসুং সমাজ সেবক ওজা এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা লৈখিদবদা মণিপুরী জাতিগী ওইনা কয়াদা অবাকগী মশক ওইরবনো। মহাক্কুম্বা ইন্টেলেকচুয়েল, স্কোলর অমা মণিপুরদা থোরকপা ঝাখিগনি খল্লি। ওজানা হীরম খুদীংদা থরায় য়াওবিরম্বগী ঝাফমদি খ্বায়না খঙনরে। তান্ত্রিক শাস্ত্রদগী ফিল্মগী জগৎ ফাওবদা হৈনদবা ইরৈবু লৈখিদে। থোইদোক-হেন্দোক্লা তমজনীংঙাই ওইবদি, মহাক্কী ডেমোক্রেটিক স্পিরিট অমসুং রেদিকেল থিঙ্কিংনি। অশোয়বা অরানবা পুথোক্লদুনা ঙাঙনবা-চৈনবদা শাউগন্দে, চৈনসি-ঙাঙনসি, খন্নসি তাম্নসি হায়বগী ঝাখল চেনখি। প্রাইভেট লাইফটদি মসিমক চপ চানা হায়রুবা ঙমজদ্রে। রেদিকেল ওই হায়না হায়জবদি কবি অমা নৎত্রগা কলা-কৃষ্টিগী ঝাঙাঙলোয় অমা ওইনা মীয়ামদগী তোপ্পা লৈদুনা (ইংরাজী পাউরৌদা অইবগী টবারদা নিঙাইদনা লৈথেক্কুনা) কলাগী ঈপাক্তা ঙাওবদু পামখিদে— মহাক্কুম্বা ইন্টেলেকচুয়েল স্কোলার অমগী ষ্টেতসনবু মতম মতমগী মহৈরোয়-নহারোলগী ষ্ট্রাইক এজিটেসন কয়াদা পুক্লীং চঙবা উৎত্তুনা ইখিবশিং, তূমিন্না থক লৈথোকখিদবশিং অসি নৌহৌনা নীংশিংহল্লি। নাগা-কুকিগী ঈরাংদসু অদুমঙায়, মহাক্কী কলমনা তূমিন্না লৌখিদে, পোলিটিকেল ডাইমেনসনগী পোৎতসু দরকারগী মতুং ইন্না পুক্লীং অদুমক চঙখি। মায়কৈ অসোমদা য়েংজুরবদি চপ চাবা সব্বোর্দয়গী লাম্বী অমনি হায়বা য়াই। রেদিকেল আউটলুক চেনবা মীশক অমা ওইনা মণিপুরী হিন্দু ওইজরবসু ফেনাটিক থক ওইখিদবসিনি। মৈতৈশিংবু আর্য্যগী কাঙবুনি হায়বদা পুরা-পুরী য়ানীংবা উৎখিদে। মৈতৈ কোঙেং ওইনা লৈবগীসু মথৌ তাদে থনখি। অনীগী তিন্নবা মশক্তা ঐখোয়গী ফজবা লৈ হায়বসি মহাক্কী শৈরেং থরদা মমি তারিবসিনি। য়ুনিটি ইন ডাইভর্সিটি নৎত্রগা কম্পোজিট কলচরগী ফিদম অসিবু ওজানা চৎথ্রবা তুংসিদা ঐখোয়না কদায়ফাওবা ঙাকপা ঙমহৌগদৌরিবা ?

সাহিত্য, কলা, কলচরগী পনখৈদগী হেন্দোক্কুনা চহী লৈশীন্নক্রবা সাহিত্যকার অমনা মতম মতমগী সমস্যাদা খুৎ থাদুনা ক্রী ল্যাকর ওইনা ইখিবশিং অদুনা প্রমাণ তৌরি। ওজা নীলকান্ত, মণিপুরগী সংস্কৃতিগীদমক নাপল তৌজখিবা অদুক্কী মতীক মণিপুরী সমাজ, রাজনীতি অমসুং শেন-থুমগী শোৎথরবা মতৌশিংদা মথায় প্রোক প্রোক চাকখিবা পণ্ডিত অমসুং কবিনি। সাহিত্যগী ভাষণ পীবা খুদীংগী নহারোলশিংদা লাইরিক য়াম্না পানবা, ইন্টরনেসনেল আউটলুক লৈনবা হোৎনগদবনি হায়না পাউতাক পীরম্বশিং কাউবা ঙম্নরোই।

মমাঙ-থাগী তাং ৩০ দা ষ্টেট হাউসতা পাঙথোকখিবা টিপাইখমুখ দামগী সেমিনারদা অমদি পোক্নফম চেফোঙগী সিলভর জুবিলিগী থৌরম (১।২।২০০০) পাঙথোকপসিদা সি. টি. বি. টি. (কম্প্রেহেন্সিব টেষ্ট বেন ট্রিটি) গী মরমদা ফনা শাংনা ঙাঙখিবশিং অদুনসু মহাক্কী দাইবর্সিফাইদ ইন্ট রেষ্টকী ময়েক লারবা খুদমনি।

ঐখোয়না থেংনজহৌবদা মোদর্ন মণিপুরী সাহিত্যগী অথেঙবা তাক্কসিদা (পোষ্টমোদর্নগী মতম লাক্রবসিদা) মণিপুরবু থম্মোয় শোক্লা নুংশিজবা সাহিত্যকার অমসু চৎথ্রে ঙসিদি পাচা মৈতৈ, অমসুং জি. সি. তোম্বাগী তুংদা।

ওজাগী আত্মানা স্বর্গগী লৈকোন্দা ঈংনা-চীক্লা পোৎথাজদুনা মপুগী নাক্তা লেঙদনা লৈহনবিয়ু হায়না মপু ইবুংঙোগী মফমদা থৌনিজরি। ■

('পোক্নফম' ২০-০২-২০০০)

# মীথোইবা স্বর্গীয় পদ্মশ্রী ই. নীলকান্তদা শ্রদ্ধাঞ্জলি

*শ্রীমতী এম. পূর্ণিমাশী, মোইরাংখোম চীংঙাখম লৈরক*

মী মরক্তগী অথোইবা মীথোইবা হায়না থোল্লগে স্বর্গীয় পদ্মশ্রী — ই. নীলকান্তবু। ঙৌরোক ঙৌবা, তগং তগং তেকপা শকফম, খোঙকাপ লাওনা লাওনা থাংবা, তহা-তহা চৎকনবা, সন্ত্র খুদীংমক্কী লৈতেং ওইরম্বা মীথোইবা মপুগী থৌদা লোইদুনা মরূপ-মপাঙ, শাগৈ-নাতৈ, ইমুং-মনুং খ্বায় পুন্নমকপু থাদোক্লন্নগা ঈশ্বরগী খুয়াদা চঙজখ্রে। তাং ১২।২।২০০০ গী অয়ুক্তা কনাগুম্বা অমদগী মহাক লৈখিদবগী পাউ তাবদা অহানবদা থাজবা ঙমখিদে; অদুবু মদু অশেংবা ওইরম্লে।

মণিপুর অমসুং মপানগী মী কাঙলুপ কয়া, সংস্থান কয়ানা মহাক্লা লৈখিদবদা অবাবা ফোঙদোক্লম্লে। মখোয়না মহাকপু কবি, লেখক, সমালোচক অমসুং সাহিত্যকার অমা ওইনা মহাক্লা সমাজদা তন্নম্বা খুদোল খিবিক শীংথাম্লে। থোইনা অমুক হঞ্জিন্না হায়রম্বগী মথৌ তাদ্রে। চুন্না রাহৈ মতেক খরদা মহাক্কী তোপ-তোপ্পা গুণ খরা ফোঙদোক্লীংবগী রানি।

স্বর্গীয় নীলকান্তগী মনে ইবেম্মা এলাংবম নিঙোল সঞ্জেনবম ওংবী অপাম্বী অমসুং শ্রীসঞ্জেনবম নদীয়া (দরবার মেম্বর) গী মচানুপী ইবেম্মা য়াইমা, শ্রীমতী শ্যামাসুন্দরী শোক ১৯৩৬ তগী হৌনা তম্ফাসনা গার্লস হায়স্কুলদা তম্মিন্নরকখি। শ্যামাসুন্দরীনা তখেল লৈকায়দা অমসুং ঐহাক্লা কাকৈথেল ঙানপী থোংদা লৈদুনা লম্বেল অমতা ওইবনা নিতিগী স্কুল কামিন্নরম্মী অমসুং হন্নকমিন্নরম্মী। শ্যামসুন্দরীনা ঐঙোন্দা মখোয়গী অচৌববু তত্তনা থাগৎলম্মী অমসুং মাগী মরমদা বারী হেক হেক শারম্মী। নীলকান্তগী মমিং ময়ুমদা অচৌবা কৌরম্মী। অচৌবনা নোংমদা অকরুম্বা মতম শেমদুনা টেক্সবুক অমসুং অতৈ লাইরিকশিং পাবা, অচৌবনা মঙোন্দা অসুম অসুম্বা লাইরিক পাগদবনি হায়রকপনচিংবা মাগী বারী ওইরম্মী। লাইরিক য়াম্না ফৈ হায়বা মখোয়গী অচৌবা হায়বদু ঐহাক থোইনা মশক খঙলুদে অমসুং খঙগে হায়বসু নীংলুদে। অদুবু কাইনথংদা মহাক্লা শিলেটকী মুড়ারিচান্দ কলেজদা মতম খরা আই. এ. তম্নম্নগা কতন কলেজদা গুহাটিদা হোংলক্তুনা শোক ১৯৪৮-৪৯ দা তম্নরবা মতমদদা শ্যামাসুন্দরীখোয়গী অচৌবদু মণিপুরগী য়াম্না লেমজনীংঙাই ওইরবা, লাইরিক য়াম্না ফবা ই. নীলকান্ত ওইনা মশক খঙলকখি। মতমদুদা মাম্নবা সবজেক্ট (ফিলোসোফী) লৌমীন্নবা খোগেল সাইকিয়া কৌবা লাইরিক য়াম্না ফবা আসামী মহৈরোয় অমসু লৈরম্মী। মবানী ক্লাসতা মকোক-মথং তাদুনা চৎমিন্নরম্মী অমসুং দিবেতনচিংবসু য়াওমিন্নরম্মী। মণিপুরী মচাশিংনা মপান্দা লাইরিক-লাইশু তমদুনা মীরমগী মচাশিংগী মথক থোংলকপদা ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইজবা অমসুং চাউথোকচবা ফাওরম্মী। মতমদুদা ঐখোয়গী মণিপুরী নুপীশিং — এম. পদ্মাবতী, কেঐচ. প্রমোদিনী, শ্যামসুন্দরী, ইশামক অমসুং এস. সরজু— সারা, ঐ হ্যাইত মেমোরিয়েল হোস্টেল (ছাত্রী বাড়ী) দা লৈদুনা কতন কলেজদা লোইনা তম্নম্মী।

স্বর্গীয় পদ্মশ্রী ই. নীলকান্ত বি. টি. ডিপার্টমেন্ট, ডি. এম. কলেজদা মতম খরা পার্ট টাইম ওজা ওইনা পুরিঙেদা ঐহাক্লা মতম খরা হায়খ্রিবা ডিপার্টমেন্ট অসিদা থবক তৌমিন্নরম্মী। মতুংদসু কনফরেন্স, মিটিং অমসুং মথল-মখা অয়াম্বা ফঙ্কসন্দসু উন্নবা অমসুং বারী-বাতায় শানবগী মতাঙ কয়ামরম লৈখি। পুন্নমক অসিদগী মহাক্কী থোইদোক-হেন্দোকপা মগুণ খরা ঐহাক্লা শীংথাদবা ঙমদে— মহাক পূকচেল য়াম্না শেংবা অমসুং কনাগুম্বদসু মীনম্বা শাজৎ চৎনীংদবা মীশক্লি। কনাগুম্বা নক্লা তিম্নরম্বা অমবু, ফীবম্না য়াদদুনা থাদোকপা তারবসু, মদুগীদমক ফোংনা নুংঙাইতবা ফোঙদোকপা ঙম্বগী মগুণ চেল্লি। অদুদসু নত্তনা, মহাক য়াম্না অখাঙ কনবা, হোৎনবা কনবা, য়াম্না খঙনীংবা অমসুং খিজিন-হুমজিনবদা চোকথবা লৈতবা মীশক অমনি। লৈবাক্কী থবক্লি, মরুওইবা থৌদোক্লিবু হায়রবর্দি, মহাক্কুম্বা শক্লাইরবা মী অমনা বার্ত্তন তৌবা/তৌদবগী করিমত্তা বেরা লৈতে। দিংকুনা বেঙ্কোক এসিয়াদা বোক্সিংদা সনাগী মেদল লৌরগা শোক ১৯৯৮, ডিসেম্বর ১৭ তা মণিপুরদা থোরকপগী থৌরমগা মরী লৈননা, মণিপুর মহিলা কল্যান সমিতিনা চিলড্রেন হোম, দ্যুলালেন্দা অচম্বা থৌরম অমা শীন্দুনা মহাকপু ওকখি। মদুদা স্বর্গীয় পদ্মশ্রী ই. নীলকান্ত চিলড্রেন হোমদা ঙক্ত থুংলদুনা সমিটি অমসুং চিলড্রেন হোমগী মরমদা মথল-মখা অয়াম্বা রাহং হংদুনা ওকপগী থৌরম মপুং ফানা য়াওবিখি। খঙনীংবা মরম পুম্বা ইশানা মঙোন্দা পীখি।

অরোয়বদা শম্না হায়জরবদা স্বর্গীয় পদ্মশ্রী ই. নীলকান্ত মহাক্কী মথল-মথা অয়াম্বা খুদোলগী মথক্তা থোইদোকপা তোপ-তোম্না থম্মোয়গী ওইবা শেংলবা গুণশিং চেনবা মীওই অমনি। অথোইবসিনা লৈখিদবদা ইশাগী অমসুং মণিপুর মহিলা কল্যান সমিতি, দ্যুলালেন্দগী মায়কৈদগী অবাবা ফোঙদোকচরি। পোকপা-শিবা থিংগুমদ্রবা পুন্সিগী খোঙচৎ ওইবনা চৎশ্রসনু মীথোইবা স্বর্গীয় পদ্মশ্রী ই. নীলকান্ত। মহাক্কী আত্মানা ঈশ্বরগী খুয়াদা শান্তি ওইনা লৈবা ওইরসনু। ■

('পোক্লফম' ০৯-০৩-২০০০)

## গভর্ণরনা অবাবা ফোঙদোকখ্রে

ইম্ফাল, ফেব্রুৱারী ১২ ঃ মণিপুরগী মশক নাইরবা কবি অমসুং স্কোলার, শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা লৈখিদবদা রাজ্যপাল, শ্রীবেদ মারৱানা অবাবা ফোঙদোকখ্রে।

অবাবা ফোঙদোকপা পাউজেল অমদা রাজ্যপালনা হায়খি, শক্লাইরবা এজুকেসনিষ্ট অমসুং লিটরেরী পার্সনেলিটি, শ্রীনীলকান্তনা লৈখিদবসি মণিপুরগীওইনা য়াম্না মাঙজবনি।

শ্রীনীলকান্ত লৈখিদবদগী থোকহল্লিবা অমুক মেনখৎপা ঙম্নরোইদবা অমাঙবা অসি মায়োক্নবা ঈশ্বরনা ঐখোয়দা শক্তি পীনবিগনি হায়না রাজ্যপালনা থাজবা ফোঙদোকখি।

হন্দক্তা পদ্মশ্রী পীদুনা ইকায়খুম্নপ্রবা শ্রীনীলকান্ত সিংহনা গুরাং ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবদা তোঙান-তোঙানবা সংস্থান কয়ানসু অবাবা ফোঙদোক্লরক্লি। মতম অমদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী জেনেরেল সেক্রেটরী ওইরম্বা শ্রীনীলকান্তনা লৈখিদবদা ওসি পরিষদ অসিনা অবাবা ফোঙদোকখ্রে। শ্রীএল. দামোদর সিংহনা সভাপতি ওইদুনা পাঙথোকখিবা অবাবা ফোঙদোকপা মীফম অমদা শ্রীনীলকান্তনা নোঙাখিবসি মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা অচৌবা মাঙজবা অমনি হায়না ফোঙদোক্লখি।

শ্রীনীলকান্তনা লৈখিদবদা কোম্মো, পুন্সি খোঙচৎ মরূপ, মণিপুর সংস্কৃত মহাবিদ্যালয়, আর্টস সোসাইতি মণিপুর, সিনে আর্টিষ্টস এন্দ টেক্নিসিয়াল এসোসিয়েসন, য়ং প্রোগ্রেসিব এন্দ এথলেতিক ক্লব, এলাংবম লৈকায়, সুরচান্দ শর্মা মেমোরিয়েল ট্রষ্ট, ষ্টুদেন্টস ফেদরেসন ওফ ইন্দিয়া মণিপুর ষ্টেট কমিটি, কলাক্ষেত্র মণিপুর, এজুকেসনেল ডিবলপমেন্ট ফোরম, পাউনা বাজার অমসং মণিপুর সংস্কৃত পরিষদনসু অবাবা ফোঙদোকখ্রে।

শ্রীনীলকান্ত লৈখিদবগী অবাবা ফোঙদোকপা থৌরম অমা মণিপুরগী কলা অমসুং সাহিত্যগী সংস্থানশিংনা পুন্না শীন্দুনা থা অসিগী ১৬ কী নুংথিল পুং ২ দা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমী হোলদা পাঙথোক্লগদৌরি।

লৈখিদ্রবা শ্রীনীলকান্তগী মফমদা ইকায় খুম্নবা উৎপা ওইনা সিন টি ভিনা 'নীলকান্তদা শ্রদ্ধাঞ্জলি' হায়বা থৌরম অমা হয়েং তাং ১৩ গী নুমিং পুং ৭ তা শন্দোক্লগদৌরি। নোংমাইজিং নুমিৎ খুদীংগী শন্দোকপা সিন মিলেনিয়ম কুইজ অদুনা হয়েংগী ওইনদি শ্রীনীলকান্ত লৈখিদবগী অবাবা ফোঙদোকপা ওইনা শন্দোক্লরোই হায়রি। ■

('পোক্লফম' ১৩-০২-২০০০)

## এলাংবম নীলকান্ত লৈখিদবদা লেপ্তুনা অবাবা ফোঙদোক্লরক্লি

*পোক্লফম ন্যুজ সার্বিস*

ইম্ফাল ফেব্রুৱারী ১৩ ঃ মীয়াম্না শকখঙনরবা পণ্ডিত, স্কোলার অমসুং সমালোচক, শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা হৌখিবা ইরাই নুমিৎকী নুমিদাংদা ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবদা মুখ্য মন্ত্রী, শ্রীৱাহেংবম নিপামচা সিংহনা অবাবা ফোঙদোকখ্রে।

অরাবা ফোঙবগী পাউজেল অমদা মুখ্য মন্ত্রীনা হায়খি, শ্রীনীলকান্ত সিংহনা লৈখিদবসি রাজ্য অসিগী মরু ওইবা স্কোলার অমা মাঙজরবনি।

ঈশ্বরনা লৈখিদ্রবগী আত্মাবু শান্তি ওইনা লৈহনবিবা ওইসনু হায়না মুখ্য মন্ত্রীনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌরি।

হন্দক ভারত সরকারনা পদ্মশ্রী পীদনা ইকায় খুম্নখ্রবা শ্রীনীলকান্তনা ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবদা সংস্থান কয়ানসু লেপ্তুনা অরাবা ফোঙদোক্লরক্রি।

নহারোল অইবা তিম্নশঙ (নাট) লিলোং; লিলোং চজিং য়ুথস কম্যুনিটি সেন্টর কম কলচরেল ইন্সটিট্যুট; য়ং ড্রামাটিক এন্দ কলচরেল ইন্সটিট্যুট, য়াইরিপোক; বুইমেন্স ফোরম ফোর কলচরেল ফাউন্দেসন, ইস্কোন মণিপুর; মণিপুর ড্রামাটিক য়ুনিয়ন; কলচরেল ফোরম মণিপুর; নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি; থিয়েটর মিরর, হাউবম মরক; গীতা কেন্দ্র; মণিপুর হুইয়েন লাল্লোঙ মণিপুর থাঙ-তা কলচরেল এসোসিয়েসন, ইরীনবুং; মণিপুর শ্রীচৈতন্য সেবা মন্দল, ইম্ফাল; মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, চুরাচান্দপুর; মেদিয়া এন্দ মেদিয়া পার্সেনেলিটিজ মাইবম হাউস, কাকৈথেল; শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য সেবা মন্দল, মণিপুর; গীতা চক্র, উরিপোক; পাম্হোইবী নাট্য মন্দির, য়ুম্নাম লৈকায়; সেকেন্দ সন্দে ক্লব, ইম্ফাল; মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল ব্রাঞ্চ; মণিপুরী গীতা মন্দল, পাউনা বাজার; মণিপুরী নর্ত্তনালয়, মোইরাংখোম সৌগাইজম লৈরক; মণিপুর এসোসিয়েসন ফোর সাইন্স এন্দ সোসাইটি; মণিপুর হিন্দী পরিষদ; রিসার্স সেন্টর ফোর মণিপুর পার্ফোর্মিং আর্টস, কৈশাম্পাৎ লৈজম লৈকায় অমসুং ইস্লামিক কলচরেল এন্দ রিসার্স এসোসিয়েসন, মণিপুরনসু শ্রীনীলকান্ত লৈখিদবদা আরাবা ফোঙদোকখ্রে। ■

*('পোক্নফম' ১৪-০২-২০০০)*

## পদ্মশ্রী নীলকান্ত লৈখিদবদা

ইম্ফাল, ফেব্রুৱারী ১৪ : মণিপুরগী সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যগী লমদা থোইদোক্লা শক্লাইরবা পদ্মশ্রী এলাংবম নীলকান্তনা ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবদা ঙসি ওল মণিপুর কলেজ টিচর্স এসোসিয়েসন অমদি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা তোঙান-তোঙানবা মীফমশিং ফমদুনা অরাবা ফোঙদোকখ্রে। ফোরেষ্ট এন্দ ইনভাইরোনমেন্ট অমসুং লোগী মিনিষ্টর প্রোফেসর গাংমুমৈ কামৈনসু শক্লাইরবা পদ্মশ্রী এলাংবম নীলকান্তনা লৈখিদবদা থম্মোয় শোক্লা অরাবা ফোঙদোকপগা লোয়ননা মহাক লৈখিদবসি মণিপুরদা নত্তনা ভারতকী ওইনা কলচরগী লমদা চাউনা মাঙজবনি হায়রক্রি। অমরোমদা মণিপুরী য়ুনিবর্সিটিনসু য়ুনিবর্সিটিগী সিনেট মেম্বর ওইরম্বা অমদি ফিলোসোফী ডিপার্টমেন্টতা ওজা ওইরম্বা নীলকান্তনা লৈখিদবদা অরাবা ফোঙদোকখ্রে। ■

*('পোক্নফম' ১৫-০২-২০০০)*

## নীলকান্ত লৈখিদবদা সংস্থান ময়াম্না অরাবা ফোঙদোক্কদৌরি

**পোক্নফম ন্যুজ সার্বিস**

ইম্ফাল, ফেব্রুৱারী ১৪ : মণিপুরগী শক্লাইরবা কবি, সমালোচক অমসুং পণ্ডিত এলাংবম নীলকান্ত সিংহ পদ্মশ্রীনা লৈখিদবদা মীয়ামগী ওইবা অরাবা ফোঙদোকপগী থৌরম অমা লাক্লিবা তাং ১৬ কী নুংথিল পুং ২ তাবদা জে.এন. মণিপুর ডান্স একাদেমীদা পাঙথোক্কদৌরি।

থৌরম অসি পাঙথোক্লবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জেনেরেল সেক্রেটরী লমাবম গোজেন্দ্রনা কনভেনর ওইবা মণিপুরগী

তোঙান-তোঙানবা কলা অমসুং সংস্কৃতিগী সংস্থানশিংগী অপুনবা লূপ অমা শেমখ্রে।

অরাবা ফোঙদোকপগী থৌবম অসিদা লৈবাক মীয়াম পুম্নমক্না ম০ম চানা লাক্কুনা শকক যাবিবনবা কনডেনরনা পাউজেল্লি।

মরকসিদা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা থা অসিগী ১১ দা ইখঙ খঙচৌদনা লৈখিদবদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী ষ্টাফ মেম্বরশিংনা ওসি মিনিট অনী তূমিন্না লেপ্পুনা অরাবা ফোঙদোকখ্রে।

পনবা যাই, পদ্মশ্রী অমসুং সাহিত্য একাদেমীগী অরাদতা ০ গুনা ইকায়খুম্নবা ওইবরা উপাধি কয়াসু ফংল্লবা শ্রীনীলকান্ত সিংহ একাদেমী অসিগী (মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী) অহানবা সেক্রেটরীসু ওইখিবনি।

শ্রীনীলকান্তনা লৈখিদবদা মণিপুর ষ্টেট সোসিয়েল রেলফেয়ারী এদভাইজর বোর্ড, পি এস পব্লিকেসন্স ইম্ফাল, রাইটর্স ফোরম ইম্ফাল, অশৈলুপ ইম্ফাল, ফোরেষ্ট এন্দ ইনবাইরোনমেন্ট মন্ত্রী, প্রোঃ গাংমুমৈ কামৈ, মণিপুর য়ুনিবর্সিটিগী ফেকল্টি মেম্বরশিং, ওফিসারশিং, ষ্টাফ অমসুং মহৈরোয়শিং, গভর্ণমেন্ট মুজিক কলেজগীওজাশিং অমসুং ষ্টাফ মেম্বরশিং, গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী, ক্লাকৈথেল ডানষ্টী থোং, মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন, সোসিয়েল রেলফেয়ার ডিপার্টমেন্টকী ওফিসারশিং অমসুং ষ্টাফশিং, মণিপুর ফিলম ডিবলপমেন্ট কোর্পোরেসন, ইম্ফাল, আর্ট কলেজ, ডিবলপমেন্ট ওফ রুরেল য়ুথস, পিপলস ইন্দষ্ট্রিয়েল এন্দ কলচরেল য়ুনিয়ন, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চ অমসুং ওল মণিপুর কলেজ টিচর্স এসোসিয়েসনসু থম্মোয় শোক্না অরাবা ফোঙদোকখ্রে।

আসামগী কাছাব অমসুং লক্ষিপুরদা লৈবা সংস্থান কয়ানসু শ্রীনীলকান্ত লৈখিদবদা লেপ্পুনা অরাবা ফোঙদোকখ্রি।

ওসিসু মণিপুরী লেঙ্গোইজ প্রোটেক্সন কমিটি, মণিপুরী লেঙ্গোইজ ডিবলপমেন্ট সোসাইটি, নহারোল খোরিরোল শাল্লুপ, আসাম মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, লক্ষিপুর দিষ্ট্রিক্ট কমিটি অমসুং ওল আসাম মণিপুরী ষ্টুদেন্টস য়ুনিয়ননা শান্দুনা অরাবা ফোঙদোকপা মীফম অমা পাঙথোকখি। মীফম অদুদা শকক যাখিবশিংনা লৈখিদ্রবগী আত্মানা শান্তি ওইনা লৈখিনবা মিনিট অনী তূমিন্না লেপখি। মীফম অদুদা হাওরম গৌরহরি, আই বিনোদ, কৈশাম পুরনেন্দ্রো, এ মণিহার, এস গোবিন্দ্রো অমসু ময়াংলম্বম নিলমনিনা না ঙাঙখি হায়বি। ■

*('পোক্নফম' ১৫ ০২ ২০০০)*

# নীলকান্ত লৈখিদবদা বিমান বাসুনা অরাবা ফোঙদোকখ্রে

**পোক্নফম ন্যুজ সার্বিস**

**ইম্ফাল ফেব্রুবারী ১৫ ঃ** কম্যুনিষ্ট পাটি ওফ ইন্দিয়া (মার্ক্সিষ্ট) কী পোলিৎ ব্যুরো মেম্বর, শ্রীবিমান বাসুনা লেবাক অসিগী শক্লাইবা কবি, সমালোচক, পণ্ডিত এলাংবম নীলকান্তনা লৈখিদবদা থম্মোয় শোক্না নুংঙাইতবা ফোঙদোকপগা লোয়ননা ওসি লৈখিদ্রবগী য়ুমদা চৎতুনা ইমুং-মনুংগী অরাবদা শকক যাখ্রে।

নীলকান্তনা লৈখিদবসি চাওখৎপা অমসুং শান্তি পামজবা মীওইবা জাতিগী মেনথৎপদা বানগদবা অহাঙবা অমা ওইহৌরগনি হায়না শ্রীবিমান বাসুনা ফোঙদোকখি।

সি পি আই (এম) গী ষ্টেট লুচিংবশিংসু অরাবা ফোঙদোকপা অদুদা শকক যাখি।

মরকসিদা, জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীগী ভাইস চেয়ারমেন ওইরম্বা এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, পদ্মশ্রীনা হৌখিবা থাং ১১ দা ইখঙ খঙচৌদনা লৈখিদবদা একাদেমী অসিনা অরাবা ফোঙদোকখ্রে।

গুরাং একাদেমী অসিগী ডিরেক্টর, শ্রীএল জয়চন্দ্র সিংহনা সভাপতি ওইদুনা অরাবা ফোঙদোকপগী সভা অমা পাঙথোকখি। সভা অদুদা তিনখিবশিংনা ওজা অসিনা লৈখিদবগী অরাবদা শকক য়াবা ওইনা মিনিট অনী তূমিন্না লেপখি।

লৈবাক্কী ওজা অমা ওইনা মতৌক চারবা গুণ কয়ানা লৈতেংবগী মথক্তা সাহিত্যকার, সংস্কৃতিগী লমদসু তোপ-তোপ্না গুণ

কয়ানা লৈতেংলবা ওজা অসিনা লৈখিদবসি মণিপুরগী য়াম্না চাউনা মাঙজরবা অমসুং মেনশিনবদা রানা থোক্লগদবা অমনি হায়না সভা অদুনা লৌখি।

এলাংবম নীলকান্তনা লৈখিদবদা সংস্থান কয়ানা লেপ্তুনা অবাবা ফোঙদোক্লবি। প্রোগ্রেসিব আর্টিস্ট লেবোরেটরী, নেপালী সাহিত্য পরিষদ, মণিপুর রাইটর্স এসোসিয়েসন, লাংমৈদোং মণিপুর ড্রামাটিক এসোসিয়েসন লাংমৈদোং অমসুং পার্ফর্মিং আর্টিস্ট সেন্টরনসু অবাবা ফোংদোকখ্রে।

সি পি আই (এম) মণিপুর ষ্টেট কমিটিনসু প্রোঃ নীলকান্ত লৈখিদবদা থম্মোয় শোক্লা অবাবা ফোঙদোকখ্রে। ■

*('পোক্নফম' ১৬-০২-২০০০)*

# এলাংবম নীলকান্তগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎখ্রে

**পোক্নফম ন্যুজ সার্বিস**

**ইম্ফাল , ফেব্রুবারী, ১৬ :** ঙসি নুংথিল জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমী হলদা পাংথোকখিবা থৌরম অমদা মণিপুরগী তোঙান তোঙানবা সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতিগা মাথং মান্না লৈখিদ্রবা এলাংবম নীলকান্তগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎখ্রে ভারত সরকারনা হৌখিবা গণতন্ত্র দিবস পালনদা পদ্মশ্রী পীদুনা ইকায়খুম্নখ্রবা এলাংবম নীলকান্ত থা অসিগী ১১ গী নুমিদাংদা কেশামথোং এলাংবম লৈকায়দা লৈরম মহাক্কী য়ুমদা লৈখিদ্রম্মি।

মণিপুরদা লৈরিবা সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতিগী সংস্থান কয়ানা খুৎশিন্নুনা শীন্দুনা পাঙথোকখিবা থৌরমদুদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফালগী প্রেসিডেন্ট শ্রীলৈমাপোকপম দামুদোর সিংহনা সভাপতি ওইখি।

থৌরম অদুদা তোঙান তোঙানবা ধর্মগী লাইশোল তৌদুনা লৈখিদ্রবগী থরায়না ঈশ্বরগী খুয়াদা চঙজগনবা নীঙবগা লোয়ননা লৈখিদ্রবা নীলকান্তনা পামজরম্বা ভগবদ গীতাগী তর্পনিথোহশুবা আধ্যায়গী ভক্তি যোগবু মণিপুর সংস্কৃত কলেজগী প্রিন্সিপাল শ্রীনীলবীর শর্মা শাস্ত্রী, কলেজ অসিগী শ্রীকৃষ্ণ শর্মা শাস্ত্রী অমসুং শ্রীঅমুসনা শর্মা শাস্ত্রীনা পাঠ তৌখি। ইস্লামিক কলচরেল রিসার্স এসোসিয়েসন (ইকরা) গী মায়াকৈদগী কাবা আব্দুল কলাম কুরাণগী অহৌবা সুরা ফাতিহাগী কীরদ পাঙথোকখি ডান্স একাদেমীগী মায়াকৈদগীনা শ্রীমতী থোবানী শারী অমসুং শ্রীমতী সোরোজিনী দেবীনা 'পীননিয়ু চোরোন থম্বাল, তাইবঙ ঈপাক লাম্লমদাই, থবাবগা হকচাংগা শাইনরম্মদাই, অবোয়বা খোঙচৎ ওইরমদাই পীনবিয়ু চোরোন থম্বাল হায়না শৈহৌবা লাইশোল ঈশৈ অমা শকখি।

স্বর্গীয় ওইখ্রবা নীলকান্তনা হিংলিংঙৈদা হকচাং থেনবা থোননহৌবা মণিপুরগী সাহিত্যগী লমদা শক্লাইরবা মীওই কয়ানা মহাক্কী (নীলকান্ত) মনমদা রা তাঙখি। মীওই ১৫ রোম্না রা তাঙখিবা অদুগী মনুংদা শ্রীজি চন্দ্রকুমার শর্মা, রাজকুমার ঝলজিৎ সিংহ পদ্মশ্রী, মহারাজকুমারী বিনোদিনী দেবী পদ্মশ্রী, শ্রীনীলবীর শর্মা শাস্ত্রী, শ্রীখাইদেম বিহারী, শ্রীচোংথাম মণিহারসু যাওখি।

সভাপতিনা লুচিংদুনা স্বর্গীয়গী ফোটোদা লৈ শু কৎপগা লোয়ননা পাঙথোকখিবা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎপা অদুদা শকক যাংখিবা পুম্নমক্না মিনিট অমী তুমিন্না লেপ্তুনা লৈখিদ্রবগী মফমদা ইকায় খুম্নবা উৎপগা লোয়ননা অবাবা ফোঙদোকখি।

মবকসিদা, রাইটর্স এসোসিয়েসন, ককচিং, মণিপুরী রাইটর্স এসোসিয়েসন, নেপালী সাহিত্য পরিষদ, মণিপুর, ডি এম কলেজ ওফ আর্টসকী টিচিং অমসুং নন টিচিং ষ্টাফশিং, সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিং অমসুং খ্বায়গী সেবা মরূপ, ইম্ফালনসু এলাংবম নীলকান্তনা লৈখিদবদা অবাবা ফোঙদোকখ্রে। ■

*('পোক্নফম' ১৭-০২-২০০০)*

## অবাবা ফোঙদোকপা

ইম্ফাল ফেব্রুবারী ১৮ ঃ এলাংবম নীলকান্ত সিংহ পদ্মশ্রীনা থা অসিগী ১১ দা ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা লৈখিদবদা গুহাটি য়ুনিবর্সিটি মণিপুরী ষ্টুদেন্টস য়ুনিয়ন্না অবাবা ফোঙদোকখ্রে। অবাবা ফোঙদোকপগী মীফম অমা তাং ১৩ দা প্রোফেসর ডাঃ এন. সনাজাউবনা ময়ায় তাংবল লৌদুনা কমখি।

অতোপ্পা অমনা, বনিয়ান রিপরটরী থিয়েটর, ইম্ফাল অমসুং ডব্লিউ সনাতোম্বা সঙ্গীত নাট্য কলেজ, থৌবালগী ষ্টাফ, নন-টিচিং ষ্টাফ, গভর্নিং বোডিগী মেম্বরশিং অমসুং মহৈরোয়শিংনসু এলাংবম নীলকান্ত লৈখিদবদা অবাবা ফোঙদোকখ্রে। এলাংবম নীলকান্ত সিংহ পদ্মশ্রীনা হৌখিবা তাং ১১ দা লৈখিদবদা রূপহমল থিয়েটর অমসুং মোইরাং কংলৈ ঈশৈ শৈদমশঙ, সেগা রোড, খ্বাইরাকপম লৈকায়না অবাবা ফোঙদোকখ্রে। ■

*('পোক্নম' ২০-০২-২০০০)*

## অবাবা ফোঙদোকপা

এলাংবম ওজা নীলকান্তনা ফেব্রুবারী তাং ১১, ২০০০ গী অহীংদা খণ্ডহৌদনা লৈখিদবদা সংস্কৃতি কলাগী লম্ কয়াদা লমজীংবগী থৌদাং লৌবিরম্বা অমদি মমল নাইদ্রবা দান কয়া তৌবিরম্বা থোইদোক্লা মণিপুরী ফিলম চাওখৎনবা হোৎনবদা লৌবিরম্বা চাউরবা থৌদাং— মরু ওইনা ফিলম পোলিসি অমা শেম্নবা গভর্ণমেন্টতা হন্না হন্না তকশীনবগী অকনবা খোঙজঙ লৌবিরম্বা কয়া শীংথাদুনা অমদি নীংশিংদুনা ফিলম ইন্সটিট্যুট মণিপুর; ইম্ফাল সিনে ক্লব, এসোসিয়েসন অমদি এক্সন কমিটি ফোর ফিলম সংস্থানশিংনা অবাবা ফোঙদোকপা মীফম অমা ফিলম প্রদ্যুসর ডিরেক্টর কে. ইবোহল শর্মানা সভাপতি ওইদুনা তাং ১৩।২।২০০০ গী অয়ুক্কী পুং ১০ তাবদা এক্স সিনে ষ্টুদিও পাউনা বাজারদা মিনিট অনী তুমিন্না লেপ্তুনা পাঙথোকখি। ওজানা লৌখিদবসি মণিপুরী সংস্কৃতি কলাদা মেনখৎপা য়াদনা মাঙজরবা অমনি তেংথাজবগা লোয়ননা ইমুং-মনুংগী অবা-অনাদা শরুক য়ারি হায়না ফোঙদোকখি। ওজাগী আত্মানা মতম চুপ্পদা ঈশ্বরগী মফমদা তিন্দুনা লৈবা ওইসনু হায়না প্রার্থনা তৌখি। ■

*সহি/- ইবোহল শর্মা*

*('পোক্নম' ১৪-০২-২০০০)*

## শোক প্রকাশ

হৌখিবা তাং ১২।২।২০০০ ইং, থাংজ নুমিৎকী নুংথিল ২ তাবদা শ্রীলোজেম কুলবিধু সিংহ, ডিভাইন লাইফ সোসাইতি, ইম্ফাল ব্রাঞ্চকী ভাইস প্রসিদেন্টনা সভাপতি ওইবিদুনা শ্রীহইরেম দেবেন্দ্রকুমার সিংহ, জেনেরেল সেক্রেটরী, ডিভাইন ল.ইফ সোসাইটি, ইম্ফাল ব্রাঞ্চগী ময়ুম কৈশামথোং লাইশোম লৈরক্তা পদ্মশ্রী স্বর্গীয় এলাংবম নীলকান্ত সিংহজীগী অথুবা শোক সভা অমা

পাণ্ডথোকখি। সভা অসিদা স্বর্গীয়গী মরমদা শীংথাদুনা সর্বশ্রী রাজকুমার মহাবীর সিংহ অমসুং শ্রীথিয়াম মুনিন্দ্রকুমার সিংহ, হান্নগী ডিভাইন লাইফ সোসাইটিগী প্রসিদেন্টনা য়াম্না মরীক চুন্না বা ঙাঙবিখি। সভা অসিনা স্বর্গীয় নীলকান্তজীগী আত্মানা ঈশ্বরগী খুয়াদা শান্তি ওইনা লৈনবা মিনিট অনী তুমিন্না লেপ্পুনা প্রার্থনা তৌজখি। লোয়নননা লৈখিদ্রবগী পরিবারগী অবাবদসু শরুক য়াজরি। ■

*শ্রীলোখজম কুলবিধু সিংহ, ভাইস প্রসিদেন্ট, ডি.এল. এস. ইম্ফাল*

*('পোক্কম' ১৪-০২-২০০০)*

## এলাংবম নীলকান্তনা লৈখিদবদা

মণিপুরগী কলা অমসুং সংস্কৃতিবু মালেমদা শকখঙহনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিরম্বা মীয়াম্না শকখঙনরবা পণ্ডিত, স্কোলার অমসুং সমালোচক পদ্মশ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবদা কোরস রিপরটোরী থিয়েটরনা ওজাগী আত্মানা লাইরেমলেন্দা শান্তি ওইনা লৈখিনবা থৌনিজবগা লোয়নননা ইমুং-মনুংগী অবাবদসু শরুক য়াজরি। ■

*— কোরস রিপরটোরী থিয়েটর, ইম্ফাল*

*('পোক্কম' ১৪-০২-২০০০)*

## পদ্মশ্রী শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা খঙহৌদনা লৈখিদবদা অবাবা ফোঙদোকপা

ঙসি ফেব্রুবারী তাং ১৩।২।২০০০ ইং নোংমাইজিং নুমিৎকী নুংথিল পূং ৬ তাবা মতমদা এরিয়ান থিয়েটরগী মেম্বরশিংনা পদ্মশ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা হৌখিবা তাং ১১ গী নুংমিদাংদা খঙহৌদনা লৈখিদবদা অবাবা ফোঙদোকপগী মীফম অমা এরিয়ান থিয়েটরগী প্রসিদেন্ট, শ্রীঅরাম্বম সমরেন্দ্রনা সভাপতি ওইদুনা পাঙথোকখি। এরিয়ান থিয়েটরগী মেম্বরশিংনা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা মণিপুরী সংস্কৃতি অমদি সাহিত্যদা তৌরম্বা থবকশিংদা নৌহৌননা নীংশিংদুনা মহাক্না মণিপুরী সমাজদা তৌরম্বা দানবু শীংথাখি। শ্রীনীলকান্ত সিংহনা লৈখিদবসি মণিপুরী সমাজগী মেনখৎপা ঙম্নরোইদবা অমাঙবা অমনি হায়না থম্মোয় শোক্না অবাবা ফোঙদোকখি অমদি ইমুং-মনুংগী অবাবদা শরুক য়াখি। মেম্বরশিংনা মিনিট অনী তুমিন্না লৈদুনা লৈখিদ্রবগী আত্মা শান্তিগীদমক ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌখি। ■

*— সেক্রেটরী, এরিয়ান থিয়েটর*

*('পোক্কম' ১৪-০২-২০০০)*

# অহাঙবা অমা

***নহাকপম অরুনা***

ওজাবু শক খঙবা হৌখিবসি মায়থোঙদা নত্তে. খুৎইদনি। কলেজ তমখৎলকপা অহাইদা য়াম্না পাম্না পাঙখি **'অচাইবা লৈ'** গী 'বসন্তনা কৌরবদা' অমসুং 'মাধবী অমুক পারুবদা'। করিগুম্বা অমা পারুরগা পুক্নীংদা পান্নকপা বাফম থরা ফোঙদোক্লীংলক্লিবসি মসিগী মম্নিবু ওইরগদ্রা ?

য়ুম পান্নবা মতুংদা ওজাগা য়াম্না নক্না লৈরক অমত্তদা খা-বাং লৈমিন্নরকখি। নুমিদাংবাইরমদা ইতৎ তন্তনা মশা-মঊ ফবা ওজানা য়াম্না হৈনীংবা খোঙথাঙদা চহীগা তেমশীংনরদুনা হেক হেক চৎপা উই। মথৌ চিনবা চুমদ্রিংনি, লম্বীদা চৎপা মী-পোং থোইদোক্লা উগন্দে। লম্বীদা তন্তনা থৈনরবসু ওজানসু উবিদে, ঐনা ওজাগী খোঙথাঙদা অপনবা পীদুনা কৌজরুবসু ঙম্লুদে। অদুবু ওজাগা থেংনবদা ঐঙোন্দা ইথৌ নীংশিংহন্নি, থৌনা হান্নী। ওজাগী খোঙথাঙনা করিনো মদি শোয়দনা হায়বিরম্মী।

য়াম্না থাজদনা নক্না লৈরম্বা মঙাল অদু খংমুৎ মুৎখি— ওজা নীলকান্ত লৈখিদ্রে। মঙগুম্না ৫ থাকই, মঙলারুবা ওইহন্নীংঙি। কায়নবগী অমম্বসিদগী মীৎ অমুক্তং পাঙথোক্লীংবনি। মীকপ থোক্নুনা মঙলারুবগী অবাবা, অকিবা তাম্নোকপা ঙমদ্রে। থম্মোয়দা অহাঙবা অমা শাফু কন্না ফাওরকই। তুফক-তুফাই চন্না পুক্নীং ইশোন শোম্বরকই। মীংলূদগী থিংবা য়াদ্রবা অশাবা ঈরীক থরনা থম্মোয়গী মপাউ তন্নরি। ওজা চৎখ্রে মহাক্কী মণিপুর থাদোক্নুনা।

লাইরিক ফোঙবগী থৌরম কয়াদা ওজাগা পুন্না শরুক য়ামিন্নখি। সেমিনার কয়াদসু ওজানা অচুম-অরান তাকপিদুনা পুক্নীং থৌগৎপিখি। নক্ন উন্নবা কয়াদা করি পারে, করি ইরি তোয়না হংবিদুনা সমালোচনাগী লমদা করিসু খঙদ্রিবা ঐহাকপু নীংহন্নদুনা চেনখিদনবা পুক্নীং ফাথবিরম্মী। ওজাগী তোঙানবা পার্সনেলিটি অমদি অহক্লোন, নহারোল অনীমক খঙবা, কোনশিনবা ঙম্বা মগুণ অসিনি। অরিবা মীৎয়েংদা অনৌবা কয়া ওজানা উখি। লৌশিনবগী চোকথবা নাইখিদবা খুৎনি। তমজনফমনি। করন্নবু তমসিগবা।

ওজা য়াম্না চীং-লেম্মী। অদুবু করিগুম্বদসু থাজদনা ফাগি তৌথোরকই। থৌবালদা লাইরিক ফোঙবা চৎমিন্নবদা মতৌ শুকমান মান্দনা ওজানা ঐঙোন্দা ফাগি তৌরকই— "অরুনা, ঙসিদি নঙগী শৈফমনি। ফজনা হায়রম্মু ইবেম্মা। নঙনা হায়বদু ঙসিদি ঐখোয়সু য়ারে, য়ারে হায়রগদবনি।" মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা মেনশিনবা ঙম্নরোইদবা অহাঙবা অমা থনম্নগা মতমগী খোঙচৈনা ওজাবু পুবিখ্রে। হৌজিকসু পুক্নীংগী মীৎনদি ওজাবু উরি। ওজাদি মতম পুম্নমক্তা ঐখোয়গী থম্মোয়দা মায়কৈ তাকপা ধ্রুবতারাগুম্না লৈহৌরগনি। ■

*('পোক্নফম' ১৬-০২-২০০০)*

# মণিপুরগী নুমিৎ অমা খঙহৌদনা তাশ্রে

*ডা ঃ লালচেনবা মীতৈ*

**নহান অহিং চাওউরাক্লা পুং ১১.৩০ মুক তারমলগনি।** টেলিফোন অমা য়াম্না কুইনা খীংলকখি। মমৈদা অঙাংনো হায়রকই **সঙাই এক্সপ্রেস** তগী **লাকপনি।** ঐ খংপ্রেক খংই। লোংনা হৌগৎলি। **খল্লি,** করি থোক্রবজাংনো। অসুমনা থেঙনা প্রেসতগী পাউ লাকপসি করিনোমা হোক্তা ওইগল্লি। ঐহাক ইপা পাখৎলি। দোলান মথক্তা লৈবা ঐগী কাদগী তফিং তফিং মখাদা চেম্থরকই। অদুবু টেলিফোন পায়রম্বদা খঙলে — ওজা নীলকান্ত লৈখিদ্রে। ঐ খাই লাওই। থাজদে অদুবু পাউদু অশেংবা ওইরম্লে। ওজাগী মতাঙদা অকৃপ্না মরোল অমা হায়বা তাখি। ঐ লায়না চেম্নবা মী অমগুম য়ুমগী লাইব্রেরী কাদা চঙলম্মী অদুগাওজা নীলকান্তগী লাইরিক্তা মাগী বাইও দেটা য়াওবা থিরম্মী। লাইরিক মথং মথং লৌথোক্তুনা থিবদা খঙহৌদনা থোরকই ওজাগী শৈরেং লাইরিক **তীর্থ যাত্রা** মকোক মরু ইখুম খুমজিনবা কনানো অমনা অমম্বা মরক্তগী অঙানবরোমদা চৈশু পায়রগা চন্দোন-চরা থিন্দুনা চৎপা য়েকপা লাইনা মখুম ওইবা ওজাগী শৈরেং লাইরিক **তীর্থ যাত্রা** অসুম অসুম অর্থ থোক্রকই। নীংশিংলকই লাইরিকসি ফোঙবদা ওজানা হায়খিবা — মমিংসি মীনা ফজদে থোনগনু হায় অদুবু ঐদি করিগীনো খঙদে মমিংসিদা অসুম পামদুনা লৈ, হোংদোক্কে হোংনবা থক ঙমদে। ঙসিদি ওজাগী বাহৈশিংদুগী তোঙানবা অর্থ অমা থোরকপগুম তৌই। তশেংনমক ওজা নীলকান্ত মঙালগী মায়কৈ তম্না চঙশিল্লক্রিবাতীর্থ যাত্রী অমনি। বৈষ্ণবনি অদুবু জ্ঞানযোগী অমসুং কর্মযোগী অমসুনি। পুন্সিবু অচৌবা সাধনা অমগুম্না লৌখিবা নুংশিরবা ওজা নীলকান্তনি।

টেলিফোন অমুক খীংলকই। ঐ জ্ঞান খংতা তাই। অসুম্না কুইনা কাঙ মরক্তুদা লেপ্পুরবনো হায়বা ঐ খঙদে। টেলিফোন মনাক্তা খঙচেন চেনশিল্লি। **সঙাই এক্সপ্রেস** তগী মরুপ রনবীরনবা হায়রকই — ওজা য়ারনি। ওজা নীলকান্তগী য়ুমদগী অঙাংশিংনা পুরক্রে। টেলিফোন থমখি। ঐনসু থমখি. অদুদগীদি ঐ অমুক চঙখি লাইব্রেরী কাদা । ওজাগী **তীর্থ যাত্রানা** মথক ইথং থংলদুনা ওজাগী লাইরিকশিং মথং মথং লৈরম্মী। লাইরিক খুদিংমক মরোল থোকপগুম তৌরকই। হাংদোক্তবা চেনাশিংনা ঐঙোন্দা মুম্না য়েংলকপগুম তৌই। ঐ খংশোন শোম্থখি। টেলিফোন অমুক খীংলকই। ঐহাক জ্ঞান খংতা তারকই। ফক্লাংগী ঘড়ীদা য়েংখৎলুই অহীংগী পুং ২ মুক তারম্লগনি। টেলিফোন থাঙ্গৎলুবদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জেনরেল সেক্রেটরী লমাবম গোজেন্দ্র ওইরম্মী। ওজা লৈখিদবগী পাউ থম্মোয় শোকনা তম্লকই। ঐ থোইদোক্লা রা অমত্তসু ঙাঙলুদ্রে মরক মরক্তা মহাক্লা ঐগী টেলিফোন থমগ্রবরা হায়না হঙ্লো, হঙ্লো হায়না হংলকই। ঐনসু অদুম খুমখি। ওজা গোজেন্দ্রনা টেলিফোন নম্বর কয়া হংলকখি ঐনা হৈনিংদনা খুমখি হয়েং তৌরসি।

থম্মোয়নুংদা হায়ফম খঙদবা ঈথিল অমনা ঐবু তত্তনা লাকথুবগুম তৌরম্মী। ওজাগী লাইরিকশিং পুদুনা ঐ ফমুংদা চঙলে। টেবললেম্প থাঙ্গৎতুনা ঐহাক হীপ্না পীপ্না ওজাগী শৈরেংশিং পারম্মী। অনৌবা অর্থদা অনৌবা সুর অমা তাবগুম তৌই। খঙহৌদে অহিংদু করম্না হৌখিবা। য়েন খোংলকই। নোং ঙাম্লমাগ্রে, উচেকশিংগী খোঞ্জেল তারকই।

অয়ুক ঙস্তা ওজা আই. এস. কাঙজমগা ওজা নীলকান্তগী য়ুমদা চৎলম্মী। কোম্থোং কানশিনবদা খঙহৌদনা থম্মোয় শোক্রবা খোম্থোক পুবা অপুনবা শৈহেক অমা তারকই — **"কৃপাগী থৌরীনা ঙক্তা পুন্দুনা চীংশিনবীয়ু চরণ নাক্তা। ননাইগী অরোয়বা মীকুপসিদা উহনবীয়ু নঙগী যুগল রূপ।"** থম্মোয়দা থুক লাওবা অমা ফাওখি। খঙহৌদনা মীৎতগী পি তাখি। পুং য়াওদে ঝাল মাঙ্গং অমত্তসু খীংদে। মণিপুরগী নহা ওইরিবা কলাকারদগী অহল ওইরবা কলাকার কয়ানা পুম্না থম্মোয় শোক্লা শকান্নিয়রম্মী। অদুগীদি মথং মথং উরকই— মণিপুরগী জগোই, ড্রামা অমসুং সাহিত্যগী শক্লাইরবা মীওই কয়া কয়া । মমিংতা পিতনা পুমথন থম্লদুনা মরু লুকথদুনা লেপ্লা। ঐনা ওজাগী থবায় য়াওদ্রবা হকচাংগী নাক্তা কেমেরা পুশিন্দুনা চঙলুই। ঐগী ইতৌ খঙবশিংনা হায়নরম্বা নাইদনা লম্বী ফাৎপিরকই। হীক্লা কপ্পিবা ইমুংগী মীওইশিংনা আঙৌবা ফিনা খুমজিনথ্রিবা ওজগী মায়থোঙ হাইদোক্তুনা য়েংহম্লকই। ও! ওম্থোক্লা নীংঙমদেদা। ঐবু হেক উবদা হরাওনা কৌরম্বা ওজা নীলকান্তনা মমিৎ চেজেংৎ উইশিন্দুনা

তৃমিন্না হীপলম্মী। মরায়বক্তা নামাবলী নম্নবা ফিনা কৃপলম্মী। মমা লমদম মণিপুরগীদমক চেন-চোংজবদা চোকথবা লাইখিদ্রবা ওজা নীলকান্ত অঈংবা নীংথমগী অয়ুক্তুদা তৌবাংফঙ্গা হীগুনা তৃমিন্না লৈবম্মী। থবায় য়াওদ্রবা ওজাগী হৃকচাংদা ইথঙ্গা থম্মোয়নুংদা বাহং কয়া হংলম্মী। অবোয়বা খোঙচৎকিদমক খোঙশানগ্রগদবা ওজাগী হৃকচাংদা লৈ মনা অমা কৎলুবদদি মতম কয়া বানা থিংগৎতুনা থম্নুববা মীৎকি শিনা খঙহৌদনা মিৎপান লান্না চেন্থরকই। ওজা নীলকান্ত ঐগা নকশিন্নজবা কুইদ্রি। চহী খবতমক মঙাইরি। অদুবু তেল্লবা মতমসিদা ওজানা ঐঙোন্দা পীবিবম্বা থৌনা অমসুং তাকপীবম্বা রাখলদি কয়ানি। ঐগী নাকোংদা ঙসিসু ঙঙদুনা অসুমক লৈবি — লনচেনবা মীৎয়েং অমদদি নঙগা ঐগসি গুরু ভায়নিনে। নঙসু হিন্দী কবি অজ্ঞয়বু পামজবনি অদুগা ঐসুনি। মহাক ইবানিগীদি গুরুনি। মহাক্কী 'কিতনী নাঁও মেঁ কিতনী বার' নঙ নত্তুনা কনানা মণিপুরীদা অনুবাদ তৌবিগনি। ওজাদি চৎত্রে অমুক হৃদক্রুরোইদবা মঙালগী লম্বী অমদা। ওজাগী সংস্কারগী মৈখু য়েংলগা ঐনা ইথঙ্গা থম্মোয়নুংদা খঙখি — "কৃপাগী থৌরীনা ঙক্তা পুন্দুনা চিংশিনবীয়ু চরণ নাক্তা। ননাইগী অরোয়বা মিৎকুপসিদা উহনবিয়ু নঙগী যুগল রূপ...।" মথংদা অমুক ওজানা পামজনা তত্তনা শোঞ্জবম্বা সংস্কৃত শ্লোক — তমসো মা জ্যোর্তিগময়। ওজাগী আত্মানা শান্তি ওইনা ঈশ্বরদা তিনবা ওইরসনু। ■

*('সন্তাই একপ্রেস' ১৩-০২-২০০০)*

# এলাংবম নীলকান্ত অমসুং মণিপুরী সংস্কৃতি

## (থিবগী লম্মীদা তীর্থ যাত্রী অমা)

*ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ*

হন্দক্তা লৈখিদ্রবা (তাং ১১।২।২০০০), হৌজিক ফাওবদা লেপ্লা লৈতনা অবাবা ফোঙদোক্লরক্রিবা কবি অমসুং পণ্ডিত ওজা নীলকান্ত সিংহদি (১৯২৭-২০০০) মায়থোঙ য়ান্না লোঙবা মণিগুম হীরম-থৌবম, শিন শূবা, মণিপুরী ইমাগী অতাঙবা মপাবা অমনি। মহাক মনুং-মতম চাদনা মশাগী চহী ৭৪ চঙলকপদা কাঙনা চীকপদগী মেলেরিয়ানা নাদুনা শিখিবনি। মহাক অমসুং মাগী লোয়নবী শ্রীমতী থৌনাউজম নিঙোল এলাংবম ওংবী সুরোধোনী দেবীগা লোয়ননা আমেরিকাগী পেনসিলভানিয়া স্টেটকী দানবিল শহরদা ডাক্তর ওইদুনা লৈরিবা মচানুপা দিলিপকুমারগী মনাক্তা থা ৬ বোম আমেরিকা কোয়বা চৎলুই। জুন ১৬, ১৯৯৯ দা আমেরিকাগীদমক্তা ময়ূম থাদোক্তুনা যাত্রা তৌখি। কলকত্তাগী মণিপুর ভবন্দা চয়োল অমবোম লৈরম্নগা জুন ২৩, ১৯৯৯ দা এয়ার ইন্দিয়াগী টিকেৎতা আমেরিকাগীদমক্তা যাত্রা তৌখি। মণিপুর ভবনগী কাম্বল খন্দবা ফমুংদা নুমিৎ খরা য়ারেকপদগী কাঙনা চীকখি। আমেরিকাদা থুংলবা মতুং নুমিৎ ১২ রোম লৈরগা অরুম-লাইহৌ (মেলেরিয়া) না মবানীমক নাবা হৌবকখি। চাওখৎলবা আমেরিকাদদি মেলেরিয়াগী লায়না অসি লৈদ্রে। য়েংবদা পৈশা য়ান্না তিংঙি হায়।

ওজা নীলকান্তনা মেলেরিয়ানা নাবগী মতাঙদা মশামক্তা খুৎই ওইনা ইদুনা থনম্নবা 'আমেরিকাগা উন্নবা' কৌবা লমকোয় বারীদা ময়েক শেংনা পল্লম্মী। লমকোয় বারী অসিগী অহানবা তাক্তক (রাহৌদোক) অদু 'সনথোঙ' (ফেব্রুয়ারী, ২০০০) দা ফোঙলে। মতাঙ অসিগী মরমদা অসুন্না ইবা থেংনে। "...রাকম অমতংদি পন্দবা ইঙম ঙমদ্রে। অসুম নুংঙাইনা লৈবদগী জুলাই তাং ৫ গী অন্থাইদা হৃকচাংসি শাগৎলি। লাইহৌ মচানি হায়দুনা গুলী খরা য়োৎশীল্লি। ফত্তে। তাং ৮ দদি শ্রীমতীগা ঐহাক্তা অনীমক হৃকচাংসি থক থক নীক্রক্রে। ইচানুপাদা হংঙি—মসিয়ু অমুক্তা থেংনক্রিবা (ইশাগা) অকম অপূম্বা, পৃথি ফাওরবা মেলেরিয়া হায়বদু ওইরবরা? পায়দুনা য়েংঙি। শোয়দ্রে। দোলর ১০০ তিংদুনা নুমিৎ হমনিগী কোর্সতা গুলী ১০/১০ পীজে। পূংফ ফরে। নীংশিংলকই— কলকত্তাগী মণিপুর ভবন্দা কাম্বল য়াওদনা তুম্বদা, থাদোক্রমদাইদা কাঙ অমা-অনী চীকখি। মদুননি শোয়দ্রে। চেকশীনমন্দে হায়দুনা লাউদুনা ইন্ফালগী চেফোঙদা ফোঙনবা সম্পাদক্তা ইবা চিঠি অমা থায়— কলকত্তাগী মণিপুর ভবন্দগী

মেলেরিয়া শন্দোক্লে। ফোঙবিরমদবসু য়াই। মেলেরিয়ানা নাবগী লৈবাক মচা তাবা মওং অমা লৈ। হেক চীকপগা নোংঙাম্লগা নাহন্দে। হৌদোঙনা উচি মচা ফারগা শারাক তমদুনা শাম্লহন্নগা চাথোকপদৌনা মহীক্লা ঈদা চঙপ্রগা থাখায়মুক্তি পোৎথাহল্লি, চীংনহন্দে, মতৌদি হকচাং নাদনবনি হায়দুনা কলকত্তাদা (মণিপুর ভবন্দা) মিনরেল ৱাটরগী বোটল ২০ মুক থনম্মী।" (লাং২৫) শিবগী মরমদা তম্বা ঙমদে হায়ববু, হৌজিক্কী চাওখৎলবা মতমসিদা মেলেরিয়ানা নাদুনা শিবা হায়বসি তাবদা য়াম্না নুংঙাইতে। ওজা নীলকান্তদি য়াম্না তাওবা, মহাক্কী মহৎ শিনবদা ৱানা থোক্লগদবা মীশক অমনি। ঈশ্বরনা মহাকপু ত্রিংতনবিরম্লগা মগী মহৎ তা ঐখোয়গুম্বা মীশক লীশীং অমা লৌশীনবিরম্লবদি য়াম্না নুংঙাইরম্লগদবনি। অদুবু ঈশ্বরনা মাপু লৌশীনবিখ্রে।

মণিপুরগী সাহিত্যাদা ওজা নীলকান্তগী খুদোল য়াম্না চাউই। কবি অমা ওইনা, কৃতিক অমসুং ৱাবেং ইখ অমা ওইনা মহাক্কী মফম চাউনা লৈ। মসিগী মরমদা ইনবা খবসু লৈরে, মপুং ফাদ্রবসু। অদুগা ওজা নীলকান্ত সিংহনা মণিপুরী ভাষা, ঈশৈ, সংস্কৃতিগী মরমদা তৌবিবা খুদোলগী মবমদদি ঙসিফাওবা কনা অমত্তনা কৃপা নৈনদ্রি। মণিপুরী সংস্কৃতিদা ওজা নীলকান্তগী মীৎয়েং করিনো হায়বসি হৌজিক্তি য়াম্না কৃপা নৈনবা য়ারে। মরমদি হৌখিবা চহী ৫০ অসিদা মহাক্লা লেপ্লা লৈতনা মণিপুরী সংস্কৃতিগী মবমদা কয়া ইবম্মী, কয়া হায়বম্মী, কয়া থিজিন্নম্মী। খৃ কৃ ১৯৬১ দগী ওজাগা ঐগা নক্লা লোয়নজবকপা মহাক্কী ছাত্র অমা ওইনা (ডি.এম. কলেজদা ঐখোয়বু ফিলোসোফী তম্বিবকখি) অমসুং সাহিত্য সংস্কৃতিগী সংস্থান কয়াদা পুল্লা থবক তৌমিন্নরকপগী খুদোংচাবা ফংজবকখিবনা মাগী ৱাখল, মীৎয়েং খরমখৈদি খঙবা ঙমর্জখি। ইদুনা থনম্বা কয়া অসি নজুনা সাহিত্য পরিষদকী ওফিসতা, মিটিং তৌফমদা কয়াদা ওজাগা ৱারী শাক্তবা, নৈনবা, মখৈ তৌনবগী তাঞ্জা কয়া অনা ফংজখি। মসিদগীসু ওজাগী ৱাখল্লোন খরদি খঙবা ঙমজখি। ওজাদি লৈবাক্কী ওজানি, মীয়ামগীনি, মণিপুর অপুম্বগীনি। সাহিত্য, কলা, সংস্কৃতি, ধর্মগী থবক তৌবা খুদীংমক্লা ওজাগা শম্লদবা, খঙনদবা অমত্তা লৈনম্মোই। হৌগৎলক্লিবা সাহিত্য পামজনা নহারোলশিংনা ওজাবু লাইদৌনা খনখিবনি। ওজাগী ৱাহৈ অমবু ঈশ্বরগী ৱাণী ওইনা খঞ্জদুনা ওজাবু ৱাহৌদোক ইনবা লাইবিক ফোংদোকপিনবা, ৱাহৈ শমা হংবিনবা কোয়তোল ওলখি। মহাক মণিপুরগী মনুংদা খ্যাদগী থবক চিনবা, ঙাইহাক্তা শংদবা মীশক অমা ওইখি।

১) মণিপুর অমসুং মণিপুরী সংস্কৃতিবু নুংশিবা মীশক অমা ঃ ওজা নীলকান্ত মণিপুরী সংস্কৃতিবু থম্মোয় শেংনা নুংশিজবা মীশক অমনি। মণিপুরদা পোক্লগা মণিপুর অমসুং মণিপুরী সংস্কৃতিবু নুংশিদবা, মশক খঙদবা লৈতবা নত্তে। মহাক অদুগুম্বা মীশক নত্তে। মখা তত্তনা হায়খি--- "মণিপুর নঙগীদমক ৱাদবা ঙমদে।" চায়াম পোকপী লাযববা মমানা মচা মযাখ্বু নুংশিজবগুম মখা মথল-মখা যাম্লবা সংস্কৃতিগী মচল খুদীংমক নুংশিনম্মী, মখোয়গী চাওখৎনবা খল্লম্মী, শিথরকপদা খম্মোয় শোকখি। মতমগী চৈথেঙনা মাঙথবক্লিবা মণিপুরী সংস্কৃতিগী মশক্তা মহাক্লা তত্তনা তেংথাজখি। মণিপুরী সংস্কৃতিগী পুক্কৈদি অচৌবা সভ্যতাগী মশক্লি হায়বসি চেৎনা থাজবম্মী, ঐখোয়না মণিপুরী সংস্কৃতিগী মবমদা তিলাদবা, খঙগদবা, নৈনগদবা য়াম্না ৱাথলি হায়বম্মী। মপুঙ্গি চুপ্লা মণিপুরী সংস্কৃতি নৈনদুনা লাক্লবা মীশক অসিনা কয়া লাউবম্মী – ঐখোয় মণিপুরী সংস্কৃতিগী মবমদা করিসু খঙদ্রি। মসি য়াম্না উবগা হায়বকপনি।

২) মণিপুর অমসুং ভারত ঃ মণিপুরী সংস্কৃতি অসি ভারতকী অপুনব সংস্কৃতিগী মশক অমনি হায়বসিদা চেৎনা থাজখি অমসুং প্রমাণ কয়া তৌবম্মী। মাগীদি য়াম্না পাকপা মীৎয়েংনি, খুবা নত্তে। মহাক লমদম লমদমদগী হেন্দোক্তবা ৱাখল (রিজনেলিজম) দা থাজদে। সংস্কৃতিদি ৱাজনীতি নত্তে, য়াম্না পাক্লা শন্না নৈনগদবনি। মণিপুর সংস্কৃতি অসি মবোল মবোল্ল কয়া লৈবোন চন্দুনা লৈত্রে। লৈবোন অমত্তা খঙলগা য়ারোই, পুম্না খঙগদবনি। মণিপুরী সংস্কৃতিগী মশক শাগৎপদা প্রভাব, ঈথিল মচাক কয়া চঙখ্রে। মসি অবানবনি হায়না য়াবোই। প্রভাব কয়া চঙপ্রবসু মশাগী তোপ-তোপ্লা মশক অমা শাগৎপা ঙম্মী। মসিনি মণিপুরী সংস্কৃতিগী ঙক্লা ফঙবা মশক। জগোয় বাস, সংকীর্ত্তন অসি অতোপ্লা মচাক, প্রভাব কয়াদগী শাগৎখিবা ওইবসু লমনা অসিগী ঈশিং-নুংশিৎ, হাব কয়াদগী শেমখিবা মবম্না মণিপুরী সংস্কৃতিগী তোপ-তোপ্লা খুৎশেম ওইবি। সংস্কৃতি নৈনবা মীৎ উইশিন্নগা অমম্বা কাচিন্দা ফম্লগা নৈনগদবা নত্তে। মণিপুরী সংস্কৃতি য়াম্না লিববনি, তাম্ত্রিক্কী সাধনা, প্রভাব য়াম্না তাখি।

৩) লাই হরাউবা অমসুং নট সংকীর্তন ঃ লাই হরাউবা অমসুং নট সংকীর্তন অসি ক্লাসিকেল থাক্কী জগোয়নি হায়না কয়া পুখৎলম্মী। মসিবু ভারতকী পণ্ডিতশিংনা খঙবিদবসি অবাবনি হায়না তেংথারম্মী। মসি ঐখোয়না শোন্নমনবদগী তৌবনি হায়বম্মী।

৪) অবাং-নোংপোক এসিয়া ঃ ওজা নীলকান্তনা মণিপুরী সংস্কৃতি নৈনবদা অবাং-নোংপোক এসিয়াদা মীৎয়েং থমদুনা নৈনগদবনি হায়বসি মাগী অথেঙবা ৱাখল্লোন ওইনা লাকখি। মসিদা মহাক চেৎনা থাজখি। মসিগী মাযকৈদা নৈনবদা অনৌবা মশক-মঙাল কয়া থোক্লক্লনি হায়বম্মী। অসিনচিংবা কয়া।

ওজা নীলকান্তগী সংস্কৃতিগী য়াথক্লোন, মীৎয়েং নৈনবদা মাগী ফোঙলবা লাইরিকশিং অসিদা নত্তনা মানা ইরম্বা য়াহৌদোক কয়া, য়াবেং, সেমিনার পেপর কয়া পাবা তাই। মাদি বাংলা অমসুং সংস্কৃতসু য়ুন্না খঙবা মীশক অমনি। অদুনা মাবু মশক খঙনবা হোৎনবা অরায়বা নত্তে। মানা তত্তনা হায়রম্মী— মানা তৌরম্লিবা পুন্নমক অসি চুম্লগী থিবগী খোঙচৎ অমখক্তনি, মাদি চুম্লগী তীর্থ যাত্রীক অমখক্তনি— মাইল কয়া লৈরি চৎকদবা, মাইল কয়া লৈবি চৎকদবা।

*('সত্তাই এক্সপ্রেস' ১৬-০২-২০০০)*

## এলাংবম নীলকান্তনা লৈখিদবদা

প্রোফেসাব নীলকান্তসি নাই হায়বা ফাওবা তাহৌদে। য়াহং পাউহংনবগী তাঞ্জা ফাওবা ফংহৌদে। পুন্সিদা ওন্থোক্লা নুংঙাইতবা কাউঙমদবা পুংফমনি। আমেবিকাদা লৈরিঙৈদসু মণিপুবগীদমক য়াক্তখি। মণিপুবগীদমক হিংখি। মহাক খঙহৌদনা লৈখিদ্রে। মহাক অমুক হন্না পোক্লকপা থোক্লবসু মণিপুবদা পোক্লকপা ওইসনু। মহাক্কী আত্মানা ঈশ্ববগী মফমদা শান্তি ওইনা তিনবা ওইসনু।

*— হিজম গুণ সিংহ*

ঐনা জে এন মণিপুর দান্স একাদেমীদা থবক তোংলমদাইদা মহাক্লা খামখি। অদুবু ঐগী অকনবা ফিবেপ অমা লৌবে হাযকদবা মানা ঐগী ফিবেপতু অচুম্বনি হাযবীরমখি। লৈবাক্কী সংস্থান খুদীংমক মহাক্লা হীরম অমা নৎত্রগা অমদা শন্নবা ঙাক্লনি। মহাক লৈখিদবসি লৈবাকসিগী ওইনা অচৌবা মাঙজবা অমনি। লৈবাক্কী ওইনা অচৌবা মাঙজবসিদা ঐহাকসু শকক যাজবি।

*— লোংজম জয়চন্দ্র*

ঙসি অয়ুক্কী **সত্তাই এক্সপ্রেস** তা নীলকান্ত লৈখিদবগী পাউ ফংই। য়ান্না নুংঙাইত্তে। মণিপুর্বা সাহিত্যগী পরিষদকী চাওখৎ থৌবাংদা অঙনবা মতমদগী থোইদোকপা শকক যাখিবা সাহিত্যকাবনি। নীলকান্ত য়ান্না পাম্মুবা মীনি। য়ান্না নুংশিবা মীনি। **পদ্মশ্রী** ফংবগী মতাঙদা মঙোন্দা চহী ১০০ হেল্লা পুন্সিসি হায়নখি অদুবু মহাক্লা হায়বম্মী— ঐদি চহী ১০০ শুনা পুন্সিন্নবসু তাইনঙ ইবুংঙোনা কৌবকপা মতমদা চৎপা য়ারে। খঙদে হান্নবা করিগুম্বা খরা ফাওরম্বসু য়াই। মহাক লৈখিদ্রবা মতুংদা মাগুম্বগী মহৎ কনানা শিলহৌগদগে হায়বদা অরাবা অমনি। লৈবাক্কী ওইনা পুন্নমক মাঙজরে।

*— আর. কে. বলজিৎ সিংহ*

ওজা নীলকান্ত লৈতবগী পাউসি লৌখিদবা নুমিৎকি নুমিদাংগী পুং ১২.৩০ খবা হেনবগী অদুরাইদা অক্ষয়কুমাবনা ঐঙোন্দা টেলিফোন তৌদুনা খঙহল্লকই। খঙহৌদনা খাঙফম খঙদবা ফোঙদোকফম খঙদবা অরাবা অমা ফাওখি। ওজাগী মগুণসিদি ঐখোয়না হায়ফম খঙদবা ফোঙদোকফম খঙদবা মগুণনি। ঐখোয়গী লাইব্রেরী মুভমেন্টসি ষ্টৈগনেন্ট ওই। অদুনা খরা হেন্না খুমাঙ চাওশিন্নবা হোৎনবা চুম্মী হায়বগী মত ফোঙদোকপীরম্মী। অনৌবা মীৎয়েং পুবা অচৌবা মীনি। ওজা লৈখিদবসিদি

ঐখোয়গী সোসাইতিসিগী অচৌবা অমাঙবনি। অমাঙবসি য়াম্না থুনা মেনশিনবা ঙমলোই। ওজাগী আত্মানা ঈশ্বরগী মফমদা শান্তি ওইনা তিনবা ওইসনু হায়জরি।

*— অরাম্বম সমরেন্দ্র*

মণিপুরগী জগোই ঈশে সাহিত্যদগী হৌনা মহাক্না শন্নদবা মী অমত্তবু লৈরমলোই। হীবম খুদিংমক্তা যাম্না থৌগ-পি। মহাকসি মীবু মশক্তি খঙগন্দে । অদুবু মহাক্কী কনসেসনেস য়াম্না লৈ। মঙোন্দা অপাকপা আউট লুক অমা লৈ। মঙোন্দগী [illegible] ওই য়াম্না লৈ। ঐগী পুক্নিদা মহাক্না য়াম্না লমজিংবীখি। মথংগী মপোক্তা মহাক যাম্না শান্তি ওইগনি খল্লি। মহাক্না মীগী থ[illegible] শাকপা খক তৌখিদে হায়না খল্লি। মাগী মশাদা কবিসু হায়নিংঙাই লৈতে হায়না খল্লি। য়াম্না নুংঙাইতে।

*— ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ*

ওজাশ্রীগী মবমদা ঐনা হায়জবগী ঈতিকস্ লৈজদে অদুগা হায়জবসু ঙমজদে। মচাদা মচাদৌনা তৌবনম্মী। ওজাসিনা আমেরিকাদা চৎলুবগী লমজোয় বাবীগী মমিং ঐঙোন্দা শিন্নবীবম্মী। নৃত্তিগী সাহিত্য পরিষদতগী হল্লকপদা ঐগী য়ুমদা (সনথোঙ) নুমিৎ খুদিংগী চঙলকখি। ওজাশ্রীনা থম্বীরম্বা মেন্যুস্ক্রিপ্ট অসি অথুবা মতমদা ফোঙদোকপা ঙমজনবা ময়ামদগী মতেঙসু নীজবি।

*—মণীন্দ্র কোন্সম*

ঐহাক্তি থাগৎশেংনা মঙদৌনা থোকচবনি। ঙসি খঙহৈদনা থববদা অসুম্না খঙহৈদনা ওজা লৈখিদ্রে হায়রসিদা যাম্না থাজদে। ওজাগী আত্মানা শান্তি ওইনা লৈখিবা অসিদং নীজবি।

*— কৈশাম প্রিয়োকুমার*

ওজা নীলকান্ত লৈখিদবসি যাম্না নুংঙাইজদে। তশেংনা মণিপুরী সাহিত্যগী অবংবা থরানমিচাক অমা ঙবা নুমিদাং কেনখ্রে। কবিসু হায়নীংঙাই লৈজদে।

*— বঘু লৈশাংথেম*

ওজা নীলকান্ত লৈখিদবগী পাউসি তাবদা মঙদৌনা থোকই। পীশক পাক্লিঙৈদগী ওজানা তম্বী তাকপীবকই। ঐবু পোকপীবা ইপাদৌনা লোয়নবীবকই। হন্দক্কী 'এন ই পোইট মীট' তা ওজাগা চৎমিম্নগনি হায়বদা হবাওবিবম্মী। ঐসু যাম্না নুংঙাইজখি। ঙবাং মীৎ চোংই। লাইরিক পারগে খনখি। অদুবু ওজাগী লৈখিদবগী পাউসি খববদা ফোটো কোয়না উবদা য়াম্না নুংঙাইখিদে। ঐগুম্বা ১০০০ শিখিবনা হেন্না ফৈ।

*— এস ভানুমতী দেবী*

হন্দক্কী 'এন ই পোইট্রি মীট' পাঙথোক্তদবা দিল্লিগী খোঙচৎ অমদা মানা ঐবু দিল্লি ফাওবা পুবিগদবনি হায়না হায়রম্মী। ঐ ফাগীনি হায়না খনখি। হকচাং মনুংদা অসুক য়াম্না শোল্লম্মী হায়বসি ঙসিত্তা খঙলকই। ওজাগা য়াম্না মরি য়েৎনখি, ফাগী কয়া তৌনখি। লাইরিক পাদে হায়দুনা ভাঙবীরম্মী। ওজা লৈখিদবগী পাউ হেক তাবদা ঐ থাজদে। তশেংনা ফুমবংনে। ঙসিগী নহারোলশিংদা ঐনা চেলেঞ্জ অমা তৌনিংই। নখোয়গী মরক্তগী ওজা নীলকান্তগা গুণ মান্নব্রবসু ওজাগী গুণ খরদং চেনবা অমা থোরকউ। মহাক্তি থবানমিচাক নত্তে। মহাক্তি অচৌবা মঙাল অমনি। মহাক্না ঐখোয়বু লমজিংবীরম্বনি।

— *খুমনেম্বম ইবোমচা*

ঐগা ওজা নীলকান্তগা লোয়নরকপা অমা নৎতে। অদুবু খবরদা মহাক্কী অকনবা পুক্নিংগী বাফম ফোঙদোকপা আর্টিকল পারম্বদগী ঐনা ওজাবু মশক মুন্না খঙবা হৌরকখি। মাগী আত্মানা শান্তি ওইনা ঈশ্বরদা তিনখিনবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরি।

—*থবলো*

ওজা নীলকান্তসি লৈখিদবদা ঐ থাজদবা অমা পোকখি। মরমদি ওজাগীদি ঐখোয়নসু হান্না চৎকদবনি হায়না খল্লবনি। মঙোন্দা ঐখোয়গী হংফমনি। মহাক্না ঐখোয়গী পুক্নিং লৌশিং ওইজবনি। মহাকসি বারী শানবদা য়াম্না নুংঙাই। আমেরিকাদা হিংলিবা পুন্সি মহিংগা ভারতকী পুন্সি মহিংগা খেৎনবা কয়া তাকপীরম্মী।

— *এস গোপাল শর্মা*

ওজা লৈখিদবগী পাউসি তাবদা হায়ফম খঙদনা নুংঙাইতবা ফাওই। মণিপুরী সাহিত্যগী অতিয়াদা থোকলম্বা থা অমা খঙহৌদনা তাপ্রেদকো হায়না খল্লি। ইমুং-মনুং য়াম্না নকশিন্নবা তিন্নখি। ওজাবু ঐনা খঙজখিবসি মহাক্ন 'জন-গন-মন' হন্দোক্নুনা জর্নেল অমদা ফোঙলকপা পাখিবদগীনি। অচাইবা লৈ ফোঙলকপদা ঐখোয়দা য়াম্না ইনফ্লুয়েন্স তৌখি। 'ঈরা' ফোঙনবা হোৎনবদগী ওজাগা নক্নজবগী খুদোংচাবা ফংজখি। 'ইলিশা অমগী মহাও' অসি ওজা নীলকান্তগী অকনবা ইনফ্লুয়েন্সতগী ইখিবনি। ওজানা কাছারদা চৎসুবদা 'বরাক' উরুম্বদগী হায়বীরকপনি নীংজে। ওজাগী মগুণদি মণিপুরগী মনুংদগীদি মণিপুরগী মপান্দনা ওজাবু হেন্না খঙবা হেল্লি।

— *নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ*

আমেরিকাদা লৈবা ঐগী মরুপ সোনি (লমকোয় বারী ইবা) দা ওজা নীলকান্ত লৈখিদবগী পাউ পীরুই। মহাক্নবু হান্নলা তাদুনা লৈরম্মী। পাউসি মঙোন্দা ওজাগী মচানুপা দিলিপনা কপ্না কপ্না তমরক্লাই হায়। ওজা লৈখিদবসি মণিপুরগী অচৌবা সভ্যতা অমা মাঙখ্রে হায়না মণিপুরী মীয়ামদা তশ্বীনবা সোনিনা ঐঙোন্দা আমেরিকাদগী টেলিফোন্দা হায়রকই। ওজানা হন্দক পজ্জনী ফংবদা থাগৎপা নুংঙাইবা ফোঙদোকচগে খল্লবনি। অদুবু লাইবক থীবদগী নংহৌদে। লম্বীদা লাকপদা ওজাগী সংস্কারগী চিন্তাদা

— *আর. কে. বিদুর (সিনেমা ক্রিটিক)*

ওজা নীলকান্তসি হান্না খঙনবগীমথক্তা হৌখিবা চহী ১০ মুকসিদা হেন্না নকশিন্নবগী তাঙ্জা অমা ফওজখি। ঐনা হিন্দীদা ইবা খট মল কৌবা শৈরেং অমা কবি সম্মেলনদা পাবা তাবদগী ওজানা নোক্তুনা হিন্দীদা শৈরেং ইববুদি হিন্দীগী ফজরবা শৈরেংশিং মণিপুরীদা হন্দোক্লবা অমসুং মণিপুরীগী শৈরেংশিং হিন্দীদা হন্দোক্লবা কন্না হায়বিখি। ঐগী অনুবাদ সাহিত্যদা ওজানা অচৌবা ঈথিল অমা পীবিখি। ঈথিলদুমক্তা ঐনা ওজাগী তীর্থ যাত্রা হিন্দীদা হন্দোক্তুনা ফোঙখি। ঐগী অনুবাদতা ওজাগী অচৌবা মতেঙ ফংজখি। মণিপুরগী শক্লাইরবা অইবা জি সি তোংব্রো লৈখিদবদা মণিপুর সরকারনা শকখঙবিখিবদগী অকনবা রাকৎ অমা খবরদা ওজানা ইখি। ঙসি মণিপুরগী মনল য়াম্নবা লন ওইরবা ওজা নীলকান্ত মশামক্তা লৈখিদবসিদা মণিপুর সরকারগী মায়কৈদগী শক্লক য়াবিরদবসি তশেংনা নুংঙাইতবা পোকই। পুন্নমক চৎথিগদবা ঙাক্তনি, অহান-অকোনগী রাতনি। ওজাগীদমক ঈশ্বরগী মফমদা থম্মোয় শেংনা থৌনিজরি।

— ডাক্তর আই এস কাঙজম

অমুক ঙন্না খবরদা ওজা নীলকান্ত লৈখিদবগী পাউ তাবদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইতবা পোকই। তাইবোমচা (য়ুমলেম্বম ইবোমচা) গা লোয়ননা অরোইবা ওইনা লৈ মনা অমতং কৎপা য়াওবা ফংজনবা ওজাগী য়ুমদা চৎচখি। ওজাগী সংস্কার য়াওজরুই। ঐনা ইজবা স্পোর্টস কলমশিংসি অয়াম্বনা ওজা নীলকান্তনা হেক-হেক পাবী অদুগা ঐঙোন্দা কমেন্ট পীবি। ঐ হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজবা পোকচে। ওজা নীলকান্তগুম্বা মীওই অমনা ঐগী আর্টিকল পাবীরি খল্লবদা থোইদোক্লা হরাওজখি। ঙসিদি ওজা নীলকান্ত লৈখিদ্রে। মসিদা থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইতবা ফোঙদোকচরি।

— শরথি (শরতচান্দ থিয়াম)

প্রোফেসার নীলকান্ত লৈখিদবসি ঐ তশেংনা নুংঙাইহনে। চহী ৫০ মুক নকশিন্ননা লোয়নরকপা ইয়াম্বনি, মরুপসুনি। মমাঙদা মাণ্য ঐগা ঙাওনখিবা কয়া ঙসি মহাক লৈখিদ্রবা তুংসিদা মথং মথং নীশিংলকই। ওজাসি পুকচেল য়াম্না তপ্পা অমসুং পাকথোক্লা য়েংবা মীনি। মমা লৈবাক মণিপুববু থম্মোয় শেংনা নুংশিজখিবা মীশক্নি। মহাক্ল লমদমসিগী কলা সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যবু চাওনা প্রমোট তৌরম্মা মীশক্নি। মহাক্লা খঙহৌদনা লৈখিদবসি লমদমসিগী কলা সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যগী ওইনা অমুক মেনশিনবা ঙম্নরোইদবা অচৌবা অমাঙবনি। হন্দক মরকসি মঙোন্দা করিনো হায়ফম খঙদবা রাফম কন্না ফাওবা মাল্লি। মরমদি মহাক্লা পদ্মশ্রী ফংলকপগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপগী ফঙ্কসন কয়াদা মহাক্লা তত্তনা হায়খিবা রাফম অমা ঙসিতা নৌনা নীংশিংলকই — মহাক্লা ঐবু পুবিরি কদায়দা কয়াম কুইনা পুবিগদবনো খঙদে। মশাগী পুন্সিগী মরমদা মহাক হান্না খরদং খঙখিদ্রা হায়না থল্লি। মহাক্কী আত্মাবু ঈশ্বরনা শান্তি ওইনা থম্বীসনু। ■

—লৈমপোকম দামোদর সিংহ

('সঙ্গাই এক্সপ্রেস' ১৩-০২-২০০০)

## ওজা নীলকান্তনা চংশ্রবদা

**ইকায় খুম্নজরিবা এডিটর,**

মীওইবগী নীংথিরবা কয়ানা লৈতেংলম্বা শক্লাইরবা পদ্মশ্রী এলাংবম নীলকান্তনা হন্দক খঙহৌদনা লৈখিদবসি মীয়ামগী অচৌবা অৱাংপা অমা ওইহৌরগনি। অদুবু ওজাগী পুন্সিগী পান্দম অমসুং মীংথেংশিং অদুদি ঙসিগী অমসুং তুংদা লাক্কদৌরিবা মীওই কয়াগী লমজীং মৈরা ওইহৌরগনি। মীওইবনা পোক্লবদি অমুক তাইবঙ মপুগী মফমদা তিনথিবা হায়বসি হিংলিবা মীওইবা খুদীংমক্তা শোয়দনা থেক্লরগদবা ঙাক্তনি। অৱাবদি, ঙসিগী মীওইবগী খুনাই অসিদা ঐখোয় মশেল অমগা অমগা য়েংথীনবা, ইশা ইশাগীতা খনবা অসিগুম্বা অথূবা রাখল্লোনশিংদগী থোক্লকপা থবক-থৌওংশিংনা ঐখোয় পূম্নমক সৈতানগী শক্তম লৌদুনা অৱাবা ঈপাক্তা ঈরাক্লরি। অৱাবা অসিদগী ঐখোয় কঞ্জনবা অওনবা অহোংবা অমা পুরকপা চঙলি। অসিগুম্বা অওনবা অসিদি মপাম্থোংগী শকফমদুদা ওনগদবা নত্তে, ঐখোয়গী নুংগী ওইবা অওনবনি তঙাই ফদ্রিবদি। মপালথোংগী ফজবদি ঙহাক্কী মিত্রংনি। অদুবু নুংগী ওইবা ফজবা অওনবদি মতম পুম্বগীনি। অনীসিগী মনুংদা ঐখোয় অকোনবগীসিনা হেয়া পান্ফম থোকই, অদুম্ মীশিংনা মসিবু থওইনদে। মসিগী মরমদি খম্বুক্লদবা অমদি খঙদবদগীনি হায়বদা অরানবা য়াওগনি থাজদে।

শক্লাইরবা মী অমা ওইবদা লাইরিক ইবা, কলা-সংস্কৃতিনচিংবা খক্তদা লৈবা নত্তে। মীপুম খুদীংমক মাগী মাগী শিনফমশিংদা অচৌ-মচা খায়দনা শক্লাইবা মীওই অমমম্ ওইবা ঙম্নবা ঐখোয় হোৎনবা চঙলি।

লৈখিদ্রবা ঐখোয়গী ওজা ই. নীলকান্তদি তোপ-তোপ্পা শক্লাইরবা মীশক অমনি। মণিপুরদা ওজাগুম্বা কয়া থোকপিরক্লনা মীয়ামগী অৱাংপা অসি মেনশিনবা ঙম্ব মতম খরগী তুংদা মপু মহাক্ন পীবিবা ওইসনু। মসিদা ওজাগী থরায়না মপুগী লৈকোন্দা ঈংনা-চৌক্লা পোৎথাবা শক্লসনু। ■

*অদোমগী.*

*দেবেন লৌক্লাকপম, বাংখৈ নিংথৌ পুশ্রী মপান, ইম্ফাল*

*('সঙাই এক্সপ্রেস', ১৬-২-২০০০)*

## অৱাবা ফোঙদোকখ্রে

**ইম্ফাল ঃ ফেব্রুৱারী ১৬ ঃ** মণিপুরী সাহিত্যদা মমিং লৈরবা পদ্মশ্রী এলাংবম নীলকান্তনা লৈখিদনদা 'মচা লৈমা' চেফোংগী হাফনা অৱাবা ফোঙদোকখ্রে হায়না 'মচা লৈমা' গী এডিটর এম. লক্ষ্মোনী দেবীনা প্রেস্তা থাদোরকপা চেরোল অমনা হায়রি।

*(সঙাই এক্সপ্রেস, ১৭-০২-২০০০)*

# কনাবুসু হুল্লানবা তৌদনা

*নোংথোবম কুঞ্জমোহন সিংহ*

অমুক ওস্তা পাউদো পাবদা খংপ্রেক খংখি। করিনোনে হায়রিসিবু— ওজা নীলকান্ত লৈত্রবা! থাজবা ওমখিদে। অমুক্কা হুয়া পায় খবরগী পরেং খরদো। খঙহৌদনা থম্মোয়দা ফাওরকখি— মণিপুরী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী অতিয়াদা থোক্রম্বা থাজ অমা খঙহৌদনা তাখ্রে।

কুচু-কুমেন শেংব্রবা তীঞ্জং-কায়জঙদবা নুংথঙগুম্বা মশানি, নোংমতং মকোক চীকই তাখিদবা। কুইদ্রি, নুমিৎ মরী-মঙানিরোম মমাঙদনি, ডান্স একাদেমীগী ডিরেক্টর লোংজম জয়চন্দ্রগা কলকত্তাদা বারী শানখিবদো— ফত্রেদকো ওজা নীলকান্তগী মশাসে, হৌজিকসু ঐখোয়দগী হেন্না ফজনা চারি, গপ গপ চৎলি, পুল্লিখিনি, কুইনা পুল্লিখিনি।

ওজা নীলকান্তবু খঙবা হৌখিবসি চহী য়াম্খৈরোম মমাঙদনি। শিলচর গভর্ণমেন্ট স্কুলদা তম্লিঙৈদা মতম অদুগী চেফোঙ অমদা মহাক্কা মণিপুরীদা হন্দোকপা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী 'জন গন মন. . . ' থেংনখি। মৈতৈরোল ইবা-পাবা থোইনা হৈত্রিঙৈগী মতমনি। অদুবু পুক্নীংদা ফাওখি, ফজনা হন্দোকাগ্রেদকো। হন্দোক্লিবা মশামক কবি নত্তনদি অসুক ফজনা হন্দোকপা ঙম্লোই।

চহী খরা মতুংদা মহাক্কী 'অচাইবা লৈ' ফোঙলকখি। মতম অদু বাংলা সাহিত্যগী জগৎতা রম্য-রচনাগী (বেলে লেটরগুম্বা) ঈহৌ কন্না লৈবা মতমনি। 'অচাইবা লৈ' দা রম্য-রচনাগী ষ্টাইল অদু উবদা ঐখোয়দা নুংঙাইজবা পোকখি, চাউথোকচবা অমসু পোকখি— ঐখোয়গীসু রস্য-রচনা ইবা অইবা লৈনা! লাইরিক অসিদা নীলকান্তগী তোপ-তোপ্পা ফজবা বারেংগী ষ্টাইল অমা চোংথোরকখি, মতৌ অমগে হায়দুনা কনাগুম্বনা হোৎনরবসু মওং তাবা ঙম্নরোইদবা।

ইম্ফালদা লাক্রবা মতুংদা অজ্ঞা নন্দলালনা মকোক চীংদুনা সাহিত্যগী চেফোঙ অমা ফোঙনবা হোৎনবদা ঐবুসু চেন্নবিখি: সাহিত্যগী লমদমদা লেন্দনগী পিরাং 'ঈরা' ফোঙবা হৌরকখি। মতাঙ অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী কবি অমদি সাহিত্যিক কয়াগা শকখঙ-মায়খঙনবগী থাদোংচাবা ফংজখি— নীলকান্ত, রজনীকান্ত, সমরেন্দ্র, জ্যোতিন্দ্র, মখোয়তা নত্তনা সাহিত্যগা নক্লবা মীওই কয়াগসু।

মতাঙ অসিদাংদা 'চাকতিন মরূপ' হায়দুনা ঐখোয়গী ইনফোর্মেল ওইবা মরূপ অমা হৌদোকখি। থা-থা খুদীংগী যুম অমমদা চাক চান্নবা— নাগী মাগী নুপী য়াওনা। কবি শঙ্গেনবম নদীয়ানা খ্বায়দগী অহল ওইনা অঙাং শানবা হোৎনৈ। ঐনা খ্বায়দগী নহা ওইনা মরমগী মতুং মায় শোন্না শোন্না ইন্নবা লাক্লে। চাক চানবদা মানা মানা হৈজবা বিদ্যা উৎনে, উৎতবা য়াদে— জগোয়, ঈশৈ, শৈরেং, বারী, পেনা . . মানা মানা হৈজবা; ওজা নীলকান্তনা অয়াম্বা মতমদা রবীন্দ্র সঙ্গীত শকই। জগোয়গী মরমদা য়াম্না খঙ-হৈরবসু জগোয় শাবদি নোংমতা উখিদে। রবীন্দ্র সঙ্গীত অসি মহাক্কা শিলেট এম. সি. কলেজদা তম্লিঙৈদা হৈরকখিবনি, থবায় য়াওনা তম্লকখিবনি হায়; শিলেট্টা লৈরিঙৈদা বাংলা লোনসু মতোমতা হোৎনজদুনা তম্লকখি। বাংলা লোন খরা হৈনবা তৌরকদুনা তুংগী পুন্সিগী মওোন্দা য়াম্না কান্নরকখি হায়না মহাক্কা তত্তনা পনখি।

নোংমা নুমিদাংগী অহিংদম, ঐনা নাগমপালদা ইয়াম্বশিংগী ময়ুমদা লৈরিঙৈদা, ওজা নীলকান্ত একাগাড়ী অমা ঈম্নদুনা মতোমদা ইথা থাজদনা লাকখি; ফমথবগা হায়রকখি, য়েংগেনে নঙগী বারী মচাশিংদো। ঐনা ইকায় ইকায়না 'চেনখিদ্রব ঈচেল' গী খুৎইদা লৈরিবা বারীমচাশিংদো উৎলি। সামায় মথং মথং ফাক্তোক্তুনা য়েংঙি, মতেক মতেক পাবসু য়াওই— ফজেনে সিমদি, মসিমসু ফজেনে হায়রকই— লাইরিক ওইনা থুনা ফোঙদোক্লবা তৌ।

চহী খরগী মতুংদা নোংমা লম্বীদা সাহিত্যগী বারী শানা শানা চৎমিন্নরিঙৈদা মহাক্কা হায়রকই— বারীনি হায়দুনা নঙনা পঙইদা ই, বরাকী বারীদি ইদে; বরাক তুরেলগী বারী ইয়ুনা। কাছারদা সাহিত্য পরিষদকী মীফম য়াওবা চৎপদা বরাক তুরেল্লা মহাকপু শুমহৎখিবরা খঙদে। অদুবু ঐঙোন্দদি মহাকী বাহৈ অদুনা খঙহৌদনা ঈথিল অমা পীখি। ঐগী বারীমচা 'ইল্লিশা অমগী মহাও' ওজা নীলকান্তগী বাহৈ অদুনা পোকহনখিবনি। 'ইল্লিশা অমগী মহাও'না ঐবু খরদং ওইরবসু ময়ামদা শক খঙনবিরিবসে

কদায়দনো ওজা নীলকান্তগী মীংনা উদবা খুৎশিল অমা যাওবি হায়বসে ওসি মাঙোন্দা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎচবা মতাঙ অসিদা নীংশিংদবা ওইদে।

হৌখিবা চহীগী জানুৱারীগী নুমিদা অমা ওজানা টেলিফোন তৌকখি। 'দেশ' না নোংপোক ভারতকী লোনশিংগী শৈরেং অমা থম্বৎতুনা অথম্বা চেফোঙ অমা ফোঙগদৌরিবি, ঐগী শৈরেং অমা পীবকউ হায়বকই, নোং-নীনীদা থুনা থাখিদবা হায়দে, নঙনা হয়ে মক ঐগী শৈরেং অমা হন্দোক্তুনা থাখিদবা হায়দে।

ঐনা খুম্মী— কদায়দগীনো ওজা, ঐদি বাংলা থাদোকপা চহী নিফুরোম শুরে কনানো অমদা তৌহনবিয়ু।

নঙনা তৌদ্রগদি কনানা তৌগনি। ওজানা ঐবু থাজনা হায়বকখি বাংলাগী খ্যাযদগী মমিং লৈবা চেফোঙদা মণিপুরী শৈরেং অমা হন্দোক্লগা য়াওহনবা হায়বসি ঐসু পামখি।

নোংঙাল্লগা মহাক্কী তীর্থ যাত্রা দগী শৈরেং অমা, 'মীকপ থোকপা' হন্দোক্লগা টেলিফোন্দা ওজাদা হায়— ওজা লোইজরে, ঐ অনুক্তা পাথোকচবকে তাসিয়ু।

নঙনা হন্দোকপদুবু ঐনা অমুক তাথগদ্রা হায়খিদে, তাও হায়বা যাখিদে। ঐবু থাজবিবগী, মনাও অমা ওইনা নুংশিবিবগী নংঙাইজবদো ঐঙোন্দা ফাওখি। 'দেশ' তা ফোঙলক্লবা মতুংদা ঐনা ওজাদা পাউদো পীখি। মহাক্কী শৈরেংগী বাংলা শায়োল অদু মদুদতা পাখি, ঐবু থাগৎপবকখি।

ওজানা আমেরিকাদগী হল্লকপগী নোং-নীনি লৈপ্পগা, ইম্ফাল বুক ফেয়ারদা ওজাগা উরে। ওজানা তৌদোবকই— বিবুদ্ধিয়াগী মতাঙদা নঙনা 'সনখোঙ' দা ইনকপা আর্টিকলদো মণীন্দ্রনা থারক্লুনা ঐ পাই। চুম্মী নঙনা হায়রিবদো, কোর্টকী রানা অমনি তৌজসনু, অদুবু ঐগী কদায়দনো মফম অমদদি উন্নবা তাই, খৎন চেনদুনা অসুম লৈবা যাবা নত্তে কদায়দনো য়ায়না মফম অমদি থিবা তাই।

ঐঙোন্দা নু ঙাইজনা পাকচখি। আর্টিকল অদুগী হাক্তক্তা ঐবু ফোংনা নংত্রবসু তুমিন্না মকম মকম ঙাঙনখ কয়া নাকোং য়োবকথ্রবনি, খোঙজিন ককপা মাবগী ফীবম ফাওবা যৌবথ্রবনি। ঐনা থজবিনা যাখল-শবাং অদু ওজানা থাগৎশিনকপদা ঐ চাননা নুংঙাইখি ওজানা হায়বকখি, হোৎনসি য়াবিবমখে ঐখোয় পূনশিন্নবা হোৎনসি।

পদ্মশ্রী ফংবগী পাউ তাবগা ওজাদা টেলিফোন পায়খৎতুনা নুংঙাইবা ফোঙদোকই। ওজানা খুম্নকখি নংগুম্ন লৈখাযনা খবদং তৌজবদা শক থঙবিবকপনি।

ওজানা চপ্পা খুম্নকখি। অদুবু ওজানা লমদম অসিগী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা হেৎনবিবম্না লৈবিবদা খুদোল অদুদি খবদং নাত্তে শীংখদুনা লোইগদবা নাত্তে ওজাবু হেন্না খংবা চম্মখি মণিপুরগী মশা চৎলগা দিটিং কয়া সামলাক্লবা ভারতকা মফম কয়াদা ওজাগা চৎমিন্নবগী খুদোংচাবা ফংখি। মণিপুরদা ময়াম্মা উবিনবা নীলকান্তদো মপান্দা চৎলগদি য়াম্না হেৎনবা চাউবা ময়াম্মা হেন্না শকখঙনবা নীলকান্ত অমা ওইরকখি।

চৎলম্মদাহদা খঙলমগদ্রা, মণিপুরনা নীলকান্ত অমমুক হেক পাক ফংবা ঙম্লোই হায়বসে। অদুনা লৈহৌবিবা ঐগোন্দি খঙই ■

('হুইয়েন লানপাউ' ১৪ ০২ ২০০০)

# পদ্মশ্রী নীলকান্তনা লৈখিদবদা অবাবা ফোঙদোকখ্রে

ইম্ফাল, ফেব্রুৱারী ১২ ঃ মণিপুরগী শরুকইরবা সাহিত্যকার শ্রীএলাংবম নীলকান্তনা ঙরাং থঙহৈদনা লৈখিদবদা মণিপুরগী গভর্ণর শ্রীবেদ মাবরানা অবাবা ফোঙদোকপগী পাউজেল থোরক্রি।

শ্রীবেদ মাবরানা শ্রীনীলকান্তবু লাইরিক-লাইশু অমদি সাহিত্যদা তোমথল ওইবমা মীশাক্ক ওয়না শীংখাবদুনা মহাক্কা

লৈখিদবসি লমদমসিগী অচৌবা মাঙজবনি হায়খি। লৈখিদ্রবগী লোয়নবীদা অরাবদা শকক য়াবি হায়বগী পাউজেলসু থাদ্রে।

পদ্মশ্রী প্রোঃ শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা ইং ২০০০, ওবাং নুমিদাং পুং ১১ ১৫ রোম তাবদা ইখও খঙহৌদনা সংসার থাদোকখিবা অসিদা 'ইন্ডিয়ান নেসনেল ত্রষ্ট ফোর আর্ট এন্দ কলচরেল হেরিটেজ' (ইন্টাক) মণিপুর চেপ্তর অমদি মুতুবা ম্যুজিয়ম, কৈশাম্পাৎ অর্নীনা অরাবা ফোঙদোকপগী মীফম অমা ঙসি নুংথিল মুতুবা বহাদুরনা খৌরম মপু ওইদুনা ফমখি। মীফমসিদা মহাক্কা তৌবিবম্বা কয়া শীংথাদুনা তিনখিবশিংনা নীংঙমদবগা লোয়ননা ফোঙদোক্লখি অমদি মিনিট অনী তুমিন্না লেপ্লুনা অরাবা ফোঙদোকখি।

তাঙলবা মীওইপোক অমনা তাইথঙপাল অসি থাদোকখিবদা লৈখিদ্রবগী আত্মানা লাইরেমলেন্দা ঈংনা পোংথাবিকদনবা তাইবঙ মপুগী মফমদসু থৌনিজখি। লৈখিদ্রবগী ইমুং-মনুংগী অরাবদসু ঙসিগী মীফমনা শকক যাবি।

অমরোমদা 'য়ং প্রোগ্রেসিব অমসুং এথলেটিক ক্লব' এলাংবম লৈকায়না মসিগী শঙলেন্দা ক্লব অসিগী প্রেসিডেন্ট ওইরম্বা পদ্মশ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা মনুং-মতম চাদনা ইখও খঙহৌদনা লৈখিদবদা ক্লব অসিগী মেম্বর থুদীংমক্কা মিনিট অনী তুমিন্না লেপ্লুনা লৈখিদ্রবগী আত্মানা শান্তি ওইনা লৈকনবা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌখিবগা লোয়ননা লৈখিদ্রবগী ইমুং-মনুংগী অরানদসু শরুক য়াজরি হায়না ক্লব অসিনা থোক্লকপা চেবোল অমনা হায়রি।

শক্লাইববা মণিপুরগী সাহিত্যকার পদ্মশ্রী শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা খঙহৌদনা লৈখিদবদা 'পুন্সি খোঙচৎ মরূপ' (পি কে এম) না উবিপোক্তা মিনিট অনী তুমিন্না লেপ্লুনা লৈখিদ্রবসু ইকায়খুম্নবা উৎপগা লোয়ননা অরানা ফোঙদোকপ্রে।

শক্লাইববা অসিনা লৈখিদবদা 'সিনে আর্টিষ্টস এন্দ টেক্নিসিয়ান্স এসোসিয়েসন' নসু মীফম অমা ফমদুনা অরাল ফোঙদোকপ্রে ■

*('হুইরেন লামপাউ' ১৩-০২-২০০০)*

# হরাও-নুংঙাইবগী ঈপোম্নক্কা অরাবগী ঈথক
## (ওজা নীলকান্তদা শ্রদ্ধাঞ্জলি)

*আই এস কাঙজম*

ঙসি শিনি পাউজেন্দে হয়েং শিনি পাড্রগাক্তে — পাউরৌনবদু হেক থোকইদা। নুমিৎ খবনিগী মমাঙদা তেংনা নুংতিগী উন্নবম্মী ফম্মীন্নবম্মী, রাবা শানবম্মী। নুমিৎ মঙা তর্কোক্লসিদি উন্নবা ফংখিদে। খল্লি — দিন্নীদা চৎথ্রে, হন্নক্লগানি। রাবী অমা শানগদবনি, লাইরিক অমত্তা যোঙদোকপিসু ংগদ্রগে তৌবনি ঐ ইশাগী লাইরিক্তি নত্তে, ঐগা তিন্নবা মীশক অমং ক্লানি। মণিপুরীদগী হিন্দীদা হন্দোকপনি। অদুবু রাবী শানবগী তাঙ্গা ফংদ্রিঙৈ ফেব্রুবারী ১২ গী অযুক অঙনবদা টেলিফোন্দা হায়বকখি— ওজা নীলকান্ত লৈদ্রে। থুক লাউই, থাজবদি ঙমদে। পাজদবসু য়াদে, শিবা-নাবগী মতাঙদা ওইদবা ঙাঙবা হৌনদে। মযুমদা চৎলুবদা পাউজেল-চে অনীথক্তা ওজা লৈতবগী পাউ যাওবম্মী। অমখক্তদি ফোটোসু যাওবম্মী। থাজদ-থাজদনা মযুম লৌই মী মযাম অমা তিন্নম্মী। নুংশুক-নুংঙ্গানববা, মীৎলু পিবাং পিরোইনববা ঙাক্তনি। ইমুংদা অঙৌবা যিম্না হকচাং থুংনা কুপ্নগা কোক্কী শকক্তনা নামাবলী মচা অমা কুপ্লুনা শাংদ্রোং শাংনা ইমুং-মনুং, মবী মত্তা, মরূপ-মপাঙগী রাখল তৌদনা ঈংনা-চীক্লা লোংনা হপ্লুনা লৈরম্মী, ওজা নীলকান্ত। মচানুপা অহল বিজয়না হৌনবী মতুং ইন্না মপা ইবুংঙোগী সেবা তৌজরম্মী। খঙহৌদে, পিবাং মলীক খবা ঐঙোন্দা শুস্তাক তাক্লমদনা জব নাম্বখি। ইমুংদুদা 'অমুক পম্ভদুনা লৈবা থৌনা মাঙখি। ওজাবু খুকমজবন্নগা থুনা মপান্দা পোবকখি।

জানুবারী তাং ২৬ কী অযুক অঙনবদনি। 'পোক্লকম' খববদা ওজা নীলকান্তগী ফোটো যাওবকখি, অহানবা লামায়মক্তদা। নুমিৎতো কয়াদা নুংঙাইখ্রবা! ওজাবু পদ্মশ্রী উপাধি পীননবা খন্নকপগী পাউনি। উন্নজবা মতমদা ওজাগী মফমদা নুংঙাইবা ফোঙদোকচে। সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী ওইবা সংস্থান কয়ানা ওজানা পদ্মশ্রী ফংলকপদা নুংঙাইবা ফোঙদোক্তুনা ওজাবু তবাম্না

ওকই, ওক্রি। কন্না অমনা ওক্লনবা শেম-শাবি। ওজাগী শংবা-শংদম্বা য়েংদুনা প্রোগ্রাম মথং মথং শেম্নবি। তাঞ্জাসিল্লনি পুন্নমক্কী মকা লাম্নবা থম্মোয-অতিয়াদা খণ্ডহৌদনা অমণ্ডবা অমুবা নোং মতুম অমা ঈচৌবকপগা লোয়ননা অথাক-অরাউ তাবকখিবা। হরাও-নুংঙাইবগী ঈপোম্নভগী অরাবগী ঈথক অমা থাজ্জদনা ফুং কাবকখি। ওজা নীলকান্তবু তরাম্না ওকপগী থৌবমশিং থাজদনা ওম্মোবকই অবাবা ফোঙদোকপগী থৌবম ওইনা, মথং-মথং। সি ওইবেকো অবা-নুংঙাই খুবাক-খুনমনি হায়বদু। নীংবনা অমা, ওইবনা অমা— পুন্নমকপু শেম্বীবিবা মপু মাগী তাইবঙ-কূম্মেবু কনাম্না খণ্ডবা ঙম্বগেদো।

ইন্দক-মবকসিদা ওজাগী মচীন্দগী খবা তোয়না তাখি— 'শকউদবা মপু মানা কোয়পু পুদুনা চৎপনি। মহাক্না লৈখো হার্যারিবম্মখে লৈবা তাবনি, লাক্রো হায়না কৌবক্রবদি চৎখিবা তাবনি।' অসুক থুনা কৌরক্লনি হায়বদি ঐখোয় শুকথা থাজদে। ওজা মশামকসু থাক্সরম্লোই। অদুবু থাজদবসি ওইনা থোকখরে। ইমুং-মনুং, মবী-মতা, মরূপ-মপাঙ পুন্নমকপু নাথেরম্নগা মপু মাগী থৌদা ইনম্রে। আঃ । কন্নকইদা। পাম্মুইদা। পাম্মুই হায়দুনদি য়াদেদো। মণ্ডালবু কম্না থিবম্বা তানরম্বা মহাক্নি। মতাঙ অমদা মহাক্না হায়খি— 'বাহেংগী নম্বো পোদুনা চৎলি মীওইবনা/বাখলগী চৈওনা/আশাগা লোয়ননা/মণ্ডালবু য়ায়োক্লনা/পোৎথাবা লৈতনা/মণ্ডালবু ফংননবা/অমম্বগী লমদমদা/বাহেংগী শাখপতা।' (মণ্ডাল) কয়াদা অর্থ লৈনা ফোঙদোক্রম্বা। মহাক মণ্ডালবু থিবা ৷লেপখিদবনি। মণ্ডালগী লৈফম খণ্ডখি। অদুনা মহাক্না হায়খি— 'ঐহাকসু ঙাইহিরি হে অশিবা।/নহাকপু খঙগে হায়দুনা/কোনশিনজগে হায়দুনা/চৎমিন্ননবা খুৎশম্নদুনা/মণ্ডালগী লমদমদা/নুমিৎ কীশীং কয়াগী লৈবাক্তা।' (অশিবা) মতম কয়াগী মম্যাঙদগী ঙাইবকপা অশিবদুগা লেজোম্নগ্রে, খুৎশম্নদুনা চৎমিম্নগ্রে মণ্ডালগী লমদম য়ৌনবা। য়ৌগ্রে। মশামক মণ্ডালগা অমত্তা ওইনা পুন্দুনা মণ্ডালগী শরুক অমা ওইগ্রে।

মী অমগী চপ চানা অশেংবা মশক মহাক লৈত্রবা মতমদদা নীংথিনা খণ্ডবা ঙম্মী হায়বদো ওজা নীলকান্তগী সংস্কারদা তিনখিবা মরূপ-মপাঙ, মরোয়-মনাওশিং অদু উবগ তশেংনা হেক থাক্কলা ঙম্মী। মফমদুদা তিনখিবা মীশিংদো মহাক্কী মগুণনি, মীশি দুগী মীংলুগী তনীক তনীকখিবা পিগী উবাংশিংদা ওজা নীলকান্তগী অতিংবা পূকচেল্ল চম্নবা থম্মোয়দুনি। শাউবা হৈতবা নুপানি কবিগুম্বদা শাউনীংবা পোক্লবসু য়াম্না লায়না ফাজ্জানবা ঙম্মী। মীগী ফঙনবা খনবা হৈতে। মী খুদীংমক ফঙ্‌মীংঙি। চীংনেলা অমদি খণ্ডদবদু কোক্লনবা অমদি খণ্ডননবা অতোপ্পদা হংবদা হঙ্গোইবা লৈতে। হেক্তা হংঙি মখাগী মীওই অমদসু চাংনবদু কোক্লনবা, খণ্ডননবা। নহা-অহল অস্তাং খাক্তনা তিম্নবা যাই। তিট্টে, পূন্নমক মহাক্কী মরূপ ঙাক্তনি। নহা অমনা ফগি জুগাই তৌকবদা শাউদে নোক্তুনা তায। মহাক্‌' হৈনদবা হীবম লৈতে। হীবম খুদীংমক খণ্ডনবা হোৎনৈ। হোৎনবা শুক্রেপ লেপখিদনা নুপানি। পাবা, খনবা, ইবনা মহাক্কী পুন্সিনি। থবক্লা মহাক্কী পুন্সিনি। মহাক অশেংবা কর্মযোগীনি। মহাক দেশ-ভক্তসুনি। পোক্লফম লমদম মণিপুর অসিগীদমক য়াম্না বাজখি, লমদম অসিগীদমক মহাক্কী থম্মোয য়াম্না নুংনাংজখি। লমদম অসিগী ওইবিবা ফীবমসিদা য়াম্না থম্মোয় শোক্লা মহাক্না হায়খি--- 'মণিপুর! নহাক্কীদমক বাদবা ঙমদে ঐহাক।' (তীর্থ যাত্রা) ওম্মোক্লা নিঙমদনা হাযখিবনি লমদম অসিগী ওইবিবা ফীবমদা মথম্মোযদা নুংঙাইতবা ফাওবসি ঙসি ঙবাংতেদা ফাওবা নত্তে। য়াম্না নহা ওইবিঙৈ ঙসিদগী চহী য়াম্মেগী মমাঙদগী নিঙমদবা অমদি পেন্দবা অমগা লোয়ননা মহাক্না হংদুনা লাক্রবনি— 'কদোমদনো লম্মেনসিবু—/চীনগা খুৎকা মাম্নদবা/লমথুংফমগা লম্মেনগা শম্নদবা/ফিদমগী মীশক্লা লুবা?' (মণিপুর) বাহং অসি হংনা-হংনা পাউখুম ফংদনা চৎম্রবনি মহাক।

ওজা নীলকান্ত জাতিসিগী লননি। ওম্মোক্লা মমল যামম্রবা, পাম্মুম্রবা লননি। মহাক অমা মাঙখিবসি ঐখোয়গী অচৌবা মাঙক্রবনি। ঐখোয়না মহাকপু খঙবদগী মপানগী মীনা মহাকপু খঙবনা হেল্লি। মহাক্কী মহৎ কনামতনা শিনবা ঙম্লোই। নীলকান্তদি নীলকান্তনি। মহাক্কী অহীংবা মশক ঐখোয় কনামত্তনা উবা ফংলবোই। কবিগুম্বা ওজাগী আত্মানা অমুক হম্না মালেম অসিদা পোক্লকপা তাববা, মণিপুর কৌবা লমদম অসিদা পোকপিদুনা হেম্না য়াইফবা পুন্সি অমগা লোয়ননা অনৌবা মণ্ডাল অমা শীনম্নবা ওইসনু। ওজাগী আত্মানা মতম পুন্নমক্তা ঈংনা-চাক্লা লৈবা ওইসনু। ■

ওঁ শান্তিঃ ওঁ শান্তিঃ ওঁ শান্তিঃ

*('তৌদা:' ১৫-০২-২০১০)*

# ওজা এলাংবম নীলকান্তনা লৈখিদবদা শ্রদ্ধাঞ্জলি

*খৌদাং মাইচৌ*

**কাউরম্নোইদবা অয়ুক**

নুংশিবগা পাম্মুবগা অনীসি য়াম্না নক্না লাপ্লে। নুংশু-নুংশিবা পামসু পাম্মুবা হায়বসি অতাওবনি। অনীমক ওজা নীলকান্তগী মফমদদি থোকপ্রে। ওজা, লৈখিদবগী পাউ অদু হেক তাবদা মীকুপ্পুদা হৌনরম্বা, খম্বরম্বা তৌদনা ওম্লকখিবা পুক্নীংগী মতৌদু ফোংদোক্লম্বা ঐঙোন্দদি বাহে লৈতে। মতৌ অদুমক্তা মাম্নবা পুক্নীংগী মতৌ অমদি নীংশিংহল্লকই।

ঐবু হেক পোকপা ইপাদু ইতম্পাক্তা মোন খাঙনা খাঙনা ঐবু থাদোক্তুনা চৎখি। ইপানা চৎলমদাইগী মীংকুপ্পুদা কপ্লোই খনখিবা ঐ অসি খঙহৌদনা ফুনগৎলকখি। ঐনা ফাথখি— 'কপকনু, নুপানবু কপ্পা হৌনব্রা'। হায়রগা হেক্তা য়াব্রা : খোঞ্জেলদুবুদি ফাবা ঙমখি। অদুবু মীৎ অনীদা ঈহৌরকখিবা পিগী ঈচেল অদুবুদি থিংবা ঙমখিদে। মীওইবগী কয়াদা পাংখিদ্রবা মতৌনো! মদুমক থোক্লে অয়ুক অদুদা।

— নুংশিবনিদা ওজাদো।

খম্লুবা তৌদনা থোকখি ইচীনসিদগী।

— কৈদৌরগে?

ঐগী নুপীনা হংলকই।

— ওজা, নীলকান্তদু লৈত্রে হায়না।

— হা. কৈদৌবদা?

— নারম্বী হায় নীনী-হুমনি।

— পাম্মুইদা।

শক খঙলবসু ঐগী নুপীদি ওজাগা তিন্নদে, নোংমতসু ৱারী-ৱাতায় শাখিদে। অদুবু ওজাগী গুণ, ওজানা লম্ কয়াদা তৌরম্বা থবকশিং অদুদি মহাকসু তাই, খঙঙি, থেংনৈ। মদুনা মচীন্দগী থোক্লকখি— পাম্মুইদা।

মহাক্তি ৱাহে অসি হায়রম্নগা নোংমেগী অয়ুক্কী শুফম থোকপা থবক-ইনখাঙ পায়খ্রে। অদুবু ঐদি- ইপা লৈখিদবগী মং কারকপঙুম লৈহৌরে। ওজাগী শক্তম কয়া মরী মরী থোক্লক্লে— সেমিনারদা পেপর পাবা ওজা, মীফমগী সভাপতি ওইনা ওজা, অথোইবা অতিথি ওইনা ওজা, কবি সম্মেলন্দা কবিতা পাবা ওজা, পাউনা বাজারগী লম্বীদা বেক নৎত্রগা লাইরিক কোন্দুনা মশা থীংনা গপ গপ চৎপা ওজা।

করিগুম্বা নুমিৎতা ওজাগা ঐগতা থেংনবা মতমদা ওজানা ঐঙোন্দা তত্তনা হায়বা ৱাহে অদু তারকপঙুম তৌই— 'নহাক্কী নুংশিতোম্বীদো কমদৌব্রবা? অমুক থেংনব্রবরা? মখা চৎথরকখোনে।'

ঐনা থবায় তানা নোকখি। ওজাদি নোক্তে শকফম ইকায় কায়দনা মখা তারকখি।

— 'ফাগি নত্তে, নহাক্না থিদদুনা তৌখনি। নুংশিতোম্বীগী নুংশিতোম্বী ভাক্তনি। নুংশিতোম্বী অমখক্তমক থেংনরগা য়াদপোৎ নত্তে।'

ঐগদি ওজাগা য়াম্না তোয়নদি ৱারী শাবা ফংদে। থেংনবদি ইতৎ তত্তনা থেংনৈ। সাহিত্যগী ওইবা ফঙ্কসন নৎত্রগা থৌরম অমগা ফানেবা নৎত্রগা মপান্দা চৎত্রবদি খঙদ্রে। করিগুম্বা ফানেবা তারগসু ঙৈহাক্তি শোয়দনা লাক্লমগনি। অদুনা মখোঙনা গপ গপ চৎখিগনি হেক্তা।

ওজাগা উম্নগে হায়রবদি নোংমা-নীনি পাউনা বাজারগী লম্বীদা লেপ্লবদি নোংমদি শোয়দনা থেংনবা শোয়দ্রে। ফনা য়াম্না মী কুংলবসু ওজাবু থিবদি ৱাদে। খন্দোকপা য়াম্না লায়। শম হৌদবা, নোংথক্তা য়েংলপ তৌবা, কুচু পানবা, শাবান ফজবা, অহল

অমা তীং তীং লাউনা চৎলম্লবদি মহাক হেক্তা ওইবম্মী।

ওজাগী নাতে চাদবা অমনা লম্বীদা কবিগুম্বা মতমদা ওজানা উগ্রমাস্নে হায়দুন কৌকবদা খুম্নমদনা হেক হেক চৎখিবা য়াওই। মহৌশাগী মহৌশাগী কৈদৌরুপবনো হায়দুনা হেক কৌকদবা নুমিৎতনা হবাও-হবাও হেক্তা কৌবকই।

— কমদৌবি?

— নুংঙাইজরি ওজা।

ঐনা খুম্মী। কৌহৌদবদুগী ইকাযখাং অমসুং নুংঙাইতবদু ঙাকপা ওইনা ঐনা হায়— ওজা, চা ফাজুসি। পাজদনা হেক্তা য়াখোবকই— ফৈ।

তশেংবদি ঐদি ওজাগা বাবী কুইনা শাবা ওমদে। মসিমক ঐগী অশোনবনি। ওজানসু নুংশিজবা, ওজাবুসু নুংশিজবা ঐগী মন্দপ খরা লৈ, মগোয় য়াওরবদি ওজাগা বাবী শাবসি য়াম্না নুংঙাই। ইচীনসিনা হায়বা ঙমদবা বা কয়া ঐগী মক্কপশিং অদুগদি হাযনৈ ওজাসু শাউদে, শুকশাউ শাউদে। নুংঙাই-নুংঙাইয়বা ফাগি চেনবা বাহৈ কথাকাসু হায়দোক্রকই। সেমিনাবনচিংবদা মীশিংদা থৌ-থৌদুনা হংবা মহাক্কী মহৌশানি। অহলসু তিম্নৈ মাদি, নহাগসু। চাবদা চীসহাও খিদে, মফম-মতম থোইনা খন্দে।

ঙাওবদা তাবা নুংঙাই। খুদক্তা কৌখৎতুনা ঙাঙনা মাই খক হায়দে। থৌদোক্তুগা চাদনা হেক্তা ঙাওভি। মরীক চুম্না, তাবা নুংঙাইনা।

ঙসিদগী চহী ১৬ কী মমাঙদা বেঙ্গলোবগী মফম অমদা ওজাগা পুন্না মীফম অমখক য়াওবগী খুদোংচাবা ফংখি। মতম অদু ঐদি মহৈবোয অমা ওইবিবা মতমনি। ওজাগী নাক্তা অদুক হাক্তা নকশীনবা ঙমদ্রি। য়াম্না কিনা লুনা চৎচে। মীফম অদুদা শীদ লাওলিবা কাঙবু অদুনা ঐখোযগী মবক্তগী মী অমা বা ঙাঙনবা হায়বকখি। ওজা থোকখি, ঐখোয় পুন্নমক্কী মহৎ শিন্দুনা মী লীশীং মবী মপ্তাগী মথক্তা তিনবা, নম লমগী অখণ্ড অহৈ সাহিত্যগী মীওইশিং, কবি, অইবশিং যাওবা মীফম অদু ওজাগী খোপ্পেল নঙনা চেক-মেক লাউখিদে। হান্না খবা কিজনম্বা, ইকায় খুম্ননম্বদুগী মথক্তা ওজাবু কিবা অমসুং ইকায় কুম্নবা খংহেন হেক্নখি। মীয়ামগী খুবাক মখোল অদু তাবগা চাউথোকচখি ঐখোযগীসু লৈনা।

— চৎতৌরি নৎত্রা?

ঐগী নুপী হংলকই।

— কদাযাদা?

— হৌজিক অযুক ওজাগী সংস্কার তৌনি হায়দা?

ঐ চৎলোই। খুদক্তা ঐনা খুমখি। ঐগী নুপীদু খবা ঙকপগুম তৌনা ঙৈহাক ঐঙোন্দা যেংদুনা লৈ।

— ঙৈহাক চৎলুবনা ফৎত্রা?

মখা তানা হংলকই। ঐনা খুমখি— চৎলবোই হাযবমক্তদা।

ঐ ওজাগী সংস্কার যাওবা চৎখিদে। মসমদি ঐ ওজাগী অশিবা হকচাংদু উনীংদে। ওজাগী হকচাংনা মৈ চাকপদু যেংনীংদে।

অসুমক উদুনা লৈবা পাম্মী ওজাগী খীং খীং লাউবা, চীংলেম্বা, কুচু পানবা অহীংবা হকচাং অদু ইমীংৎসিদা।

ওজা, ঐনু য়াবৌবিগদু, খাম্দুবসু য়াববোইদবা লৈবর্মনিনা, চৎলো খুৎশম্নদুনা অশিবগা লেঙ্গোম্নদুনা মঙালগী লমদমদুদা, নুমিৎ লীশীং কয়াগী লৈবাক্তা। অদুবু ওজা, হে তীর্থ যাত্রী, য়াদবা ঙম্নরনে নহাক, নহাক্কী মণিপুরগীদমক, উনা ফংলত্রা নহাক্কী লোকমিবা মায়থোঙ, থম্মাল চাম্মা নিপালগী মশক লৌবা। হংলক্কনুদি হায় নহাক্তা, অদুবু হংনীংঙি— কদায়দনো চৎলিনা, কনাগা? চৎলবা হায়বদুবা নহাক্তা খোয়দাঙবা থাবলগী ঈপাক্তা হিহোনবনা য়ৌবা ঙমদ্রবা লমদমদুদা, কনাসু উদ্রবা কনাসু খঙদ্রবা কনাসু তাদ্রবা নৎত্রগনা কৌরূ চীংগী চীংদোন্দা উনাগী খাঙপোক মনুংদো। ■

*('কৌনাং', ১৫-০২-২০০০)*

# ওজা নীলকান্তনা লৈখিদবদা

*নরেন্দ্রা নিঙোম্বা*

অহানবদা লৈখিদ্রবা আম্বাদা ইকোক নোঞ্জরি। ইখও খওহৌদনা ইথা থাজদনা কন্নাদসু ইঙ্গিৎ অমত্তা পীবমদনা পুন্সিগী চেঙ্ঙেল লোইদুনা মপুগী নাক্তা চৎত্রবা নুংশিজববা ওজাগী থবায়না ঈংনো-চীক্লা শান্তি ওইনা লৈকবা ওইসনু।

ওহ্মোক্লা মশক নাইত্রবা, মগুণ চাউত্রবা, মাগী খুৎনা শেক্রমদবা অমত্তা লৈত্রবা, মীৎয়েং থৌবা, বাখল চাউবা, পুন্নমকপু পাক-চাউনা কোনশিঞ্জরম্বা, অশেংবা মিনুংশি থৌজালতনা যোমত্রবা তাঙত্রবা মপোক ওইনা পোক্লকখিবনি ওজা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত। মহাক্কী পুন্সি মহাক্কী থবক অমুক নৌনা ইকপ্রাগসু পুন্নমক্লা খঙনরবনি, ওহ্মোক্লা মঙাল নাইত্রবা মীশক অমনি। মঙোন্দা অচৌ-মচা থায়দে পুন্নমক চপ মান্নবা য়েংবা ঙম্মী। মসিনি মাগী তোপ-তোপ্লিবা মগুণ। মগুণদুননি ঐগুম্না অমগা ওজাগা খঙনজরম্বসু।

মণিপুর কলাগী লমনি। তোঙান-তোঙানবা কলাগী মশক নাইববা হৈথোই-শিংথোইববা কলাকার মশীং নাইদনা লৈববসু, কলাগী মবমদা মুন্না খঙনা নৈনবা, তাথোক-তাশীনা য়াবা স্কোলারগী মশীংদি খবা তাঙনা থোকই হায়বসিনদি থোইদোক্লা লানফম থোক্কে। ওজানা কলাকার অমা ওইনা পারফোর্মেন্স উৎথিবমক্তি ঐ ইশাদি থেংনজহৌদে। অদুবু কলাকার অমগী মগুণদি ওজাদা য়াম্না চেন্নি। মাগী মাগী কলাগী ক্ষেত্রদা চোংলিবা অমদগীদি ওজাদা লৈবিবা অথোইবা কলাগী মগুণনা হেন্না চাউই।

থম্মোয় শেংনো পুকচেল্ল তিংনা মণিপুরগী কলাকার খুদীংমকপু য়োকখৎনবা অচৌবা থৌজাউ পুবম্মী। ঙসিদগীনা চহী তরামুক্কী নকয়া ওইরম্মা যাবে। নোংমা ওজানা মণিপুরী শুমাঙ লীলানা মশক ওহ্মোক্নুনা লম্বী ফাংলকপা হৌবকপদা থবায় শোক্লা পামজদবা মোত খবা লোয়নমনা আর্টিস্টশিংগী চেকশীন্দবা মতৌদ' নুংনাংবা ফোঙদোবকখি। মতমদু ঐ ওজাদা য়াম্না বারৌজখি। ঐগী পামজবা মতৌ উৎতুনা ওজাগা চীন্দা-পাউদা অকনবা মীং অমা য়েংনখি। ঐনা ওজাদা বাকৎখি। য়েংশিনবিনবা বাংলবা কা-হেন্না মনীং তমহন্নবা মচা মশুদুনা কয়া যাম্না বাংবা থাক কপা ঙমগদগে? কবিগুম্বা মমা-মপানা পামজবা লম্বীদুগী বাংমদা মচাদুনা চৎত্রবদি, থবক চিনবদগী নৎত্রগা থওইদবদগী য়েংশিনবা বাংহৌববা অহল লমনশিংদুগী মরাল ওইগদবা নৎত্রগা মচাশিং অদুগী মরাল ওইগদবা? তশেংনমক হায়ববদা ঈনখংলকপগী ঙাওনি-ফৈবিবা বাখলদা বাবক-বাতেম্বিনা বাংহৌববা মমা-মপাশিংগী দোশ লৈফম থোক্কে? বাফম অসি ওজানা নোক্লা নোক্লা তাবীখি। মমৈদা ঐবু চৈবোই-থেমজিনবেই নুংশিনা হায়বকখিবদু ঐ ঙসি ফাওবা কাউদ্রি "অঙাং নঙ য়াম্না থৌই। থৌবতা নত্তন' চীকপসু হৈয়ু। নঙগী নথৌনা অদু মাঙহন্দনা য়োকউ।" মতমদুদগী হৌনা কা-হেন্না নকশীন্নবা নৎত্রগসু ওজাগা খঙনজদুনা থেংনবা তাঞ্জা চাবদা বাবী শানজবগী খুদোংচাবা অদুম ফংজখ্রে। ঐনা 'মণিপুর স্টেট শুমাঙ লালা কাউন্সিল' গী সেক্রেটরী ওইনা থৌ পুজবিঙ্দা শুমাঙ লীলাগী ওইবা সেমিনার অমা এবিয়ান থিয়েটর হোলদা শীঞ্জখি। মদুসু ওজানা ঐঙোন্দা শুমাঙ লীলাগী মবমদা খবা নৈনসি সেমিনার অমা শাপ্প্র হায়না হায়খিবনি। হৌজিক ওইরিবা শুমাঙ লীলাগী মতাঙ, হৌবকপগী ইতিহাস, মহৌশাগী ওইবা লৈজবম্বা মশক্তা মতম্না পুবকপা য়াওন্দা যানশিল্লকপা কয়াগী মতাঙদা থন্ন-নৈনবদা অচৌবা শরুক য়াবিদুনা অফবা সজেসন কয়া পীবিখি ওজাদি মযামগীনি, পুন্নমক্কীনি, হীরম খুদীংমক্কী হংফমনি, তান্নফমনি। ওহ্মোক্লা তাঙত্রবা মীশকনি।

সমাজগী মিন্থল অমদি মিংশেল ওইবিবা, ঐথোয়বু অমুক হন্না বাখল থন্থহল্লিবা, অরা-পোৎথাহল্লিবা, অফবা সমাজ অমা পুবক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবদি শুমাঙ লীলাখক্তনি। অদুবু শুমাঙ লীলাগী ওইবা প্রিন্টেট টেক্স লৈতবনা ক্রিটবেচব নৈনবদা খুদোংচাদবা অমদি শুমাঙ লীলাগী চপ চাবা ইতিহাস অমা ফোঙদবনা আর্ট ফোর্ম অসি নোংম-নাংমগী মশক মাঙশিল্লকপগুম তৌরিবা অসি ফোক্লনবা ঙসিগী মহারোলশিংনো হীরম অসোমদা পুক্কীং চঙহন্নীংঙ্ডি হায়না কন্না হায়বম্মী। বাফম অসি মণিপুর স্টেট কলা একাদেমীনা শীন্দুনা জানুবারী তাং ৩১, ২০০০ দগী হৌনা পাঙথোকপা হৌখিবা কুন্নিপান্নক শুবা ওল মণিপুর শুমাঙ লীলা ফেস্টিবেল হাংদোকপগী থৌরমদা চিফ গেস্টকী বারোলদা ঙাঙখিবনি। অদুবু লাইবক থীবদি ওজানা হাংদোকপিবম্বা ফেস্টিবেল

অসিনা লোইইল্লিঙেদা নংহৌররোই মতাগুম চৎখিবা অসিনি। মসিমদি থম্মোয় থোক্লা নুংঙাইজদে।

ওজাগা ঐগা ইরোই লোইবা ওইনা বারী শানজখিবসু নুমিৎ অসিমক্তি । ভারত সরকারনা ওজাগী থবক কয়াদা পেনবিদুনা পদ্মশ্রী অৱার্দ পীরকপগী হরাও তয়াম্বা ফোঙদোকচরব্বদা ওজানা তরোয়বা ওইনা "থেঙ্ক য়ু" হায়না খুৎ শোক্লখি। অদুবু অৱার্দ অদু লৌগ্রিঙেদা তাইবঙ মপূনা পরপ-পরপ মনাক্তা চীংশিনবিখিবসিমদি ঈশ্বরবু বারোঁজদবা ওমদে। অসিগুম্বা মপুঙ্গি চুপ্পা মণিপুর কলচরগী, সাহিত্যগী অতৈ হীরম কয়াদা কংথোকপগা লোয়ননা হোৎনজরক্লিবা তাঙগ্রবা মীশক অমদা পীরিবা মনা অসি মতীক চামনদে অমদি থেঙসু থেঙমল্লি। মসিমসু ঐনা তাইনফম খঙদনা বারোঁজে। ঙসিদি ঐখোয় খ্বায়বু লমজীংলম্বা, ঐখোয়বু অনৌবা মঙাল কয়া পীরম্বা অহল অদো ঐখোয়বু থাদোক্লুনা চৎগ্রে। পেলহৌদে, নিঙমহৌদে হায়না খঞ্জহৌবা অসি নত্তনা করিসু তৌবদি ঙমগ্রেদো।

কৈশাম্পাৎ থোং লান্দুনা নাকলদা শঙনগী বেগ অমা কোন্দুনা ঙক থাংগৎলপ, পকচবা আনোক্লুগা ফৈজোম কুপ্পা পূময়াংকী ফুরীংখাওদা য়েগ্তুনা গম-গম চৎলম্বা, অহানবা কৌবদা বাখলনা লূমথদুনা পাক খুমদবা, অনীরক শুবম্মা য়াম্না নুংশিনা "কমদৌরি? করম-করম চৎথরি? হোৎনৌ-হোৎনবা লেপকনু। নঙগী খঙনীংবদু লাকঊ তাম্নসি। লাইরিক পাউ, লীলা তৌগে হায়রবদি পাদবা নৈনদবা য়ারোই" হায়না তত্তনা হায়বিরম্বা ওজাদো অমুক হন্না উররোইদো। ওজাগী নোকমি-নোকমিবা মীগুম্বা শকম্না ঙাঙখিবা ময়ামদু অমুক হন্না তাররোইদো। ওম্মোক্লা পাম্মুজগ্রেদা। মণিপুরী কলচরগী, সমাজগী, সাহিত্যগী অচঙবা মীশক অমনা কল্লম্বা চাউরবা মফম অসি কনানা মেনশিনবিগনি। অসুম হাঙদুনা লৈহৌরগনি। হে তাইবঙ মপু, নহাক্কী খূয়াদা চঙজগ্রবা, ঐখোয়গী লমজীংলম্বা অহলগী থৱায়বু নুংশিনা ননাক্তা থম্মিন্নুকো। করিগুম্বা নহাক্না অমুক মহাকপু তাইবঙদা থাবিরক্লব্বদি ঐখোয়গী ইরক্তা তিল্লহনবিয়ুকো। মতম চুপ্পদা ওজাগী থৱায়না শান্তি ওইবা ওইসনু! ■

('য়াকাইরোল' ১৬-০২-২০০০)

# AND MY TEACHER LIVES ON

## (A tribute to Elangbam Nilakanta)

***Soyam Lokendrajit***

They say he is no more. No, I say. How can the author of the first modern Manipuri poem, **Manipur** (1947-49) die? How can the philosopher who trained second generation professional philosophers be no more? Nilakanta the philosopher poet, the critic of Manipuri life and culture at home and its exponent abroad, the lover of beauty in art, lives on.

As a poet he stood between two epochs. He inherited the romantic tradition of Anganghal, Kamal and Chaoba. He, then on his own inaugurated the era of modern Manipuri poetry. The spiritual crisis of modern age, so sensitively portrayed by Eliot in his poems, and the mystic quest for a final vision deep rooted in Eastern tradition— both found a place in Nilakanta's system. What made Nilakanta great was, he could

doom. He was a prophet of

sustain both the tendencies in a 'noble but costly tension'.

As early as 1949 he could warn his compatriots of what History is to unfold subsequently. The sacrilege with which the first generation politicians of the colonial system, with the heroic and classic exception of Irawat, disowned Manipur, was portrayed in his poems. He could for see that a lost generation is soon to embark upon a long voyage to find Manipuri. But Nilakanta was never a prophet of love and hope. Amidst crises, he calmly predicted that Manipur we would love to see will rise up again from the ruins of History. And I am sure, future will prove him right.

As one of his favourite students, I have been privileged to learn from, as well criticise him. Never to miss a chance to criticise my teacher has been one of my intellectual delights. And again I am quite sure that time can never rob me of this delight in future also. My teacher Nilakanta belongs to the genre of thinkers who are criticised daily, simply because there are still things to learn from them. Small people are glossed over, once for all. Big shots like Plato and Aristotle are criticised again and again. So will be Nilakanta. Agnipariksha or the test of fire is the destiny of pure gold. This inexorable law of History holds true in academic life also.

But some of the criticisms from his contemporaries arose, partly because of their insensitivity to his thought system and partly jealousy. For example, detractors complain that his interpretation of Manipuri culture has a distinct Hindu bias. Nothing could be farther from the truth than his. As a sensitive student of culture, Nilakanta knew that Manipur is an unique confluence of cultures, one South Asian represented by Hindu culture and the other South East Asian represented by Meitei culture. His analysis (spread over a number of books, papers and monographs) of the tension, fusion and synthesis of these two great culture streams will always remain a distinct contribution in philosophy of cultures. One or two years back, he confided in me his desire of launching a grand project, a study of what he calls the tantric belt which includes Tibet, Burma, the Himalayan foothills, Manipur and the rest of North East India. I was excited by the grand design and the robustness with which it was communicated. But what of now? Will the onus lie on all of us to take up the pen on his behalf?

As as art critic, he had an eye for beauty and a sensibility receptive to varying moods and emotion. His ability to keep abreast of the latest events in performing arts in remarkable. Once while I was stationed in Calcutta glued to my research work, I chanced to see a performance by a visiting Vietnamese cultural troupe. Struck by the symmetry of forms between their dance and our dance, I wrote him my impressions, proclaiming that he must study the danee forms of South East Asia before expressing definite opinion on classical Manipuri, and also making a number of suggestions. Promptly he shot back saying he already had, enclosing a paper he presented at an All India Seminar as his evidence. To my dismay, I found that many

of my suggestions were already there in his paper.

Towards the latter part of his remarkable career, he strayed into bureaucracy. In between the two of us. I used to criticise him for this too, Prof. Nilakanta proved that he is a class apart. Single handedly he build up three institutions dedicated to promotion of art and culture; Manipur State Kala Akademi as its founder secretary, Manipur Film Development Council (now corporation) as its founder Director, Directorate of Arts and Culture also as its founder Director. All those who worked with him still remember the tact and tenacity with which he could get through the work of these departments in the path ways of State bureaucracy. Even while in bureaucracy his academic pursuits continued, as is evidenced by his publications during the period.

Way back in 1986, he formally returned to academic or rather to academic philosophy, to be precise. He joined Manipuri University as the first consultant of the department of Philosophy. It was he who first sowed the seed that subsequently grew up to become the Department of Philosophy. The rest, as they say, is History.

In Philosophy, he had a tendency to incline towards mysticism. On this score, we had serious differences. Among the sages of India, Aurobindo is his favourite mystic. Academics in India consider him an authority on the philosophy of Aurobindo and I think rightly. One of my favourite pastime is to caricature Aurobindo's philosophy for my teacher s hearing and one of my sweetest memory is the genial gentlemanly forbearance with which he took it all, reasoning with me point by point to defend his convictions. Manipuri personality traits are cast in the patriachal authoritarian mould. One hardly finds a liberal. My teacher is one who comes nearest to my image of a liberal man, the making of which is the basic urge of Western culture His liberalism explains hi equal sensitivity to the latest tools of analylic philosophy a highly specialized discipline. He however evinced greater interest for existentialism, especially the Sartrean and Heiddeggerian brand. In the early nineties, he made serious attempts to enter deep into Hussrel s phenomenology and the Gadamer inspired school of hermeneutics. Among the contemporary literary critics, I think he is the one who had the intellectual equipment to appreciate the deconstructivism of Derride and Rorty.

The last dialogue we had was at the Imphal Book Fair GOI Publication Division Stall. He had been to the States. So I joked: "congratulation Sir, on your safe homecoming from a country of crime!" I had expected a peal of laughter as was his wont; but was rewarded with a gentle smile. Is there anything amiss, I thought then. America could see our poet back home, safely from her shores. Imphal failed to sustain him for long. Did the inevitable happen? Please! No more of that now.

Philosophers have often been ridiculed for their eccentricity, they as beings sans sentiments. They themselves have encouraged an archetypal image that enhance this

popular confusion. Socrates chided his disciple for weeping at the time of his taking hemlock. A man must be allowed to depart in peace without wails and lamentations, he said. When the Samgha met after Buddha's Mahanirvana to elect their president, Ananda was passed over because he had been guilty of weeping at the Teacher's death!

Yes, we all agree with that. We, sure, know that the spirit lives on. That life and work here will go on as usual. But when the heart tells me that the physical absence of someone you love makes all the difference, I have no philosophy to offer. ■

*('Imphal Free Press', 16-02-2000)*

## PADMASHREE NILAKANTA DEAD

**Imphal, Feb. 12 :** Noted Academy Award-winner, savant, Padmashree Elangbam Nilakanta, died last night at his residence at Keisamthong Elangbam Leikai. He was 74 and is survived by his mother, wife, two sons, and two daughters.

A renowned figure in the literary field, Nilakanta was recently conferred the title **'Padmashree'** by the Central Government during the Republic Day function in New Delhi.

Born and brought up at Keisamthong Elangbam Leikai, he did M.A. in Phlosophy and took up the teaching profession at DM College. He was also associated with the Manipur State Kala Akademy as its first Secretary from 1972-78, and later retired as the Director of the Arts and Culture Department. He was also associated with the Manipuri Sahitya Parishad and had many books to his credit. From among his books, **'Tirtha Yatra'** fetched him the Sahitya Academy award in 1987.

The Governor, Ved Marwah, expressed grief over the demise of Padmashree Elangbam Nilakanta Singh. In his condolence message, the Governor described Nilakanta's death as a great loss to Manipur. The Governor also conveyed his heartfelt condolences to Smt. Nilakanta and expressed hope that God would give her the strength to bear the irreparable loss.

Meanwhile, the Cine Artistes' and Technician's Association, Manipur, in an emergency meeting held today expressed condolence over the death of Nilakanta Singh. The meeting also recalled the invaluable contributions made by Nilakanta, who was also a film critic, in the development of Manipuri cinema. In his death,

Manipuri Film Industry has lost a prominent activist, a statement issued by the association said.

The staff of Manipur Sanskrit Parishad and students of Imphal Sanskrit Tol held a condolence meeting today at the Parishad office on the demise of E. Nilakanta, who was also the Vice-President of the Parishad, and observed a two minute silence and prayed for peace of the deceased.

The Punshi Khongchat Marup, Imphal, also held a meeting today at Uripok to express grief over the demise of Padmashree E. Nilakanta Singh. The meeting also observed a two minute silence and prayed for peace of the deceased. ■

***('Imphal Free Press', 13-02-2000)***



December 19, 1999, Calcutta

অদুবু ঙসিদি শকচরি ইমা ভারত
ওইজরবসু ঐহাকসে, ইমা, চাউথোক্লা মণিপুরী মৈতৈ
ঐহাকসু ভারতবাসীনি চাউজরক্রবা মন্ত্রদা বন্দে মাতরমগী
থৌনা হাপ্পীরক্রবা 'জয় হিন্দ' হাশক্লা।

— ঙসিদি শকচরি ইমা ভারত

---

# চেফোঙশিংদা ফোঙখিবদগী লৌথোকচবা

# মণ্ডাল পীবিরম্বা অমনা থুপশ্রবদা

*লমাবম লোকেন্দ্র*

অহাংং অদুনা ঐবু হায়যম খঙদনা বাহনখি। ফমজনশ্রবা উনগুম, ইশাসি ইফক-ফকচীনখি। তামো ময়েংবম অক্ষয়কুমারনা এহাং দুদা ফোন তৌরকখি। নুংশিজরবা ওজা নীলকান্ত লৈখিদবগী পাউ অদু তম্লবা। পবিষদকী জেনেরেল সেক্রেটরী ওইনা মামদা পাউ পীখিনবা তৌরকপনি। মঙগুম্লবা, ওহ্বোক্লা থাজখিদ্রবা পাউ অদুনা ঐবু তমথীনা ওৎখি। মঙ ওইববদি নুংঙাইনিদকো থনখি। থাজদবনা অনীরক অহন্নক হংজখি— "অশেংবেরনে তামো?" অশিবগী পাউবু কন্নানা ওইদবা ঙাঙলুগদগে! অদুবু ওজাবু পাম্মুজবদগী ঐখোয়গী ইরক্তা অসুম লৈহন্নীংবদগী হায়বির্বনি হায়বা কোন্না খঙজবকই। অদুগীসু মথক্তা ওজা য়াম্না কল্লা নাই হায়বগী পাউসু লৈখিদে। ফেব্রুবারী তাং ১২ দা ঐগী লীলা অমগী প্রেমিয়র শোগী চিফ গেষ্টসু ওজানা ওইবিগদবনি। ওজানা লৈখিদ্রিনা অসিনা ফেব্রুবারী ১১ গী নুমিদাং অথেঙবা নোংয়ায় য়ৌরমদাই পুং ১১ ২৫ অদুবাইদনি। হকচাং ঙমদ্রে হায়বগী পাউ তাং ৯ দা যুমদা [illegible] তৌবিরক্লম্মী হায়বা পাউ তাবদগী ওজাগী যুমদা চৎচকই। অদুবু হীদাক কাপ্পি, পোৎথাখিবদা ঙায়বি হায়বদগী উনবকখিদে। ওজাগী নুংশিরবা খোঙ্গেল তাবগী অবোয়র্বনি। চৈনা ফাওনা ফাওনা পবিষদকী একজিক্যুটিব মেম্বব থবগী যুমদা, প্রসিডেন্টগীদা ফোন তৌই, অহীংনিনা খুম্নকপসু যাওই, খুম্নক্তবসু য়াওই। সংস্কাবদি নোংঙাল্লগা তৌগদবনি। ঐগী তৌফম খঙদ্রবা মতৌদু উবদা নুপীনা '**পোক্লফম**' দা পাউ হায়খো হায়রকই। '**পোক্লফম**' দা পাউ পীখি। সংস্কাব নোংঙাল্লগা তৌগনি হায়বগী পাউসু হাম্নায় হায়জখি।

ওজা লৈতবগী পাউ ঐদা নত্তে কনাসু থাজনরম্মোই। অবাবা চৈনা কনাসু ফংদবা লৈনরম্মোই। পুম্নমক তাইবঙ মপুগী লীলানি। ঐখোয়না কর্বিদি তৌবা ঙম্মুনি। হৌজিকসু থাজদ্রি ওজা লৈখিদ্রে হায়বা, ঐখোয়গী ইবক্তা অদুম য়াওবিবগুম খল্লি। মহাক লৈখিদবগী অবাবা ফোঙদোকপা সভা অদুদা মহাকসু বা ঙাঙখিগে হায়রক্তৌবগুম খল্লি। জে. এন. মণিপুর ডান্স একাদেমীদা ময়ামগী অপুনবা অবাবা ফোঙদোকপা মীফম ফমসি হায়বগী বা তানবা, পরিষদতা ফম্বা মতম অদুদসু 'নখোয় কর্রি করি অবাংপা লৈবি, কবম-কবম তৌবিবা' হায়না বা ঙাঙলকপগুম হেক্তা খল্লকই। পুম্নমকসি ওজানা ময়ামগী থবক্তা য়াম্না থবায় য়াওবিরম্বগী মতৌ অদুননি। মণিপুবগী ওইনা চাউথোকচনীংঙাই ওইরবা, অসুক মগুণ লৈরবা নুপা অসিনা চৎখিবদা কবিগী পুক্নীং ইহাঙ হাঙহৌরোইদৌবিবনো। পাম্মুই, ওহ্বোক্লা পাম্মুই। মী থুদীংমক্তা পুক্নীং থৌগৎপিরম্বা, থৌনা হাক্লীবম্বা ওজানি। অদুনসু সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতি পামজবা, সমাজগী থবক তৌজরিবা কয়ানা মহাক লৈতবদা তেংথানরিবসিনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী ঐহাকসু মহাকপু এদমাইব তৌজরকখি। মহাক্কী খুৎহই, মহাক্কী ভাষণদা থবায় তাজখি। কুইরবা বানি। গুরু বিপিনগী '**গোবিন্দ সঙ্গীত লীলা বিলাস**' কী বাথোক্কী মতাঙ অদুবাইদনি। নুমিদাং অমা এলাংবম লৈকায়গী থোংখোঙ বাংমদা নুপা অনী বাবী শানবা তাখি— 'পুম্নমকসি ওজা নীলকান্ত হাংলগা ফগদবনি, মানা শৌগৎতুনা তৌরিবনি।' মদু তাবদা ঐহাক পাখৎখি। মতমদুদি ওজাগা ঐগা মুম্না খঙনবসু নৎত্রি। পাউ অসি ঐবু তমগদ্রা তম্লোইদ্রা খনফম খঙখিদে। অদুবু কবিসু তৌখিদে। শাউনীংবদগী পঙাঙ ঙাঙবনি হায়বদু কোম্না ভাব তানকখি। ওজাগা মুম্না খঙনববা মতুংদা ঐনা খারীদু তম্বদা ওজা নোকখি। ওজাগা লোয়নখিবগী কাউঙমদবা থৌদোক ময়ামগী মনুংদা হেম্না কাউঙমদবা অমদি ১৯৯৪ দা অগবতলাদা 'নোর্থ ইষ্টর্ন লিটবেবী কনফবেন্স' অমা য়াওবা চৎমিন্নখিবা অদুনি। সিলচর ফাওবা প্লেন্না চৎলগা অগরতলা ফাওবনা বসতা চৎকদবনি। পুং ১০ হেম্না তোংগদৌরিবনি। ত্রিপুরাদা লৈরিবা মৈতৈশিংবু নুংশিবদগী খোঙচৎ অদু মহাক্না য়াখিবনি। ঐনসু কন্না চৎপিনবা হায়জখি। ঐনা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিটিগী সেক্রেটরী ওইরিঙৈদা (১৯৮৪ দগী হৌনা) ত্রিপুরাগী মৈতৈ নহারোলশিং মরু ওইনা 'মণিপুরী সোসিও কলচবেল ওর্গেনাইজেসন' গী মীওইশিংগা পুন্না থবক কয়া তৌমিন্নখি। নকশীন্নবা মরী পুররুবা হোৎনখি। অদুনা ওজানা ঐবু নুংশিবিদুনা ত্রিপুবাগী লিয়াজন ওফিসাবনি হায়না থোনবী। নুমিৎ হুমনিগী মীফম অদু অবাং নোংপোক্কী মরুওইবা, মশক নাইবা মীওই কয়া কলকত্তাদগী অসিত বন্দোপধ্যায়, আসামগী নবকান্ত বরুয়ানচিংবা য়াওবা অচৌবা মীফম অমনি। ওজাবু মপানগী মীওইশিংনা

কয়ামুক লুনা খনবগে, ব্যবহার তৌবগে হায়বদু হাকথেঙননা খঙবা ঙমজখি। মহাক্কী মণ্ডপ অদুদা ত্রিপুরাগী মৈতৈ মচাশিংসু হরাওজখি, চাউথোকচবা পোকখি। ঐবুনা মণিপুরী থিয়েটরগী মরমদা পেপর অমা পানবা শীল্লি-লাঙলিবা কাঙবুনা নুংশিবিবদগী হায়বিরকপনি। ওজানা ময়ামদা ঐবু থাগৎপিদুনা শক তাকপি। পুক্কীংদদি ইথন্তা অকিবা ফাওখি।

ওজানা হায়— "চোপহনবা য়াদে, থৌনা ফগদবনি, মতৌ মালহনগদবনি।" লাই খুরুমদুনা হোৎনখি। লাইনা চানবিখি। হংঙলকপা বাহং ময়ামগী পাউখুম মতৌ মান্না পাখৎতনা খুম্বা ঙমজখি। শরুক য়াররিবা অইবশিংনো মাগী মাগী মরোলদা শৈরেং, বারীমচা পাথোক্লরগা মদুগী ত্রান্সলেসনসু অমুক পাথোক্লে। ঐগী 'খুদোলপোৎ' হায়বা বারীমচাদু ওজানা নুমিদাং অমদা ইংরাজীদা হন্দোকপিদুনা ঐসু শরুক য়াবা ফংজখি।

অসিত বন্দোপাধ্যায়না ঐগী বারীমচাদু থাগৎপিরম্মী হায়দুনা ওজানা তম্বী। ওজানা পাখিবা শৈরেংদু 'তীর্থ যাত্রা' ওইরমানে খল্লি, অশেংবদি কাউরে। ময়ান্নদি য়ান্না থাগৎনখি। ওজাদি ঐগী বারীমচাদু কয়া হৈনদে। ঐঙোন্দা হায়— "লুহোংবগী নুমিদাংদা ওহোক্লা তমথীরবা খুদোলপোৎতু খজিক্তং হেনমল্লি।" নুপীবু য়াম্না আইদিয়েল ওইনা রোমান্টিক ওইনা উজবা মীৎয়েং অদুনা হৈনদবা ওইরম্বসু য়াই। ঐনা কম্না য়েংলী— "নুপীবু নুপানা এক্সপ্লোইট তৌবিবগী অকনবা প্রোটেষ্টনি হায়না লৌবিয়ু।" মহাক্না লাক্লগা খুমখি— "অদু ওইরবসু . . ."

নুম্মিৎ হুমনি মরীনি নকশীন্না লোয়নজবা অদুদা ওজাগী মরমদম্মু নুংশিবা, শান্তি পামজবা, মঙালগী ঈথৌ লাংজবা কয়া অদু ময়েক শেংনা খঙবা ঙমজখি। "ওজাগী শাউগন্দবসি ঐদি ওহোক্লা কল্লকচখ্রে—।" "ঐখোয়গী কোকসি নেপ্রোগী ক্ষোক হায়বদুনি" হায়রকখি। হল্লকপগী খোঙচৎতা ময়ান্না ওক্রমদুনা সিলচরগী ডাক বঙ্গলোদা লৈখি। ময়ামগা বারী-বাতায় শাবনা ফনসু থেঙলে ঐনা তুম্নবা মতুংদা ওজাদি লাইবিক পাদুনা লৈহৌরি। নোংঙাল্লমদাইদা মী চৎপগী মখোল অমা তায় হায়না য়েং লুবদসু ওজানা হৌগৎতুনা কা মনুংদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা শাজেল তৌবা ওইরম্মী। লংফৈদা খঙদে য়ুমদা খঙদে মাগী নোংমগী তঙাইফদবা লাই খুরুম্বা, লাইরিক পাবা, ইবা হায়বসি তোকপা য়াদে। "চাক চাদবদি ঙম্মী, লাইবিক পাদবদি ঙমদে", হায়। অকনবা নেশানি. অদুনা মীপুম খুদীংমক্তা য়াম্না পাগদবনি, নৈনগদবনি হায়বসি মহাক্কী অকনবা পাউজেলনি। ঐনা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী জেনেরেল সেক্রেটরী ওইরিঙৈদসু তত্তনা সমিতিগী ওফিসতা লাকই। "করি করি লাইরিক অনৌবা পারে— মণিপুরগী ওইরবসু মপানগী ওইরবসু" হায়না হংগনি। অদুগা ঐখোয়না পানরুরবা অনৌবা লাইরিকশিং অদুগী বারী তম্নরগা নৈনবদু মহাক্কী পামজবীনি, হৈনজবীনি। মোত খেম্নদুনা মরৈ তৌনরবসু, মহাক্তি শাউগন্দবনিনা য়াম্না নুংঙাই। নোক্তুনা মরৈ তৌনবনি। ওক্সাগা লোয়নখিবগী কাউঙমদবা বারী লোইবা নাইরোই। মাগী মতীক-মগুণ শীংথাবতনা বাৎলগদবনি। মহাক্নুম্বা মী অতাওবনি। মহাক লৈখিদবা হায়বসি মণিপুরী সাহিত্য, কলা, সংস্কৃতি অমদি সমাজগী ওইনা য়াম্না চাউনা মাঙজবা অমনি। মেনশিনবা ঙল্লরোইদবা অহাঙবা অবাৎপা অমনি। মণিপুরগীতা নত্তে ভারতকী ওইনা মাঙজরবনি। অদুগা মালেমগী ওইনা শান্তিগী পাউজেল য়েল্লম্বা মীওই অমা মাঙজরবনি। ওজাগী মাঙবা নাইবা হকচাংনো তাইবঙ থাদোক্তুনা চৎখ্রবসু, মহাক্কী থরায়দি লৈহৌবি ঐখোয়গী ইরক্তা। মহাক্কী থরায় হিংলি, মতম কুইনা হিংদুনা লৈহৌখিগনি। ওজাগী আত্মানা শান্তি ওইনা লাইরেম্বন্দা লৈরুনবা তেঙবানমপুদা থম্মোয় শেংনো খুরুমজরি। করিগুম্বা মপোক হায়বদু লৈবা তারবদি লমদমসিদা অমুক হন্না পোকহনবিবা ওইসনু। ■

('সমখোঙ' মার্চ ২০০০)

# পদ্মশ্রী নীলকান্তবু নীংশিংজবদা

*মুতুবা বহাদুর*

ওজা শ্রীএলাংবেম নীলকান্ত সিংহ, ঐহাক্না নুংশিনা অমদি লুনা খঙবা ওজাশিংগী মরক্তা থোইদোকপা অমনি। ওজাগা শকখঙনবা হৌখিবসি মণিপুর স্টেট কলা একাদেমী লিংখৎলবা মতুং ওজানা সেক্রেটরী ওইনা থৌ পুবিরকখিবা খৃ. ১৯৭৪ গী অহাইদগীনি। ওজানা ঐহাকপু মণিপুরগী নাৎকী মচাকশিংগী মনুং চল্লিবা অরিবা মতমগী শক্লাইবা মৈতে কলাকারশিংনা য়েক্লম-শারম্বা অয়েকপা লাই, মূর্ত্তি, শেনয়েক্লচিংবা খোমজীনবা অমদি মদুগী মরমদা নৈনবদা থবায় য়াওজবা মীশক্তি হায়না লৌবিখি। মদুদসু নত্তনা ঐহাক্না পায়খৎচবা থবক কয়াদা পুক্নীং থৌগৎপিবদা নত্তনা ৱাখল-লৌশিং অমদি শেলগী মতেঙ কয়া ওজাগী অরোয়বা মীৎকৃপ ফাওবদা পাংবিরম্মী।

ওজাশ্রীনা মতেঙ পাং বিদুনা মণিপুরগী শক্লাইরবা লাইয়েকপা শ্রীনিংথৌজম ভদ্রগী খুৎয়েকশিং অমদি শারম্বা স্কল্লচরশিং খোমজীনবা অমদি পোৎলমশিং অদু উৎপা মেলাসু শীনখি। পুন্সিদা কাউবা য়াররোইদবা থৌদোক্তি, একাদেমীগী শেষ্টংগা লোয়ননা পুথোকচখিবা ঐহাক্কী মৈতৈলোন্দা ইবা লাইরিক 'মণিপুরী আর্টকী ৱারী শীংবুন' ভোল্যুম ১ দগী ৫ ফাওবা অসিনি। ভোঃ ১ অসি খৃ. ১৯৭৩ দা ফোঙবা মতমদা মোইরাংগী মীয়াম্না অচৌবা ঈহৌ অমা ঐগী মায়োক্তা হৌরকখি। লুপ্পবা তাঙ্গা অদুদা ওজানা য়াম্না চেকশীন্না শন্তাইনবীখি। পঞ্জনীংবা ৱাফম অমনা হৌজিক লৈরিবা মোইরাং থাংজিং লাইশঙগী ফক্লাংদা য়েক্লিবা লাই অসি লৈখিদ্রবা মংসিদম কলাচান্দ সিংহ (ভদ্রগী সেবক) না য়েক্লম্বনি। মসিগী মথক্তা নৌনা য়েক্লবা লাই থেৎলম্লবনি। মদু লৌথোক্লগা হান্নগী লাইয়েকশিং অদু নীংথিনা শেমজীনবা অমদি মপুন্সি শাংবদা মতেঙ ওইনবগীদমক প্লাষ্টিকনা কুপশিনবনচিংবা ঐহাক্না পাঙথোকপা ঙমজখিবসি ওজা অসিগী মপান্দগীনি।

ওজানা আর্ট এন্দ কলচরগী ডিরেক্টর ওইনা (১৯৭৯) মতুং লনাই সংস্থানশিংদা শেম্বুং পীরকপগী মতাঙদসু ইশানা ডিরেক্টর ওইজরিবা 'মুতুবা ম্যুজিয়মবু' কাউথোকপিখিদে। ওজানা ডিরেক্টর ওইবিরিঙৈ মনুংদনি, ঐহাক্কী ম্যুজিয়মগী খুৎপুগা পুন্না হোৎনমিন্নদুনা চৈরাপ কোর্টকী ফক্লাংদা ভদ্রনা য়েক্লম্বা ম্যুবেল পেন্টিংশিং প্রিজাবেসন তৌজখিবসু। ঐহাক্না, ভারত্তা ম্যুজিয়মগী ঈহৌ শাগৎপদা মশক নাইরবা শ্রীসি. সিবরামমূর্ত্তিদা নত্তনা ডা মুক্করাজ আনন্দ, সাউথ ইষ্ট এসিয়াগী স্কোলার ডা. নেহরঞ্জন রে অমদি ডা. কপিল্লা বাটসায়ননচিংবা কয়াগা শকখঙ-মায়খঙনরে হায়দুনা পুক্নীংদা হৌজিক চাউথোকচনা পেঞ্জরিবসিসু ওজা নীলকান্তগী মপান্ননি। মখোয়গা শকখঙ-মায়খঙহনবিবতা নত্তনা মখোয়গা পুন্না থবক তৌমিন্নবগী তাঞ্জানচিংবা কয়াসু ফংহনবিখি। ঙসি ওজাশ্রীদি তাইবঙপাল থাদোকখ্রে অদুবু মহাক্না শম্নবিরম্বা মরুপ-মপাঙ কয়াগী মরীদি অসুম অসুম চেৎশীন্নরক্লি।

ওজানা আর্ট এন্দ কলচরগী ডিরেক্টর ওইনা থবক্তগী পোৎথারবা মতুংদা 'ইন্টাক', রিজনেলে চেপ্তর মণিপরগী কনভেনর ওইবিরবা মতুংদগীদি মদুগী ওফিস মুতুবা ম্যুজিয়মদা হাংবিবগা লোয়ননা তোয়না উনবদা নত্তনা কলচরগী ওইবা থবক, সেমিনার, সিম্পোজিয়ম্নচিংবা কয়া মরক মরক্তা পাঙথোকখি। ওজাগী য়াম্না নোক্নীংবা ফাগী ওইনা হায়রম্বা ৱাহৈ ঙসিসু কাউদ্রি "বহাদুর, আনোকসে শিল্লরোইদা য়াম্না উরগা ৱায়, উরিবা খরসিনা পেম্ছোক্লবনি।" অদুবু আমেরিকাদা মচাগী মনাক্তা চৎলুরগা হল্লকপদদি আনোক অমা শিল্লকখি।

ঐখোয়গী ম্যুজিয়মগী নহারোলশিংনা পুনবা, চৎপা, নহারোলশিংগা ৱারী শাবা য়াম্না থবায় য়াওই। ওজাশ্রীনা আমেরিকা চৎপগী ফিন্নার-বেল পার্টি ওইনা চাক অমত্তং পুন্না চামিন্নসি হায়বিরকখিবদগী অদ্রোগী ফৌওইবী চকৃকলবু মুতুবা ম্যুজিয়ম, কলচরেল কমপ্লেক্স অদ্রোগী মায়কৈদগী হরাউনা চাক্লেন অমা শীলহনবিদুনা খৃ. ১৯৯৯ গী জুন ১৬ তা ঐখোয় পুন্না অদ্রোদা চাক চাবা চৎমিন্নখি। মদুদা জাপানীজ ওজা প্রো. মকিনোসু য়াওখি। অদ্রোগী মাঙোল (হৈক্লজম হেমলেটকী) অমদা চামিন্নখিবা চাক্লেন অদুনা ওজাগা অদ্রোগী খুঞ্জাশিং অমসুং মুতুবা ম্যুজিয়মগী নহারোলশিংগা পুন্না চামিন-থকমিন্নবগী অরোয়বা ওইখ্রে।

ওজানা তত্তনা হায়বিরম্মী—"হৌজিক্কী মতমসি মতম অমনিনে। ঐখোয়সু য়াম্না খঙলমদ্রবজাৎনি। ইরাবতসে ঐ খঙলমদ্রে।

হৌজিক্তি ইরাবতপু মতম অমদা থৌশারুন্দবগী প্রায়শ্চিত তৌরিবনি। মাগী থৌরমনিবু হায়রবদি লেপ্তুনা য়াওখিনি।" অসুম্না হাযবিবন্ধতা নপ্তে, জননেতা ইরাবতকা মরী লৈনবা থবক্সিংবু হায়রবদি অচানবা কয়া লৈরবসু চীংথদনবা কন্না হোৎবিরম্মী।

ওজানা আমেরিকাদগী হল্লক্লবা মতুংদা কোয়চেন চেন্দুনা ইন্টাক্সা সেমিনার অমা টিপাইমুখক্কী মরমদা ষ্টেট গেষ্ট হাউসতা শান্দুনা জানুৱারী ৩০, ২০০০ দা পাওথোকখি। মসিনা ওজাগী পুন্সিগী অরোয়বা সেমিনার ওইখ্রে। সেমিনার অদুগী রিকমন্দেসন কমিটিগী মীফম মুতুবা ম্যুজিয়মদা হৌখিবা ফেব্রুৱারী ৬ তা ফমখি। মীফম অদুনা অমুক ইন্টাক্কী অমদি মুতুবা ম্যুজিয়মগী ওইনসু অরোয়বা, পুন্না উন্নমিন্নবা হাযবদু ওইখি। ওজানা পাফন্গী লাইরিক অমা ফোরৱার্ড ইগদবা লৈ হায়দুনা হেক হেক লাক্কুনা তান্নরম্বদু লাক্লরোইদো' নুমিদাংবাইদা হেক হেক নীংশিংলকই। তুক-তুক ওফিসতা কাখৎলক্লগা "বহাদুর লৈত্রা কনা কনা লৈ" হায়না হংলবা, "লাই ইমো বোবা চাশিনে লৈরুচো" হায়রদৌবা মাক্সি। ইথা থাজদনা মোরোক অতেকপকাসু চীকখি। অঙকপনি নহারোলশিংনা মঙোন্দগী ফাগি-জুগাই তৌশিনবা ওজানা শুকশাউ শাউদে। নোকফেৎ নোকফেৎ তৌদুনা তায়। হৌজিকসু নুমিদাংবাই পুন্দুনা বোবা চামিন্নবদা ওজা চঙলক্কদৌবোই হেক হেক নীংবসিমদি ঙসিসু কোকত্রি। খঙদে ওজাগী থবায়না খাইদা সুমক লৈবিরিদরা? ■

*('সনথোঙ' মার্চ ২০০০)*

# ঐগী ববা এলাংবম নীলকান্ত সিংহ

*ডা. এলাংবম দিলীপকুমার*

[ডা এলাংবম দিলীপকুমর সিংহ, নোঙাম্নবা ওজাশ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহগী (১৯২৭-২০০০) অনীশুবা মচানুপানি। হৌজিক ডাক্তর অমা ওইনা আমেরিকাগী পেনসিলভানিয়া ষ্টেটকী দানবিল শহরদা থবক তৌরি। হন্দক্তা মাগী মনাক্তা ওজাশ্রী নীলকান্ত অমসুং লোয়নবী (সুরোধোনী দেবী) গা আমেরিকা কোয়বা ওইনা থা ৬ রোম তাং ২৮।৬।১৯৯৯ দগী তাং ১৯।১২।১৯৯৯ ফাওবা লৈরুই। আমেরিকাদগী থোক্লকপা থা অনী ফাত্রিঙৈ তাং ১১।২।২০০০ দা ওজাশ্রী নীলকান্ত খঙহৌদনা লৈখিদ্রে। মাগী অপোকপগী শ্রাদ্ধ কর্মা য়াওবা ডা. দিলীপকুমার ইম্ফালদা থোক্লকখি। মহাক মার্চ ১০, ২০০০ ফাওবা ইম্ফালদা লৈগনি। মানা ইম্ফালদা লৈরিঙৈদা মার্চ ১, ২০০০ দা মাগী য়ুমদা, ওজাশ্রী ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহগা ইশামক্তা চৎচরুন্দুনা টেপ রেকোর্দিং তৌদুনা ইমুংগী কাদা পুং ৩ রোম হেন্না ৱারী শারকপা ময়াম অদুগী খরা শমজীন্নগা ৱারেং অসি ওজাশ্রী ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহনা ৱারেংগী মওং তানবা অমুক ইথোকপনি। ৱারী-ৱাতায় শাবগী মওং, ৱাহং নচিংবগী শরুকঅদু য়াওহন্দনা, মচা অমনা মাগী নুংশিজরবা, নৌনা কায়নরবা অপোকপবু নীংশিংজবা, নক্লবা পাউদম অমা ওইনা শেমজবনি।

ডা. এলাংবম দিলীপকুমার সিংহ ১৯৬০ , ডিসেম্বর ৪ দা পোকই। ১৯৭৬ তা বেষ্ট বেঙ্গলদা লৈবা রামকৃষ্ণ মিশন, নরেন্দ্রপুরগী ছাত্র ওইনা মেট্রিক পাস তৌই। ১৯৮৪ দা এম. বি. বি. এস., কলকত্তা পাস তৌই। ১৯৮৮-৮৯ দা অরুনাচল প্রদেশতা আসাম রাইফলদা থবক তৌরম্মী। অদুদগী ১৯৮৯ , জুন ১৬ তা লন্দনগী **PLAB** (প্রোফেসনেল লিঙ্গুইষ্টিক এবিলিটি বোর্ড) কী পরীক্ষা পাস তৌদুনা চহী মরী মথায়রোম ইউ. কে.গী তোঙান-তোঙানবা মফম থরদা ডাক্তর ওইনা থবক তৌরম্মী। মরক্তুদা মহাক লন্দন অমসুং আইরল্যান্দ অনীমক্তগী এম. আর. সি. পি. ফংখি। অসুম্না ইউ. কে. গী মফম অনীমক্তগী এম. আর. সি. পি. ফংলকপসি মৈতৈমচাশিংগী মরক্তদি মহাক্তা অহানবনি। লন্দদা লৈরিঙৈগী মতমদা ইন্দিয়াদা থোক্লক্লুনা **D.N.B.** (ডিপ্লোমেট নেসনেল বোর্ড) কী পরীক্ষা থাদুনা পাস তৌখি। মসি পাস তৌরবদি **M.D.** গা মান্নরে। লন্দনদদি চহী ৫ দগী হেন্না থবক তৌবগী থুদোংচাবা লৈতবনা, আমেরিকাদা চৎতুনা চহী অনী চঙনা অরুবা চায়েং পরীক্ষা থারবা মতুংদা, ১৯৯৭ তা ট্রেনীং মপুং ফারদুনা আমেরিকাদা ডাক্তর অমা ওইনা থবক তৌবা হৌখি। ১৯৯০, নবেম্বরদা ডা. সুবদনী দেবীগা লুহোংখি। হৌজিক মাগী নুপীগা, মচানুপা ১, নুপী ২ গা লোয়ননা আমেরিকাদা লৈরি।— এডিটর]

ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ঐগী ববাগা (এলাবেম নীলকান্ত সিংহ) ৱারী-ৱাতায় শাবা, ৱা ঙাঙনবা কয়া ফংলম্লে। মরম্মদি, ঐখোয়গী য়ুম্মদা ববাগা উয়ন্না ৱারী শাবা মী কয়া তত্তনা লাকই। ঐখোয়গী য়ুম্মদা লাক্লিবসি মণিপুরগী মমিং চৎলবা মীশকশিং গুরে হায়বা য়াই। ববাদি মখোয়গা অয়াম্বা মতমদা ৱারী শাদুনা লৈ। মসিগী মথক্তা, ঐখোয় ববাদি য়ুম্মদা লৈবা মতমদা ৱা কয়া ঙাঙদে। মাগী কাদা লাইরিক পাদুনা অদুম লৈ। অদুগা ববানা মপা অমা ওইনা য়াম্না কন্না চৈ-থাংবো, ঙাঙ-শকপা, ৱারক-ৱাতেম্বসু তৌদে। পাউতাকসু থোইনা পীদে। অদু তৌগদবনি, আদা তৌগদবনি হায়বগী অকনবা নিয়ম, চৈরাক পীবা তৌদে। অদুগা শুমাঙ লীলা, ড্রামা, অতৈ ফঙ্কসন কয়া য়াওনবদি তত্তনা হায়। মায়কৈ অসোমদা পুক্নীং থৌগৎনবা য়াম্না তৌই। ঐদি অঙাং ওইরিঙৈদগী কলকত্তাগী রামকৃষ্ণ মিশনদা চহী শাংনা লাইরিক তম্লকপা, মথংদা য়ুম থাদোক্লুনা লন্দন অমসুং আমেরিকাদা থবক তৌবা মরম্না ববাগা য়াম্না নকশীন্নবগী খুদোংচাবা ফংজখিদে। হন্দক্তনি ববানা আমেরিকাদা লাকপিদুনা ঐগী নাক্তা থা খরা লৈরিববা অদুদা নকশীন্না লোয়নবা ফংজখিবা। মদু ঐগী লাইবক য়াম্না ফবনি হায়না লৌজে।

অদুগা ববাগী অঙকপা মগুণ অমনা চিঠি ইবা তন্দবা অসিনি। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা নরেন্দ্রপুরদা লাইরিক তম্লিংঙৈদগী হৌনা আমেরিকাদা লৈরবা মতম, শাংলবা চহী ৩০ গুগদৌরবা মতমসিফাওবদা থা খুদীংগী চিঠি ইরকপা লেপখিদে। করিঅমত্তা শোয়বা তৌদনা থা খুদীংগী চিঠি ফংখি। মহাক চিঠি চাং নাইনা ইগনবা মীশক অমনি। ঐগী নাক্তা আমেরিকাদা মতম খরা লৈরম্বা অদুদসু মণিপুরদা চিঠি থাবা শুংলেপ লেপ্লে। অদুগা ঐঙোন্দা চিঠি ইরকপগী মওংসু— অহানবদা ইমুং-মনুংগী মরমদা ই। মথা তারকপদা লৈথাক্কী থৌদোক-ৱাথোক্কী মরমদা সমথরকই। মহৌশা পাচা, অজ্ঞা সুরচান্দ শিখিবা, হন্দক্তা গুরু বিপিন শিখিবগী মরমদা ইবিরকখি। ববাগী চিঠি পারগা মণিপুরগী মরমদা চাউরাকপা অমদি খঙবা ঙম্মী।

থৌদোক অমনা ঐনা কলকত্তাদা মেদিকেল তম্লিংঙৈগী মতমদনি। ঐহাক ছাত্র অমা ওইনা ছাত্রশিংগী থবক-থৌরম্শিংদা থৱায় য়াওজবা মীশক অমনি। 'কলকত্তা মণিপুরী ষ্টুদেন্টস য়ুনিয়ন' গী মেগাজিন অমসুং জেনেরেল সেক্রেটরী ওইনা থবক তৌরম্মী। ছাত্রশিং অমসুং কলকত্তাদা অনাবা য়েংবা লাকপা মীশিংগী মতেঙ কয়াসু পাংখি। মতমদুদা অচৌবা থৌদোক অমা থোকখি। মন্ত্রী ওইরম্বা পাবুং আই. তোমপোকনচিংবা মীওই খরা কলকত্তাদা এ. আই. সি. সি. গী মীফম য়াওবা লাক্লনি হায়দুনা মণিপুর ভবন্দা লৈরিবা মীশিং অসি খুদক্তা লোইনা চৎলো হায়বগী ওর্দর অমা থোকখি। মতমদুদা ভবন্দা অনাবা অমা লৈরি। ঐনা খুদক্তা ইমর্জেন্সি মিটিং কৌদুনা চৎপা য়াররোই হায়খি। পাবুং তোমপোক লাক্রবা মতুংদা কয়া লাউনখি, খৎনখি, চৈনখি। মদু লৈবাক শরা শন্না খঙনবা অচৌবা ৱাথোক অমা ওইখি। ঐখোয় ময়াম মণিপুর ভবন্দা স্লোগান্নচিংবা কয়া লাউখি। মসিগী মতুংদা পাবুং তোমপোক্না ঐখোয় ববাদা খরা নুংঙাইতনা তৌখি হায়। ববানা চিঠি ইরকই— "নঙ এপোলোজি অমা তৌবা চুম্মী।" ঐনা খুমখি— "এপোলোজি তৌনীংঙাই মরম লৈতে, ঐহাক লান্দে।" অমুক ববানা হায়রকই— "নঙনা তশেংনা চুম্মী খল্লবদি এপোলোজি তৌদ্রবসু য়াই।" হন্দক আমেরিকাদা লাক্রম্বদা মসিগী ৱাকম অসি হৌদোক্লকখি। ঐগী লুহোংবগী মতাঙদসু ববানা য়াদবা, য়েংখি-খোংখিবা অমত্তা তৌখিদে। ঐখোয়না পাম্লবদি, ফরে খল্লবদি মহাকসু অদুম য়াই He always approves.

ঐখোয় ববাদি লাইরিক্তা ঙাওজবা, লাইরিক য়াম্না পামজবা মীশক অমনি। ঐনা লন্দন্দা লৈরিঙৈদা Encyclopaedia Britannica গী অপুনবা সেট অমা পাউগু লীশীং অমা পীদুনা লৈখি। মসি মরু ওইনা ববাগী খন্দুনা লৈখিবনি। ভোল্যুম অমমম্ অনী অনী মরূপ-মপাঙশিংদা পুথোকহনখি। ববানা লাইরিক লৈবা পামজবনিনা ঐখোয়না লাইরিক লৈবা অসি য়াম্না হুরাউজে, পামজে। ববাগী নুংঙাইবনা সিনেমা য়েংগে হায়রবদি পৈশা পীয়ু হায়বা খক য়াদে। খরচ অয়াম্বা ইমাদগী লৌবা ঙাক্তনি। অদুগা লাইরিক লৈগে পৈশা পীয়ু হায়রবদি হেক্তা য়াই। লাইরিক অমা লৈরক্লগা ববাদা উৎলুরবদি লাইরিক অদুগী মমল অদু পৈশা ওইনা খুদক্তা পীরকই। ঐনা কলকত্তাদগী, বুক ফিয়ারদগী ববাগী লাইরিক কয়া লৈরকপা য়াওখি। লাইরিকশিং অদুগী কেশ মেমোশিং অদু ববাদা পীশিল্লি। ববানা খুদক্তা পৈশা পীরকই। মহাক লাইরিক লৈবদা পৈশা পামুম্মবা খঙদে। মদুগী খুদোংচাবদা ইচমুপীশিংদি ববাদা য়াম্না উৎতুনা পৈশা লৌথোকপ্রবা কেশ মেমোদু খরনি মতুংদা অমুক উৎশিন্দুনা পৈশা লৌথোকপা য়াওরিবনি। তৌবগীবুদি মদু ববানা মচা ঐখোয়দা থাজবিখিবদুননি। আমেরিকাদা লৈরিঙৈদসু, ম্যুজিয়ম্নচিংবা য়েংবা চৎপা মতমদা লাইরিক লৈগে হেক্তা হায়। লৈবসু য়াম্না লৈরকখি।

ঐনা আমেরিকাদা থবক তৌবা হৌগৎলকপা মতমদা য়াম্না নুংঙাইতবা থৌদোক অমা থোকখি। ঐহাক কেন্সরগী অনাবা অমনি। ঐগী লৈদা কেন্সর নাবনি। মসি ঐনা ক্রেনীং তৌবা হৌবা থা ২/৩ গুবা মতমদনি। ঐগী লৈদা য়াম্না পীক্লা নাবা হৌরকখি। নামনখ্রদুনা লোংমদি ডাক্তর য়েংহল্লি। কেন্সর ওইরম্মী। ঐগী ববানা মাগী চিঠিদা Philosophical advice পীরকই। ইরকখি—

পুন্সি অসি কবিস্ নত্তে. থৌনা লৈয়ু, নীংবা কায়গনু, গীতা পাউ, পুস্নমক মীওইবদা থোকপা ভাক্তনি। অহানবগী ওপবেসন তৌবে। লাবা ফবে। অদুগা চহী অনী লৈবগা নাবা অমুকহৌবক্লে। টং-কেল্লব অসিদি য়াম্না থুনা শন্দোক্লনবা লায়না অমনি। ঐগীদি লাইবক ফবদগী হৌবকপা মতমদা থেনেহৌবগী লাইবক ফবনি। অদুগা অনীবকশুবা ওইনা ওপবেসন অচৌবা অমা তৌই। মসি চাউবাক্লা ১৯৯৬ মতমনি। ওপবেসন তৌবিবা ডাক্তব অদু য়াম্না হৈবা অমনি। অদুগা অশুকপা অমনা ঐগী অনীবকশুবা ওইনা ওপবেসন তৌগনি হায়বগী মতাংসিদা ঐহাক কপখিদে। ঐনা অহানবা নাবগী মতাংশুদুদদি ঐহাক কপখি। ঐগী পুন্সিদা ঐহাক য়াম্না কপখিদে। নুমিৎ অদুদদি খাঙবা শুমত্তদুনা কপখি। আমেবিকাদদি অনাবদা ডাক্তবনা নাবিবা লোইনা অদুম হেক্তা হায়দোক্লে। লোৎতুনা থমনদে। ঐঙোন্দা হায়বকখি— "নহাক কেল্লব নাবে।" ঐহাক কৈনোমা তৌখি। ডাক্তবদুদা খুদক্তা হংখি— "ঐহাক কয়াম কুইনা পুন্সিগনি?" খুম্নকখি— "কৈসু তৌবোই।" অদুদগী বাথরুমদা চঙলগা ঐহাক কপখি। হুন্দক্কী অনীশুবা ওপারেসনগী মতাংসিদা কবিগুম্বা চীংনবা, নুংঙাইতবা, অকিবা অমত্তা য়াওখিদে, কপনীংবা পোকখিদে। ইমাখোযনা হায়বকই— মদু সাইবাবাগী থৌজান্দগীনি। ববানা হন্দক আমেবিকাদা লাক্লম্বগী মতাংদুদা মসিগী বাফম অসি হৌদোক্লকখি। হংলকখি— "মতমদুদা নও কবি এক্সপবিয়েন্স ফাওখিবগে?" মতমদুদা ঐঙোন্দা মঙালনচিংবা উখিবা অমত্তা লৈখিদে, চুম্নগী ফিদবা ফাওখিবা অদুতনি। অদুনা ঐনা অহানবা আমেবিকাদা লৈবা মতমদা অবা-নুংঙাই অনী যাম্নখি, থুনা শিরগত্রা হায়নসু নুংশা থীবা ফাওখি।

১৯৯৭ কী অদুবাইদনি ঐগী ফীবম খবা ফবে। ঐগী থাগী তলব দোলব লীশীং ১০ নি। (দোলব অমগা লুপা ৪০বোমগা মান্নবে)। লন্দনদনা থাদা তলব পাউণ্ড ১২০০ ফর্ণ্ডি। যুম অমগা কাব অমগাসু লৈজবে। অদুবু টেক্স মযাম পীখিবদা কবিসু লৈহৌদে। মফমসিদা হিংবা অসি খবচ য়াম্না চাউই। অদুবু পৈশা খবদি তৃংশিনজবা শুমজবে। অদুদগী ইমাগা বাবাগা অমুক্তা লাকপিয়ু হায়না কন্না হায়জলে। ববানদি লাকউ হায়বা য়াদে, থবব য়াম্না চিন্নি, প্রোগ্রাম যাম্না লৈ হায। ঐনা থা ৬ বোম লৈত্রবদি কান্নবোই হাযবদা অদুক শাগনা লৈবদি গুম্মোই হায। উচিন-নাচিন্না চহী অনীবোম চঙনা শুঙনদনা হাযজবা মতুংদা যাবিবক্লে অদুদগী আর্মেবিকাগী খোঙচৎ অসিগীদমক শেম শাবা হৌখি।

তাং ২৪।৬।১৯৯৯ দা ইমাগা ববাগা থুংলেবা এযাবপোর্টতা শুইদুনা লৈখি। অহানবা উবদা ববাসি অতল খবা "ইশিল্লস্দৌনা উই। (চহী ৮/৯ গী মতুংদা উবনি)। ইমা খবা নোযথোক্লল্লে। গাডীগী মমাঙদা ববাবু ফমহল্লে, ঐনা গাডী থৌই। যুম যৌরে। ইম্ফালদগী পুবকপা পোৎ মযাম পুথোক্তুনা পীবে। ঐহাক য়াম্না হবাউখি। ইমা ইপা অনীমক উম্নবা ফংবদা যাম্না নুংঙাইখি হবাউখি। ঐগী নুপীনা হায়— "মহৌশা থবক য়াম্না চিন্নি হায়দুনা তৌবস্বদু থবক্কা অমত্তা তৌখিদ্রে।"

ঐগী নাক্তা লৈববা মতুংদা অনক-অনকপদা খবা খবা যেংবা হৌই। অদুদগী থীম ইাবম খায়দোক্লগা কোযবা য়েংবা হৌই। অঙাংগী শান্নফম, য়েংফমদা চৎলি। ববাবু কাব তোংহল্লি। মহাক হায়বিবমখৈ অদুম য়াই। শা নত্তবা অয়াম্বা মখলগী চীঙ্গাক খুদীংমক মহাও খঙনা চায়, মতম-মতাঙগী মতুং ইন্না শেৎলু হায়বা ফি-রোল শেৎলী, হাফপেন্ট শেৎলু হাযবদংদি য়াখিদে। মনাক্তা অঙাংগী থিয়েটব অমসু তৌবম্মা। মদুসু য়েংহল্লি। অসুম্না কোয়বা চৎপা অসি থাংজগা নোংমাইজিংগনি (ছুটি নুমিৎনি)। অতৈ মতমদদি ঐহাক থবক য়াম্না চিন্নি। অয়াম্বা মতমদা ববাগা ইমাগা যুমদা লৈ। ঐগী যুমদা লৈবা মতমদা নবা লাইফ-স্টাইল অসি মহৌশাদগী কবি অমত্তা হোংদে। ঐনা অযুক শুত্তা বাথরুম চঙিঙ। ববা ঙাইদুনা লৈবম্মী। ঈরু-মায়থজববা মতুংদা লাই খুরুম্মী। অদুদগী দোলান্দগী কুমথবক্লগা ময়ামগা চা থকমিন্নে। অদুদগী মথক্তা অমুক কাখৎপ্লগা লাইবিক পাখি। পুং ১২ দা চাক চাবা মখাদা কুমথবকই। অদুদগী মথক্তা কাখৎপ্লগা লাইবিক পাগনি। নুংথিলদা মখাদা অমুক চা থকপা কুমথবকই। নুমিদাংবাইবমদনা ঐগী যুমদা অনাবা য়েংদুনা লৈবা তামো অমগা বাকিং চৎলি। নুমিদাংদম্না সিনেমা, ফিল্লম ময়াম অমা যেংঙি। ঐনা সেক্সপিয়াব, ক্লাসিকেল ফিলম ময়াম অমা পুবক্তুনা য়েংহল্লি। ফিলম ৩০/৪০ ওইগনি। মযাম্না সেক্সপিয়াব পেল্লে হায়। সেক্সপিয়াবগী রিফ্রেসব কোর্স তৌবা লাক্লিব্রা হায়না ফাগি তৌই। ববাদি যেংবগী পেনবা, চোকথবা নাইদে। অদুগা লাইবিকসু য়াম্না পাই। ঐগী ইশাগী কলেক্সনগী মথক্তা লাইব্রেবীদগী লাইবিক লৌথবগা পুবকই। ববানা অপাম্বা লাইবিক, অইবা হায়বকই। ঐনা মদুদা হেক্তা লৌরগা পী। অদুগা ববানা ইম্ফালদগী বেগ অমা থনবা লাইবিক পুবকই। মদু ঐঙোন্দা পীবমগত্রা থনবনি। লাইবিকশিং অদুদি মাগী শীজিন্নবা থাদোক্লবা য়াদবা লাইবিকশিং ওইবন্নে। শ্রীঅববিন্দ, গীতা, টেগোবগী লাইবিকশিংনি। ঐঙোন্দা লাইবিক ২/৩ খক্তং পীবম্মী— গীতা, The Summary of Savitri, মতুং বহাদুবগী লাইবিক অমগা। লাইবিক অতৈদি মানা অমুক ইম্ফালদা পুখি।

আমেবিকাদা লৈবিঙৈদা ববাগা ইমাগা মেলোবিয়ানা নাবকখি। লাইচৌ হৌবা, ওবা তৌবকখি। ববাদি নাবক্তবা মীনিনা

অনাবা খাঙবা রানা থোকখি। ঐনা হীদাক পীজবদগী ফরে। ঐনা ইমাগা ববাগদা হকচাংগী নুংঙাইতবা করি লৈবগে, য়েংথোকসি হায়। ববাদি করিসু তৌদে হায়। মাগী আনোক অসি খরা কোল্লে, অমতা শিনসি হায়রকই। আনোক শিনবদা মীৎসু য়েংথোক্লসি হায়দুনা য়েংহনবদা য়েৎথৎবা মীৎ অসি য়াম্না শাথীনা শোকচীল্লে। ওয় থৎবা মীৎনতা শীজিন্নবা ওইরম্লে। মীৎ য়েংলে। আনোক অহনবা অমা শিল্লে। ঐনা ফাগি তৌই— "ববাদি আনোক অহনবা অমা শিনবদগী নহা মাল্লে।" মাসু থরায় তানা নোকচে।

আমেরিকাদা য়েংবা য়াবা মফম য়েংলে। আমেরিকাগী কলচর, চীঙ্গাক চৎনবী, যূল্লে-কৈরে অয়াম্বা য়েংলে। পাবা য়াবা লাইরিকসু পারে। আমেরিকাদা এক্সপোজ তৌবা য়াবা তৌরে হায়না মীংঙি। ঐনা খঙ্গবদি— ববানা মসিগী এক্সপরিয়েন্স অসি শীজিন্নদুনা থবক কয়া তৌরকনি হায়বসিনি। ইমা-ববাসু য়াম্না পেঞ্জরে। ববানা বর পীরম্নগা যুমদা চৎখ্রে। ঐহাকসু য়াম্না পেঞ্জরে। ববানা আমেরিকাদা লৈরিঙেগী থৌদোকশিং লোইনা ভিদিও রেকোর্দিং তৌহৌই।

ববা লৈখিদবগী পাউ অসি ইম্ফালদগী ঐগী যুমদা খঙহনকখি। মতমদুদা ঐদি হোস্পিটালদা লৈ। ঐগী নুপীনা পাউ হান্না ফংঙি। মানা ঐগী ওফিসতা ফোন তৌরকই য়াম্না পাখৎনা "য়াম্না নুংঙাইতবা পাউ অমা লৈরে।" ঐ পাখৎলি। অহানবদা খল্লি— ঐগী ইচাশিং স্কুল চৎপদা এক্সিদেন্ট থোক্লব্রা! হংঙি। থোক্তে হায়। অদুদি করি ওইগনী! অদুদগী ঐগী রাখনদগী খঙহৌদনা হং খি— "ববাগী পাউরা" "মানি। ববা লৈত্রে হায়।" ঐহাক মফম-মরাঙ খঙখিদে। জাগা অসি পুংমম মমশিনখি। জ্ঞান মাঙঙি। তৌফম খঙদে। বাথরুমদা চঙলগা কপ্পী। ঐনা ওফিসতগী যুম তাম্না ল্যাকপদা কার থৌনা থৌনা য়াম্না হৌনা তেংথাদুনা কপ্লুনা লাকখি। য়াম্না কপখি। শুপ্পগী নুমিৎ খরনিগী মমাঙদনি, "পদ্মশ্রী" ফংবগী পাউ তাবদা কয়াদা হরাউজখিবা! টেলিফোন্দা রারী শানখি— "ববা য়াম্না নুংঙাইরে. . . ।" রারী শাবদা ইমা নাবগী পাউসু হায়রকখি। মানা হায়ববু ফ্লু খরা লৈমাল্লে হায়রকপা অসিতনি। ববাদি মশাগী অনাবগী মরমদা করি অমত্তা হায়দোক্লনদবা মীশক অমনি। ঐসু ববাগী হকচাংগী মরমদদি করিসু চীংনবা পোকখিদে।

ববা শিগদবগী পাউ তাগদবা নুমিৎ অদু য়েৎকী মীৎ য়াম্না চোংখি। শিবগী পাউ তাবগা ববাগী ফোটোদা লৈ-শু, ধূপ থাউমৈ থাদুনা খুরুমজরে। অষ্টি নুমিৎতা, ববাগা ঐগা তোয়না কোয়ম্নিন্নখিবা Susquehana তুরেন্দা লৈ-শু কৎতুনা খুরুম্মী, তর্পন তৌই। অদুদগী ববাগী শ্রাদ্ধ নংনবা ভিসা তাম্নবা হৌরে। তাং ১৪।২।২০০০ গী নিংথৌকাবদা দরখাস্ত থারে, ইরাইগী (১৯।২।২০০০) টিকেৎ কক্লে। অদুবু ভিসাগী মতাঙদা য়াদ্রে। ঐনা খনখি— ঐনা করি পাপ তৌদুনা ববাগী শ্রাদ্ধ য়াওবা ফংলোইদৌরিবনো? কম্না ঙাঙনরে। ওফিসার অদু মবুক য়াম্না ফবা মীশক অমা ওইরমদুনা ভিসা ফংলে। ঈশ্বরনা থৌজানবিরে।

ঐনা যুমদা থোকপা মতমদা পোৎ-চৈ য়াম্না পুরগা মথংগী চহীদা থোক্লে হায়না থৌরাঙ তৌরম্বনি। ইমান্নবশিংগী, ইমুং গী, মরী-মতাগী পোৎ-চৈ য়াম্না পুগে খনখিবনি। অদুবু ববা লৈখিদবগী পাউ হেক তাবদা ঐহাক আমেরিকাদা লৈরিবা অসিগী অর্থ য়াওরক্তুবগুম তৌখি। ঐহাক করিসু থৌরাঙ তৌদে— বেগ মচা অমগা ববানা পীরম্বা সাবিত্রীগী লাইরিক অদুগনা লোইরে। লাইরিক অদু পা-পাদুনা ইম্ফাল থোক্লকখি।

ববা শিরবা মতুংদা ঐগী মঙদা ববাবু অনীরক উখি। অমুক্তা ববানা করি লাইরিক্তো অমা কম্না থিরি। ঐঙোন্দা মদু খঙব্রা হংলকখি। অতোপ্পা অমনা— "নঙগী ফোটো ময়ামদো য়ারনি" হায়রম্মী। যুম যৌরক্লগা ঐহাক য়াম্না নুংঙাইখিদে। ববাগী মথক্কী লৈফম কাদা চঙবদা পি অসি নৌথোক্লকই, হেক্তো কপ্পকই, পি খাম্বা ঙমদে। ঐনা খঙ্গবদা ববাগী পুন্সিদি মহয় য়াম্নবা অমনি নীংজে। নোংঙাম্লকপা খুদীংগী পাউ-চেশিং লাকপ্রা হায়দুনা য়েংঙি। 'পোক্লফম' দা করিদা ববাগী মরমদা রারেং কয়া ইরকপা থেংনবদা য়াম্না নুংঙাইজখি। ববাবু লৈবাক্লা য়াম্না নুংশিবিবা মীশক অমনি খঙ্গবদা মচা অমা ওইনা য়াম্না পেঞ্জবা পোকচে। ঐনা খনখি— ববানা আমেরিকাদা চৎলুরবা মতুংদা মাগী রাখলদা openness অমা লাক্লগনি অদুগা মখা তাবা থবক খরা তৌথবা ঙম্নগনি। মহাক মণিপুরগী মরমদা য়াম্না খঙ্গখিবা, রাজখিবা মীশক অমনি। মানা য়াম্না তোয়না নাগালেন্দ, মণিপুরগী তুংগী মরমদা রারী য়াম্না শারম্মী। হৌজিক মখাগী কা মচা অসি ববাগী ম্যুজিয়ম মচা অমা ওন্থোক্লগে হায়না হোৎনরি। মসিদা ববাগী লাইরিকশিং, পোৎ-চৈ, শীজিন্নরম্বা ময়াম থমগে খঙ্গরি। ■

*শমজীমা ইথোকপা ঃ ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ*

*('সনথোঙ' মার্চ ২০০০)*

# মণ্ডালগী লৈবাক্তা চৎখ্রবা ওজা নীলকান্ত

*আর কে বিদুর*

এপ্রিল ১২, ১৯৯৮ ওজা নীলকান্তগী যুমদা চৎতুনা উন্নজকই, রাফমদি মণিপুরী ফিলমগীনি। 'অচাইবা লৈ', ওজানা ইবা লাইথিক্কী কোপ অমা পুথোকক্লগা ফ্লাই লিফতা ঐঙোন্দা নুংশিনা পীবিবগী বাহে খরা ইরগা পীবিবকখি। লাইবিক অসি পাই, পাবা তোক্ত্রি, চঙক্লবা অমদি অদুম পোক্রি — ওজাসি কনানো। যোগী, ঋষি, পণ্ডিত, কবিরা॰ নথক্রগা কিথুম পুবা হায়নবদুবা॰ মসিমদি খণ্ডি— পুন্সিগী বিবয়, হীরম খুদীংমক থিজিন-খণ্ডজিনবদা খোঙকাপ রায়শিনবদা থংবা, তুং হন্দবা নুপা অমনি।

১৯৭০ গী পবীংদা মণিপুরী ফিলম থোবক্তুনা নেসনেল এরার্দ ফাওবা ফংলে, মশক অমা থোক্লে। থুং পুন্দুনা লেপ্পগা থাপ্পপ য়েংবা ভাবোক ওইবম্বদগী ওজা ফি তাখৎতুনা চোংশিন্নকখি, মণিপুরী ফিলম পুথোকচবা, উৎচবা কাঙবু খবনা য়োকখৎ শৌগৎথপিনবদি লৈতবা, শুপ্নদগী "মৈতৈ লিংজেল" খক্তদা মসিগী তাইবঙ অমা শেমগৎ-শাগৎনবা রানা হোৎনজবদু উবদা ওজাদা চৈনা অমা ওইনা থোক্লম্লবা য়াই, সোসিয়েল রেলফেয়ার আর্ট এন্দ কলচর অপুনবা ওফিসকী ডিরেক্টর ওইরিঙৈদা নবেম্বর ১৩, ১৯৮০ দা মণিপুরী ফিলম ডিবলপমেন্ট রেজিষ্ট্রেসন এক্ট ১৮৬০ গী মখাদা রেজিষ্টার তৌখিবদা ওজানা কাউন্সিলগী মেম্বর সেক্রেটরী ওইদুনা য়ান্নমক মকওইবা থৌদাং লৌরিখি। মণিপুরী ফিলম পুথোকপা, পামজবশিং পুন্নমক অনৌবা আশাগা লোয়নননা পুক্লীং থৌগৎপা পোকখি। পঙকুই কুইদবা মতমদা কাউন্সিল অসি মণিপুর ফিলম ডিবলপমেন্ট কোর্পোরেসনগী য়ুম্মম ওইখি। থবক-থৌরম কয়ামুকসি তৌদুনসু ষ্টেট অসিগী চপ চাবী ফিলম পোলিসি অমা লৈত্রবদি মণিপুরী ফিলম মীমান্নদুনা চাওখৎ-থোইগৎকদবা লৈতে হায়বা মুম্না খণ্ডদুনা ওজানা ষ্টেট ফিলম পোলিসি অমা থম্নবা অকনবা খোল্লাউ লাউখি। তশেংনমক ওজাগী অরোয়বা মতম ফাওবা এক্সন কমিটি ফোর মণিপুরী ফিলম ডিবলপমেন্ট চেয়ারমেন ওইরিখি। ব্যুরোক্রেট ওফিসিয়েলশিংনা ভাব তাদবমখৈ ষ্টেটকী কলচরেল পোলিসিদা ফিলম পোলিসি যাওশিন্নবা হোৎনখি। এক্সন কমিটিগী চেয়ারমেন ওইনা ওজামক্তা প্রাফ্‌ত তৌরিখিবা নীংথিজববা, চুন্নবা রাফম কয়া ইরা মেমোরেন্দম ২/৩ লক গভর্ণমেন্টতা পীশিনখিনদগী ওফিসিয়েলশিং মীৎ-মায়দি পাঙনখিবমাল্লে, মণিপুর ষ্টেট ফিলম পোলিসি তোঙান্না শেম্বগী থৌরমদি লৈরে হায়রবা তাই। তৌলন্দ্রু পোলিসি শেম্বগী মওংদি 'গুপ্নমগী', 'শমজীনবগী' থৌওংদা লোইশিনগদবা মানবা অমা উই। অদুনা ওজানা তত্তুনা হায়রিলম্মী— ইন্দিয়া গভর্ণমেন্টনা তৌখিবগুম কলচরেল পার্সনেলিটি অমদি ফিলম এক্সপার্ট কাঙবু পাক-শন্না য়াওনা রার্কিং গ্রুপ অমা শেম্নগা ফিলম পোলিসি প্রাফ্‌ত তৌননবা শিন্নগদবনি, গভর্ণমেন্টনা কুপ্পা য়েংশিন্নগা পোলিসি অদু চৎনহনগদবনি। মতম চুম্মদা ষ্টেট ফিলম পোলিসিগীদমক নুংনাংখিবা মীওইনি।

লাইবক থীবনি, ওজানা শোয়দনা লাকনি খল্লবা 'অশিবগা' য়াম্না চামনা লেঙোম্নদুনা থাম্নবা মণ্ডালগী লমদম— নুমিৎ লীশীং কয়াগী লৈবাক্তা চৎখ্রে। ■

('সনখোঙ' মার্চ ২০০০)

# ঐনা লাৎচবা ওজাশ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহ

*মণীন্দ্র কোজম*

ফুবী-চৈবিনবা ইয়াম্বশিংমেক লৈরম্মব্রবদি অহীংবো মী ফাওবা ওইরম্লোইদৌবা মওংদা হৌরকখিবা ইপুন্সি ওইদুনসু, পুন্সিগী তাক্তকশিংদগী থম্মোয়দা লাৎচরকখিবা মখল-মখা মীওই কয়ামুক লৈজরকই। মপী লাইরিক ছন্দোক্তুনা ইচেগী লাইরিকশিংদগী 'মাধবী' পারকখিঙে, মমীৎ তাঙলবী ইযোক্তগী ফিক্রিদা শিখি-মখায় লৌথোক্লবা মহাভারত-রামায়ণ পাখিঙে, ইরেকাইদা লৈবা বেন্দ মাষ্টরগীদা চেন্দুনা সুর ওরাইবগী খোঙবা গ্রামোফোন রেকোর্দ তারকখিঙেদগী হৌরগা, লংফেদা লাইরিক তল্লিবনি হায়দুনা ইমা-ইপা-ইয়াম্বশিংগী হমাংমেল লংশেকপা য়াবমখৈ লংশেক্লুখিঙে তাক্তকশিংদসু লৈরকখি। কোন্নথং, ইমীৎ পাঙলক্তুনা, পুন্সি খোঙচৎকী লমজেলদা য়াম্না থোইগৎনব্রবা ইমান্নবশিংদা ইকায়জবদগী লংফেদা চেন্দুনা অমুক কোয়ঙাওনরিঙে মরক্তসু কয়া অমা থোরকখি (সরকারগী থবক মচা অমা ফংজদুনা ১৯৭৯ দগী ১৯৯৩ ফাওবা মিজোরাম, দিল্লী, রাজস্থান, মহারাষ্ট্র, ইউ. পি., জম্মু এন্দ কাশ্মীর, মিজোরমগী মফমশিংদা লৈজরকখিবনি)। ময়ামদুগী মরক্তা য়াওরকই— প্রোঃ এলাংবম নীলকান্ত সিংহ।

মখোয়গী মশক্তি ফোটোদফাওবা অমুক্তা উজদ্রি। থবক অমসুং মগুণশিংতনি তাজরিবা। মদুসু তোঙানবা মতাঙ অমসুং থৌদোকশিংদা। মদুশিংদুগী মরক্তগী অহম-মরিখক্তংদি পঙ্গদবা য়াদ্রে।

১৯৮১-৮২ গী মতমদনি। মিজোরম পি. ডব্লিউ. দি. দগী ডিপুটেসন্দা ভারত সরকারগী 'নেসনেল হায়দ্রো ইলেক্ট্রিক্ট পবার কোর্পোরেসন' দা লাক্তুনা মিজোরমদা পায়খৎকদবা 'হায়দেল প্রোজেক্ট' অমগী ইনভেষ্টিগেসনগা মরী লৈননা 'সোইল সাম্পল' (লৈবাক) খোম্বা জিওলোজিষ্টকী মতেঙ পাংবা ওইনা কাছার-হাইলাকান্দিগী মফমশিংদা চৎলকই। মরক্তা লৈরম্বা মৈতৈ খুলশিংদা থেংনজরকখিবা নহা-অহলশিংগা থবায় য়াওনা বারী তৌনজরকখিবদা মতাঙ অমা নৎত্রগা অমদা মণিপুরদা লৈবা 'মুতুবা ম্যুজিয়ম' গী মুতুবা বহাদুর হায়বা মীওই অমা হেক হেক পম্নরকপা থেংনখি। অদুনা নুপা অসিগী মরমদা খরমখৈ খঙজনবা ছুটি থোরকপদা ইখুরা (মণিপুরগী মরমদদি অয়াম্বা খঙজবনি হায়না ঐহাক্লা লৌজবা) অমদা হংঙি। অদুগা শ্রীবহাদুরনা ইবা অফংবা লাইরিক অমা-অনীসু পাবা হৌই।

অমুক্লা দিল্লীদা ১৯৮৪ গী মার্চতনি। নুমিদাংবাইরম অমা 'মাক্স মুল্লর ভবন' দা ফিলম অমা য়েংগে চংখিবদা ফম্ফম ফংহৌদ্রদুনা থোরকপদা শকখঙদবা মশা নানবা অহল অমা থেংনৈ। ঐবু মণিপুরদগীরা হংলক্তুনা বারী শানৈ। শক্তাক্লবদা 'হিমালয়ান সেবা সঙ্ঘ' হায়বা অচৌবা সংস্থান অমগী মশক নাইবা অমনি, মণিপুরগী প্রো. নীলকান্তগা য়াম্না লুনা তৌনৈ, ঐহাক্লা নীলকান্তবু খঙবরা হংলকখি। খঙজবদু খুমখি— "পাউচেশিংদা মণিপুরী জগোয়গী মরমদকা ইগনবা কলমনিষ্ঠতুরা, মমিং তারে মশক্তি উদ্রি'। পাউখুমদু অহলদুগী অশাওবিনি, নুংশিবিবা মওংদনিদি হায়ববু— মণিপুর মচা ওইরগা প্রো. নীলকান্তবু খঙদে হায়দুনা চৈখিবসি, চৈখিবতা নম্ভে অনকপদা লৈবা টি-ষ্টোলদা পুশিনবিরগা চা পীথক্তুনা নীলকান্তগী মরমদা পীরম্বা লেকচরসি ফনা শাংখি। নুমিৎতুদগীনি ঐহাক্লা ওজাশ্রী নীলকান্তবু খঙজবা হৌখিবসি।

হন্দক্লা অমুক ১৯৯২ গী ওক্তোবরদনি। সিলচরগী ডিষ্ট্রিক্ত লাইব্রেরী হোলদা 'আসাম মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ' কী চহীগী মীফম পাঙথোকই। 'ওল মিজোরম মণিপুরী এসোসিয়েসন' বুসু বার্ণন তৌবিরক্তুনা মসিগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইজখিবা ঐগা, সেক্রেটরীগা, প্রসিদেন্টকা, প্রসিদেন্ট ওইবিরিবগী অহানবা মারুতি কারদা মীফম য়াওবা চৎলি। মীফমদুদা শরুক য়াজখিবদু ঐহাক্কীদি পুন্সিদা খ্বায়দগী পেল্লখিবা অমনি। করিনা , মীফমদুদা, মতম কুইনদগী ঐহাক্লা লাৎচরক্লবা মণিপুরগী মীওই কয়া য়াওরম্মী। প্রো. নীলকান্ত সিংহসু। অদুনা হেক্তমক খুরুমজরে। মীফমগা মরী লৈননা পাঙথোকপা সেমিনার লোইরগা ওজাশ্রীবুদি নমদুনা ঐখোয়গী কারদা তোংহল্লগা ডেলিগেটশিংগী চাক্লেন চাফম মাঙব তাম্না থিঙ্গখি। লম্বীদা ঐনা ইশাবু ফনা শাংনা শক্তাকচখি। হোয়-মাই হায়বিরমদে। মাগুবকী থোঙ্গাল য়েৌরদুনা গাড়ী হেক খাম্বগা 'য়ারে-য়ারে' হায়রম্নগা কুমদুনা চুমদ্রিং চঙখি।

খরনি লৈরগা নবেম্বর থাদনি (১৯৯২)। লোংমাইজিং। নুংথিলদা ঐহাক আইজোল বাজার ময়োনমক্তা লৈবা মৈতৈ

ইযাম্বা অমগী ফিং বগী দুকান (পাখঙবা টেঙ্গব) অমদা কোযথো কপা চৎলি মাঙমদুদা ইম্ফালদগী নৌনা থুংলবনি হায়বা মীওই গ্রহমখক কুফক-কুফাহ্ লৈবম্মী। শক্তাক্লবদা খবা অহল ওইবদুনা- ঐ বহাদুব কৌজে ।' — 'বহাদুব হাযবদি মুতুবা ম্যুজিযমগী ওজা মুতুবা বহাদুব ?' চুম্নম্মী। বাবী মখা তানকদ্রে, ঐগীদা পুশিন্দুনা চাক চামীন্নলে, মথোযনা মিজোবমদা থিবা লাকপনি হায়বা চফুশিংবুসু ইশামক য়াওনা ইমান্নবগী কাবদা অথাল্লা খুঙ্গংদা চৎমিন্নকদুনা লৌমীন্নকরে। মতুং ইকুই কুইদনা, ঐহাক্না চেফোও (সনথোঙ) পুথোকপগী থৌবাঙবা ওইনা তোযনা ছুটি থোবকপা খুদীংদদি কৈশাম্পাৎতা লৈবিবা মুতুবা ম্যুজিযমদা চঙবা শোযফদ্রে। তেল্লবা মতমগী খবণী মনুংদদি শ্রীবহাদুবগা ঐহাক্না গুরু সেবক ওইনবগী মবীদগী নাম্লোবক্লুনা কোইনদবা এটাম মনাও অমগুম লোযনজবা হৌবকদ্রে। ম্যুজিযমগী অতে মীওইশিংগসু। আইজোলদা লাকখিবদা য়াওবকখিবা ইনাও ময়াংলম্বম চাউবসু নক্লবা মরূপ মপাঙ ওইবে, অতোপ্পা শ্রীবামধন কৌই হায়বা ইযাম্বদুমদি ঙসি ফাওবদা অমুক হন্না উন্নবা ফংদ্রি।

**সনথোঙ** গী মাঙওইনবা থৌবাঙ ওইনা ইশাগী শৈবেং লাইবিক অমগা **(চোইরোল, ১৯৯৩ আগষ্ট)** বাবী মচাগী অমগা **(লেম্নপোৎ**, ১৯৯৩ ডিসেম্বব) পুথোকচবে। ওজা ডা নেংমাইথেম তোম্বীনা বারী মচা লাইবিক্কী বাহৌদোক ইবী, ওজাশ্রীহিজম গুণবুনা লাইবিক ফোঙদোকহনবী। পূন্নমক শ্রীবহাদুবনা শীনবিবনি।

থৌবাঙ কয়াগী মতুং মে ১৭, ১৯৯৪ দা ইবৈকোষদা **সনথোঙ** ফোঙদোক্লগনি লেপ্পে। ঐনা শ্রীবহাদুবদা তাকই— 'ওজাশ্রীনীলকান্তবু চিফ গেষ্ট ওইহল্লগা ফোঙদোকহনবিয়ু খুবাইগী ওজাশ্রী অবাম্বম নিপামচাবু থৌবমগী প্রসিদেন্ট ওইহল্লগে।'

ওজা শ্রীনীলকান্তগী নুংতিগী ওইবা নৃমিদাংবাইবমগী পূন্সি পবীংদি (ইম্ফালদা লৈবা অদুগা থৌবম লৈত্রগদি) পাউনা বাজাব মচান্দা লৈরিবা সাহিত্য পবিষদকী ওফিসতা চৎপনি। পবিসদকীদমক লাকপা লম্বীগী সোবোক বাংমদা লৈবা মুতুবা ম্যুজিযমদা হেক হেক হাইজিল্লক্লগা কাংঙৈ বোবা চা চাব-থক্লবদুনা ম্যুজিযমগী নহাবোলশিংগা ফাগি তৌনরবা ইবম অমা নৎত্রগা অমগী কুপথবা বাবী তৌনববা হাযবসিসু অয়াম্বা নুমিৎশিংগী হৈনবী পবীপনি। পবিবদনা থোঙলোনবা নোংমাইজিং নুমিৎসিম্মদি অযাম্বা মশোয়গন্দে। অমনা, থা খুদীংগী যামদ্রবদা নোংমদি ওজাশ্রী নীলকান্তনা কনভেনব ওইনা 'ইন্টাক' (ইন্দিযান নেসানেল ত্রষ্ট ফোব আর্ট এন্দ কলচবল হেবিটেজ) মণিপূর চেপ্তরগী মীফম অমা মুতুবা ম্যুজিযমদা হেক হেক পাঙথোকই। মসিদা, অথন্নবা বার্তন তৌদুনা কৌবা মীওই অমমমব ইবম অমমমদা বা ঙাঙহল্লি। মদুগীদমক পৈশা থরা-খবাসু পী। অদুগুম্বা লেকচবগী মীফম অদু কবিগুম্বদদি তাবীনবা মেম্বব কনামত্তা লৈতবসু য়াওই। অদুবু নাচুংদে ফম্ফম থোকপা চেযাবম্যনগী চৌক্রিদা ফম্লগা নিয়ম চুম্না হৌগৎলগা বাহৌদোক ঙাঙলগা অমুক বিছোর্চ পার্সনদবু কৌথোক্লগা ঙাঙহল্লি। নিযম চুম্না লেপ্লগা সেলুটেসনগা য়াওনা ঙাঙগদবনি। মদুদা তাবীনবা অতে কনামত্তা লাক্লবা মতাঙদদি শ্রীবহাদুব মথম্ভা অততাই ওইনা ফম্ভা ফম্লগা তায়। লোইশিল্লক্লপদসু বাহং পাউখুমকা নীর্থনা চৎথনলবা মতুংদা হৌগৎলগা পীফম থোকপা প্রসিদেন্সিয়েল স্পিচকা পী অদুগা মাগী বেগতগী 'মেবি বিস্কিট' কী পেকেট পুথোক্লগা চামীন্নগনি। চা কৌবিরুনবা (ডা লাই ইমো/ঐ নৎত্রগা অতোপ্পা নহা অমা) লৈববদি চাসু থক্কনি। অসিগুম্বা মীফম অসি, **সনথোঙ** গী ওফিসনা কৈশাম্পাৎতো ম্যুজিযমগা নক্লনা ১৯৯৫ জুনদগী লৈবক্লবা মতমদদি ঐসু অয়াম্বা মতমদা শাওজবে। ওজাশ্রীনীলকান্তনা ইন্টাক্কী মিটিংদা বিফ্রেসমেন ওইনবা 'মেবি বিস্কিট' পুবকপা অসিদি কদাযদগী লৈবক্লুনা পুবকপনো খঙদে মশোগদ্রে। অদুনা ঐখোয থবনদি ওজাশ্রীবু কবিগুম্বা 'ওজা মেবি' হাযবগা খঙনৈ।

**সনথোঙ** পৌবাঙজবকখিবদগীদি ঐসু মুতুবা ম্যুজিয়মদদা অয়াম্বা লৈজরক্লবনিনা ওজাশ্রীগা তোয়না উন্নজবগী তাঙ্গা ফংখি। অহানবদদি ওজাশ্রীনা ঐবু নীংশিংনিবমগনি খল্লরম্বনি। মওংনেদি নীংশিংবিদবা মানখি। অমুক্তংং শকখঙবীববদি হায়দুনা কম্না হোৎলখি— মিটিংগী চা কৌরুবদা, কাংঙৌ-বোরা লৈরুবদা, অমদি থন্ন-নৈনবদা শকক য়াদুনা।

**সনথোঙ** ফোঙদোকপিবগী বাফমদু শ্রীবহাবদুনা চৌদোকপিখিবদা হবাউনা য়াবিন্নকখি। মতমদু ওজাশ্রী নীলকান্ত সাহিত্য পবিষদকী প্রসিদেন্ট ওইবিনি। অদুগা সনথোঙ ফোঙবা নুমিৎ অদুমক্তদনা পবিষদকী চহী মীফমগী থৌবমশিং, জে এন ডান্স একাদেমী হোলদা চৎথবিবা মতাঙনি। অদুবু একাদেমীদা লাক্লুনা হেক্তা লৌবন্নাও, হেক্তা থোবক্লে তাকপিবকখিবদগী ইমান্নবগী কার অমদা ওজাশ্রীবু লৌবা চৎখি।

**সনথোঙ** ফোঙদোকপিবগী থৌবমদুদা ওজাশ্রীনা ঐবু থাগৎপিবকখিবা বাহৈশিংদুনা ঐঙোন্দা তোপ-তোপ্পা ঙক্লা থোকপা মাগী মশক অমা ইনৌ-নৌনা উহল্লকখি। মী মশক খঙগন্দে, কাউগল্লি, চাউথোকই, বা কয়া ঙাঙগন্দে হায়মলিবা ওজাশ্রীনা— এডিটব মুনিগ্রোবু খঙলকপা কুইবে. সিলচরদা মাগী শৈবেংকাসু তাগ্রে মাগী শৈবেং লাইবিক বাবীমচা লাইলিকসু পাবে, ফনা

মীহৎখিনা ই. . . এডিটর অমা ওইবদা য়ায় পাক্কবা ঐনা মঙ্গল পীরি . . . ।' (ওজাশ্রীনা ঐগী মিংবু 'মুনিস্রো' হায়না কৌবিরকই। য়াম্না নকশীন্নরবা কান্দা — 'ওজা ঐগী মিংদি মণিন্দ্র, কৌজবনি মুনিস্রো নত্তেনে' হায়জরুবদা 'মুনিস্রো হায়বনা চুম্মী' হায়দুনা 'মুনিস্রো' অদুমক কৌবিখ্রে। শৈরেং তাখ্রে হায়বিরিবসিনা সিলচরগী মীফমদুদা পাঙথোকখিবা কবি সম্মেলন্দা ঐসু, মিজোরম মৈতৈশিংগী মায়-ওাক্তুনা ফাগিগীনি হায়না খঙ্জবা শৈরেং অহৃমথক থীখিবনি হৌজিক্তবুদি ইকায়জরক্রবনি।)

সনখোঙ ফোঙদোকপিখিদুনা ঐবু ওজাশ্রীনা শকথঙবিরবনি হায়না লৌজখিদে। অদুনা মতুং তারকপা সনখোঙ গী কোপি খুদীংমক ওজাশ্রীগী য়ুমদা পাবিনবা থিঙ্জখি। মেম্বর ওইবা নৎত্রগসু ইন্টাক্কী মিটিং খুদীং থবায় য়াওনা তাক্লনবা হোৎনজখি। মদুগী মহয়না ওইবা তাই ১৯৯৪ গী সেপ্তেম্বরদদি ওজাশ্রীনা ইবিবা 'বিষ্ণুপ্রিয়া কনালো', সনখোঙদা ফোঙজবা ফংখি। থা খরা লৈরগদি, ঐবু চাংয়েং তৌবিনীংখিবরা? ১৯৯৪ গী ডিসেম্বর থাদা ইন্টাক্কা শীন্দুনা কংলাগী মরমদা পাঙথোকখিবা সেমিনারগী চাক্লেনবু শীঙ্গনবা শিন্নবিখি। লৈজবা পাঙ্গল পুথোক্তুনা, ইশাগী শেল খরগা তিংজদুনা শীনখি। মতুংদা নোংমা হংবিরকখি— "নঙগী পৈশাদুবু কোন্নখিবরা?" কোন্নখি খুমজবদা— "যৈ যৈ" তমক হায়বিরম্মী।

সেমিনারগী চাক মতুংদগীদি ওজাশ্রীনা ঐবু নুংশিবিবা উৎথোকপিরকপগুম তৌরক্লে। ম্যুজিয়মদা থেংনবদা হংবিরক্লে— "কোপি কয়াম নম্লে, শেন-থুম্না কমদৌরি . . . ঐসু করিনো খরা খরদি ইরক্রুগে।" ১৯৯৫ দগীদি লাইরিক মশক তাকপগী খুৎই পীবিরক্লে— "অনৌবা খরা হৌদোকসি, লাইরিক্কা বারী শাবা হায়য়ু" তাকপিরম্মী। মতুংদগীদি ওজাশ্রীনা পরিষদ অমসুং ম্যুজিয়মদা চৎপগী লাকপদা, লম্বীদা লৈরিবা সনখোঙ গী ওফিসতা তম্তুনা চঙবিরক্লে— "কনা কনা লৈ, মুনিস্রো লৈবরা?" ঐসু চেম্বোক্তুনা ওকচে অদুগা— "ওজা বোরা লৌজরুগে" হায়দুনা ইশানা চেন্দুনা কাংঙৌ-বোরা অশাবা লৌরুগনি। হরাউনা চাবীখিবা ঙাক্তনি।

ঐগীদা লাকপিখি খুদীং শাবিরখিবা বারীদি বারী নত্তে। পরীক্ষা লৌবিবনি— রাজনীতিগী, নহারোলগী, লাইরিক্কী, কলাগী-সাহিত্যগী, বাথোক-লাম্বোক্কী অদুগা তোঙান-তোঙানবা মীওইশিংগী। লোইবা-থম্বা নাইদবা বাহং ঙাক্তনি। খুম্বদা খজিক্তং বাৎপদা য়াম্না হায়দে পাউ-চে নৎত্রগা লাইরিক অদু-অদুদা ইনথ্রগুম তৌদায়নেতমক হায়বী।

তপ্না-তপ্না নকশীন্নরকই। মচাদৌনা নুংশিবিরকই। করিগুম্বা অমত্তং তৌহন্নীংবদা তাকপিরক্কনি— "নঙগী হন্দক্কীদদি (সনখোঙদা) মদুনা মদু ইহন্নু য়েংসি মখোয়না করি হায়রিবা" ঐগী এডিটরিয়েলবু তম্তুনা নৈনবী— "নঙগী হন্দক্কীসিদি ফৈহে, মথৎদদি করি তৌদৌরি?" ঐসু খুমজগনি অনীংবদু — "ওজা মসুম-মসুম তৌজগে খল্লি।" মদুদা অবাৎপা লৈরবা নৎত্রগা তৌহন্নীংদবা ওইরগনা তাকপিরমগনি— "মসিদি কমদৌই, মসোম্নদসু খরা হায়বা ফংত্রনে।" মতুংদগীদি ঐগী মথোঙ হুক্রুক্তুবা পুন্সিগী মরমদসু মরক-মরক বাহং মচেৎ মচেৎ হংবিদুনা লোয়নমক খঙবিখি। তাকপিরম্মী— "নহাক্না তৌজরিবা খরদুবু নশাগী ওইনা অচুম্বনি খল্লবদি করিসু কায়দে, অকিবা লৈরুগনু।" ঐসু কিখিদে।

ওজাশ্রী নীলকান্ত, ইংরাজীদা বারী শানবা য়াম্না পাম্মী। মুতুবা ম্যুজিয়মদা হেক হেক লাকপা অহল অমগদি (রিটায়ার্ড জজনি হায় মুন্নদি খঙজদ্রে) হেক থেংনবদা ইংরাজী নৎত্রবদি বারী শানদে। মদুগীদমক নোংমা — "ওজা ইংরাজী ঙাঙবা ভারিদা হৈজরিপোৎনি ঐখোয়দসু ইংরাজী ঙাঙবিয়ু" হায়না ফাগি তৌজখিবদা ইতপ-তপ্না খুমদোকপিরকখি— "কদায় য়ারদগে, নখোয়বু ইংরাজীদা সেক্সপিয়ারগী বারী শাবা ঙম্নরবনে?"

ওজাশ্রীনা ভারতকী মমিং লৈরবা কলমনিষ্ঠ শ্যামলালবু য়াম্না পামজৈ (ঐদি থেংনরবসু অমুক্তা পাদে), তম্তুনা হায়বী— "শ্যামলালগী খুৎই পাদবরা, ফজম্নবনি, ঐখোয়দা শায়দা তৌরিসিদি খজিক্তংনি, মখোয়নকা ইরিৰসিদি বারেংগী বাহৈদা শৈরেং গুম্না বাহৈ অমনা অর্থ পাক-চাউহনবনি . . . ।" "থবক তৌবদা পার্ফেকসন তানগদবনি, ঙম্নোইদবদা ঙমগনি খক নীংলোইদবনি।"

নীংশিংবদা থম্মোয় পুবা ঙমদে। কাউথোকখিবসু ঙমদে। ওজাশ্রী নীলকান্তগী অরোয়বা পুন্সিগী চহী ১৯৯৯ অসিমদি ওজাশ্রীগা খ্বায়দগী নকশীন্নজখিবা অমসুং ওজাশ্রীনা ঐহাকপু চেৎনা থাজবিনা নুংশিবিরে উৎথোকপিরকখিবা চহীনি। জানুবারী ফেব্রুবারীদা ঐবু মুতুবা ম্যুজিয়মদা পাঙথোকপা ইন্টাক্কী মিটিংদা কৌবিরগা তাকপি— "নহাকসু মেম্বরদি ওইদনা ইন্টাক্কী থবক ময়াম অমা য়াওরে হন্দক্তি লাইইমো নবানীসু মেম্বরদি ওইরদবনি" হায়দুনা ঐবু অমসুং লাই ইমো বু ইন্টাক্কী এসোসিয়েট মেম্বর ওইনা চিংশিনবিরম্মী। মেম্বরশিপ ফী লুপা ৫০০/- দু ঐগীদা লাকপিদুনা লৌবিখিবদা হায়বিরকই— "লাই ইমোদি শেল য়াম্না থোক্তিবা পাখঙনিনা মাগীদি ঐনা পুথোকপিগ্রগে।" (পুথোকপসু পুথোকপিরম্মী)। ইকান কান্নদনা পাঙথোকপা ইন্টাক্কী মিটিং অমদনা ঐঙোন্দা হংবী— "ইন্টাকসি থবক ইপাও পাঙদবা কুইরে হন্দক্তি খরা তৌরি, সেমিনার অমদি হেক্তা তৌরসি করিদা তৌসিগে।" ঐনা খুমজখি— "ওজা টিপাইমুখ লমগী মতাঙদা তৌসি য়াম্না নুংঙাইনি, তামো কর্ণেল অচৌগা এন্টি দাম কাঙবু

ওজা বঙ্কনহোযগা মরৈ য়েঙনহনসি।" হবাওনা য়াবিদুনা সেমিনাব পাঙথোক্লবা থৌরাঙ হোই। অদুবু চৈরম্বুদা আমেরিকাদা লৈবা মচানুপাগী মনাক্তা মতম খরা লৈকদবা য়াদ্রে হায়দুনা প্রোগ্রামদু য়ৈথোকখি। চৎলমদাইগী 'ফিয়া রবেল' পার্টি অমা মুতুবা ম্যুজিয়মগী মাযাইকদগী জুন ১৬ তা অন্দ্রোগী কলচবেল কমপ্লেক্সতা চাম্নিরুই।

১৯৯৯ দদি, নুমিদাংবাই ওজাশ্রীনা পরিষদ/ম্যুজিয়ম চৎপা খুদীংগী অয়াম্বদা সনখোঙ গীদা হায়া চঙবিরম্বা, হম্লকপদসু কবিগুম্বদা চঙবিরক্তুনা ঐগী স্কুটরগী মনীংদা ফম্লগা মযুমগী থোঙালফাওবা থিলহনবিরম্বগী লাইবক ফবসু ফংজখি। এপ্রিল ১৯৯৯ দগী সনখোঙ ওফিসতা টেলিফোন লৈরবা মতুংদদি টেলিফোনসু তত্তুনা তৌবিরকই (আমেরিকা চৎত্রিঙৈ অমসুং হম্লক্লবা মতুং)। তৌবিরক্লি খুদীং ইহান হায়া— "ঐ নীলকান্ত " হায়দুনা শক্তাকপি। ঐনসু তৌজে। মচা-মমৌশিংনা বিসিভ তৌবগা পায়হল্লক্লবসু হেক্তা খুম্বিরকই— "ঐ নীলকান্ত . ।"

আমেরিকাদা লৈবিম্বিঙৈদসু চিঠি থাবিবক্তুনা পুক্নীং থৌগৎপিবকই, পাউতাকপিরকই। মীৎ-মায় পাঙজনবা ইবিরকই— "মণিপুরদদি সাহিত্যদসু পোলিটিক্স লৈবনি খঙজিল্লু।"

আমেরিকাদগী হনবিবকখিবা মতমদু ঐহাক্তি দিল্লীদা লনাই থবক অমগী চৎখিবনা খুদক্তা উন্নজখিদে। হেক থোকপিরকখিবগা শোযদনা ওইবমগনি — সনখোঙ দা লাকপিবম্মী হায়দুনা অঙাংশিংনা তম্মী। ঐনা দিল্লীদগী থোরক্লগা জানুবারীগী অহানবা চয়োলদা ওজাশ্রীগা মুতুবা ম্যুজিযমদা ২০০০ গী অহানবা ওইনা উন্নখি — "হেপ্পি নিয়ু ইয়াব ওজা" হায়দুনা ইখুৎ তিংথোকচখিবদা হরাউনা ওকপিদুনা— "ভেরি হেপ্পি নিয়ু ইযাব, গোড ব্লেস য়ু" হাযবিবগা বেগতগী ঐগীদমক্তি হাযদুনা 'নায়েগ্রা ফোলস' গী মবমদা ফোঙবা অচৌবা বুকলেট অমগা আমেবিকাগী অচৌবা মেগাজিন অমগা লৌথোক্তুনা পীবি। ইন্টাক্কী এসোসিয়েট মেম্বব ওইবগী কার্ড, বেদজ্জনচিংবসু। অদুগা জানুবারী ৩০ দা পাঙথোক্লগনি লেপ্পম্নবা সেমিনাব (টিপাইমুখ দাম) গীদমক বার্ত্তন নম্বা, ফাইল কোবব শেম্বা নম্বা, পেপব অমা নমথোকপগী দাযত্ত লৌবা, চান-থক্লবা শীনবচিংনবগী থবক ময়াম অমা শিন্নবী। মখা তাবকপদা ওজাশ্রীনা আমেবিকাদা লৈবিরুখিঙদা ইবিবকপা লমকোয রাবীগী মতাঙদা রারী তৌনে— "আর্ট এন্দ কলচবগী শেল খরা লৌবগা ফোঙলগে খল্লি।" মদুদা ঐনা হায়জখি — "ওজা ঐঙোন্দা শিন্নবিবো সনখোঙ দা মতেক খবসু হাপচগে, লাইবিক ওইনসু পুথোকচগে।"

মতুং নোংমা-নীনি লৈবগা খুৎই লাইবিক্তু ঐগীদা পুবিদুনা লাকপিখি। ঐ কাউদ্রি নুমিৎতু জানুবারী ৭ কী অয়ুক্তনি। ওজাশ্রীনা লাকপিবদুদা— "ওজা মণিপুবগী খ্যায়দগী হাউবা লড়-বেবানি হাযদুনা মমাঙগী নুমিৎতা লৈজববকখিবদগী লৈজব তান চানবক্দুনা পুথোকই। হবাউনা চাবীখি। হন্দক আমেবিকাদগী থোক্লকঙদগীদি ওজাশ্রীসি কাংডৌ বোরা চাসি যাখিদ্রবনি। লড় চানা চানা পুবিবকপা খুৎই লাইবিক্তু ফাক্তোক্লগা তাকপি—"মমিং থোনম্রিনে, করি থোনসিগে আমেবিকাগা খঙনবা হায়সিবা, উন্নবা হায়সিরা?" — "উন্নবা হায়সি ওজা।" হেক্তা য়াবী, মখুম হাংদোক্লগা ফ্লাইলিফতা মথুৎনা ইমাঙদা ইশিল্লি— "আমেবিকাগা উন্নবা"। অদুগা লাইরিক্তু শিন্নবিবগা তাকপিরম্মী— "য়াহৌদোক শরুক্তি মথৎগীদা ফোঙলো, লাইবিক ওইনা ফোঙবগীদুমদি সবকারদগীসু পৈশা খবা লৌবনা ফংত্রনে?"

ইন্টাক্কী সেমিনার ষ্টেট গেষ্ট হাউসতা পাঙথোকপদু জানুবারী ৩০ গী অয়ুক পুং ১১ দগী নুংথিল পুং ৩.৩০ হেনবা ফাওবনি। ঐহাক্তি অহৌবদা ঙাইহাক শক উৎলম্নগা ইশাগী অচিনবনা চৎথোক্লবগা লোইশিল্লমদাইদা মতেক অমা অমুক শক উৎচখিবনি। ঐসু অদুম য়াওরিবনি হাযবা মওংদা ওজাশ্রীনা খঙবিনবা ময়াম মরৈ য়েংনরম্বদুদা কষ্টী ফুলোক্তুনা হেক্তা য়াওশিনখি। অদুগদি লোইরগা হম্নবক্লমদাই, ওজাশ্রীসু মচানুপা অহল ডা বিজয়কুমার (এম. ইউ গী ওজা) না থৌবা কারদা চঙনবা কাখৎলমদাইদা ইনাক্তা ফৎ চঙবিরক্লগা মখুৎ তিংথোরক্তুনা ইখুৎ শোকপিবকই— "নঙসু লোইবমদাইদা য়াওই হায়ববু কম্না ফুগৎলকইনে ফৈ, ভেবি গুদ, বেল দন অদুম তৌগদবনি।" ঐসু "থেঙ্ক য়ু সার"।

কার থৌদোবকপা চৌবকপদনা অমুক হায়বিবম্মী— "নঙগী খরচশিংগী ভোকচবদি খরা পীরকউকো?" সেমিনাবগী চে-চাং লাঙবদা চঙখিবা খরচশিংগী ভোকচরনি।

ফেব্রুবারী ১ গী অয়ুক্তা ওজাশ্রী ডা নোংমাইথেম তোম্বী সিংহগা ঐহাকা ওজাশ্রী নীলকান্তগী য়ুমা চৎম্নিখি। ডা তোম্বীনা সনখোঙ গীদমক থৌরাঙবিবা ডোকুমেন্টেসন অমগী মথৌ তাবা মচাক (ওজাশ্রী নীলকান্তনা সাহিত্য একাদেমী এবার্দ ফংবগী সাইটেসন্দা ইবা বাবোল) লৌবনি। থিবা খঙলরোই হায় অদুবু চৎলগেদি য়াদে, চা থকখিসি হায়দুনা চা পীথকপিরকই। রারী কয়া তৌবিরকই— গুরু বিপিনগী মনমদা-কবিদা। ওজা তোম্বীনা 'আমেরিকাগা উন্নবা' বু ঐঙোন্দা ফোঙহনবিনবা তকশীনবি।

মতুং লোং-মীনি লৈরগা ওজাশ্রী নীলকান্ত মুংখিজ অমা ঐগীদা চঙলিরক্লম্মী। চা থক্লদা লোজগে হায়জবদা থক্লীংদ্রে ঈশং খজিত্তং থক্কে হায়বিদুনা খজিত্তং থকপিখি। নুমিৎতুদা তাকপিরম্মী— "ঐগী লাইরিক্তো নহাক ফোঙজরো, প্রুফ লান্দনবা চেকশমা হোৎনৌ।" অদুগা চৎলমদাইদনা অমুক— "ভোকচর লৈত্রিবরা পীরোনে" হায়দুনা থৌর্বীরম্মী। মসিনা ওজাশ্রীগা উমজবা অয়োয়বনি।

হৌথিবা চহী ৬ লোমদগী থা খুদীং, ইম্ফালগী অচৌবা ষ্টেসনরী দুকান অমদগী চে রিম ৫০/৬০ লৌরগা মণিপুরগী মশক নাইরবা প্রেসশিংদা সনথোঙ পুথোকচরক্লবা ঐঙোন্দা সেমিনার অমগী চে-চাং থরথক লাঙবগী কেশ মেমোনচিংবা লৌদুনা ভোকচর শেম্বা হায়বসি করিসু লৈতবা থর্বক্কি। অদুবু ইশাগী অশোয়বা অমসুং অশোনবনা ওইবা তাই, তরাইথোক্লিঙৈদা ভোকচর শেম্বা ঙমদনা লৈহৌরে। ওজাশ্রী নীলকান্তনা ঐঙোন্দা সেমিনারগী খরচকীদমক শিন্নবিখিলা রুপা ১৫০০/- গী হিসাব উৎপা ভোকচর উৎতুনা অরেম্বা রুপা ৪২/- পীজখিবা ঙমখিদ্রে।

তৌবগীদি ফেব্রুবারী ৯ রা ১০ রা কাউরে, নীংশিংনীংদ্রে। সনথোঙ লম্নিবা প্রেসতা চৎলগা চেগীনে, নম্বগানে-করিনে পুম্না ভোকচর অমা কক্লরগা ওজাশ্রীগীদা থিল্লরগে চপ-চানা খনখিবা নুমিৎনি। অদুবু অয়ুক্কী খবর পাব্লবদদি পদ্মশ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা সভাপতি ওইদুনা দিল্লীদা অবাং-নোংপোক কবিশিংগী সম্মেলন অমা পাঙথোকপ্রে হায়না য়াওরম্বদগী ওজাশ্রী দিল্লীদা চৎখ্রমাম্রে খন্দুনা ভোকচর শেম্নুবগী প্রোগ্রামদু যৈথোকখি।

ফেব্রুবারী ১২ গী অয়ুক অঙনবদু, মণিপুরগী চীংলমদা পাঙথোক্লিবা মীখলগীদমক ডি আই পি. আর.না শীনবা কন্দক্তেদ প্রেস টুরদা শরুক য়াবনলা শেম-শাদুনা থোঙজিন কাম্থোরক্লবনি। ইমাঙদা তাবম্বা অয়ুক্কী পাউ-চেদু ইর্মৎসি থুমহৎলকখি।.. ।" অদুম চৎমিন্নরে, ওজাশ্রী নীলকান্তগী অরোয়বা খোঙচৎতা, অবোযবা বিদায পীজহৌরুনবা।

মতুং নুমিৎ নীনি লৈরগা মচানুপা অহল ডা বিজয়কুমার উনজবম্বদা তাকপিবকই— "নবাগী লাইরিক্তি মুনিন্দ্রদা শিন্নবম্নবনি, ফোঙজরসনু হায়বিরম্মী।"

হে মঙাল ওইবা! মঙালগী মরক্তা মঙাল ওইনা তিনশ্রবা। নঙাল থুপ্না লম্বী উজরম্বা, করিসু পাঙজত্রিবা ঐঙোন্দা পীনবিরম্বা মঙাল কয়াগী লমনদি মপোক কয়াদসু শিংঙম্নরোই। ■

('সনথোঙ' মার্চ ২০০০)

## পদ্মশ্রী এলাংবম নীলাকন্ত সিংহগী শম্নপ্পা পুন্সি ৱারী

ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ

[থাজনবগী বাংমদা খঙহৌদনা তাইবঙ থদোকপীম্নবা ওজাশ্রী নীলাকন্ত সিংহগী, মশক-থোকপা অমসুং কুপশিনবা পুন্সি ৱারী অমা হৌজিক হৌজিকমক শাগৎপা হায়বসি ওইথোক্তে। অদুম্নমক ওজাশ্রীগী চাউরাকপা মশক অমা থমজনবা শম্নম্না পুন্সি ৱারী অসি পীজবনি। - এডিটর, সনথোঙ]

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ খৃঃ ১৯২৭, ওক্টোবর ৪ দা কৈশামথোং এলাংবম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। অপোকপা এলাংবম বোকুল সিংহ এল. পি. গী ওজানি। মণিপুরগী ওল্ড চুড়াচান্দপুদা মহাক্কী থবক্কী পোত্তিং তাবা মরম্না নীলকান্তনা অঙাং ওইরিঙৈদা অপোকপগী মনাক্তা লৈদুনা ক্লাস টু ফাওবা লাইরিক তম্লকখি। অপোকপা য়াম্না ফবা ওজা অমনি। মরম অদুনা মচানিপা অহল নীলকান্তবু অঙাং ওইবিঙৈধা লাইরিক নীংথিনা তাকপী- তম্বিরকখি। মহাক অঙসু য়াম্না হৈ। অদুনা নীলকান্তগী ছাত্র ওইরিঙৈগী পুলিদা লাইরিক ফবা, মরম ওকপা ছাত্র অমা ওইনা হৌরকই। চীংগী ফজবা, প্রকৃতিগী নীংথজবা কয়া অঙাং ওইরিবা নীলকান্তগী

থম্মোয় লাইয়ুমদা মম্নি তাখি। অপোকপী তায়েঙ্গম নিঙোল লখি দেবী (হৌজিকসু হিংলি) লাই য়াম্না খাজবী নুপী অমনি। অপোকপীগী প্রভাব মতোন্দা তাখি। অপোকপনা মাবু য়ারবসু য়ানা মপান্দা লাইরিক তম্বা থাদুনা মী ওইনবা হোৎনখি। নীলকান্তনা লাইরিক তম্বা লোইরদুনা থবক-ইনথং তৌরবা মতুংদা অমুক মনাউ-মচনশিংবু লাইরিকক তম্বদা তেংবাংখি. মচিন-মনাওদি মহাক থারগা পিবা ৩ অমসুং নিঙোল ৫ নি। মখোয়দি— ১।এলাংবম কুলধবজ সিংহ, ২।এলাংবম রনজিৎ সিংহ, ৩।এলাংবম ভিক্টোরিয়া দেবী, ৪। এলাংবম মিত্রানী দেবী, ৫। এলাংবম বনবতী দেবী, ৬। এলাংবম অম্রাবতী দেবী, ৭। এলাংবম বিশেশ্বরী দেবী।)

চূড়াচান্দপুরদগী লাক্লগা মতুংদা মপা পোকপা মবোক্লা কোন্দুনা লৈরে। অদুদগী এলাংবম লৈকায় এল. পি. স্কুলদা মখা লাইরিক তমথরে। মমাঙতঙেদা প্রাইমারী থাক্তদি ষ্টেট একজামিনেশন ঙাক্তনি। মদুদা য়ামনা কষ্ট তাখি। ক্লাস ফোরদগী সভেন ফাওবা জোনষ্টোন স্কুলদা তম্মী। মদুদসু মকোক ওইখি। খৃঃ কুঃ ১৯৪২ গী পৃথিবীগী অমীগুবা ল্যাঙ্গাও লাক্লুনা ইম্ফালদা বোম থাধবা মতমদা মহাক ক্লাস আঐঠ তম্নি। অবাং খুনৌদা লান চেল্লি। লান খরা খরা ফয়ক্লবা মতমদা, অবাং খুনৌদগী ইম্ফাল তাম্না মাইল ৬ খোঙনা লাক্লুনা য়ানা লাইরিক তম্নকখি। য়াম্না বাক্লবদগী নুমিৎ খুদিংগী চৎপা ঙমদ্রদুনা নোংমা লেপ্ন-লেপ্নগা তম্বা চৎলি। খৃঃ ১৯৪৫ দা, মশাগী চহী ১৮ শুবদা মেট্রিক পরীক্ষা পাস তৌখি। মথংদা সিল্লেটতা চত্নুনা মুড়ারিচান্দ কোলেজদা আই. এ. তমখি। বি. এ., এম.এ., এল. এল. বি. দি গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা পাস তৌখি। ছাত্রগী পুন্সিদা শাম্নবা পাম্নকখি। ফুটবল অমসুং টেবল টেনিসকী শাম্নরোয়নি। হায় স্কুলগী ছাত্র ওইরিঙৈগী পুন্সিদনা শগোলশেম ইন্দ্রমণিগী মতুং ইন্দুনা হকচাং শাজেল তৌবা তম্নকখি। সূর্য্য নমস্কার, খ্বাঙফাও ঈশিং তীংবা, ড্রিলনচিংবদা থবায় য়াওরকখি। অহানবদা সোসিয়েলিষ্ট পার্টিদা য়াওই। জয়প্রকাশ নরায়ণ অসি মাগী আদর্শ ওইরবা হিরোনি। মথৈথংদা কংগ্রেস য়াওই।

শিনফমদি মরু ওইনা ওজা ওইবনি। খৃঃ ১৯৫২ দা এম. এ. পাস তৌরবা মতুংদা দি. এম. কোলেজদা খৃঃ ১৯৫৩ দা ফিলোসোফিগী লেকচরর ওই। মদুদগী ইহান হানবা ওইনা লিংখৎপা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিগী অহানবা সেক্রেটরি ওইনা খৃঃ ১৯৭২ - ১৯৭৮ ফাওবা থবক তৌরম্মী। মণিপুর সরকারগী সোসিয়েল বেলফিয়ার, আর্ট এন্দ কলচর দিপার্টমেন্টকী ডিরেক্তর ওইনা খৃঃ ১৯৮০ দগী ৮৬ ফাওবা থবক পূরম্নবা মতুংদা থবক্তগী পোথাখ। থবক্তগী পোথারবা মতুদা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী কনসলটেন্ট (১৯৮৯), ভারত সরকারগী সেনিয়ার ফেলো (১৯৮৯), মণিপুর য়ুনিভর্সিটীগী ফিলোসোফি ডিপার্টমেন্টকী ফেকলটি মেম্বর (১৯৯৬ - ৯৭) ওইদুনা থবক তৌরম্মী। মসি নত্তবা সাহিত্য, সংস্কৃতি অমসুং সমাজ সেবাগী থবক কয়াসু তৌরম্মী। ময়ামসিগী মনুংদা মরু ওইবা অমদি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জেনরল সেক্রেটরি (১৯৫৮, ১৯৬৪, ১৯৬৫, ১৯৬৬, ১৯৬৭, ১৯৬৮) অমসুং সভাপতি ওইনা (১৯৯৩, ১৯৯৪) মতম শাংনা থবক কয়া তৌদুনা পরিষদ অসিগী চাউখৎনবা হোৎনখি। শিবগী মতম ফাওবদা কার্য্যকারী সমিতিগী সদশ্য ওইখি। শম্না হায়রবা মাগা শম্নরমদবা সংস্থান য়াওদে হায়বা য়াই। মমিং খরা পনবা তারবদা— দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, দি অতোম্বাবু রিছার্চ সেন্টচর, শ্রীশ্রীগোবিন্দজী নর্তনালয়, শ্রী অরবিন্দ সোসাইটি, গীতা মণ্ডল, ইস্কোন, মুতুয়া ম্যুজিয়ম, ইনতাক, সর্বোদয় মণ্ডল, দিভাইন লাইফ সোসাইতি, জবাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদমি, অসিনচিংবা কয়া কয়ানি। ভারতকী সাহিত্য এাকাদেমি, ললিত কলা একাদমী, সঙ্গীত নাটক একাদমি, - একাদমি অহমগী এক্সিক্যুতিভ কমিতিদা য়াওদুনা থবক তৌখি. মণিপুর অমসুং ভারতকী মফম কয়াদা পাঙথোকপা সেমিনার, কনফরেন্স কয়াদা শরুক য়াদুনা চে কয়া পাখি। মণিপুর সাহিত্য, জগোয়-ঈশৈ, কলা বিদ্যাগী মশক তাকপা ক্রিতিক অমসুং বাঙাঙলোয় ওইরম্মী। মহাক খৃঃ ১৯৭০ দা চয়োল তরেৎমুক য়ুরোপকী লৈবাক অহম— হঙ্গেরী, নোংপোক জর্মনী অমসুং ফ্রান্সতা কোয়রুই। খৃঃ ১৯৯৯ গী ময়ায়দগী লোইশিন্নকপা দিসেম্বর ফাওবা থা তরুককলোম আমেরিকাদা কোইরুই।

পীক্লিঙৈদগী সাহিত্য নুংশিবা অমসুং পামজবামীশক অমা ওইনা হৌরকই। নহা ওইরিঙৈদা লাইরিক ইলিংবগী ঈথিল য়াম্না পোকখি। শৈরেং, বারেং ইবা হৌবদি, ব্রহ্মপুরদা লৈবা নিয়নতাবীর লাইব্রেরী খূইনা ইদুনা জর্নেল অমা ফোঙলম্মী। মদুদা শৈরেং হাপ্পা হৌখি। মেনুস্ক্রপ্ট জর্নেল অসিদা আর্টিকল হাপ্পগীদমক্তা প্রাইজনচিংবসু ফংখি। আই. এ. তম্নিঙৈদা (মুড়ারিচান্দ কোলেজদা লৈরিঙৈদা) রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী শৈরেংদা ঙাওজকি। ফক্লাংদা মাগী কবিতা কয়া থেৎলগা থম্মী। বেঙ্গলী মচা মমায়বশিংনা মাবু কবিনি হায়না লৌখি। রবীন্দ্রগী শৈরেং কয়াসু চীনফা পুখি। রবীন্দ্রগী **'গীতাঞ্জলি'** পানিংমনস্রদুনা মহাক থওইনা বাংলা তমখিবনি। তম্বদি জোনষ্টোন স্কুলগী ছাত্র ওইরিঙৈদা ওজা খ্বাইরাকপম চাওবনা লমজিংদুনা বাংলা খরা খরা ঙাঙবা ঙমজখি। মথংদদি মশা মতোমতা হোৎনজবদগী বাংলা ফজনা পাবা ঙমখি। মাগী পুন্সিগী অরোইবা মতম ফাওবা অমুক খুদিংগী রবীন্দ্রনাথকী শৈরেং পাবা অমসুং শ্রীঅরবিন্দগী মরমদা লাইরিক পাদুনা লাইশোল শোনবাতোকখিদে। শ্রীঅরবিন্দগী ধর্মগী

মায়কৈদগি কোয়া নৈনবা হৌখিবনি। রাজনীতি মায়কৈদা মহাত্মা গান্ধী অমসুং জয়প্রকাশ নরায়ণনা মাগী গুরুনি। মাগী সাহিত্যগী গুরুশিং - রবীন্দ্রনাথ, টি এস এলিয়ট, অজ্ঞেয়নি। মাগী শৈরেং 'মণিপুর' (১৯৪৮) অসি অহানবা মোদর্ন মণিপুরী পোইট্রিগী হৌরকপা শীংথানে। অদুনা মাবু আধুনিক মণিপুরী শৈরেংগী অপোকপা হায়না খঙনৈ।

**নীলকান্ত মণিপুরগী মশক নাইরবা কবি, ক্রিটিক, অইবা অমসুং থিঙ্কর অমনি।** মাগী ছাপা তৌদুনা ফোঙলম্বা লাইরিক শিংদি— ১। **অচাইবা লৈ** (শৈরেং, ১৯৫৭), ২। **মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ** (ছন্দ নৈনবা, ১৯৬৮), ৩। **চৎলসিনে কদায়দনো ইবানী** (শৈরেং, ১৯৭১), ৪। **মতমগী বাখল** (বারেং, ১৯৭৩), ৫। **তীর্থ যাত্রা** (শৈরেং, ১৯৮৫), ৬। **সংস্কৃতিগী শক্লোন** (বারেং, ১৯৯১), ৭। **হৌজিক্কী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি** (বারেং, ১৯৯৮), ৮। **Fragments of Manipuri Culture** (১৯৯৮) ৯। **Aspects of Indian Culture** (১৯৯৭), ১০। **Manipuri Dance** (১৯৯৭), ১১। **Monograph on Bhadra**, ১২। **Monograph on Pandit Atomobapu Sharma** (১৯৯৮) অসি নচিংবনি। ফোঙদ্রিবা লাইরিক অহম থনম্মী— শৈরেংগী লাইরিক অনী অমসুং **'অমেরিকাগী উনবা'** কৌবা লমকোয় বাবী অমগা। অমেরিকাদা লৈরম্লিঙৈদা শৈরেং অমগা লমকোয় বাবী অসিগা ইবা লোইরম্লবনি। মাগী **'তীর্থ যাত্রা'** কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অসিদা খৃ: ১৯৮৭ দা **ওইনা ভারতকী সাহিত্য একাদমি এৱার্দ** পীদুনা ইকায় খুম্নখি। অদুগা ভারত সরকারনা **'পদ্মশ্রী'** (১৯৯৯) পীরে হায়না লাউথোকখি লাইরিক থীবদি - ইখঙ খঙহৌদনা মশাগী চহী ৭৩ শুবদা ফেব্রুৱারী ১১, ২০০০ দা নুমিদাং পং ১১.২০ তানদা মশাগী য়ুমদা তাইবংপান থাদোকখি। শ্রীমতী খোনাওজম নিঙোল এলাংবম ওংবী সুধাধোনী দেবী (মযাম্না ইবেমহলসু কৌই) গা মচানুপাশিং পুম্নিদা খোঙদাদুনা মচানুপা অনী অমসুং মচানুপী অনী থনম্মী ১। ডা বিজয়কুমার, ২। ডা দিলিপকুমার, ৩। অনুজা দেবী অমসুং ৪। ডা গিরিজা দেবী। ওজা নীলকান্তনা লৈখিদবদা মণিপুর অমসুং মপানগী মীওই কয়ানা অরাবা কয়া মথং মথং ফোঙদোক্লবকখি। লৈবাক হুম্না অরাবা ফোঙদোকখি। থরবদা, চেকোঙ কয়াদা বারেং, শৈরেং কয়া ইদুনা শ্রদ্ধাঞ্জলি ৎকখি মহাক্কা লৈখিদবদা সংস্থান অমসুং মীওই কয়ানা খুইদগী মশিঙ য়াম্না চবানা ফোঙদোকলপা নীংশিং অমা ওইখি ■

*('সনথোঙ' মার্চ ২০০০)*

মার্চ ২৯, ২০০০

জবলপুর

**ডিয়ার এডিটর,**

**হৌখিবা** ফেব্রুৱারী থাগী **সনথোঙ** দা প্রোফেসর এলাংবম নীলকান্ত সিংহগী **'আমেরিকাগা উনবা'** হায়বা লমকোয় বাবীগী য়াহৌদোক শরুক পাঙ্খিবদা ওঙ্কোক্না নুংঙাইজখি। ফোবেন লৈবাকশিংদা নৎত্রগসু ভারতকী মনুংদদি লম কোয়দুনতা লৈজরবা ঐখোয়দগি অমুক্কা হেন্না পেঙ্গে অমসুং পুক্নীংদা অনোবা এক্সপিরিয়েন্স কয়া পীবা। মার্চ থাদগীসু লাইরিকসিগী মতাঙদা খবদং ওইররসু য়াওবক্তদ্রা খঙ্খিদুনা খৌবাংনা ভাইজখি, অদুগদি হকচাং পূম্বা ভু চুংখিবা খঙহৌদে। **সনথোঙ** গী মখুমদা 'পদ্মশ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহদা কচ্চবা শ্রদ্ধাঞ্জলি' হায়বদুথক উখিবদা মনুংগী লামায় হাংদোকপা ওমদনা ফনা কুইনা লৈখি।

ঈশ্বর হায়বসিসু অফবা-ফত্তবা পোৎশকশিংথক্তা পাম্বগুম তৌই। ঐখোয়গুম্বা পোকপগী হবাউদবা, শিবগী কপনিং দবশিংবুদ লৌশীনবিদে। মসিমক ঈশ্বর মহাক্কী লাইসক ফপনি, নৎত্রবদি খঙলমগনি। পদ্মশ্রী নীলকান্তন লৈখিদবদা ঐগীসু তকাবা শকক য়াজবি, লোয়ননা ওজাগী আত্মা শান্তিগীদমকসু মপু মঙোন্দা নোঙবি।

*অদোমগী,*

*ঐচ গোজেন মীতৈ*

*('সনথোঙ', মে ২০০০)*

মার্চ ১৫, ২০০০ মোন্ট্রিল, কানাডা

নুংশিজরবা ইনাও মণীন্দ্র,

ওজা নীলকান্ত লৈখিদবদু থম্মোয় শোক্না নুংঙাইতে। ঐহাক্তি মহাক্কী ছাত্রনি, ডি.এম. কলেজদা তম্লিঙেদা। অদুগীসু মথক্তা মহাক্কী পণ্ডিত ওইবা লাইরিকশিং পারম্নগা হেন্নসু, ছাত্র ওইজরক্কই হায়বগী পেক্কবা অমসু লৈরিবনি। ঐবু নুনা তৌবী, আমেরিকাদা লৈরিঙৈ মরক-মরক্তা ফোন্দা ৱারী শানজখি। নুম থম্মুরগা ঐসে পীতং-পাতংলবা ওইরবোই নীংলক্রে। মহাক্তি মণিপুরী সাহিত্য সংস্কৃতিগী সিম্বোল অমনি। মহাক্না চংখিবদা ঐথোয়গী সাহিত্যগী সংস্কৃতিদা অৱাংপা অমা অসুম লৈহৌরগনি। অধ্যায় অমা লোইশ্রবনি। অদুবু করিদি তৌনি, অসিনি পুন্সি। থোমাস মাননা মাগী 'দি মেজিক ওফ মাউন্টেন' কৌবা লাইরিক্তা ইরম্মিদনা "A Man's dying is more the survivors' affair than his own."

ওজাগীদি তীর্থ যাত্রা হায়বদুনি। ঐহাক্না মহাক্কী স্মৃতিবু ভক্তি শ্রাদ্ধগা লোয়ননা তর্পন তৌজরি।

মহাক্কী শোনী,

('সনথোঙ', মার্চ ২০০০)

মার্চ্চ ২২, ২০০০ উরিপোক খাইদেম লৈকায়

প্রিয় মণীন্দ্র,

ওজা নীলকান্তগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কংপা সনথোঙ পাজরে। পুক্নীংদা পেঙ্খি। শিষ্য অমনা গুরু অমগী মফমদা মতীক চানা ব্যবহার তৌবা অসিদগী হেনবা করিবু লৈরমগদগে হায়বা অসিনা ঐগী খৈনাইদ্রবা ৱাহংনি।

ময়াম্নদি খঙবিবদা ৱারগদবা অচৌবা থৌদাং অমদা ওজা নীলকান্তগা ঐহাক্না থবক তৌমিন্নখি। 'মণিপুর রেডিও ষ্টেসন ডিমান্দ কমিটি' হায়বা অমদা ওজানা সেক্রেটরী, ঐহাক্না এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরী ওইনা। প্রসিদেন্টনা খুরাইবুঙো লাইরেনলাকপম ইবোহল সিংহরা নংত্রেগা খুরা ইবুংঙো খোমদ্রাম ধনচন্দ্ররা অমনা ওইখিবনি, কুইমনখ্রদুনা কাউরে। থবক্তি মচা মানবনি, তশেং নমক্তি অচৌবনি। মণিপুর সরকারদংগা লোইশিন্নবা য়াবা নত্তে। মিনিষ্ট্রি ওফ ইনফোর্মেসন এন্দ ব্রোডকাষ্টিং, ডিরেক্টর জেনেরেল ওফ ওল ইন্দিয়া রেডিও অমদি হোম মিনিষ্টরনচিংবদা মেমোরেন্দম কয়া থাবা তারম্মী। মদুগী মতাঙদা ওজাগা ঐহাক্না তোয়না উনখি। কন্না হোৎনমিন্নখি। মহয় ওইনা খৃ. ১৯৬৩ গী আগষ্ট ১০ দা ওল ইন্দিয়া রেডিও ষ্টেসন, ইম্ফাল' কমিশন তৌবা হৌখি।

মহাত্মা গান্ধীনা থৃপখিবদা, পৃথিবী ফাওরবা আইন্সটাইননা ইখি— "Generations to come, it may be, will scarce by believe that such a one as this man in flesh and blood walked upon this earth." মসিমক ঐঙোন্দা ফাওব্রে। ওজাগী স্মৃতিদা পি মরীক খরা শীহজবনা ঐগী শ্রদ্ধাঞ্জলি ওইজরে।

মহাক্কী মাইকনবা খঙজরিবা
খাইদেম নবকুমার

('সনথোঙ' এপ্রিল ২০০০)

# কবি নীলকান্ত সিংহ

## (১৯২৭-২০০০)

ডাঃ এম প্রিয়োব্রত

**ৱার্ডসৱার্থকুম**, কীটসকুম, শেলীগুম অমদি রবীন্দ্রনাথকুম, জিবানন্দগুম, ডাঃ কমলগুম নীলকান্ত কবিনি; কবি ওইনা পোক্লকপনি। মহাক্কী মতাঙদদি খরা কনশিন্না হায়নীংঙিঃ নীলকান্ত অশেংবা কবিনি। মণিপুরী সাহিত্যগী ৱাংলবা চীংদোলনি। মঙোন্দগী হেন্না ৱাংবা নত্ত্রগা নেম্বা চীংদোল হায়বদুদি মণিপুরী সাহিত্য ইতিহাসকারশিংগী মীৎয়েং ওইরসনু। মহাক্কী ৱাংলবা মঙালগী চীংদোলদগী ঈশিং চাইবীগী মতৌগুম, ঈচেল কয়াগী মতৌগুম, ঈথিল করাগী হৌরকফম ওইনা চেম্বরকই হায়বসিদি চিংননীংঙাই লৈত্রে। মহাক্না ইখিবা মতম অমদি মহাক্কী শৈরেংগী মচল পূন্না য়েংলুরগা মহাকপু অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী অপোকপা মিংথোনবা তশেংনমক মতীক চাবা সন্মাননি। কবিগী ৱাখল ওহোল্লা পাক-চাউখ্রে। যুগ পুবা মঙালগী জগৎ অমনি। শান্তিগী মঙাল থিবগী লোইনাইত্রবা খোঙচৎনি। পুন্সিগী তীর্থ যাত্রা অমগী থম্মোয় বিণাদগী থোরকপা লোইবা নাইত্রবা, নাইরোইদবা সুর মখল কয়ানি— ঈশৈনি, লম্বী চৎপগী, আশাগী, লম্যাঙনবগী অমসুং পম্বুংফম য়ৌনীংবগী। (বেক কোভর ঃ **তীর্থ যাত্রা**, অনীশুবা ফোঙবা ১৯৯৬)। ভক্তি, প্রেমদা থাজবা কবিগী হৌনশা খোঙ্গোকসু অঙৈংবনি, অতপ্পনি। লিরি মালঙগী কায়বা য়াদ্রবা খোঙহৌনি। ৱাহৈগী মৃক্তি তাম্লকপনি। অদুনা কবি নীলকান্ত মশামক্না ফোঙদোকই, কবিতা হায়বসি হৌজিক্তি লাউনা হায়বনা পক্লদে। লোম্না নাপদা শোনগদবনি। অদুগা শৈরেং হৈনদবা মীশক্তা শৈরেং পাবীয়ু হায়বসিমা খক হায়রোইদবনি। ঐনা ইবিবসি করি হায়রিবনো হায়বসি ইশানা চপ চানা খঙজবা ঙমদে। অদুবু ইরিবা খরা অসিনদি ঐহাক সমাজদা হিংলি হায়বগী প্রমাণদি ওইগনি। (**ৱান্নাঙ ঃ চৎলসিনে কদায়দনো ইবানী**, অহানবা ফোঙবা, ১৯৭১)।

মতাঙ অসিদা পঙ্গনীংবা অমনা, ফোঙদোকপা নত্ত্রগা ফোঙদোক্তবগী ৱাফম্না অমনি, অনাবা অমনা মশাগী হৈনীং-হরাওদবা কয়া খঙজবগুম কবি অমনা মশামক কবিনি হায়বসিদি খঙজবা পোৎনি। ৱিসলাৱা সিম্বোসকানা ১৯৯৬ কী নোভেল লেকচরদা পনখি ঃ হৌজিক মতমগী কবিশিংদি মশা মশাগী মরমদা থাজগন্দে, ইচিংদা চীংনগম্নি। মখোয়দি কবিনি হায়বসি মরাল লঙশিন্নবগুম, খরদং ইকায়রপ, য়ানীংদ-য়ানীংদবা ফোঙদোকই। . . . চহী কয়াগী মমাঙদা ঐ ব্রোডসকী মশামক্না উন্নজবগী নুংঙাইবদু ফংখি। ঐনা থেংনখিবা কবি পুম্নমক্কী মনুংদা মশামকপু কবিনি হায়জবদি মহাক্তনি ঐ খঙঙি। চীংনবা, খঙ্গানবা অমত্তা লৈত্তনা ৱাহৈসি মশামক্না ফোঙদোকই। ইথা থাজদনা মহাক্তি ৱাফমসি নীংতম্না, শীংনবা অমা য়াওনা হায়দোকই (**ৱার্ল্ড লিটরেচর টুডে**, ভোল্যুম ৭১)। সমাজগী নুং-পানগী অশেংবা মশক তাক্কদবা কবিনা মশামক্কী অচুম্বদু ফোঙদোকচবদা নীংজিং-মাঙজিংনবা হৌনদে হায়বসি কবিশিংগী থৌনানি। ফোঙদোকখি বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর মশামক। থৌনা অসিমক নীলকান্তদসু লৈখি। মশামক্কসু য়াজ্রে, মীয়াম্নসু খঙঙি; মহাক কবিনি। মতাঙ অমদা ডাঃ নোংমাইথেম্ন তোম্বীগা উন্নদুনা ৱারী শাবা অমদসু পনখি ঃ কবি হায়বদু ওইরুরবনিনা (**ৱাখল**, ডিসেম্বর, ১৯৯৮, লাঃ ৪৫)। কবিনা অহানবা শৈরেংগী লাইরিক্তসু থরায়গী ঈখৌলাংজবসি খোঙ্গাং য়ৈরীঃ **ওইজগে ঐহাক্তি কবি/লৈখা তারবগী, ওক্তবশিংগী, নৈহৎপীরবগী, পূম্মাং মাঙলবসিংগী**। (**ওইজগে ঐহাক্তি কবি**)/পান্দম য়াওরে। অদুগা অমুক্না ঃ **থাজরুই ঐহাকসি অসুক কুইবসি/পণ্ডিতনি, কর্মীনি, দেশভক্তনি, কবিনি** (**নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী**)।

ফিলোসোফীগী ইন্টেলেক্টচুয়েল গ্রো য়াম্না শেংনা লৈবা নীলকান্তনি। শৈরেংগী জগৎতা তহা তহা চঙশিন্নকপা নত্তে। ৱারেংদা হান্না খুৎ থাখি। ৱারেংদসু নীলকান্তগী লেঙনাইত্রবা মফম অমা চাউনা কন্দুনা লৈ। মহাক্কী অহানবা ৱারেংগী লাইরিক **অচাইবা লৈ** (১৯৫৭) ফোঙলকঙেদগী হৌনা নীলকান্তগী কবিত্বগী গুণ অমদি শক্তি মীয়ামদা শক্তাকখি। **মাধবী** উপন্যাসতা কমলবু কবিনি শকখঙবগুম্বনি। নীলকান্ত মশামক্কসু **মাধবী** দি শৈরেংনি হায়রম্লবনি। ইংরাজী সাহিত্যদসু বেকন, লেম্ব, ড্রাইডেন, হেজলীট, ৱার্ডসৱার্থ, এডিসন, অরনোল্ডনচিংবগী ৱারেংশিং নত্ত্রগা জোইস কোনরেড, লোরেন্স অমদি বুল্‌ফনচিংবগী উপন্যাস-

শিংদা শৈবেংগী শিংলীনা মপুং ওইনা চেল্লি হায়বসি শেংলবনি। নীলকান্তগী খ্রাবেংশিংবু কবিনা ইবা রাবেংনি হায়বসি হেক্তমক খঙবা ঙম্মী। মঙোন্দা তোপ-তোপ্পা মগুণ অমা লৈঃ ফজদবা বাহৈগী নংত্রগা পবেংগী চন্নফম মঙোন্দা লৈতে। মহাক অফবা মীশক্তি। অফবা মীদতা চুম্না ফজবা মীৎযেং অমসুং নীংথিজবা বাহৈগী হৌবকফম অমদি তুংনফম ওইহনবা হায়বসি মহৌশা লাইবেখ্বাগী রায়েলনি। কবি নীলকান্তনা যাম্না তোয়না পনবিবন্মী ঃ মণিপুরী লোন অসি কদায়ফাওবা ফজনা ফোঙদোকপা ঙম্বগে উৎনবা হোৎনজবসি ঐগী পান্দম অমনি। অদুনা মহাক্কী অচাইবা লৈ গী রামাও য়ানবদা শেংনা পনবিরম্মী ঃ বচনা খরসিগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যদি মোত ফোঙদোকপা নত্তে। সমস্যা কযা নৈনবসু নত্তে। পোকচবকপা রাখল খবা ফজনা ফোঙদোক্লবা, অমুক্তা হেন্না ফজনা ফোঙদোক্লবা পাক্লজবনি। শপ্না হায়রবদা মৈতৈবোনগী মুক্তিনি ঐহাকনা তানজবিবদি। য়াববদি রাখলগীসু মুক্তি। (রাহৈ অমনীদং ঃ অচাইবা লৈ, অনীশুবা ফোঙবা. ১৯৯৪)। মসিদগী ঐখোয়না লংলা-লংজীন ওইনা ফংজবা অমখক লৈ। কবি নীলকান্তদি ফজবা রাহৈগী শক্তিদা চপ চানা থাজবা লৈ। খ্বায়দগী ফজবা রাখল অমদি অচুম্বা মীৎয়েংবু খ্বায়দগী ফজবা রাহৈ অমসুং রাহৈ পবেংদা যুম্ফম ওইহন্নবা হায়বসি কাব অসিগী শোয়ফত্রবা খৃৎথানি।

ফজববা রাহৈগী শক্তিদা থাজবা হায়বসিগা শৈবেংগী শক্তিদা থাজবা থম্বা হাযবসিগা নীলকান্তগী মফমদদি অমত্তনি। যামত্রবদা শৈবেং হায়নবসিদি খ্বাযদগী রাংবা রাখলগী রাহৈগী ওইথোকপা যানা খ্বায়দগী রাংনা ফোঙদোকপা চীংদোলগী মশক্তি। মসিদা কবি অসিগী ক্রিয়েটিব এরোযবনেস শেংনা লৈবে। অদুবু কন্টেক্সতি? ফোঙদোক্লদৌবিবা মচল নংত্রগা থীমদি? মতাঙ অসিদদি কবি নীলকান্তনা যাম্না কন্না ইখিবা মতমগী সোসিয়েল বেকগ্রাউন্দ নৈনদবা যাবক্তে। কবি অসিগী শৈবেংশিংদা অসুক যাম্বা মহাম তাবকপা পুন্সিগী মূর্তি, অবাব নুংশা-স্বব, নাইত্তোম তাবকপা অমদি লম্মাঙনবকপগী চৈথেঙ কয়াগী মম তাবিবসি কন্সিগীনো? মতাক্লা কবি হংখি, কবি খুন্নীংখি?

কবি নীলকান্তনা শৈবেং ইখিবা মতম (১৯৩২ ১৯৮৫) অসিমক্ত পৃথিবীগী অচৌবা থৌদোক কয়াগী অকনবা ঈথিল কয়া মণিপুরদা য়ৌরকপ্রে। মপুংদা পৃথিবীগী অনীশুবা লান্তাও মতুংগী মণিপুরী সমাজদি য়াম্না লৈজবক্না অবিবা ভেলুক্ত কযা মক ফংনা ফুক্তোবকপগী ককঙাওনবকপা যুগনি। নৌনা চঙশিল্লকখিবা তম্বা ঙমদনা থোং মায়ত্রবা সামাজিক রাজনৈতিক অমদি আর্থিক অবস্থাগী ফল ওইনা তাবকখিবা মীওইবগী লাইবক— শেপ্পা-থুমজ্জা অমদি খেন্নবগী চৈথেঙ কযানা সাধারণ পৃক্তিদা তাইওন্নবা কযা হেৎকহল্লবে। লাযবলা, মকক সঙ্ঘুহন্দনা নংথবকপা, উপায় লৈতক্তবা অমদি নীংবা কাযবা, মীযাম মকক্তা হিংনা হিংনা নাইত্তোম তাবগী হামচৎনববা অমদি ককঙাওনবকপা কম্সি হিংনগী ফীবমদা লোইবা নাইদনা চঙশিল্লকখি। পৃম্নমক অসিগী মমি নীলকান্তগী রাখলদা চাউনা তাখি। রাখলদসু শৈবেং লৈ। রাখলগী ইথোক্তিবা শৈবেংবু কল্পনা কৌবা যাই (poetic thought imagination)। মীওইলক্তগী খবা হেন্না পুক্নীংদা ফাওগনবা, শোক্লনবা, অদুগা অমুকসু হেন্না আশা ঔৌগনবা, রাখল অমদি পুকচেল চাউথোক্লনবা হায়বসি কবিনা মশাবু অমদি সমাজগী মীযামবু শকখঙজনবা মগুণ ঙাকতনি। কবি কনাসু লৈতাবা ঙমখিদে।

কবি নীলকান্তনা অহানবমক্তদা চাংনখি ঃ মীওইবগী রাহৈগী অর্থ মাঙপ্রগত্রা? মবমদি মহাক্তি উখি ওইরে পুনীসে অহাঙবা/অহাঙবগী অহাঙবা ঙাক্তা/মিৎতাংবা লোম্লোক্তবা অনী লেপমিন্নবদৌনা/মাঙত্রে লম্বী নক্লবগী অমতা ওইবগী/থম্মোয়গা থম্মোয়গা তিন্নবগী। (ঙসি বসন্তগী অমুকসিদা)। খঙহৌদনা অমুকসু খল্লকখি ঃ অর্থ মাঙত্রে রাহৈগী/শিনত্রে অচুম্বদু তৌশিন্নবনা/খবকপুসু রাহৈনা/ কবিতানি রাহৈতনা শাগৎপা/কিন্থখিনি রাহৈনা কিন্থখিবদা/ শম্নত্রবদা রাহৈগা অর্থগা/খাইনরবদা অনিগী লৈপুন/করিদি লৈহৌরি রাহৈদা মীওইবগী? (করি কান্নবিবগে শৈরেং ইবগী?) মীৎ উইশিন্দুনা হন্না হন্না খনখি ঃ চেন্থরক্তি মীওইবগী রাহৈনা/নাযেগ্রাগী ঈশিং চাইবীগুম্না/রাহৈগী মথংদা রাহৈ/অদুবু রাহৈতনি অচুম্বদি পুরক্তে/ হে মীওইবগী থাদোকপা ঙমত্রবা রাহৈ/হে ফংঙমত্রবা সত্যগী মঙাল/নবানিগী তিন্নকমবু কদায়দনো?/ মাঙদা লৈবী অচুম্বনা বকুল পাম্বীগুম্না/অদুগা মীওইবগী রাহৈনা কেন্দুনা তাবক্তি/শিংগাবৈ লৈবাংগুম্না। (মঙাল)। অদুনা রাহং হংলম্বতনা কবি অসিগী শৈবেংগী পম্থুংদি নত্তে। মহাক্কীদি রাখল অমদি রাহং অনীমকসু তীর্থ যাত্রী ঙাক্তনি। পম্থুং অমদি পাউখুম ফংদনদি লম্মখাঙদা খক লেপকন্দে। অদুনা কবিনা তত্তনা ফোঙদোবকখি ঃ রাহৈগী শক্তিসি হৎবতনি/নহাক্লা পীরিবনা পাউখুমনি/(বিনোবা ভাবে)। মতম্ভ অসিদা কবিনা শাজিন্নবিবা নহাক্লা হাযবসি মৌনব্রতনি। অদুগা অমুকসু হেন্না শেংনা ফোঙদোবকখি ঃ খঙজবে হৌজিক্তি/রাহৈগী পথৈ নাই, রাখলবু/লোৎশিন্নি, ফোংদোকপা ঙমদে (রাহৈগী পথৈ)। অদুবু মসিদা অবোয়বা লৈয়ি চিংশিল্লববা? মদুদি নত্তে। কবি নীলকান্তগী শৈবেংগী খোঙচৎতা ফজবিবসি মসিনি। অচুম্বা থিবগী খোঙচংনি। রাখলগী

হঙ্গৎ-হন্দা কয়াগী থেসিস এন্টিথেসিস অনীসিগী সিন্থেসিস পুথোক্তুনা মীওইবা পুন্সিগী আশাগী থল থক কায়হল্লমদে। অদুনা কাইনথংদো কন্নিনা তাবকখি ঃ অদুবু রাখলসিদি অরানবনি/মাঙন্রি কবিতাগী অর্থদি/কোঙদোকপনি য়াবা পুন্সীসিগী/খুদমনি হিংলি হায়বগী/থাজবা কোঙদোকপনি। মীওইবগী পুন্সীদা/. . . থিংঙমদে কবিতাগী ঈচেলদি/মসিনা চেষ্টরি ঈশিং চাইথীওন্না/অরেপ্পা লৈতনা লোন্না/থম্মোয় কয়াদগী/শোক্লুনবা থম্মোয় কয়াবু (কবি কান্নরিবগে শৈরেং ইবগী ?)

অমুক্তা, কবি নীলকান্ত লম্মাঙনখি ঃ করম্বা লাইদনো ? হৌদোকমিন্নরকপা মৈহৌরোলগী/লাইদরা ? থম্মোয় পীবীরকপা হিন্দুগী লাইদরা ?/ পোথাবা ফত্রেবা মতমগী লাইদরা ? মায়খুম য়াওরিবা/ভবিষ্যৎকী লাইদরা ? করম্বা লাইদনো ? (লম্মাংনবা)। রাহং অসিগী পাউখুমসু হয়া হয়া পীরি মহাক্কী মণিপুরী, পাখংবা অমদি লাইনিংথৌ সনামহী মিংথোনবা শৈরেংশিংদা। মতাঙ অমতং পঞ্জরবদা কবিনা মহাক্কী রাখলগী মঙালদু পুথোবক্লিঃ থেংনগনি নহাকপু শোয়দনা/নঙোন্দা চঙজরিবা নচাশিংনা/ লাইশংদা নত্তে, মূর্তিদা/রাইদেসু নত্তে, মালেমদসু নত্তে/ধ্যানগী লকানুংদা/মশেক ওইনা, অচুম্বা ওইনা/নহাকপুদি ইবুংথৌ সনামহী। (লাইনিংথৌ সনামহী)।

মসিনা কবি নীলকান্তগী শৈরেংগী শক্লোন অমনি। মীওইবনা হৌলিবা, হংনীংবা, খুম্নবা, নৈনবিবা, য়েথনরিবা কয়াগী মহৎ শিন্দুনা অচৌবা সমস্যা কয়াগী চাউব-চাউববা রাহং কয়ানা কবিগী রাখলগী তীর্থ যাত্রাগী খোঙচৎকুম লেপ্পা লোইবা নাইদনা চঙশিল্লি। ইবি রাখলদা লাকপা অরি-অনৌ কয়াগী চাংশাযনবা, চয়েৎনবা ঈারম কয়া— মণিপুবগী, ভাবতকী, পৃথিবীগী, অমম্বা মপেগী, মঙালগী, অকিবগী, চিংনবগী, অচুম্বগী জয়গী। অয়াম্বনা লৌথংলে— পাখংবা, লাইনিংথৌ সনামহী, শ্রীগৌরাঙ্গ। অদুবু কবিনা অদুম শেংদোকপিনম্মী ঃ ঐহাক্কী শৈরেংগী পুন্সী অমসুং মশক লেপচবা ঙমদে। মতমগী কবিনি হায়বীনবা ইজবসু নত্তে। চহী খরসিগী মনুংদা ঐহাক্না অকোযবদা— ইমা লমদম মণিপুব, ভাবতপু য়েংজক্লবদা অমসুং তাইবং শেম্বা মপুগা তত্তনা নিংঙাই তৌনজবদা — থোবকপা খোঙ্গেলদি অমনি। মায়খুম উম্না পুন্সীগী তপ্নবা তশেংবা শুব অমনি। পুক্নীংগী ফীভম কযাদগী থোকখিবন— অরি-অনৌ শোয়দনা য়াওগনি। (রাইং খবদ' ঃ তীর্থ যাত্রা)। রোমান্টিক কবি অমগী মমি তানা রাইহেনি। শৈরেংদসু অদু মঙায়। নীংতম্না কোঙদোকপনা শৈরেংগী ঈচেলদগী থক নাথৈখিবা নত্তে। অপাবগী থম্মোযদা খঙহনীংবা, ভাব তাহন্নীংলগী লৈথোন অমা য়াওবনিনা তক-তশেংবা, চমন্নহন্দবা শৈহেক্লা কবি নীলকান্তগী শৈরেংগী নুংশাস্ববনি। রাইগী ফজবদা ঈবাংচবা অসিমক্লা জোন কীটসকুম্না নীলকান্তসু ফজবগী পুজারীনি। নুংশিবগী মতাঙদদি টি এস এলিযটকা মীৎয়েং মান্নবগ চংনা নীলকান্তগী নুংশি শৈরেং শিং চৎলসিনে কদায়দনো ইবানী, নীংশিংলিববা মনোরমা ? নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী নচিংনো মপান লমদা কবিবু ঙম্না শক্লোকখি। কবি মশামক্লা হায ঃ সিলেত্তদি ঐবু নুংশিবগী কবি হায়না কৌই। লব পোয়ত্রি খরসু ইখি। য়াম্নসু পোপুলার ওইখি। দাব ড্রামানচিংবা য়াম্না শান্নখি হায। 'চৎলসিনে কদায়দনো ইবানী' হায়বসি মখোযগী নহারোলশিংনো য়াম্না পান্নখি। (রাখল, ডিসেম্বর ১৯৯৮)।

কবি নীলকান্তনা খায়দগী পানজবা কবিশিংদি ববীন্দ্রনাথ ঠাকুর অমদি টি এস এলিযটনি। মহাক্কী অহানবা শৈরেংগী লাইরিক চৎলসিনে কদায়দনো ইবানী (১৯৭১) অসিমক ববীন্দ্রনাথকী মফমদা কৎথোকই ঃ ঐঙোন্দা/কবিতাগী মশক তাকপিরকপা/মহাক্কী শৈরেংবু পাজনীংবদগী/বাংলা সাহিত্যদা চঙজরুবা/বিশ্বকবি/রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মফমদা/কৎথোকচরি। অসুম্না পাম্ন। তশে নমকসু নীলকান্তনা ঈশ্বনবু লৌশি লৈথোনব' শৈরেং 'অয়ার্সাদ ববীন্দ্রনাথগী শৈহেক-শৈদা চঙঙি। মপুংদা কবিগী প্রার্থনা, কাযনবা, থিজবা, অশাবা, রাহং অমতং, বাশিন্নচিংবা অতোনবা শৈরেংশিংদা ববীন্দ্রগী ঈথিলসি উবা ফংঙি। ধর্ম্মগী মাযকৈদা কবিনা চঙজরুবা অরবিন্দ, রাজনীতিরোমদা মহাত্মা গান্ধী, জয়প্রকাশ নবাযণ অমদি বিনোবা ভাবেনচিংবদগী ভক্তি অমদি অহিংসাগী লম্বী অসি ফংখিবনি।

অতোপ্পা অমনা কবিগী অনীশুবা অর্মাদ অবোয়বা শৈরেংগী লাইরিক তীর্থ যাত্রা (১৯৮৭ দা সাহিত্য একাদেমীগী মনা ফং খিবা) অসিদি টি এস এলিয়টতা কৎথোকই। বারোলদি ঃ নহাক্কী শৈরেংবু পামজক্লবদগী/মতমগী কবিতাগী ঈহৌদা/ঐহাকপু লুপহনবীখিবা/চপ চানা শক খঙলে হায়বদি/হায়জবা ঙমন্রিবা/নোংচুপকী কবি/টি এস এলিয়টকী মফমদা/কৎথোকচরি। অসুম্না ইরি। থাঙ্গৎশেংবদি নীলকান্তগী অশাংবা শৈরেংশিংদা শীজিন্নবিবা রাখল মূর্তিশিং অসিগী নমুনা অসিদা এলিয়ট অমদি হিন্নরে বেন্নোক্কী ঈথিল নীংথিনা উবা ফংঙি। শোক ১৯৭০ দা ইউরোপ্পা কবিনা চযোল তাবৎমুক কোযক্লবগী নুংশা স্ববসু য়াওদবা নত্তে। মরু ওইনা টি এস এলিয়টকী **The Love Song of J. Alfred Prufrock** না নীলকান্তগী চৎলসিনে কদায়দনো ইবানী, নীংশিংলিবরা মনোরমা নচিংবা অশাংবা শৈরেংশিংগী খোঙচৎ লম্বী যাৎপগুম তৌবি। তীর্থ যাত্রা শৈরেং

অসিমকসু এলিয়টকী The Waste Land গী খোঙহৌ খোঙচৎ মায়না উরি। এলিয়টকী শৈরেংগী কয়াৎ ওইরিবা বাখল মূর্তিশিংগী মথে অসিমক্তি মহাক্কী শৈরেংগী থিওরী Objective Correlative হায়বদু পানশিন্দুনা ইবনি। থিওরী অসিনা হায়রিঃ The only way of expressing emotion in the form of art is by finding an 'objective correlative' in other words, a set of objects, a situation, a chain of events which shall be the formula of that particular emotion and which will evoke the same emotion from the reader (T.S. Eliot: **Hamlet and His Problem**, 1919) ফোর্মুলা অসি কবি নীলকান্তনা মায় পাক্না শীজিন্নবা ওমখি। খুদম ওইনা ঃ লাম্বেক্লুই আটলানটিক মহাসাগর/পোখারুই খ্রোয় লম্মমগী হেলেনগা লোয়ননা/কৌক্রুটীং গী চীংদোম্দা লেপ্তুনা য়েংলুই ইতিহাসতা মণিপুরী/কোয়মিন্নরুই পাখংবগা গুরুগী মাংখোঙ/কল্লুই কিয়াম্বা নিংথৌগী সঙ্কদা মাঙমিন্নরুই সন্ধ্যাদা লাংথোন লুখোইগা। জগোয় শারন্বী শিজ লাইরেম্বীগা . . . (নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী) অসিনচিংবা।'

তশেংনা হায়রবদা নীলকান্ত মণিপুরী সাহিত্যগী তাওলবা কবিনি। মহাক্তি থবান কয়াগী মরক্তা থবান নত্তেঃ থবান কয়াগী মরক্তা ধ্রুবতারানি, লেঙবা অমদি মাঙবা নাইরবোইদবা কবিগী ফম্ফম অমদি কবি নীলকান্তনা মতম পুম্বগী ওইনা কন্দুনা লৈরগনি— মণিপুরী সাহিত্যগীতা নত্তে, পৃথিবীগী সাহিত্যদা— মতমগী মতুং ইন্না। ■

*('রেমীং', মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মপা ঃ অনীশুবা তোলুম, এপ্রিল ২০০০)*

# মণিপুরী সাহিত্যদা নীলকান্তগী ৱারেং

*হবোসনা য়ামবেম*

মালেমগী সাহিত্যগী ইতিহাসতা ৱারেং পোক্লকপা অসি শৈরেংদগী থবা অদুম থেঙনা লাকই। ইংলিস সাহিত্যগী খোঙচৎ য়েংলুবা তারবসু বেকোন (১৫৬১-১৬২৬) গী মখূৎ য়ৌবকপা মতমদা হৌজিক্কী ৱারেংগী মশক অসি থোরকখি। 'অসিগুম্ব' ৱারেংনা মসা-মবেং ফন্না শাহৌ ফনা লাকখিবা অসিদা পৃথিবী অসিদা লাইরিক নম্বা মেঙ্গিনশিং পুথোরক্লুনা পাউ-চে অমসুং চেফোঙ কয়া পুথোরকপা অসিনা অচৌবা থৌদাং লৌবকখি। ইংলিস সাহিত্যদসু মতম নাইনা ফোঙবা চেফোঙ কয়ানা ইংলিসকী ৱারেং শাগৎলকখিবগী ইতিহাস অদুম ফংবা ঙম্মি। বেকোনগী মতমদগী বুদ্ধি, লৌশিং থুমাও চাওশিনবা অমসু, মওং-মরীল নাইবা ৱারেংগী মশক থোরকপা হৌদ্রবসু বাখলগী পরীংশিং অদু মচা তানা থায়দোক্লুনা মরম কয়া অমসুং প্রমাণ কয়ানা য়োম্নদুনা লাকখিবদি অমুক ব্রেডলেনি।

ৱারেং অসিগী মনুংদা কোনশিঞ্জগদৌরিবা শরুকশিং অসি ৱারেংগী মনুংদা লৈরিবা ৱারীমচা, উপন্যাসশিংগী শরুকশিংদি কোনশিন্নোই। করিগুম্বা হীরম অমদা কোনশিন্দুনা মবম কয়া পীদুনা নৈনবিবা এসে হায়না খঙনরিবা অসিগী মনুং চনবা ৱারেংগী শরুকশিং লৌখৎতুনা নৈননবা হোৎনরে। অমুকসু মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারেংগী জগৎতা অচৌবা খুদোল অমা পীবিরম্বিবা এলাংবম নীলকান্ত সিংহগী ৱারেংগী ফোঙলবা লাইরিকশিংদা ফংবা ৱারেংশিংদা য়ুম্ফম ওইদুনা নৈনজবনি। অদুগা মহাক্কা মরী লৈনবা ফোঙলকপা চেফোঙ থরগী মতেঙগা লৌজে। ৱারেং অসিগী মনুংদা মহাক্কী খুৎই মশক লেপথোকপা অমসুং মহাক্কী ৱারেং লাইরিকশিং অসিদা য়াওরিবা ৱারেংগী মশক লেপথোকপা হায়বা পান্দমফম অনীসি থম্মি।

মণিপুরী সাহিত্যগী লমদসু ৱারেংগী মশক অসি চেফোঙ অমসুং পাউচেগী থৌদাং য়াম্না লৌরকই। অদুগা অমুকসু মীতৈলোনগী তম্নবা লাইরিক (বাংলাগী মহৎ শিন্নবা হোৎনরকপদা) পুথোক্লবা হোৎনবা, খৃষ্টানগী ধর্ম্ম শন্দোকপা কান্তবুনা মীতৈলোন শীজিন্নবা হোৎনরকপা অসিদগীসু মণিপুরী ৱারেংগী লম্বী য়াংপা হৌরকই। মৈতৈ চনু, য়াকায়রোল, ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা, মিংনাইদবী, অনৌবা যুগ অসিনচিংবা চেফোঙ কয়া অসিনসু মণিপুরী ৱারেংগী শাহৌ শাগৎলকপদা অচৌবা থৌদাং

লৌরকখি। মতাঙ অসিদা পঞ্জনীংবো য়াফম অমখক্তনো উরিপোক্তা 'মিত্র সমিতি' হায়দুনা লৈরম্বা সংস্থান অসিদা লাইরিক-লাইশু হৈরবা মীওই কয়ানা মণিপুরী সাহিত্য চাওখৎহন্নবা হোৎনরকখিবশিংগী মনুংদো রা ভাঙনবদা ইংরাজী নৎত্রগা বাংলানা হেক হেক ভাঙনরকখিবদগী খ্বাইরাকপম চাউবনা মীতৈলোন্দা রা ভাঙবা হৌরক্তুনা মীতৈগী মশক পুথোকপদা নত্তনা পুক্লীংগী রাফম কয়া অমসু মরীক চুম্না ফোঙদোকপা ওশ্মী হায়বদু উৎখিবা অসিসু মণিপুরী রারেং পোক্লবগী মরম অমদি ওইরম্বা য়াই হায়বসিনি। মরমদি মণিপুরী সাহিত্তদা রারেংগী অপোকপা হায়দুনা মিংথোন পাঁরিবা খ্বাইরাকপম চাউবা (১৮৯৬-১৯৫০) না মতমদুগী অঙাংগী তম্নবা লাইরিক ইরকপা মতমদা মণিপুরী সাহিত্যগী রারেং শাগৎলকই। মহাক্না খুৎইগী মওং-মতৌ অসিবু (বাংলা নীং থিনা খঙবা মীশক অমা) বাংলা সাহিত্যদা রারেংগী মফম অমা কন্দুনা লৈরিবা কালি প্রসন্ন ঘোষকী মর্ম নীংথিনা তাবি হায়দুনা অকনবা মোত কয়া সাহিত্যগী মরমদা খঙ-হৈরবা মীওই কয়ানা ফোঙদোক্নি। মসিগী সংস্থান অসিগী মতুংদা 'ইম্ফাল ষ্টুদেন্ট য়ুনিয়ন' কৌবা সংস্থান অমা শ্রীহরাইবম নবদ্বীপচন্দ্রগী য়ুমদা লিংখৎলক্তুনা মণিপুরী সাহিত্য অমসুং মণিপুরীবু বাংলা অমসুং সংস্কৃত লোন্না য়াই থাদুনা লৈরিবা অসিবু কোক্লবা য়াম্না কন্না হোৎনরকখি। মমৈথৎদা জুন ২৩, ১৯৩৫ ইং 'মণিপুর গার্লস হায স্কুল' দা মীফম পাঙথোক্তুনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ লিংখৎলকপদগীদি মণিপুরী লোনগী মতৌং ফংদোক্লবগী লম্বী অমা য়াৎলকখি। ধর্ম্ম অমসুং চৎনবী কয়াদা বেঙ্গলগী অকনবা শাফুনা য়াই থাদুনা লৈরবা জাতি অসিনা, মমালোন অমসুং সাহিত্যনা মীকপ থোরক্তুনা য়েংবা হৌরকপগী লম্বীদা সাহিত্য, কলা, সংস্কৃতিদা পুক্লীং থিংজিনবা হৌরকখি। রাফম অসি পুখৎচরক্রিবগী মরমদি মণিপুরী সাহিত্যদা ফংলিবা চাউবা, কমল, অঙাংহল, দরেন্দ্রজিৎ, নবদ্বীপ, ইরাবতনচিংবা মীওই কয়া অসিনা মণিপুরী রারেং, শৈরেং, উপন্যাস, লীলা, ড্রামা, কয়াবু পুথোকপিরম্মিবা মীওই কয়া অসি সংস্থান অসিগী মকওইবা মীওই ওঙনি। মতম অসিগী অইপা কয়া অসিনা সাহিত্যগী লম্ খুদীংদা খুৎ থানবা হোৎনবম্বশিংগী মনুংদা রারেং অসিসু মকওইবা হীরম অমা ওইরকই। চাউনা বুদ্ধি-লৌশিং শীজিন্নদুনা হীবম কয়াদা রারেং ইবম্নবসু মহাক্না মপুং ওইবা পান্দমদি ছাত্রশিংগী তম্ননবা লাইরিক ইবনা ওইখিবনা পাউতাকনা থনবা রারেংশিংনো মপুং ওইখি। মরম অদুনা হৌজিক্কী মতমগী য়াম্না মরীক চুম্বা রারেং অমগী মশক্তগী নোপলপ থোকই। অঙাংহলনা এলিগোরীগী মওংদা খম্বাল রারেং ইবম্বনা রারীদা য়ুম্ফম ওইবা রারী মওং মালহল্লি। অদুবু নুপী অমগী পুন্সিনা মৌবদগী লোইবা ফাওনগী পুন্সি খোঙচৎতা বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী সতীত্বগী ভাব অমসুং মীৎলোমদা কন্না চঙশিনখি। মসিনা মতম অসিদা ওইরিবা নুপীগী মশক অমা অমসুং সমাজ অদুদা ফংলিবা শক্তম অমা শাগৎনবা হোৎনরকপগী চাউববা প্রমাণ অমা ফংলি।

লান মমাঙদা মণিপুরী রারেংগী অচৌবা ঈহৌ লাক্তুনা ঈচেল কনশিনখিবা মতাঙ অমা লৈবি। মতম অসিগী মহৈ-মশিং তম্নকপদা ভর্ণাকুলার হায়রগা বাংলা অমসুং সংস্কৃত লোন্দা তম্নবু খঙনবম্বী। অসিগুম্বা ভর্ণাকুলার অসি মণিপুরী লোন্দা মেট্রিকতা পরীক্ষা থাবা যারে হায়দুনা কলকত্তা য়ুনিবর্সিটিনা ১৯২৬ তা অয়াবা পীবকপা মতমদা মণিপুরী লোনদা তম্নবা লাইরিক কয়া বাংলা অমসুং সংস্কৃত লোন্দা লৈরিবা রারেং -শৈরেংগী লাইবিকশিংগী মরুৎ পুথোরুবা হোৎনরকপা মতমদা লম্ অশোমদা পুক্লীং থিংজিনবা মীওইশিং থোনকখি। মখোযগী মখুৎতগী রারেংগী নীংথিবা মশক থোনরুবগী লম্বী য়াৎপা হৌরকখি অসুম্না চৎথরকপা পরীং অসিগী মনুংদা লান মনুংদদি লম অযাম্বগী থবক-ইনথাঙ পুম্নমক পাঙথোকপা ওমদনা লৈবম্বদগী ঐখোয়গী সমাজ অমসুং পুন্সি মহীংদা অহোংবো লাকখি। লান মতুং অসিদদি রাজনীতিগী মপুং ওইবা চরাঙনবা অমা লৈরি। মতম অসিদা ভাবতর্কী নীংতম্বগী ঈহৌগী মনুংদা মণিপুরী সমাজসু রাজনীতি তৌবা অমসুং মহৈ-মশিং হৈবা মীওই কয়াগী মফম অমা কন্দুনা শক্তি মুম্নরকপগী মশক অমা ঐখোয়গী ইতিহাসতা লৈরে। মতম অসিদা পাউ-চে অমসুং চেফোঙগী থৌদাংনো সমাজ অমসুং পুন্সিদা অচৌবা মফম অমা কন্নকখি। মসিগী মনুংদা সাহিত্য পরিষদনসু সাহিত্যগী খোঙচৎতা য়াঙশিন্নকপা মতাঙ অমা ওইরকই। মরম অদুনা রারেং ইরকপা মতমদা মীনকেতন, কৃষ্ণমোহন, পীশক, রনবীরনচিংবা মীওই কয়া থোরকখি। থোবক্রিবা রারেং ইবিবা মীওইশিংগী মনুংদা দ্বিজমণি শর্ম্মা, মণিসনা শর্ম্মা শাস্ত্রী, মণিহার, আই আর. বাবু, এলাংবম দীনমণিনচিংবা মীওই কয়াসু নীংথিবা রাখল-লৌশিং অমসুং নোংপোক নোংচুপকী সাহিত্যগী মীৎয়েং কয়া শীজিন্নদুনা ইরকই। মখোয়শিং অসিগী মনুংদা লাইশ্রম সমবেন্দ্র অমসুং জি সি. তোংব্রাগী রারেংগী মওংনো রাখলগী জগাৎতা তাউদুনা মীওইবগী লীচৎশিংবু মুম্না য়েংলগা কবেম-কথাইনরকই।

অসুম্না লাকখ্রিবা মণিপুরী রারেংগী মশক অসিদা ১৯৫৭ তা অচাইবা লৈ হায়দুনা মিংথোনবা রারেংগী লাইবিক অমা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা ফোঙলক্তুনা মণিপুরী রারেংগী মফম অমা অমসুং মশক অমা পুথোবক্লবা হোৎনরকই। হায়রিবা

খেবা চীংগী শেংলবা নুংশাকথক্তা
তারুসি, ইমা সনালৈবাক্কী নুংশি হৈবা
অথোইবা পাওনা ব্রজবাসীগী অরোইবা মায়থোঙ
বাংলাগী অরোয়বা লানফম পলাশীদা
থেঙলবা অহীংদা খোংলকপা গুলবাহারগী বাঁসী
হীক্লা হীক্লা তেংথানরকপনা শকপা মখোঞ্জেল।
উন্নসি ভারতকী নিংথৌ কোনুং আগ্রাদা
মোগল নিংথৌ শাজাহাননা শারম্বা যমুনা তোর্বান্দা
প্রেমগী মন্দির, নুংশিরবী মমতাজগী মোংফমদা
উন্নসিনে কদাইদনো ইবানী
ফাইরেল থাগী মকোয় ফানা কারক্রবা য়াউশঙ পূর্ণিমাদা
য়েংমিন্নসি ফমদুনা শুক্রা মরুমদা,
মথোং কারবা লৈশাবী-পাখঙ কয়ানা চোংলিবা
থাবল জগোয়।
নোকমিন্নসি পুজি কোরৌ হৌগ্রবা রারী শানদুনা। ■

*('মৈরা', কুমিপাল ওবা চেকোঙ, ২৮ তম সংখ্যা ৭ এপ্রিল ২০০০, বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদ তপোবন, লামাবাজার, সিলেট - ৩১০০)*

ও। পাম্মুবা। ও। পাম্মুবা!
লৈয়েংসি ইফা ফাজীনম্রে রাহৈসিমতং নত্তনা।
অচীকপসিদা ঐনা খল্লি—
শংবান্নরবা অতিয়াসিনা মিংশেল ওইদুনা
পোক্লফম লমদমসিবুদি শোয়দনা উরিনি নহাক্লা।
পাম্মুবদগী পাম্মুবা
পুন্সিসিনা করিগুম্বা অমত্তংদি থাজনবা হোৎনরি;
থাজদবা পুন্নমক্কী মরক্তা
ঐনা অসিমতংদি থাজে—
নহাক্কী তীর্থ যাত্রাগী লমথুংফমদি নহাক্কী পোক্লফমনি।
পাম্মুবা!
ঐ নহাক্কী পাউখুম ঙাইরি! ■

('য়েমীং', মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, খৌবাল মশা : অনীগুবা তোল্যাম, এপ্রিল ২০০০)

## পাম্মুজবা নহাক্কী নফমদা

***ইমোজীৎ নিংথৌজম***

বিনোদিনীগী মতম্না মুনবা ঙমজ্রবা শকফমদো
ঙসিদংদি ইমক মকশিন্না রাহৈসিমতং হায়, "পাম্মুই!"
রাহৈগী অর্থদা নহাক্লা ঙাওখিদনা মায়থোঙদো অতিয়া রানা
থাঙৎতুনা
ঐসু নতুং ইন্দুনা থিরি রাহৈসিগী অর্থ মায়থোঙ লুরক্লা

রা হায়গনপ্রবা তোম্বীসু রাহৈগী অর্থ মাঙপ্রবরা
নহাক্কী তীর্থ যাত্রাগী লম্বীগী লমদাঙমদা
মখোঙ মথুং শাংনা তিংথোক্লুনা মায়কৈ খঙদা তারি!
নহাক্লা চংখি নহাক্কী তীর্থ যাত্রাগী অনৌবা খোঙচং অমা
ঐনা হন্নকই য়ুমদা লম্বী লম্মাংনরক্তম।

## শ্রদ্ধাঞ্জলি

*কে দি সিংহ, সুরঙ্গানি (ঐচ. পি.)*

থিংবা ঙমহৌদ্রে সনথোঙ
পুংজা মীকুপ অমত্তসু,
তাক্রমদনা কন্নাদসু
অথেঙবা অহীংদা
চংখ্রে ঐখোয়গী নুংশিজরবা
ওজা শ্রীশ্রী এলাংবম নীলকান্ত
তোমথিল ঙাম্নদ্বা মীয়ামক্তা।
হে! ইমা রবী তুরেল পুবিখো ইমা ওজাবু
মণ্ডালগী লৈবাক্তা, সমুদ্র ঈরোমুংদা,
তম্বিরম্নবা ওজাগী মপাউ
ভারতকী রাংমদসু—
পীক্রবা চীংলৈবাক মণিপুরদা
শাংলম্মী লৈরাং অমা
লৈনম্না শীন-থুংবা পৃথিবীদা। ■

*('সনথোঙ' মে ২০০০)*